# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তারি





মুংম দেবলা দেবী

ꯄ꯭ꯔꯤꯊꯤꯕꯤꯒꯤ ꯈꯣꯡꯆꯠꯁꯨ ꯂꯦꯞꯇꯔꯤ

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি




মুতুম দেবলা



লৈকোল

**Prithivigee Khongchatsu Leptari**
(A Manipuri Novel written
by Mutum Debala,
Published by Chingtham Damu Singh,
Retd. A.O, All India Radio, Itanagar
on behalf of LEIKOL on 6th August, 2006.



চিংথাম দামু সিংহ, রিটয়র্দ এ ও, ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইটানগর, ........
না লৈকোলগীদমক ওগষ্ট ৬, ২০০৬, কা[illegible]
নোংমাইজিং নুমিত্তা ফোঙজবা।





কোপি মশীং ১,০০১ (লীশিং অমগা অমা)

মমল: লুপা ৯৫/- (লুপা মবিফু তরামঙা)

নম্ফম: **কংলা প্রিন্টর্স**, গভর্নব বোড, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, মণিপুর।

---

অইবগী হান্না ফোঙত্রবা লাইবিকশিং ঃ

**পোলোই অদুদদি**, (নোভেল, ২০০০)

**লম্বী অমদা**, (নোভেল, ২০০২)

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

লৈকোলগী মরুওইবা পান্দমশিংগী মনুংদা লৈকোলগী মেম্বরশিংগী লাইরিক ফোঙবা হায়বসিসু অমনি। পান্দম অসিগী মখাদা লৈকোলগী ইহান হানবা অইবী কুনমঙাগী ৱারীমচা কুন্থাগী খোমজীনবা লাইরিক অমা **নাচোম** হায়না মিংথোন্দুনা নবেম্বর ৪, ২০০৩দা ফোঙখ্রে। লাইরিক অসি ইং ২০০৩গী অফবা লাইরিকশিংগী মনুং চন্দুনা বেষ্ট বুক এৱার্ড, ২০০৩ ফংখি। লৈকোলগী মেম্বরশিংনা ইবা লাইরিক কয়াসু লেপ্তুনা ফোঙলক্লি। **নাচোম**গী মখা চত্থরকপদা য়েংখোম ইন্দিরাগী **পৃক্সি খোঙচৎসিদা** (শৈরেং, ২০০৪) অমসুং খাঙেম্বম ইবেতোনগী **কুন্দো পরেংগী হক** (ৱারীমচা, ২০০৫) ফোঙখ্রে। হন্দক অমুক মুতুম দেবলাগী **পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি** হায়বা লামায় ১৩৭ পানবা উপন্যাস অসি মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজরি। মশীং লীক্লা লৈরিবা উপন্যাসকী লম্‌সিদা অইবীনা লেপ্তুনা খুৎ থারকপসি থাগৎনিংঙাইনি। হান্না মমাঙদসু অইবীগী উপন্যাস অনী **পোলোই অদুদদি** (২০০০) অমসুং **লম্বী অমদা** (২০০২) ফোঙখ্রে। অকোনবগী উপন্যাস অসিদা সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংনা পীবা য়াম্নেম মনি নীংশিং সাহিত্য মনা, ২০০৪সু পীরকখ্রে। রেডিও ড্রামা কয়াসু ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা শন্দোকখ্রে। লোয়নননা মাগী ড্রামা খরসু ভিদীও ফিল্ম ওইনা শান্নখ্রে। মখা তানা লৈকোলগী মেম্বরশিংগী লাইরিক কয়া লৈকোলনা লেপ্তুনা ফোঙদোক্রবা পান্দম থল্লি।

দেবলাগী অহুমশুবা উপন্যাস **পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি** হায়বসিদা অনৌবা মহাও কয়া অপাবশিংনা থেংনবিগনি হায়বসি ঐহাক্কী অচেৎপা থাজবনি।

— ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

সেক্রেটরি

জুন ২১, ২০০৬ — লৈকোল (লৈমরোল খোঔজেঁকোল), ইম্ফাল

# মীৎয়েং অমা

মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী ঈচেল তৎপদি নত্তে অদুবু তম্লী। অইবীশিংগী মরক্তনা উপন্যাসতা খুৎ থারকপসি খরগা হেন্না য়ামদে। অইবীশিংগী মরক্তা উপন্যাসতা অহানবা মাওজিল থাখিবী থোইবী (১৯২০-১৯৯৬) নত্তনা অতৈদি অমমম-অনী ইনরক্লবসু লেপ্তুনা খুৎ থারকপদি পংথেং থেংনদ্রি। অসিগুম্বা তানফম অসিদা ২০০০দগী মুতুম দেবলা (১৯৬৮- ) উপন্যাস ইবী অমা ওইনা চঙলকই। তেল্লবা চহী মঙামুক্কী মনুংদা উপন্যাস অহুল "পোলোই অদুদদি" (২০০০), "লম্বী অমদা" (২০০২) অমসুং "পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি" (২০০৬) ইরক্তুনা দেবলা থোইবীগী মতুংদা উপন্যাসতা মায়পূননা চঙশিল্লক্লিবী অইবী অমা ওইরক্লি। মণিপুরী উপন্যাসতা নুপীগী পুন্সি অমসুং শক্তম অতাঙবা নত্তে। মখোয় অইবশিংনা উবা কল্পনাগী তাইবংগী শক্লোন পুবীশিংনি। অদুবু অইবীনা কলম পায়রক্লবা মতমদা মখোয়না মশাগী পুন্সিবু কমদৌনা উবগে অমদি করম্না ফোঙদোক্লবা হোৎনবগে হায়বসি নৈনবদা য়াম্না নুংঙাইনা থোক্কনি। কুনশুবা চহীচাগী হুস্ফুগী মতমদা অইবী অমা ওইনা থোইবীনা মঙখিবা মঙ— হৌজিক্তি অশেঙবা পুন্সি ওইররে— নুপী উকিল, ডোক্টর, ওফিসর, শান্নরোয়, সোশল এক্টিভিষ্ট কয়া কয়া। অদুবু মসিনা অরোয়বা নত্তে। পেট্রিয়ার্কেল সোসাইটিদা নুপীগী পুন্সিনা চৎনবী মীৎয়েং কয়াগা লাম্ছেংনরি। মখোয়গী পুন্সিদা মসিগী চৈনা ফুমদুনা লৈরি। মখোল থোক্তনা শাংনা ফুমদুনা লাক্লবা অচীকপা অসি হৌজিক্তি অইবীশিংনা থুগায়নবা হোৎনরকপগী মতম্লি।

নহা ওইরিবী অইবী দেবলা মীৎ-নাকোং শিংই। নুংদা থেংনরিবা লাম্ছেং অসি খোঞ্জেল থোক্লা পুথোক্লবা হোৎনবা হৌরকই। মহাক্কী অহানবা উপন্যাসতা নুংশিবগা মশাগী মী অমা ওইবগী ইকায় খুম্নবগা অনীগী লাম্ছেংদা রোমিতা থব্বায় থাদোকখি। অনীশুবা উপন্যাসতা হৌজিক্কী সমাজদা নৌরিবী নুপী অমনা য়ুম পুনবা হোৎনবদা ফংবা য়াবা মিংদা থীবা পূম্নমক ফংদুনা তিম্বংগী লুহূপ উপ্পীরবসু থব্বায়গী অশেঙবা শক্তম্সু কোন্দুনা চৈনা খাঙবা ঙমখিবী মীরভানা নুংশিবদা মীনম্বা তারক্লবদা তাইবং থাদোক্তুনা চৎখিবা শক্তম অইবীনা থব্বায় য়াওনা য়েকপা থেংনৈ।

"পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি" হায়বা অহুমশুবা উপন্যাস অসিদনা অইবীনা অমুক্তা হেন্না নুপীগী পুন্সিদা মীৎয়েং চঙশিল্লকই। প্রোটাগোনিষ্ট থোইবীগী মীৎয়েংদা অনৌবা নুপীশিংগী ৱাখল মীৎয়েং হাপ্লনবা হোৎনৈ। মসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অইবীনা য়াম্না হৈ-শিংনা সমাজগী অথীংবনা (বামোনগা মৈতৈগা লৌন-নৈনবগী সমস্যা) মপান্দা থন্নগা পৃক্লিংগী মুক্লবনা মনুংদা থমদুনা উপন্যাস অসিগী প্লোট শাগৎপনি। হৌজিক্কী সমাজ অসি "জাৎ ওনবা" (১৯৫২)গী ফীভম অদুমক্তি নৎত্রে। অদুবু বামোনগা মৈতৈগা লৌনবদা অথীংবা শুক্লে লৈত্রে হায়বদি য়াদ্রি। খজীক্তং কোমথোরকপগী ৱাফম্নি। অসিগুম্বা য়ুখল অসিদনি ৱারী অসিগী য়ুম্ফম শাগৎলিবা। অইবীনা পুখৎলকই— মতম অমদা লানঙদ্রবা পল ওইরম্বদু মতমগী ঈচেলনা চেন্থখি। অদুবু থম্মোয় তিন্নরগসু পৃক্লিংগী ৱাখলগী মরীদা কিশি থাংলকপা, ককথোক-ককশিন তৌবা, লংলা-লংজিন পুনবা হায়বসিমদি মীওইবা মশানা শেমজবনি। কৈদৌনুংদা নাম্থোকপা ঙমদে। অইবীনা ৱারী অসিগী নায়িকা ওইরিবী থোইবীগী পুন্সিসু খোঙফমসিদা শেম্বনি।

বামোন নিঙোলনা চৎনবী থুগাইদুনা মৈতৈ ওঙলক্লগা থোইবী পোকখি। চৎনবীগী পল লাম্থোকপা ঙম্লগসু থোইবীগী মমা অমসুং মপা অনীগী ৱাখলদা শাগৎলকখিবা পল অদুদি থুগাইবা ঙমখিদে। মচা লৈরবসু মখোয় অনী কায়নখি। মমা-মপানা থেংনখিবা খোঙফম অদু থোইবীদসু থোক্লরে। বামোন পাখঙ লাইয়েকপা গোবীন্দগা মৈতৈ লৈশাবী অইবী থোইবীগা— কলাকার অনীগী থম্মোয় তিন্নখি। অদুবু মখোয় অনীগী ৱাখল মীৎয়েংদি! ৱাখলগী মুক্লফমদি নুপীদা য়েংবা মীৎয়েংদা ওইরবে। থোইবীনা থেংনবিবা মপাম্থোংগী অথীংবদি পংকন কন্দ্রে অদুবু নুংগী থৌরী চিংনবদি লোইবা লৈতনা চথবি। নুপীগী ৱাহম্থোক থিরি— নুপীগী ফজবসিবু মপৃরোইবগী তুংদা লেপ্লগা উরিবা ফজবা অদুখক্তরা? মান্নবা লৈমায়দা অমুক্তং লেপহনসি অদুগা মদুদগী থক্তোরকপা মঙালদু য়েংনীংই।" (লা: ২২-২৩)

করিগুম্বা ফীভম অমদগী থোইবীনা গোবীন্দবু চিংনদুনা ৱারৌনা ইম্থোকখি। থোইবীনা তপ্না খঙলকই গোবীন্দগী মরাল লৈরমদ্রে। গোবীন্দনসু থোইবীনা মহাকপু ৱারৌবগী মরম ইঙাল ঙান্না উরকই। অদুবু মখোয় অনীমক ৱারৌবা অমসুং নাপলগী খৃৎনা চেৎনা লোনশিল্লবা থোঙ অমগী ৱাংমা-ৱাংমদা লৈনরি।

উপন্যাস অসিদা থোইবীনা ময়াইদা থন্নগা গোবীন্দ অমসুং তোমথিন পুশিল্লক্তুনা মীওই অহুমগী মরী শাগৎলি। থোইবীনা গোবীন্দগী মফমদনা থম্মোয় অমসুং নুংশিবা,

তোমথিনদনা ৱাখল অমসুং থৌদাং— চয়েৎনবা মরকসিদা থোইবীগী পুন্সি খোঙচৎ পুথরি। উপন্যাস অসি প্রোটাগোনিষ্ট থোইবীনা মহাক্কী নীংশিংবদা — ফ্লাসবেকতা ৱারী লীবনি। মশানা লীথোকচবা ৱারী ওইবনা থোইবীগী শক্তমদা ফজনবনি হায়দুনা শেম-শাবা নৎত্রগা অথীবনি হায়দুনা লোৎশিন্নবা হোৎনবা তৌদনা অহীংবা শক্তম ওইহল্লকই। পূক্রিংগী মীকৃপ কয়া নীংতম্না ফোঙদোকপা থেংনরে— থোইবীগী থম্মোয়দা তোমথিন্না খোঙ থাংজিল্লক্কে তৌরকপা মতাঙ য়াওদবা নত্তে— "ঐনা মীশক অসিবু অসুক মুন্না য়েংলি হায়বসি কনাগুম্বা অতোপ্পা মীনা উরম্বা খঙলম্বা থোক্লবদি করিনো অমদি খনগনি। ইতোমতগী নীং তমজবা অদুনা ঐবু মীকৃপ অমদি নুংঙাইহল্লম্মী।" ( লা: ৪৭ ) অইবীনা রোল মোডেল অমা ওইনা থোইবীগী মন্দোমচাবু মশক নাইহল্লি— নুপীনা কয়ামুক কখোকপা ঙম্বগে অমদি ইমুং অমা শেমগৎপদা নুপীগী থৌদাং কয়া চাউবগে হায়বদু উৎলি।

মীওই অহুমগী থম্মোয় নিঙাই, ৱাখলগী মরৈ কয়ানা পরৈ চেৎনা লৈশিন-লৈশিন্দুনা উপন্যাস অসিগী মশক শেম্লকপনি। অদুবু উপন্যাস অসি অইবীগী পামজবা মঙ অমসুং আশাগী মফম চাউনা লৈ। তোমথিনগী শক্তম অইবীগী তাইবংদা মহাক্কী কল্পনানা শেম্বা মীওইনি। মণিপুরগী এসেমব্লিদা নুপী মীহুৎকী ফম্ফম য়াম্লমক তাঙলি। অইবীদা অৱাৎপসি কন্না ফাওই অদুনা থোইবীবু মন্ত্রী ওইহন্দুনা অইবীগী অপাম্বদু উৎলে অদুবু মসি ৱারীগী ঈচেলদগী নৎত্রগা থোইবীগী লমচৎতগী ওইফম থোকপা অমরা হায়বদুদি নৈননীংঙাই ওইরি।

মমাঙগী উপন্যাস অনীদগীদি হন্দক্কী অসিনা অইবীগী লোন শীজিন্নবদা চেকশিনবা, ৱাহৈ খন্দোক-খঞ্জিনগী হৈশিংবা, ফোঙদোকপগী মরৈ মুনশিনবা থেংনরে। মীওইবগী মালেমদা ৱাখল তিন্নদবা, মীৎয়েং খেন্নবগী মরক্তা অইবীনা অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা ঙাইরি: "পৃথিবী নঙগী লেপ্তুনা খোঙচৎনা পুরকপা অনৌবা আশাগী অনৌবা ময়োলতনা থল্লবা, ঈংলবা মালেম অমা..." (লা: ১৩৭) অপাবশিংনসু অইবীদগী অনৌবা উপন্যাস ঙাইরি।

— নহাকপম অরুনা

কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়,

১৪/২/০৬ লৈরক অচৌবা।

# ৱাহৈ খরদং

ময়ামগী মফমদা খুদোল তমজরিবা ঐগী অহুমশুবা নোভেল (পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি)অসি করম্না ইখিবা, করম্না লোইখিবা তশেঙনা ঙকই। পুন্সিদা থেংনরিবা থৌদোক, চৈথেঙ কয়া অসিদগী ঐগী কলম্না নাথেদুনা চৎপা ঙমখিদে। মতম পুন্নমক্তা মমি শামি উহল্লকখিবা মঙ অমা কলমগী মতেঙনা পাউদমজবনি। ব্যবহার কায়বা য়াওরবসু ঙাকপীয়ু। অদুবু ইবা লোইরকপদা অসিমতংদি ভাব তারকই– ঐনা ইরিবা, লৌখৎলিবা থীম অসে ইতীক ইপা চাদে হায়না। ৱারকপা ঙমদ্রবা ৱাখল অসিনা ওন্থোকপা মঙ অমা মঙহল্লিদা হায়না খল্লি।

ৱারী অসি 'লংলা তৎশ্রবা কিশি' হায়না মমিং থোন্দুনা ইং ২০০৩ ওগষ্ট থাগী 'সাহিত্য লৈচল' চেফোঙদা হাপ্পুরবনি। অদুবু খঙহৌদনা পীরকখিবা, থেংনরুবা ঈথিল অমনা ইহোং হোংবা অমা ওইনা মমি তারকখি। ৱারীগী পোলোইসু হোংখি। অদুগা মমিংসু অসুম্না হোংলকখি। ইং ২০০৪ গী এপ্রিল থাদা ৱারী অসি মপূং ফানা ইবা লোইখি।

লাইরিক অসিগী ৱাহৈ অমা অনীখক্তা ইবীয়ু হায়রুবদা লাইরিক অসিবু কৃপ্পা পাবীদুনা ৱাহৌদোক ইবীবকপগীদমক ওজা ডা: অরুনাবু ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা থাগৎচরি। বানানগী মতাঙদা কৃপ্পা য়েঙশিনবীদুনা লাইরিক অসিগী অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী মরূপ ইমোজীৎ নিংঙোম্বমবুসু তৌবীমল উৎচবগা লোয়ননা থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী মখূম য়েকপীনবা হায়জরুবদা মশাগী অচিনবা কয়া কাইথোকপীদুনা হরাও হরাও য়েকপীরর্কখিবগীদক তামো বিরেন্দ্রজিৎ নাউরেম (সাহিত্য একাদেমী এৱার্দী)বু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসি ফোঙবদা মতেং পাংবীরকখিবা ঐগী মরূপশিং অমদি ইনম্মশিং, সাহিত্যগী লমজীং লমতাকপীরিবা ইথকথোংবা ময়াম্বু তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। অচিনবা মতম কয়া কাইথোকপীদুনা লাইরিক অসিবু নম্বীরিবা কংলা প্রিন্টসকী প্রোপ্রাইটর অমদি ষ্টাফশিংবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

– অইবী

মচা অমা ওইনা

অপোকপা মপাগী

নীংবা থুংহনবা

ওমজদ্রবী নমোম্না

বাবাগী মফমদা

কৎচরি।

নীংজবা থুংজরো

হায়বীয়ুনে অমুক্তা।

# (১)

ইঙেন থাগী অয়ুকসে অসুম্না লৈচিল নোংফাই থাংদনা নুমিৎনা তবং-তরং থোক্লকনি হায়বসি থাজরুদ্রে। নোংনা চামথোকখ্রবা উনা-রানাশিংসু কোবৌগী মেঙল মঙালনা ইবং লংহল্লে। অরংবা মুক্তা মরুনা উনা-রানাশিংগী মতেৌন্দগী কেনগদবগী নীক-নীক লাউনা যাম্বি। ওসিদি অয়ুক্কুগী হৌনা ইমুংগী মীওই পুম্নমক ইরাং লাওই। মীওই খুদিংমক ওরাও নুংঙাইবগী মতৌনা মথুম মরাং হৌবগুম তৌই। ময়াম অসিদগী হেন্না মথৌ চিঞ্জরিবনা ইচে থম্বোনি। মচান্দা ঈশৈ ঙুংন-ঙুংনা থবক খুদিংমক মচু তানা শৎ-শৎ তৌথোকই। থোইনা কোই-লাকপা তৌজদে, য়াম্না চম্ইজে। অদুগীসু মথক্তা ঐবু নুংশিনা তৌজর্বনি। ঐঙাংমাগী মপামগী নক্লবা মবীনি। ঐহাক হকচাং চুমদবা অসিদা চুসি মাব-মঙ্গ্রানিদি সুরে লৈম্মিংরিবা।

ডাক্টর লাক্লম্বগী ককানা থিংদোকাখৎতা চ্রাথরি। ঐসু হকচাংসে খরা ইকৈনংবা ফাওরে। লাইহৌসু খরা হল্বরে হায়দুনা ঊকথোক্লরে। অদুবু হকচাং মনুংদদি শেংদ্রিমাল্লে অমুক খীরুম-খীরুম তৌবক্লে।

ইচে থম্বোনা হায়বকই, "মচ' তানা নংকো থাদ্রে। নচা য়ৌবক্লনি, ঙাইহাক্তা চ্রায়রে।"

বাইহে অদুনা ঐগী থম্মোয়সু ইবাং লাচৎলকই। মাযথোঙ অদো মোমোন নোক্লা লেপ্লবোই খল্লি। ঐগী রাখল, টেলিফোন খাংললকপা অদুনা হুগায়রকই। পায়খৎতুনা হংখি, "হল্লো... মানি সার, অহোয... কেস অদুগী ওইবদি হায কোটনা লেপ্লকপা বাইদু যেংজখিগে। হোয়... হকচাংবুদি খরা ফগৎলে, য়াম্না সেরিঅসমক্তি নৎত্রে... নীনি-হুম্নি দি পোথাজখিগে খল্লি... ফনি সার... থমজরে।"

ফোন থম্লগা য়েংখৎলকপদা ইন্দোমচাগা চঙমিন্নরাক্লিবা মীশক্তু উবদা ঐ থাজরুদ্রে। চীং-লেপ্লবা মায়থোঙদু মোমোন তৌনা কোক্তগী টুপীদু লৌথোক্লগা বাবহার তৌনা চঙলকই। মহাক্কী মোমোন নোকপা মায়থোঙ অদু উরগা ঐবু হেন্না নুংঙাইহনখিদে।

মহাক্না হান্না হায়রকই, "হকচাংদি করিসু তৌদ্রেদনা?"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

"হোয়, খরা ফরে।"

মহাক্না অর্থ লৈবা মিনোক অমা মীৎকা চীন্বালগদা লৈহল্লদুনা হায়রকই, "ঙসিদি নোংসু চুদ্রে। অতিয়াসে তশেং তশেংই। থাজব্রা? ইঙেনগী অতিয়াদবু অসুক তরু-তরুবা! নোংনা চোৎপগী চৈনাদু ফাওরগদ্রা হায়না খল্লুবনি। অদুবু মদুমক্তি ঈশ্বরনা থোকহনবীদ্রে।"

ঙাঙবা হৌরকপদা নোকফেৎ তৌখ্রবসু লোইশিল্লকপদদি মহাক লূকথখি, অদুগা মিনোক অদুসু মাঙখি। মশাগী ফীভম অদু লোৎশিঞ্জনবরা? মহাক্না খংহায় হায়রকখি, "অঙাংসু হৌজিক থুংলরনি হায়না তায়।"

"হোয়," ঐনা তপ্না খুন্মী।

ঐগী খোঙ্হোক অদুদা ঐগী পৃক্লিংগী অশোনবদু য়াওখ্রমাল্লে মহাক্না ঐগী মায়থোঙদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "কবিগীনো অদুক শোন্থবিবা? মন্ত্রিনবু? তৌফম থোকই হায়না খনবা অচুম্বদুদি খৌনা ফনা খৃৎ থাগদবনি।"

ইন্দোমচানা মরক থৎনা হায়রকই, "ইবুংঙো ঙাইহাক ফমখো, ঐ অমুক্তা চঙলুখিগে।"

"ফনি ইন্দোমচা," মহাক্না খুমখি।

ইন্দোমচা চঙখ্রে। ঙাইহাক তূমিন লৈখি অদুদগী ঐনা নুংঙাইতবদু লোৎশিল্লদুনা হংই, "অদোমগী ইথক্তা থাঙ্গৎলক্লিবা মবাল পীবা চেদু চুম্মী হায়না লৌবীব্রা?"

মহাক নোকই অদুগা হায়রকই, "মদুদি লৈবাক শাসন তৌরিবা নখোয়গী ব্রায়েননি। ঐগীদি পীরকপা দন্দীদু লৌবা তাবনি।"

মহাক্কী পাউখুমদুনা করিনো অমখক ফাওহল্লকই। ঐ থাঙবা রাখি।

"অদুম্না তয়াং-তয়াং হেক্তা হায়বীগন্।"

মহাক্না কনেম্মনা নোক্লদুনা হায়বকই, "নৎত্রগনা মন্ত্রিদা ইরাল কোকপীনবা ব্রানোম্বা তারিব্রা ঐবু?"

"নত্তে, মদু তৌবিদ্রবসু য়াই। অদোম মায়োক্লবিগদবনি।"

অদুদগী মহাক্না কোক্তু হাইরপ হাইরদুনা হায়রকই, "ঐনা মদু তৌবা? নো, আই উইল নেভর ডু ইট। ঐনা করিগীদমক ইরাল লৈবা মী শাকুগনি?"

"তূমিন্না লৈখিবদুদি অচুম্বরা? আইন কানুনদি অদোম্না হেন্না খঙবিরিবনি।"

"ঐনা খঙলিবসিদি মমীৎ তাঙলবা আইন কানুননি। মসিগী মতেং লৌদুনা ইশাবু কঞ্জনবা হোৎনবসু পামদে। ফরে, ব্রারী অসি হোম পায়বিবা মন্ত্রি অমগা পুলিস ওফিসার

অমগা শানবা ব্বারী ওইনা চথসি।"

"ঐহাক মন্ত্রি ফম থাদোকপা ঙমগনি। অদুগা অদোম্বু মবাল পীবা য়াবদি ঙল্লোই।"

"মদুনা অদোম্বা ঐবু হেন্না মিনুংশি পোকপগী ব্বানি।"

"মদুসু ওইবা য়াই। অদুগা ইশাগী তৌফম থোকপা অচুম্বসু ঐহাক খঙই।"

মহাক ব্বাখল তৌখি, অদুগা তপ্পা হায়রকই, "অদুবু হায় কোর্ট য়ৌখ্রেদনা।"

"ওর্ডর অদুনা অরোয়বসু নত্তে।"

"ঐহাক মতম মাঙহনবা পামদ্রে।"

"মদু য়ারোই। ঐগী ব্বাসু খরা তাবীয়ু।"

"ঐ অদোমগী অনাবা চুম্না হংবা লাকচবনি।"

"অদোমগী চাউরবা য়ূম অদুগা মখোয়গীদি খল্লবোইদ্রা ?"

"ঐনা কায়হন্নিংদে হায়দুনসু পৃথিবীবু কোনশিন্দুনা থম্বা ঐগী ইতীক নত্তে।"

"উনা- উনা থাদোক্লগে খনবীবিব্রা?"

"য়েংলসি, মচেৎ- মচেৎ কায়খ্রগা নৌনা শেল্লকপা পৃথিবি। মৈচাক ফংলবদি অমুক হন্না কায়হন্নিংদবসু য়াই।"

"তশেঙনা লেপ্পীবব্রা?"

"মতম্না পুরকসনু।"

মহাক চৎনবা হৌগৎলক্লে। অদুগা হাযবকই, "অঙাংসু উনিনংবনি অদুবু মতমসে যাদ্রে।"

ঐ করিসু হাযবা ঙমদনা তূমিন্না চী পুনা লৈরে। মহাক্না টুপীদু কোক্তা উপশিল্লদুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "নাবসু ফবো।"

মহাক পম্থরমদনা থোকখ্রে। ঐনা তাখি— গাড়ি থৌদোকখিবগী মখোল।

ইচে থরো চঙলক্লুনা হংই, "কনানোনে, নুপা অসিবো? য়েংবা নুংঙাইখ্রেদা! ঐদি ঐখোয়গী ঐজ্জা'মচাদরা নুপা গুম ফজবসে হায়না খল্লুবনি, লাল্লম্লেদনা।"

ইচে থরোগী ব্বাতা অদুদা ঐ নোক্লিংলক্লে। অদুবু শ্বব চনীং তানা হোল্লদুনা ঐনা শোনখি, "অঙকপা নুপানি ইচে।"

অসুম্না চীন্দা শোনখ্রবসু মহাক্না থাংখিবা খোঙথাংগী খোঙগুলশিংদা থনমখি হৌখ্রবা নীং শিংবগী ব্বারী পরেং পরেং। ঐগী কোক্তা লূ- তোংদা চেনশিল্লকখি নীংশিংবা মানা লেপ্পা লৈতনা অদুগা হাইদোরকখি, খজ্ঞিনখ্রবা ফিজংশিং তপ্পা তপ্পা, মথঙ- মথঙ...।

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

এম এস সিগী পরীক্ষা লোইখ্রে। পেপর অমা নুংঙাইখিদবগী থৱায়সি ইনুং নুংঙাইতে। অদুবু মতম কুইনা লোৎশিল্লুববা ঐগী ইনিংবগী ৱাখল অদু ঈফুৎ মচা মচা চেন্থবা হৌরক্লে। নহান মখৈ পরীক্ষাগী লাইরিক্না পল ওইনা থিংলম্বদু হৌজিক্তি নমখায়দুনা অকনবা ঈচেল চেন্থরক্লে। অদুবু ঐগী ৱাখলসে ককানদি কয়া পামদমাল্লে। তত্তনা হায়, "তল্লিবা নহৈদু মপূং ফানব' হায়া তৌখো। মতম অসিদবু চুম্নগী এম এস সিখক পাস তৌরগা করি চন্নগদৌরি? পি ঐইচ ডি অদু তৌথোক্লবা তৌ। নঙোন্দা ঐগী আশা য়াম্না থল্লিবনি।"

ককানা ঙাঙলিবদু খুন্নুদ্রে। অদুবু মতৌ কবম্না ঈহৌরক্লিবা ৱাখল অসিবুদি নমথগনি? পূক্লিংদা অমা থল্লবসু খুত্তা কলম পাযদুনা ইখি ৱারী কয়া। ফাওরক্লিবা অথিংবা, য়েৎশিন্নর্বাসিনা ঐবু হেক হেক খলহল্লি। অসুম্না ফাওরকপা মীৎকুপ্তদি তুমিন্না ৱা ঙাঙদনা লৈবসি ঐগী হৈনবীনি। ঐনা অসুম্না উংদুনা লৈরিঙৈদা মালা লাকপগা মপা চান্নববদি তত্তনা লক্লে, "কনাগী ৱাখলনো?"

মহাক্কী তোয়না শীজিন্নবা ৱাহৈনি। ঐনা নোক্নুনা হেক-হেক খুম্মী, "নঙগী মবমদা খল্লিবনি।"

"এহ! ঐগী?" হায়বগা মনিং তম্না মাগী হৈনবী খুনোক্তু নোকই। অদুগা হায়রক্লনি, "নঙগীদমক ঐনা খনবীরিবাননে, ইবেম্মা।"

"ঐগীদমক করি হায়না খনবিবিবা?"

"নঙনা ইরিবশিং'সে করম হায়না ফোঙদোকসিগে খল্লিবনি।"

"য়াম্না হৈনা, মীগী খনবীবকাসু?" ঐনা ফাগি তৌখি।

"ফাগি নত্তেনে। ঐখোয়গী তামোচৌদা পীখ্রগা ফোঙহন্নসিরা খল্লিবনি।"

ঐনা নোকম্নি নোকম্নি হংখি, 'যাগদ্রনে?"

"করিগী য়াদনি। মখোয়গীদি ফজ-ফজবা লাইরিক কয়া তত্তনা পুথোক্লিসিদি।"

"ঐগীসিদি ফজবসু নত্তনা। নখোয় তামোচৌনা পামদেকা হায়রক্লবদি ইকায়খ্নিদা।"

"নঙনা হেক লেপ্পিরো অদুদি। ঐ খঙই, নঙগীসে তামোচৌনা শোয়দনা পূক্লিং থৌগৎপীরক্কনি। সাইন্স তন্বী নঙনা করিসু খঙলোই। নঙগী ইগদবদু অদুম ইয়ু।"

"অদুদা ঐখোয় ককাগী মতৌ অসিগা...!"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

"ফোঙলগা কোন্না হায়রগা লোইরে। ফোঙখ্রবদি কৰিসু ঙাঙলোই"।

ঐগী ফুম্বংনরম্বা ৱাখলদু মঙাল অমা ফাওরক্লে। মায়থোঙ মকা লাম্না হরাওনা মালাগী মঙক্তা কোল্লুবদুদা হায়রকই, "নোক্কনু নোক্কনু। উংদুনা লৈবদুনা হেন্না পকচৈ।"

"হৌজিক্তি উংলরোই। ঐগী মালানা ঐগী লম্বী লমাজংবিরবদবু। তামোচৌবু য়াহনবগী দায়িত্বদি নঙগীনি।"

"অদুবুদি য়েংঙুদনা। নঙগীসে ঙক্লোইতা হায়সন্নু। ঐ ইমুংদা ষ্ট্রাইক তৌগে।"

"অদুম্নকাদি তৌবীরুনুকো। ষ্ট্রাইক হায়বা মিংদো তাবা হৈনদ্রে।"

মালানা নোক্লদুনা থরায় তানা হায়রকই, "হৈনদ্রবসু পনবদি নুংঙাইবা অমা যাওবনি। থবক ওইগদবা মানবনি।"

মালা থরায় তানা নোকখ।

* * * * *

(২)

দলানগী অহাঙবা মাঙ্গোলদুদা থাবিবা লীগী চৌক্রি অদুদা হৈনিংবা য়াওদনা ফমথরে। ঙসিদি হকচাংলা ৱাখল্লা খঙদে, ইচোক চোকথরে। যূমথক্তা শোরো-শোরো চিংলদুনা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অদুদা মকোল শাদুনা লৈরিবা খোইনিং অনীদু মঙক থাঙ্গত্তুনা য়েংলকই। অদুদগী খোইনিং অনীদু মকোন্দগী পাইথোকখ্রে। অহাঙবা অতিয়াদা মনীং তৌনা পাইরি। অমুকসু শাখপ তোয়, অমুকসু মশা খপতে। তোংনিংবা উশা অমদা অমুক ঙাইহাক তোংই। খল্লি— ঐনা নীংতম্না থাংনিংলকপা খোঙথাংদা খূদি কয়া থোরক্লে। থাংলিবা খোঙ অসে লেপ্পনা চুল্লিব্রা? ঐগী লম্বীদি চঙশিল্লিবা মাঙগী লম্বীদনি। তুংদা লেপ্পীবা ককা ইন্দোমচাবু হন্না য়েংলমদনা খোঙ থাংখিবা ঐ ঙম্লদ্রা? অদুগা মসিনি হায়দুনসু ইশাগী লম্বী অসিবু থিংজিনবসু থম্মোয়না য়ানিংদ্রি।

অসুম্না তৌফম খঙলক্তবা নুমিত্তদি ইমাগী চিঠি পাদুনা পূল্লিংবু থেমজিঙবা, ফাথজবসে ঐগী হৈনবীনি। চিঠি লৌথোক্লুবে। হান্নগুম অমুক ফমথরে। তোয়না পাবগী খূনাং চারবা চেসে ঐনা থৱায়গুম লুনা খঞ্জরিবনি।

থোইবী,

ইমানা মিং অসিসু পামজনা থোল্লম্বনি। নঙগী ককানা নঙবু ইথাদগী মুন্দুনা পুখিবা নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা নঙবু কাযনবগী মৈচাক পুরিবনি। ময়ামগী মীৎয়েংদদি ঐসে মচা নুংশিবা খঙদবী মমানি। অদুবু সংসার অসিদা মচা নুংশিদবা মমাবু লৈব্রনে? ঐনা নঙগী বাবাগীদমক থৱায় হকচাং কৎথোক্তুনা মতুং ইল্লকখিবনি। মসিগীদমক ইমা-পাবুংনা ঐবু ইন্থোরকখি। মদু ফাওবা ঐ থাঙখি। নুপীনা পলেম পম্থৌ থাদোক্তুনা শাগৈ হোংলবা মীৎকূপ অদুদগীদি খোঙথাং অমনি থাংলিবসি। ফনা হায়দুনসু মান্নদবা খোঙথাং অমনা নুপী ঐখোয়বু পুল্লি হায়বসি নহাকসু খঙলক্কনি। যূম পাল্লবদি, 'মপূরোইবা' হায়বা অসিগী অর্থ য়াম্না পাক চাউই। ঈশ্বরদি মাবু নীংজরিবা মচা মনাইশিংদা মীনমদে। ঈশ্বরনা মীনশুক্লবদি ঙাকপীফম থোকপ্রা? মসিনি ঐগী ৱাহং।

মীয়াম্না ব্যবহার তৌনরিবা সনা কোনুংদা ব্রহ্ম সভাগী লুচিং পুরেল ওইনা লৈরম্বা

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ব্রাহ্মণ ইমুংগী নিঙোলনি, ঐ। অশেং-অমাঙ, জাৎ খায়বা ঐনা পামখিদে। পাবুংনা ঐবু হায়বা ইন্দবী ওইনা লৌখি। ঐগী থাজবা নুংশিবা পুম্নমক নঙগী বাবানা নমথাক তৌবা ওইরমখি। মাগী নুংশিবদি শূপ্নগী ঐগী ফজবা শকফম অদুগা ঐগী ফংগদবা সম্পত্তি অদুখক মিহৌবগী ওইরমখি। মহাক্না নুংশিজবী নুপী অদু লায়েংনবা ঐবু নমথাক তৌরম্বনি। পাউদু খঙলকপা মীৎকৃপুগী ঐগী ঈশ্বর, ঐগী থাজবা, ঐগী আশা পুম্নমক নমথাক ওইখি। সংসারসে শাশিন্নবনি। খাঙবা ঙমদ্রবা ঐগী থৱায়না অকিবগী শক্তম ওইনা চোংথোক্লুনা নঙগী বাবাগা খৎনখি।

মহাক্না মীগী মতেং পাংবা অদুগীদমক্তদি ঐ করিসু শাউনিংলুদে। মহাক্কী চাউরবা নমথাক অদুবুদি ঐ খাঙবা ঙমখিদে। নঙগী ককানা ঐবু মচীন কনবী নুপা থেম্বা হৈতবী ওইনা উখি। মতীক চাবী য়ুমগী নুপী, মতীক চাবী মমা অমা ওইগে খন্না য়ুমদুদা লাকখিবনি। ঐগী চাউরবা আশা, নঙগী বাবানা তাইওন্নহল্লমখি।

অদুদগী নঙগী বাবা য়ুমদা হল্লকখিদ্রে। মাগী চান্নজবী অদুগা শিলোংদা লৈমিন্নবে হায়বগী পাউ, উরকপা মীনা তল্লখি। মদুসু ঐনা থোকহনবগুম নঙগী ককানা ঐবু শাউখি। ঐগী অনীংবা অমনা, 'নঙনদি ঙম্লগা' হায়বা ৱাখল অসিনা ঐবু নমদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা পুন্সি শিন্নহন্খি। ঐগী খোঙথাং অদুনা মবম ওইদুনা মহাক্কা উনবগী হক অদু ফাওবা ফংহনখিদে। ঐনা থাংলিবা খোঙথাং অসিবুনা অবানবা ওইখি। অদুগা নঙগী বাবানা থাংলিবা খোঙথাং অদুবুনা অচুম্বা তাখি। মীৎযেং অসিনি ঐনা য়ানিংদ্রিবসু। ৱাহং অমদি হংনিংই। অদুবু হংগদৌরিবসি কনাদনো? হংফম ফাওবা লৈহন্দবনি।

ময়ামসে থুগায়দুনা ঐনা খোঙ থাংখিবনি। অদুবু কদায়দনো ঐগী খোঙথাং ইপন পল্লেনে, ইমাগী ইবেম্মা। পুন্সি লম্বীসে তরু-তরুনা উবা ফংদ্রে।

নঙবু ইথাদগী মুন্দুনা পুখিবা নুমিৎ অদুদা নঙগী ককানা হায়রম্বা ৱাহৈ অদুনা ঙসিসু থম্মোয়গী চৈনা ওইরি। 'মচা নুংশিদদুনা অতোপ্পা শাগে ওনবা ঙম্লবী ইতৈমনা থোইবীবু অশেঙবা মমাগী মিনুংশি ফংহনগনি হায়বা ঐদি থাজদে। ইচাবু মীতোপ্পা য়োকহন্নীংদে। থোইবীগী তুংগী পুন্সিদা মমানি হায়না শক ফাওবা উৎপীবক্লনু।'

ঐ পুম্নমক খাঙবা ঙম্মী। অদুবু নঙবুদি ইমানা থাদোকপা ঙমখিদে। নঙবু য়েংখ্ররোই খনখ্ররোই খনখি। অদুবু ঐ ঙমখিদে। ঐগী অশোনবা নঙগী নুংশিবনা ওইখি। নঙগী ৱাখলনা ঐ লায়না চেনবী ওইখি।

ঐগী অকোনবা য়ুম্বাল অসিদি অসুক্কী মতীক নুংঙাই। ঐবু রাণীগুম্না থম্মী। ঐনা

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

পাম্বা, ঐনা খূদোম্বীনা থিনবা পোৎশক্তু ঐবু ফংহল্লি। অসুক নুংঙাইরবা মথোল কয়াগী যূম অসিদা করিনো অমখক্তি ঐবু ফংহনবা ঙমখিদে। অচীকপা কা'নুংদনা অৱাৎপসে হেন্না ময়েক শেংলকই। ঙাইহাক ঐগী মাঙদা মোমোন নোক্তুনা চোইজাইনরবী শন্নাংদুগা ঐবু লক্লবগুম শান্নরল্লগা থংনবা মীৎকৃপ্তা মীৎমাঙদগী মাঙখি। নঙবু ফানবা তান্নবদা ৱাংলবা সিড়ীদগী মশীং খঙদনা ওন্থখিবনি। ঐনা শোকখিবা নাখিবা পুন্নমক নঙগীদমক্তনিনে। পুন্নমক অসি লীনিংবা তম্নিংবনা ঐগী খনাউসে কংখিবনি। নঙনা ইমাবু লৌনিংবা শক্তম লৌ। ইমানা নঙবু নুংশি হায়বা অসিমতংদি তম্নিংবনি। নঙগী বাবাবু শীংনরম্বদগী ইমা ইচা কায়ননবগী মরম ওইখিবনি।

নঙগীদমক ঐনা করি পীরমগনি। ঐ খঙই— নঙগী নফমদদি সনা-লুপাগী অৱাৎপা নত্তে, মমাগী মিনুংশি অদুতবু খৌরাংলমগনি। নঙদি লাঞ্জদবীনি, দোষতি ঐখোয়গীনি। নঙবু কোনবিরিবী মহাক অদুগী মফমদগী মমাগী অশেঙবা মিনুংশি অদু ফংজবা ওইয়ু।

ঐনা শিরিবা নঙগী মিং থাবা খূদোপ অসে অশেঙবা মমাগী মিনুংশিতনা পুল্লগা শাখিবনি। ঐগী মতম লোইশিল্লক্লে। খূদোপ অসে নঙোন্দা অমুক শিন্নরবনি। মসি মঙায়রে, মমা-মচাগী তৎনদবা মরী হায়ববু।

পেন্দবনা থল্লবা পূক্লিং অসিদগী করি ৱাবু ইখিগনি। ইদুনসু লোইবা নাইররোই। নঙনা ইমাগী অশেঙবা থম্মোয় মশক খঙলকপা মীৎকৃপ অদুদা ঈশ্বরগী খূয়াদা ইমাগীনি হায়দুনা থম্মোয় শেংনা লৈ মনা অমতং কৎলকপদু হরাওনা লৌগেকো।

নহাক্কী অপোকপী

চেম্থরকপা মীৎকী পিনা চে অদুগী মথক্তা তপ-তপ তারক্লে। খুৎ যেৎকী খূনিংথৌদা শিরিবা খূদোপ অদু মুন্না য়েংই। চহী কয়া লায়েংবা ঙমদনা নাদুনা হীপ্পীবী ইমাগী শকফমদু হোস্পিটালগী ফমুং মথক অদুদা উখিবদুনা অহানবসু অরোয়বসু ওইখি। চহী কয়া ৱাখলনা নারক্লবী শকফমদু কুচু মাঙখিদে। মায়থোঙদু ফজবা, চীংলেম্বতনা লৈতেংখি।

চিঠি অদু পাদুনা ঐ কুইনা ফম্মুরমাল্লে, করম্বা মতমদা পাইশিল্লকখিবনো খোইনিং অনীদু মকোন্দগী খোংলকপা তারে। খোইনিংগী নুংশিরবা খোঞ্জেল অদুনা ঐগী নুংঙাইতবদু থুগাইরকখি।

*****

## (৩)

অয়ুক্তা ককা ইন্দোমচা ঐখোয় পুন্না চা থকপগী ফম্মীন্নরি। খবরগী অহানবা লামায়দা ঙরাং লাইরিক ফোঙখিবগী ইরকপদু উরে। ককানা খবরদু মুন্না য়েংলগা তৃমিন্না লৈখ্রে। ইন্দোমচাসু ককাগী ইঙ্গিৎ হাইরপ য়েংবা মাল্লি। ফনা কুইনা লৈরগা চাগী কপ্তু থম্লগা হায়রকই, "ঐনা হায়রিবা ঙাঙলিবসে নঙগী অনীংবা অপাম্বদু ফৈ-ফত্তে হায়বগী ব্রা নত্তে। ঐনা অদুগুম্বা সংসার অদুদা নঙগী ব্রাখল চৃহনখিবা পামদে। ঙসি ঐনা হায়রিবসে নঙনা চঙশিনখ্রবা মতমদদি ব্রা অমুক হায়নিংঙাইসু লৈতে। ঙসিদি ব্রাফম অমা হায়দবা য়ারক্তে, ঐনা মীওই অনীখকপু দম্দী পীনীংদুনা নঙবু মতীক চাবী নুপীগী গুণ চেনবী অমা ওইনা শেম্মিংলকখিবনি। হৌজিক্তি নঙগী খোঙথাং অসিনা ঐবু চিংনবগী ব্রাখল পোকহল্লে। ঐগী ব্রাশক অসি নঙনা থুংহনগনি হায়না আশা তৌরিবনি।"

ব্রাহৈ খরসি হায়রম্লগা ককা হৌগৎলগা থোকখ্রে। শাথীবা, য়াম্না ফিংগনবা, ঙাঙখিবা ব্রা অনীরক হন্দবা ককানি হায়বসি ঐসু খঙই। ইন্দোমচানা হৈনা, কয়া ব্রানা লোয়নবগে হায়বসু খঙই। নোংশাগুম্লবা ককাবু ইন্দোমচাগী ফজবা লৌশিংতনা লাকশিল্লিবনি। অদুগা শাথীরবা মীশক অসিগী থম্মোয়দদি ঐগী মিনুংশিদি ঈমায় চোন্না নীক-নীক লাউনা লৈ হায়বসিমদি উই।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "নঙগী ককাসে অসুক য়াম্না শাথী হায়বা য়ূম অসিদা লাক্লবা মতুংদা খঙই। ঐনা য়ূম অসিগী মৌ ওইনা লাকখিবা নুমিৎ অদুদা পীক্লিবী নঙবু ইতম্বাক্তা থম্লদুনা হায়খি, "অঙাং অসে নঙ-ঐগী ইচানি হায়না খনগদবনি। ঐনা মীওই অনীখকপু দম্দী পীনীংদুনা অঙাং অসি লৌহৌবনি। ঐগী অনীংবসি থুংদ্রিঙৈদা ঐগী ব্রাখল চরাঙনহল্লক্তে খনগনু।"

"লাকপদা ঙায়রিবা, য়ূম অসিগী থোঙ-থোঙনাও মশক মুন্না খঙনদ্রিবা ঐঙোন্দা অসুক কল্লবা ব্রাহৈ অমা থাধরকপা অদুদা ঐ খনফম খঙখিদে। অদুবু খনখি মীওই অসিনা পাল্লিবসি করিনো হায়না। ঙসিদি মহাক্কী অপাম্বা চপ চানা খঙলে। অদুবু নঙগীসু নশাগী

ব্রাখল অমদি লৈফম থোকই। ঐনা খল্লিবদি, নঙ ককাগী অনীংবগা নঙগী ব্রাখলগা অমত্তা ওইনা মান্নবীরম্বা মসিনি।"

ইন্দোমচাসু অহাঙবা কপশিংদু পুরদুনা হৌগৎখ্রে। ইতোমতা ঙায়হৌরে। খবর অদুদা মীৎফম হোংদনা মুন্না য়েংই।

মালা করম্না চঙলকখিবনো খঙহৌদ্রে। ইনাক্তা ফমথরদুনা হংলকই, "ককানা করি হায়?" ঐহাক পাউখুম পীনীংদ্রে তূমিন্না লৈরে। অমুকসু হংলকই, "চৈব্রা?"

"ফত্তবা থবক তৌবসু নত্তনা করিগী চৈগনি? অদুবু ঐগী ব্রাখল, খোঙথাং ককাগী অপাম্বা নত্তে হায়বা অসিমদি ময়েক শেংনা খঙলে।"

"নখোয় ককাগী ব্রাখলসিবু করিনো?"

"ঐগী ইশাগী ব্রাখলনা পামজনা শেমজবা লম্বীদা চৎহন্নিংদে। মখোয়না খূদোম্বীনা থিল্লিবা লম্বী অদুদা ঐগী মায়ওন ওলহনবা পাম্মী।"

"মতমসিগা ওন্থোক্লা চানখিদ্রে।"

মতোমতা অমুকসু হায়জে, "তারবদি ঐ লোইরে।"

"ঐসু ঙসিতা খঙলি, ঐগী মরুমদা মখোয়না চাউরবা আশা কয়া শাগৎলি হায়বা। ঐনা লৈরিবসিদি মিনুংশিগী পোন মনুংদনি। চাউরবা সংসার অমগী মখাদা নহানমখৈ ঐনা লেঙ ওত্তুনা চৎলিবোই খল্লুই অদুগদি পীক্লবা শারঙ মনুংদা ঐনা চেন-চোংদুনা শান্নবা ওইরম্লে। অদুবু ঐ পোন মনুং অসিদগী অচৌবা অহাঙবা সংসারদা পাইথোক্লিংই।"

ইন্দোমচাসু চঙলক্তুনা ফম্বা য়াওররে। ব্রারী মথঙ-মথঙ শানরে। মালানা তাঞ্জা চানা হায়রকই, "থোইবীবু ঐখোয়না পূক্লিং থৌগৎপীফম থোক্তব্রনে, ইন্দোমচা? মী অমনা হেক তৌবা য়াবা থবকসু নত্তে।"

ইন্দোমচানা ব্রাখল তৌনা হায়রকই, "য়াম্মা চুম্মী। মাগী ককাগীসু অনীংবা অমা লৈজবনি। ইরিবদু ফত্তে হায়বগী ব্রাদি নত্তে। মচিং ফত্তবা মাগী ককাবু ঐনা করম্না লোয়নরকপা, ইচম চম্বা পুন্সি নত্তে। য়াদ্রিবা অদুগী মায়োক্তা অঙম তান্নববুদি 'হাউ টু সোল্ভ' হায়বসি হান্না খনগদবনি। ঐনা হায়রিবসি লানব্রনে?"

মালানা তপ্না খুম্মী, "য়াম্মা চুম্মী, ইন্দোমচা।"

ইন্দোমচানা মখা তারকই, "থোইবীগী ব্রাখল, খোঙথাং করিসু লান্দে। অদুগা মাগী ককাগী অপাম্বা, অনীংবসু ফত্তবা নত্তে। অদুবু কদায়দনো অচৌবা অশোয়বা অমদি লৈখ্রমাল্লে। অশোয়বা অদু খঙনরকপা মীৎকূপ্তা করি ওইরক্কদগে হায়বসিনি ঐনা খল্লিবা।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মালাসু করি খল্লবনো তূমিন্না লৈখ্রে। তশেঙনা ইন্দোমচাগা ব্রা শাংনা ঙাঙনবা কনাসু ঙন্নোই। ইন্দোমচানা ককাদা লৈরমদ্রবদি ইমুং অসি করি ওইরমগদগে হায়বা লুবা ব্রাফমনি।

*****

## (৪)

একজামগী রিজল্ট লাক্লে। ঐনা শোয়খ্রে খনখিবা পেপর অদু ময়ামদগী মার্ক খরা হন্থরল্লে। অদুবু মদুনা মখা রিসর্চ তৌবদা থোইনা অকায়বদি ওইদ্রে। ককাগী অপাম্বগী মতুং ইন্না ঐগী রিসর্চ ৱর্ক হৌরে। ককাসু খরা পেঞ্জরমাল্লে। ইন্দোমচানা ৱারী তৌই, "ওজাগী মতাং চাবা লাক্লবদি নঙবু য়াওহন্দবা য়াদে হায়দুনা তামো শ্যামদা হায়রুবদা নঙগীনি হায়রবদি মহাকসু মতেং পাংনিংদুনা লৈরিবনি হায়রকমাল্লে।"

অদুবু ঐ পূক্লিং চঙখিদে। করিনো অমদা ঐগী পূক্লিংসে ইতাউ তাউবগুম তৌই।

আর্ট এগজিবিসন অমা য়েংলুসি হায়না মালা ঐখোয় অনী চৎলুই। হন্দক্তা নৌনা হাংলকপা আর্ট গেলেরীনি। য়ুরোপ্তা মতম কুইনা ফাইন আর্ট কলেজদা ওজা ওইদুনা লৈরিবা গোবীন্দগীনি। মালাগদি য়াম্না মুন্না খঙনৈ। মখোয়গী তামোচৌগা লুনা তিন্নবা মরূপ্নি হায়। তরু-তনাল্লি গেলেরীদু। ঐখোয়গী লমসিদদি খ্বায়দগী চাউবা গেলেরীনি। ঐ নুংঙাইখি কলাবু য়োকখৎপা পামজরবসু মসিগী মগুণবু থোইনা শকখঙনদ্রিবা ইরমদম অসিদা অঙকপা, ফজরবা তোঙান তোঙানবা লৈবাক কয়াগী খেন্নবা অয়েকপা লাই কয়া থমদুনা ময়ামগী পূক্লিং চিংশিল্লিবা আর্ট গেলেরী অসিগীদমক ঐনা চাউথোকচনিংই। অদুগা ঐবুসু তশেঙনা ঙাওহনখি।

ঐগী ইতৌ অদুদা মালানা হায়খি, "অরেম্বগী লাকমিন্নরুবা হায়বদু তারে। মসিদা অমুক হন্দক্তি ককানা ঐঙোন্দা তাইনবা শোয়ররোই।"

ঐনা নোক্লুনা খুম্মী, "ঐগা তিন্নরবনিনা খরা ঙাওমিন্নরসি কৈদৌগে?"

মালানা থুনা খূম্লকই, "ঙমজরোই, ঙমজরোই। নখোয় অইবীগী মতুং ইঞ্জবা।"

"অদুদি মরূপ হায়দোক্লসি হায়ব্রা?"

"অদুসু য়াদে। ঐজ্জা'মাগা অমুক্তং উনহনগে। হৌজিক্তি 'সিদা লৈতে। হেক হল্লকপগা পাউ লৌরক্কে।"

ঐখোয় অনী থোরক্লে। ঐহাক মালাগী পাউ ৱানা ঙাইবা তাখি।

অচীকপদা, উরুরিবা অয়েকপা লাইশিং অদুগা ঐগা ৱারী শাবা হৌরকই। ঐবু

তত্তনা খৃৎ পায়দুনা মফম অদুদা চিংখি। ঐগী অহাঙবা মতমদা মফম অদুদা ঐ তোয়না চৎখি। ঐগী পোত্থাফম মফম অদুদা ওইরকখি।

ঙসিদি ঐসু খরা ঙন্না ঐগী কাদা কাখৎলে। অমুক্তা থোক্তবা উদবা থৌদোক অমা ইমুং অসিদা থোক্লে। ককাগা ইন্দোমচাগা ঙ্রুং-ঙ্রুং ঙংনবা তারে। মরমসু ঐগী ওইরল্লে। নহান মালাগা ঐগা আর্ট গেলেরীদগী থোক্লকপদা ককানা উখিবনি।

ঐবু অঙাংলা? মখোয়না ঐগীদমক অসুক ব্রাবীরিবা করিগীনো? পৃক্লিংদা খন্না খন্না হীপ্লি।

ঙাইহাক লৈরগা ইন্দোমচা ঐগী ইনাক্তা চঙলকই। ফমুং মচীদুদা ফমথরদুনা হায়রকই, "ঐ কনাদা করি হায়গদবনো খঙদ্রে। নঙ ককানা নঙগী অনীংবদা অদুক হাক্লা পামদবা য়েৎপা করিসু লৈতে। তৌবতবু মাগী নীংজবদু কায়রগদ্রা হায়দুনা ব্রাজবনি।"

ইন্দোমচাসু ঙাইহাক তৃমিন্না লৈখি। ঐ তৃমিন্না তারুবা নত্তনা পাউখুম পীদ্রে। ইন্দোমচানা মখা তারকই, "নঙনা হেন্না ব্রাখল লৈববীনি। ঐনা তাক্কে, ঙাঙদে হায়দুনা ঙাঙলিবদু নঙসু তারিবদুনি। ঐঙোন্দা লোইনা তাইনবা অদুসু তাহনগনু। নঙ ককাগী অপাম্বা য়েংলগা নঙসু খোঙ থাঙবা তাবনি।"

ঐগী হায়নিংবা ব্রা কয়া লৈরবসু হায়রুদ্রে: অসুম্নতা খুম্মী, "ঐ ভাব তাজরে ইন্দোমচা।"

ইন্দোমচাসু ঙাইহাক ফল্লল্লগা কৃমথখ্রে। ইতোমতা ঙায়রবা মতম অসিদদি খনবা হৌরক্লে— পৃক্লিংদা ফাওরক্লিবা অপাম্বা অসিগা ককাগী অনীংবগা অনীগী লাপ্লবদু লংলা তিংদুনা ওন্নবা লাক্লরি। অদুবু ঐ খঙদে, ওনগদৌরিবা লংলা অসিনা ধোরিদা কয়াম শাংনা য়েৎলিবা।

*****

## (৫)

পৃক্লিংদদি খল্লি, চৎলরোই হায়না। অদুবু খোঙ অসিদি থাংদোকখি, মালা ঐখোয় অনীগী পোত্থাফম আর্ট গেলেরীদা।

মালানা হায়রকই, "নখোয় ককানা নঙবু অঙাং মচাদৌনা শেন্নরীবদুবু করিগীনো?"

"মখোয়গী মীৎয়েং অদুতা উবনি। অদুবু ঐ চুপ্পী লাক্লবা শগোল ওইবা ঙল্লোই। মসিনি লুরিবা।"

গেলেরীদু পান্নবা নুপামচা নোংদম্বসু ঐখোয়গা খঙনরে। মালা ঐখোয় অনীগী ফমফম অমসু শেমজরে। নুপামচা অদুনা চঙলক্তুনা হায়রে, "ইচেম্মা ঙসিদি ঐজ্ঞা'মানা উনসি হায়রকই।" ঐ নুংঙাইবনা ইশা অসি মথূম-মরাং হৌরকই। মতম ঙাইবা ৱাখিদে, মচু তাবা উরেরোম মচুগী ফিদুপ অমনা তনাল তনাল কোকখূম্লনা ইল্লদুনা ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙলকই। লমদম অসিগী মমিং লৈবী অইবীনি। য়াম্না চীং-লেমজবা অমা য়াওরি। হকথেংননা ৱারী অমুক্তা শানখিদ্রি। ঐগী মতৌ অদুদা মালানা ইঙ্গিৎ তৌরকই। ঐ খুরুমদুনা লাইবক কৎলি। ঐবু শক খঙবা কুইখিদে, হংলকই, "নহাক্কা থোইবী হায়রিসে?"

"মানি ঐজ্ঞা'মা।"

"ফরে, ফরে। মঙ্গল ওইয়ু। হৌজিক্তি অইবী ওইরবনিনা ময়ামগা শকখঙনবা তাবনি। নঙগী লাইরিক্কু পারে। অহানবা ওইবনিনা খরা অশোয় অঙাম লৈরবসু ফোঙদোক্লিবদু ফজে। মতুংদা হেন্না ফজনা ফোঙলগা লোইরে। নঙগী ৱারীগী থিম অদু মতমসিগা য়াম্না চানরি। ওল ইন্দিয়াগী ওইনা য়াম্না চাউবা আর্ট এগজিবিসন অমা তৌগদৌরি। তোঙান তোঙানবা থিমদা য়েকপা লাই কয়া পুথোক্কনি। নখোয় তামোনা নঙগী ৱারীদুগী থিমদু পান্নুরমাল্লে নঙগী অয়াবা লৌনিংই হায়। মমিংসু অদুমক থোনগনি হায়।"

ঐ হরাওখি। মোমোন নোক্তুনা অয়াবা পীখি। অদুদগী নোংদম্বদা করি করিনো তাক্লম্মী। চৎফমদা থারিবা গলিচা মোৎলি, নান্দে, উফুল থাংহল্লি অসিনচিংবা। ঐখোয়দা অমুক উনসি হায়রম্লগা পম্থরমদনা অমুক থোকখ্রে। চহী মতাং অদুদা মশা খীংনা উরিবী

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

নুপী অদো মৈতে নুপীনি হায়বদা চাউথোকচনিংবা পোকই।

মালানা হায়রকই, "অঙকপা ইমুংনি। মমাসু মচাসু আর্টতা ঙাওবা ঙাক্তনি। মখোয়গী য়ুমদু 'হোম ওফ ড আর্ট' কৌবা য়ারবজাৎনি।"

ঐনা নুংঙাইনা শোনখি, "মালা, সংসার অসিদি য়াম্না পাক চাউপ্রবা মপান নাইদবজাৎনিদনা।"

মালানা নোক্নুনা হায়রকই, "সংসারগী ব্রাংমদদি য়ৌখিনুকো।"

মালানা মখা তারকই, "পাবুংদুনা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইবজাৎনি। নোংমা শক খঙনসি।"

হল্লকপগা ঙাইহাক পোত্থারগা ঐগী রিসর্চ ব্রার্ককী ইথৌদু অমুক য়েংই। ককাগী অনীংবা অসিতদি থুংহনগে খল্লি। অদুবু মাঙদা লৈরিবা অঙৌবা চে কলম্না ঐবু মিহৌবা পোকহল্লকখি। হাংদোক্লিবা লাইরিক্কী ময়েক ব্রাখলদা চঙদ্রে। ঐগী কল্পনানা ঐবু হুমদুনা মফম খঙদ্রবা সংসার অমদা পুগদবগী লাক্লরক্লে। মতাং অসি লাকপদনি ঐনা অরুবা ঈরোন্নুংদা লৃপ্তুনা শম্নদ্রবা ব্রাখলগী লংজিন থিরিবা।

তৌফম খঙদ্রদুনা মপান্দা থোরক্লে। হৈনৌ পাশ্বীগী খোইনিং অনীদু তৃমখুল তানখ্রমাল্লে মখোল তাখিদ্রে।

হাঙলবা অতিয়াদা হঞ্জিনফম খঙদ্রবা চেক্লা অমদি থাবলগী মঙালদা কোইপাই পাইরি। খল্লি— থাবলগী মঙাল অসিনা লাল্লি হায়সিরা? নৎত্রগা চেক্লা অসিবু ঙাওই হায়সিরা ?

অতিয়াগী অচীকপগা ঐগা ব্রারী শারিঙৈদা ইন্দোমচানা কৌরকই, "নঙবু তারব্রা? ঐ অমুক্তা থোক্লুখিগে।"

ইন্দোমচানা ঐবু য়াম্না কৌরবজাৎনি অদুগা থংননা তারকই পোষ্টতা কাংশি থীংবগী মখোল... কাং... কাং... কাং... ।"

ইন্দোমচা মৈরা পায়দুনা থোকখিবদু মথক্তগী উই। অদুদগী মীয়াম তিনবগী মখোলনা সড়ক অদু ইনিল নিলদুনা পৃম্লাং লাঙবা তাই। মরম করিগীনো খঙদ্রি। ঙাইহাক লৈতনা থোকপা থৌদোক অমদি শোয়দনা থোক্লম্লগনি খল্লি। কয়াম কুইননো ঐখোয়গী লমদম অসিনা অসুম্না চরাঙনখিগদবা?

অসুম্না খন্দুনা কয়াম কুইনা লেপ্লুবনো খঙদ্রে। থাবলসু মমি শেংনা ঙাল্লমদ্রে। ইন্দোমচাগী মৈরাদু থাউ য়াওদ্রমাল্লে মৃৎলগা চঙলকই। অদুগা নিল্লম্বা

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মীয়ামগী খোঞ্জেল অদুসু ইচীক চীকখ্রে। ককাসু শুমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "মীনা লম্বী লমজাওসি শীক হেক থনবা জাৎনি। নুপী ঐখোয়নবু খিত্তুং থেঙথরম্লবদি নুপামচা অনীদু মখোয়গী খূত্তা তাপ্লগদবনি।"

ককানা ঙাঙবসু তায়, "মীনা গাড়ি চ্যেক তৌবদুবু... কাংশি হেক থীংজিল্লদুনা... ভাব মেন্দি ইতা হেক তানদনা।"

ইন্দোমচানা খুম্মী, "ইস! অদু ফাওবা কীৎ কীৎ নমদুনা হংইবনি। অঙাং অনীদুদি মখোয়গী মতৌ অদুদদি খূম্ফম খঙদ্রে। অদুদদি গাড়ি কাখৎলু সিনিদনা। মখোয়না ফানিংবা মীসিদি অঙকপনি।"

ঙাঙনা ঙাঙনা ইন্দোমচা চঙখ্রে। ককানা হায়হৌই, "লৈবাক অসিগী ঈরাং মতা অসিদি হিংববু তনশিল্লক্লে।"

অতিয়াদা য়েংখৎলুবা মতমদদি মহৌশাগী ফজবনা নোংদোলথক অসিদা শন্দোক্লুনা লৈরম্লে। খেন্নবা! মালেমগা অতিয়াগা কয়া খেন্নখ্রবনো? মালেম্না চৈনা খাঙনা কপ্লি। অদুগা অতিয়ানা মোমোন নোক্লি।

*****




(৬)

মালাসু মাগী থবক্কী অরাপ্পা মফম অমদা চৎখ্রি। ইতোমতা তৌফম খঙদ্রে। লাইব্রেরী চৎসিরা খন্না গাড়ি থৌরকপনি অদুবু করম্মনো গাড়িনা আর্ট গেলেরী মমাঙদা চপ লেপ্পকপদা জ্ঞান তারকই।

পাবুংনা হান্না উখ্রমাল্লে। কৌরকই, "নতোমতরা। চঙলকউ।" মখা তারকই, "নোং-নীনিসি নঙ লাক্তরে হায়না খল্লম্মীবনি।"

খঙদে, করম্মনো মখোয়গা ঐগা অসুক নক্না শকখঙনরুরিবসিনা। মশক খঙদবা মরী অমনা ঐবু অসুম অসুম পুনশিল্লকখি।

ঐজ্ঞা'মাসু মনুংগী কাদগী থোক্লকই। হরাওনা কৌরদুনা হায়রকই, "লাইসু য়েকপা লোইরে। য়েংখ্রো।"

ঐজ্ঞা'মাগা লোয়ননা থংনবা কা অমদা চঙম্মিল্লে। তুং ওম্থোক্তুনা ফল্লিবা নুপা অদু মথৌ চিল্লম্মী। য়েকপা লোইদ্রিবা লাই অমা মচু শঙলম্মী। ঐখোয়গী খোঙথাং মখোল'দুদা য়েংথোরকই।

ঐজ্ঞা'মানা ঐবু শক তাকই। অদুগা নুপা অদুবুসু ঐঙোন্দা শক তাকই। মহাক অফাওবা লাইয়েকপা গোবীন্দনি। ঙাইহাক্তি ঙকচান্ননা য়েংখি। নুপা অদুসু ঐবু য়েংবদা মখূত্তগী তুরি তাখিবা খঙজদবগুম তৌখি। অদুদগী ঐবু তরাম্না কৌদুনা শক খঙনবা হায়বদু ওইরে। ৱারী ৱাতাই শানরে। ৱা খজীক্তং ঙাঙবা মীতানি। মাঙদা লৈরিবা পাক-চাউরবা ফ্রেমদু হাইদোক্তুনা ঐবু য়েংহল্লি। ঐনা ইবা ৱারী অদুগী থিম লৌরগা য়েকপা লাইদুনি। ঐ ঙকখি। পুথোক্লিবা শক্তম অদু ঐগী ৱাখলগা চাশিন্নখি। অসু ক ফজবা পেন্টিং অমা ঐ উখিদরি। খেন্নবা মচু খূয়েক কয়ানা উৎলিবা অর্থ শন্দোক্না হায়দুনা খঙহল্লি।

সমাজ অসিদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা জাতিশিং তাকপা মচু... মখোয় মশেল য়েংথীনবগী, লান তৌবগী মীশি-মীনা উৎলিবা মচু খূয়েক... ময়াম অসিবু থেমজিল্লিবা শান্তি, অচুম্বা হায়বা অসিনা ময়াইদা অঙৌবা মচু শীজিন্নদুনা উৎলি।

ঐনা হায়খি, "ঐদি চুম্না পামজবতনি। নুংগী ওইবা অর্থদি খঙবা নত্তে। অদুবু

অদোমগী অয়েকপা লাইসি উরুবদা তশেঙনা শুমহৎখ্রে।"

তামোনা হায়রকই, "নখোয়না অসুম্না ইরকপা অসে থাগৎনিংই।"

মীৎকুপ অদো ঐহাক থম্মোয় য়াওনা মোমোন নোকখি।

হল্লক্লগা ককাগী মশক উবা মতমদদি ঐগী হরাও তয়াম্বা পূম্নমক মাঙখিবগুম তৌই। কল্লবা লীপুন অমনা ত্রক-ত্রক ফাজিল্লকই। ফাজিল্লক্লিবা অসিনা চেৎমনখিদুনা ইশাগী খোঙথাং অরানবনি হায়না খল্লকপসু য়াওরকই। তাঞ্জা অসি শাফু কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা ঐগী পুক্নিদা হুল্লকপনি। ঐগী থৈদোক্লবা মফম কদায়দনো? মসিবু মায়োক্লবা ঙমগদ্রা? মসিদি লাপ্না নাথৈহনখিবা তাবনি। ঐ খঙই– মসিনা ঐগী অশোনবা অদুতবু নৈখায়দুনা পুখিনবা হোৎনরক্কনি। অদুবু হায়রকখি লোন্না কনাগুম্বা অমনা 'মদু অচুম্বনি। অচুম্বনি।'

মালাসু হল্লক্লে। থাজদনা অয়ূক ঙন্না মালাদু মায়থোঙ মকা লাম্না লাকই। শুমাঙদা খুনু চেঙ পীজরিবা ককাগা ব্বারী শানখি অদুগা পন্থদনা ঐগী কাদা কাখৎলকই।

ঐনা হংই, "নঙগী থবক্তুবু সক্সেস ওইরব্রা?"

মালানা মাগী হৈনজবী মতৌদু তৌরদুনা ঐবু লেঙ্গোন্নরদুনা হায়রকই, "ঐনা চৎপা থবকপু মায় পাক্তে হায়ব্রা?"

ঐখোয় অনীগী লেঙ্গোন্নবা মতৌসে অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুলদগী তৌরক্লবনি। মসিগীদমক ওজানা চৈনা কয়াসু ফৃখ্রবনি। ঙসিসু হৈনবী অসে মরক মরক্তা হেক-হেক নীংশিংলকই।

মালানা মখা তারকই, "নুপী ঐখোয়সে ফাজিন পুনশিনমন্দুনা সংসারগী অশেঙবা মশক উবা ফংদ্রবনি। খোঙচৎ অদু য়াম্না নুংঙাই। ফজবা মফম কয়াসু য়েংলকই। অশংবা চীংশাং পরেং উবদা নঙবু নীংশিংই।"

"তাল্লবা লমদম অদুদা ঐবু নীংশিংবীবা অদুনা হেন্না পেঞ্জরে।"

অদুদগী মালানা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই, "অদুবু ঐখোয়না থৃঙ্গংদা ফীল্ড ব্বর্ক চৎপদা মান্নবা অমখক্তি থেংনরকই 'নুপী পোকপদা হরাওবগা নুপা পোকপদা হরাওবগা অনীগী খেন্নবা। মসিমতংদি ঐ পেনখিদে। মখোয়গী ব্বাখলদা নুপা হায়বসে অরংবা সনাতনা য়োম্লগা শারকপগুম উরব্রা?"

ব্বুমেন এন্দ চাইল্ড ব্বেলফিয়ার এসোসিএসন হায়বা এন জি ও অদুগী থৌবুরেল ওইনা চৎলুবা খোঙচৎনি।

মালানা মখা তারকই, "ঐদিনে শমকাসে নুপাদৌনা তেন্না কক্তুনা চৎনিংলক্লে।

নুপী মান্নবা হোৎনবসে ঐখোয়বু শোম্থনা উহল্লি।"

"অদু ওইহরগদি নুপীগী শক্তমসিবু করি ওইনা শক তাক্কদগে? মহৌশাগী লৈজরিবা শক্তম অসিবু থুগায়বনা চুল্লিব্রা?"

"ইশাগী কোমগদবা নুংঙাইহগদবা মওং য়েংলগা অহোংবা লৈবদি অরানবা ওইরোই।"

"ফনা হায়দুনসু নুপী হায়বসিগী মশক অসিবু মাঙহনখিবদি পামদে। নুপীগী শক্তমসে পূজা তৌরিবা লাইরেম্বী ওইনা লৈহন্নীংই। ঐখোয়না ফৈজোম শেৎলগা নুপা শাবদি মাল্লি হায়নবদি য়াই অদুগা অশেঙবা নুপাদি নত্তে।"

মালানা নোক্তুনা হায়রকই, "নুপীদি নুপাগী ননাই নুপীনিকা হায়নবদুদা য়াজনিংবগী ব্রারা?"

"ব্রাহৈ অদু য়াম্না পাম্লুবগী ব্রাদি নত্তে। ব্রাহৈ অদুদা য়াওরিবা ফজবা অদুদি মাঙহন্নিংদে। ঐখোয়না নুপা ওইবশিংবু পূজা তৌবগুম নুপীশিংবুসু মখোয়না পূজা তৌবা য়াই হায়বসিমদি খঙহনবা তঙায়ফদে।"

"অদুনা নখোয়গুম্বীগী ব্রাখলনি। নুপানা খোঙকাপ অমা থাংবদা ঐখোয়না অনী থাংবা ঙম্মী হায়বসু খঙহনসি।"

"করিসু কায়দে। অদুবু খোঙকাপ অনী থাংনবগীদমক্তা নুপা ওল্লুবগী কান্নবদি লৈতে। নুপীদি নুপী ওইনা অদুম থাংসি।"

মালানা নোক্তুনা হায়রকই, "ঐনা অমুক্তা ঙমগে খনবসে হেক ঙমহন্দেদা।"

মতৌ অদুদা ঐসু নোক্লিংদুনা নোক্লে।

ঐনা অয়েকপা লাই অদুগী ব্রারী তম্লুবদগী মাসু য়েংনিংই হায়দুনা লাকমিন্নরে।

চঙখিবদা নোংদম্বনা হায়রকই, "ইচেম্মা মালাদি কুইরে উখিদবা, কদায়দা লেঙবীরুরবগে?"

মালানা নোক্তুনা খুম্মী, "সিনিনে, মীয়ামগী সেবা তৌবা মী হায়রিসে। অমুক-অমুক শক লোৎপা তাবনিনে।"

নোংদম্বনা হায়রকই, "তামোসু লৈ।"

মালা ঐখোয় অনী চঙলে। তামো পূক্লিং চঙনা লাই য়েক্লম্মী। অদুবু য়েক্লিবা লাইদু উবদা ইতোমতা শাউনিংবনা লোইরে। ঙাইহাক লেপ্তুনা মুন্না যেংদুনা লৈরে।

তামোনা হায়রকই, "নখোয় অনীবু হংলম্বতা ঙায়রিবনি। মালা কৈদৌঙৈ ইম্ফালদা য়ৌরকই?"

"ঙরাং থুংলবনি।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

ঐনা হংখি, "নুপীবু অসুক অফা অপূন্ননা য়েকপীরিবা করিগীনো ?"

ঐগী ব্রাহং অদুদা তামোদু খরা ঙক্লা উখি। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। অদুগা মোঙ-হাদনা তপ্না খুল্লকই, "য়েংবীরিবা অদুবু চুন্নব্রা?"

"ঐনা খঞ্জরিবা উজরিবা মীৎয়েং অসিগা তামোগা খেন্নরম্বসু য়াই। অদুগা য়েক্লিবা লাই অসিদি তশেঙনা য়ানিংদে।"

তামোনা তপ্না হংলকই, "নুপী হায়বসে কয়া য়াম্না মশাবু নীংতম্বা ফংজরবগে?"

ব্রাহৈ অদুনা ঐবু হেন্না শাউনিংহনবা অমা পোকহল্লকখি। অদুবু লাইদু য়েংল-য়েংলগা ঐগী শ্বর ফুনগৎলকখি।

য়েক্লিবা নুপী অদুগী মচিনসু পুনশিনবীরবা, খূৎ অনীসু তুংদা পুল্লি, খোঙদসু য়োৎহুিং থাংলি অদুগা নমদসু অরুম্বা নম্নো অমা থোঙ্গৎলি।

ঐগী খোয়শাওনবা মতৌ অদু তামোনা খঙবগুম হায়রকই, "ঐগী এক্সপ্রেসন অসিদা অদোম য়াম্না খোয়রাংলমাল্লে। ঐগী লাই অসিবু লাল্লি হায়বীরগদি, ইশাগী অফা অপূন অদু হান্না থদৎপীখো অদুগা কোন্না ঐগী লাই অসিদা শাউবীয়ু।"

শাউনিংবগী মথক্তা ঙকচান্ননা মহাকপু য়েংলি। মালাদি করিসু খন্দবা মাল্লি। মানা তৌগদবা অমা তৌবদুনা ফল্লি। ঐদি মশক খঙদবা করিগুম্বা অমনা ঐগী পূক্লিংবু নৈখায়বা হৌরকই। নৈতানা ফম্বা ফাওবা ফম্নিংলক্তরে।

তামোনা মশাগী নাপল অমগা লোয়ননা হায়রকই, "নখোয়না ফনা কন্না হোৎনদুনসু ঐখোয়গুম ওইবদি ঙম্লোই। মবমদি নখোয়দা 'মমা' হায়বা মশক অমখক য়াওরি। মসিবু নখোয়না মাঙহল্লগে হায়রবদি খঙদ্রে। মপান্থোংগী খোঙথাংদা নুংগী মশক মাঙহল্লবদি মদু মীনম্বনি।"

শাউনিংবা ফাথরদুনা হংখি, "য়েকপীরিবা নুপীগী শক্তম অসিবু অচুম্বনি হায়বিরিব্রা?"

"অচুম্বা নত্তে হায়নিংলিব্রা?"

"মসিদি নমদুনা ফাজিন পুনশিনবীবনি।"

"উম, মদুসু ওইবা য়াই। নৎত্রবদি নখোয়না মনীং তম্না থাংখিবা খোঙথাং অদুনা সংসার অসি করি ওইরক্কনি খঙবা ঙমদে।"

"মদুদি পূকচেল পীকপনি।"

"নত্তে, তুংগী, সমাজগীদমক খনবনি।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মহাক্কী মায়থোঙদা করেম্নবা মিনোক্কী মমি তারি। ঐ শাউনিংবনা তৌফম অমা খঙলক্তরে।

মালানা হায়রকই, "অতাবা ঐ কোক ঙাওরে।"

তামোনা হায়রকই, "মসিদা মরৈ য়েৎপবুদি কোক ঙাওবনা ফবসু লৈ।"

অচুম্বা শানিংলিবা মহাক্কা ঙস্মী হায়বগী পোঙজরিবা মতৌ অদুনা কুইনা ফমথনিংবগী হৈনিংবা ফাওদ্রে। ঐখোয় অনী চৎনবা হৌগৎলক্লে। তামোনা হংহৌই, "কৈদৌঙে লাক্কনি?"

মালানা খুম্নম্ল্লা খুম্নমদব্রা ঐদি মাঙ থাদুনা থোরক্লে।

হল্লক্লগা ইন্দোমচাগী মতেং পাংলম্নগা মপান্দা থোরক্লে। ঙসাই উরুরিবা নুপীগী শক্তম অদুগা তামোগী ৱাহৈ খরদু নীংশিংলি। মতীক চাবা পাউখুম পীরমদবগী ইতোমতা খোয়রাং খোয়শাওনরকই। পাউখুম পীনিংবনা ইশা অসি লৈফম চাফম খঙলক্তরে।

মতম খরা হৌখ্রে। ঐগী ইগদবা তৌগদবা থবক গৌরমদা পৃক্লিং চঙদুনা খোয়শাওনবা অদুদি নেমথখ্রে। মথঙগী লাইরিক অসিগী ঐজ্ঞা'মা উনগে খনবদি কুইরে। অদুবু ফরক তাদুনা চৎথোকপা শংদ্রি।

ঙসিদি ৱাখলসে খরা নুংঙাই, আর্ট গেলেরিদা চৎলুগে খন্দুনা থোরক্লে।

ঐনা চঙখিবদা নোংদম্বগা লোয়ননা তামোদু থবক তৌমিন্নদুনা লৈরম্মী। ফীভমদু ইনান নাল্লমদে। নোংদম্বনা হায়রকই, "ইচেম্মা লাক্লবদি ঐজ্ঞা'মানা ঙাইবীরম্মু হায়বনি।"

অদুবু ঐ নোংদম্বগী ৱাহৈদু মুন্না তারুদ্রে, মরমদি অনৌবা অয়েকপা লাই অদুদা মুন্না য়েংদুনা লেপ্লি। খেন্নবদুনি মীৎনা উবিবসি! য়েক্লিবদু নুপীনি, অফা-অপুন লৈতবা, ফজবা, চীং-লেম্বা সংসার অসিবু শুমদুনা পুবা ঙস্নী গুণ কয়া হাপ্তুনা য়েক্লিবী নুপীগী শক্তমনি।

তামোনা নোকফেৎ তৌনা কৌশিল্লকই অদুগা হংলকই, "ঐনা য়েকচরিবা শক্তমসি লাদ্রেকো?"

ব্যবহারগা লোয়ননা হায়রকপা ৱাহৈ অদুনা ঐবু ইকায়হল্লরে। অদুবু নুংঙাইবা অমদি ফাওরকই। নোংদম্বনা ফম্নবা ফিদা অমা থাংজিল্লকই। ঐহাক ফমথরে, অদুগা খুম্মী, "নুপীগী অশেঙবা শক্তমদি খঙবীরিদনা।"

তামোনা হৌনা নোকথোরকই অদুগা হায়রকই, "মসিবু অচুম্বনি হায়না লৌরিব্রা? মসিদি নমথাক্লি, শাশিন্নবনি, লাং থাক্লিবনি।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

হংগে খল্লম্বা ব্রাহং খনাউদা পনখ্রে। ব্রাহৈশিং অসিনা ঐবু খংপ্রেক খংহনবগুম থোকখি। মতীক চরবা মীশক অমগী মচীন্দগী ফোঙদোরক্লিবা অসিবু চিন্দা পাউদানবা তারিব্রা? অদুবু পেন্দবা অমদি ঐঙোন্দা ফাওরে। করি করম্না হায়সিগে খল্লিঙৈদা তামোনা হায়রকই, "নখোয়না ওইনিংবদি হেল্লোয়নি। সমাজ অসিদা শক লোৎলগা নুপাশিংবু পুনিংবা মায়কৈদা নখোয়না পুই। মদু য়াদ্রগনা শাউই। ফোংনা নুপীগী রাইট ফংহনগদবনি হায়না লাউই। নৎত্রা?"

হান্না ঙাইদুনা লৈরম্বগুম ঐঙোন্দা হেক্তা হায়রকপা অসিদা তশেঙনা ঙকখ্রে। ব্রাহৈশিং অসিগী মরুমদা লোৎলিবা অর্থদু খঙনবা লংজিন থিরি।

তামোনা নোকফেৎ তৌনা মখা তারকই, "ঙসি শেৎলক্লিবা ফিজোল, ওইরিবা নহাক্কী শক্তমসে মহৌশাগী অচুম্বদুদি নত্তে।"

মীৎকূপ অমা ফাওবা খন্থরুদবা ব্রাহং অদুনা ইশা ইতোমতা অশোয়বা য়াওরব্রা হায়না চিংনরক্লে। মিংশেলদা উবগুম ইশাগী শকওং-শাদা মাঙদা চোংথোক্লুনা লেপ্লবগুম উরে। শেৎ চারিবা ফিজোল অসিনা তয়াং তয়াং ইশাবু খীং-খীং লাউজবা মওং অমদি ফাওই। শন্নাংসু মনীং তম্না থাদোরকর্পনি। থোইনা কেরুবা নত্তে। ঙাইহাক্তি পাউখুম পীরুদনা তূমিন্না লেপখি।

মহাক্না মখা তারকই, "কনাগুম্বগী পূক্লিং চিংশিন্নবা শেৎ চাবনি হায়বসিদি লাল্লোই।"

ঐ খংশাউ শাউনিংলকই। লাইয়েকপগী হৌনবা মীশিংসে অয়েকপা ওইনা লোইনা উরবা জাৎলা? অদুবু মহাক্তি মকা লাম্না মোমোন নোক্লুনা হায়রকই, "নখোয়না পাল্লিবা খল্লিবা অদুগী হায়রবদি নখোয়সু নুপাগুম্না শেৎ চাবনা চুম্লবনি।"

ঐ তূমিন্না ফম্বা ঙম্লক্তরে। পাউখুম পীনিংবনা খনাউ অসি ফুনগৎলক্লে। অদুবু তিন য়োৎথদুনা খুস্মী, "মহৌশা লাইরেম্বীনা শেম্বীরকপা নুপী অমগী শক্তম থুগায়বদি অচুম্বা নত্তে। ইশাগী ফংফম থোকপদু ফংনবা হোৎনবদা ঐখোয় নুপা ওল্লুগদবা নত্তে।"

খোঞ্জেল মেঙলবসু থোরক্লিবা ব্রাহৈ অদুদা হেন্না থব্রায় য়াওনা য়েংলকই অদুগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি নুপীদি মপূরোইবগী তুংইনবীনি হায়বদা য়ানিংদ্রিবসি করিগীনো?"

ঐ শ্বর অমা চনীং তানা হোনবা ফংলে। ফুনগৎলুবা ময়ামদু তপ্না নেমথখ্রে।

ঐনা মখা তারুই, "নুপীগী ফজবসিবু মপূরোইবগী তুংদা লেপ্লগা উরিবা ফজবা অদুখক্তরা? মান্নবা লৈমায়দা অমুক্তং লেপহনসি অদুগা মদুদগী থক্তোরকপা মঙালদু

য়েংনিংই।”

তামোনা চন্না নোক্তুনা হায়রকই, “ওহ! অদুরা।”

ব্রা মখা তাদনা তূমিন্না লৈখ্রে। অদুবু ঐদি হেন্না ঙাঙনীংবা পোকহল্লকখি। হন্না য়েংথোরকপদা ঐজ্জা’মাগা পাবুংগা চঙলক্তুনা লেপ্লরে। ঐ তূমিন্না লৈবা তাখি।

*****

## (৭)

কদোমদনো ঐনা লমফাংননা চৎলিবসিনা? খঙনা খঙনা ইশাগী ব্রাখলসে লাকশিঞ্জবসু ঙমদ্রে। পুন্সিগী শক্তমসু অসুম অসুম ওল্লকই। ঐগী হৈনৌ পাম্বী, ঐগী অব্রা নুংঙাই পুন্সিগী ব্রারী লীফমনি। মাগী মতম হায়বদু য়ৌরক্লমাল্লে। হৈনৌ মপান্না পূময়োম য়োম্না শাৎলল্লে, ঐ ইঙক ঙক্লুরে।

থাবল মঙালনা ইরং লংলি। ঐগী তুংদা ইন্দোমচা তৃমিন্না লেপ্লম্বদুদা হাইরপ খংলুরে। ঐগী তম্পাক্তা ফোটো অমা থম্লদুনা হায়রকই, "মশক খঙব্রা য়েংঙু।"

পুন্সিদা অমুক্তা উখিদ্রিবা মীশক অদুদা মুন্না য়েংই অদুগা হংই, "কনানো ইন্দোমচা?"

ইন্দোমচানা তপ্না হায়রকই, "ইতৈ ইবুংঙোনি। নঙ ককানা ফোটো পূম্নমক নঙবু উদনবা লোৎশিন্দুনা থমখিবনি। থায়নগী উপু অমনবদু লোইশিনবদা থেংনরকপনি। হৌজিক্তি খঙলবসু করিসু কাযদ্রে।"

ঙসিদা শকখঙনরিবা ফোটো অদু লৌখত্তুনা য়েংই। ঐনা জ্ঞান তারকপা মীৎকৃপ্তুগী মীওই অনীখক ঐগীনি হায়না উজরকই-- ককা অদুগা ইন্দোমচা। ঐ মখোয়গী মচা নত্তে হায়বা স্কুল চৎলবা মতমদা খঙলকই। অদুবু ব্রাহং অমত্তা হংবদি ঙমখিদে; মখোয়গী মিনুংশি অদুনা ব্রাহংসু কাউহনখিবনি। ইমাগী অরোয়বা মীৎকৃপ্তা ইমাগী শকফম অমুক্তং উবা ফংজহৌই। মদুসু ককা খণ্ডহন্দনা লোন্না ইন্দোমচাগা তান্নরগা চৎলুবনি। ঙসি ফাওবা ব্রাফম অসিমদি ককাদা মীনম্লিবনি।

ইন্দোমচানা হায়খি, "নঙ ককাদা মীনম্লবসু নঙবু ইচেগী মশক উহলহৌদবা হায়বসে নঙ ককানা তৌজরিবা ময়ামসে অরেম্বা ওইরকপসু কনানা খঙবা! অদুগা ঐনা নুপী ওইরব্বনিনা ইচেগী মৈচাক ঐঙোন্দসু ফাওই। নঙ ককাদি অসি য়ৌনা খন্থবা নত্তে।"

নুমিৎ অদুদা ঐনা উখি-- ইন্দোমচাগী অতোপ্পা গুণ অমসু।

ঐহাক ফোটো অদুবু মুন্না য়েংবা নত্তনা ব্রা অমত্তা হায়রুদ্রে। ইন্দোমচানা তপ্না ব্রারী লীরকই, "ঐনা য়ুম অসিদা লাকপা মতমদা ইতৈ'বুংঙোসু ইচেসু লৈরমদ্রে। পীক্লিবা নঙবু ঐগী তম্পাক্তা শুম্লকখিবা মীৎকৃপ অদুদগী নঙবু ঐগী ইচা ওইনা খনখি। নঙনা তাইবং

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মীরোল লোল্লকপা মতমদা তম্বীখি, 'ককা ইন্দোমচা' হায়না। ঐনা খনখি— ঐনা অসি য়ৌনা লুনা নুংশিজরিবা অঙাং অসিনা ঐঙোন্দা 'ইমা' হায়না কৌহন্দ্রিবসি? মসি করিগীনো খন্না পূক্লিংদা ব্রারৌখি। নঙনা অহানবা স্কুল চৎপা মতমদা ইতৈ'বুঙো অমদি ইচেগী মিং ওইনা ইখি। মতম'দুদা নঙ ককানা হায়খি, 'থোইবীবু ঐগী ইচা ওইনা মুন্নিংবা নত্তে। মশা-মশাগীতা খনবা মখোয় অনীবু ঐনা চৈরাক পীনিংবনি। শাশিন্নবা মিং ঐ পামদে।"

ইন্দোমচানা মখা তারকই, "নঙ ককাগী ব্রাখল অদুনা ঐবু হেন্না লুনা খলহনখি।"

ইন্দোমচানা চে অমা শিন্নরদুনা হায়রকই, "ঙসি নীনি হুমনি শুরে, চিঠিসি লাকপা। নঙগী ককানা য়াদদুনা নঙোন্দা হায়দবনি। ঐনা ব্রারী কয়া শাবদগী পীবনা চুম্মী খল্লমাল্লে, নঙোন্দা পীস্ত্রো হায়রকই।"

চেদু পীরম্লগা ইন্দোমচা কৃমথখ্রে। মথূপ কায়দ্রিবা চিঠিখাউ অদুদা মুন্না য়েংই। হৌখ্রবা শাংলবা মতম অসিদদি ঐগী মীনি হায়দুনা ককা ইন্দোমচা নত্তনা কনাসু উরকখিদ্রি। ঙসি খঙহৌদনা ঐগী মরী-মতা অমা চোংথোরক্লিবা অসিবু অশেঙবা ঐগা মরী লৈনবা মীশক হায়বদু ওইহনগদৌরিব্রা? মনুংদনা করি হায়না ইরমগদৌরিবা? ঐহাক পানিংবগী খোয়রাংবা পোকখিদে। অদুবু মাঙদা লৈরবনিনা পারুইঃ

ইপাগী ইবেম্মা,

ঐ খঙই। নহাক চিঠিসি ফংবদা শোয়দনা শাউনিংবসু য়াই। অদুবু মপা অমা ওইনা মচাদা হায়নিংবা ব্রাহে অসি হায়রমদনা চৎখ্রবদি ঐহাক খৃয়া তুশিৎনা শিবা ফাওবা ফংলরোই। মপা অমা ওইনা মচাদা লাল্লবা মীশক হায়বদু ওইরবনি। অদুগা নঙবুনা মপা-মমানা নাউকোনবা ফংজদ্রবী ওইহল্লবনি। পূম্নমক অসিবু লাইবক্তা তাইনবনা চুন্নিব্রা? ব্রারী অসে মপা অমা ওইনা মচাদা লীরবনি।

নঙগী ইমাবু ঐনা নুংশিজবা খঞ্জবদি ঈশ্বর মহাক্তনা খঙলমগনি। শাগৈ জাৎ অচৌবা, মতীক মগুণ লৈবী নঙগী ইমাবু ঐনা মিতাজরুবগী দন্দীনি ফংলিবসে। অদুগা মহাক্তি শক্তী নাপল তৌবী, অরঙবা ফৃরা দলান মিহৌবী ওইম্লে। ঐগী ব্রা মহাক্লা সুক্তা তাখিদবনি।

লাইবক লৈতবদগী কারবারগী শেল য়াম্না মাঙখি। মহাক্কী মরল য়াম্না শোকখি। ঐনা হেক হেক য়ুমথুংফম ওইবা ইমুং অমা গুৱাহাটিদা লৈ। ইমুং অদুগী লৈত-লায়রদা ঐনা মতেং খরা পাংই। শেরান্ননা লৌবা পাউদগী মাগা-ঐগা পুক্সিগী শমজিন্নবা য়াদ্রবা লৈই অমা চিংখিবনি। নঙগী ইমাগী অথোই নাপনগী ব্রাঙাঙ অদুদা ঐসু অশাওবনা মরম

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ওইদুনা ঐবু নুপী অমা থিহনখি।

নঙগী ককানা ঐখোয় অনীমকপু শাউখি। নঙগী ককাবু ঐগী ইনাও ওইনা ফংজবসে মপোক অমগী কর্ম্ম ফরকপগী ফলননি হায়দবা ঙম্লোই। নঙগী ইন্দোমচাগী পাউসু তারে, নুপী অমা ওইনা অতাঙবীনি। নুপী হায়বসিদি মহাক্কুম্না গুণ চেনবী ওইগদবনি।

ঐগী পুন্সিদা ইহান হান্না নঙবু ফংজবা মীৎকৃপ্তা ঐগী থম্মোয় থূম্না নুংঙাইখিবা অদো ঙসিসু থম্মোয়দা মমি তারি। নমাবু থাদোক্লম্বদা নঙবুসু থাদোক্লম্বা তাখি। মসিমতংদি শেংদোক্লিংবনি-- মচা নুংশিবা খঙদবা মপাদি ঐহাক কৈদৌঙৈদা ওইগে খনখিদে। হক পূম্নমক নঙগী ককানা লৌখিবনি।

ঐগী পুন্সিদা মোমোন নোক্লা উখিবী নঙগী শকফমদু নত্তনা অতোপ্পা ইচা অমা ঐনা উজগে ফংখিদে। চহী অনী লৈমিন্নরবা মতুংদা মহাকসু সংসার থাদোকখি। অদুদগী ঐ তৌফম খঙদনা কোয়চৎ চত্তুনা ঙসি ফাওবা হিংলিবনি। কারবার তৌদুনা শেল খরা তানখিবদুনা পুন্সিবু ঙম্লিবা মখৈ পেন্নবদি হোৎনরি।

ঙসিদি ঐ অচীকপা মফম থিবা কোয়না চৎলিবনি। ফাওরবা মহাপুরুষশিংনা লিংখৎলম্বা শঙলেন কয়াদা চঙদুনা লেল্লুরে। ঐ লাইনীংবসু ওইদে, অদুগা মহাপুরুষ অমসু নত্তে। অদুবু ইশানা ইশাবু মশক খঙজরবা মীশক অমদি ঐ ওইবা ঙম্লে। মীওইবগী অশেংবা লম্বীদি 'ঐ' হায়র্রসি মশক খঙজরকপা মীৎকৃপ্তা খোঙ থাংদুনা চৎলিবা লম্বী অদুনা অচুম্বা ওইরম্লে।

নহাক্কী পুন্সিদা নশাবু চিংনবা লৈতনা রাখল তয়াং তয়াংনা হিংবদু ইপানা পাম্মী।

ঐনা হৌজিক লৈরিবসি খা-ভারতকী মমিং চৎলবা লায়েংশঙ অমদনি। ঐগী সেবা তৌবীনবা নর্স মর্তীক চানা লৈ। অদুবু নঙগী খুত্তগী ঈশিং লীক্লা অমতং থকপা ফংলবদি ঐগী মৈচাক অসে ঈংগনিদকো। নঙগী ককা ইন্দোমচাবু মীরায়গে খনগনু। ঐনা হায়নিংবদি নখোয় কনাসু লান্দে। লাল্লিবদি নখোয়বু ঐগী ওইনা ফংজৌ হায়না তন্নমদবা ঐগী লাইবক্লি।

নহাক্কী

অপোকপা,

অন্ধ্র প্রদেশ

চিঠিগী মরোল খঙলুরগা তৌফম অমা খঙদ্রে। ঙসি তারিবা অসিনা করিনো? ঐ

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মখোয়গীদমক্তা কপকদ্রা? ঐবু মিনুংশি খঙদনা হুন্দোক্লম্বগী শাউরুগদ্রা? লাম্লিবনা কনানো? চুম্লিবনা কনানো? হৌখ্রবা মতমদু ঙসি নৌহৌননা অমুক নৈনখিসিরা?

অদুবু অচুম্বা মশক অমদি উবা ফংলে। নুংশিবগী খমবন্নবদা ব্রারৌবনা হেনখিদুনা মরাল লৈবা মীশক ওইনখিবনি। য়ামদ্রবদা চন্নৈনবা পুক্সি অমা তরু-তরু উহল্লম্বগী মহাকপু অপোকপা অমা ওইনা তরাম্না ওকফমদি থোকই।

হৌজিক্তি ঐগী নুংঙাইতবা পেন্দবা করিসু লৈত্রে। ঐগী থৌদাং হায়ববু ককা ইংে দামচাগী খোঙলৈ য়েংনা খোঙ থাংবা মসিনি। মতাং অসিদনি ঐনা লম্মুক্লরিবসু। অতৈমক নৎত্রবসু ইন্দোমচাগী চাউখ্রবা সেক্রিফাইজ অসিবু ঐনা তরাই-তরাই উশিন্নদনা চৎখিবদি চুমগদ্রা? ঐগীদমক ইন্দোমচানা মপূকথোক্কী মচা ফাওবা লৈহনখিদবনি। পূম্নমক অসি খল্লুবদনি ঐনা কোক ঙাওদুনা হেক হেক হীপথরিবা।

ঙাইহাক উইথরুরে। মিকপ থোরকপদা অহীংগী পূং ২ তারম্লে। মপান্দগী করম্না ইমুং চঙলকখিবনো ভাব তাহৌদে। কাঙখলসু ইন্দোমচানা থাদবীরম্লে। মখা তানা মীৎ উইশিল্লু য়াদ্রবা অদুদদি লোংনা হীপ্লগা ব্রাখল মথঙ-মথঙ খল্লকই।

*****

## (৮)

মহৌশাগী খোঙচৎতি কায়বা য়াদে। ঋতু তরুকমক মাগী মাগী মতম কায়দনা মালেমদা শিন্থা পুরদুনা খোঙদারক্লে। বঙ্গোপ সাগরদগী হুন্নকপা নোং পুবা নুংশিৎনা চিংলোন লান্না পাইরক্তুনা হৈপাল-লৈপাল কয়াবু নৈখাইরক্লে। শাফৃ অসিদা ঐগী হৈনৌ পাম্বী অসিসু হাইনা হুম্না খাঙলি। যূম্না নাখন ওইদুনা অকনবা নোং-নুংশিৎতগীদি খরা মখৈদি কঞ্জে। পাম্বীসিদা মকোন শারিবা খোইনিং অনীসিনা মকোন্দগী খোংলকপা তাদ্রবদি লৈফম খঙদে।

খংয়ে য়ৈনা নোং চুরম্লগা খংলেপ লেপখ্রে। লেপ্পা লৈতনা পি শীম্বখ্রবা অতিয়াসু হৌজিক্তি তশেং তশেংলে। মপু মানা খোঙদারকদবা লম্বীদা অশেঙবা লাইজ খীক্তুনা শেংদোক্লগা সনাগী ফিরাংজি থারকপগুম নীংথিজরে মালেমসে।

তোর্ব্বান খঙদ্রিবা ঈপাক্তনি ঐগী হিনাও অসিনা তাউরিবা। লানগে খল্লিবা ঈপাক অসিসু পল্লেপফম খঙদবনি। ঈরোয়্নুংনা কয়াম লুরিবা? ঈয়াইদা থাজদ্রবা অকনবা ঈচেল থেংনরুগদ্রা? তোর্ব্বান্দনা করি লৈরিবা ? অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্তুনা মায়কৈ খঙদনা হিনাউ অসিবু হুমখিগদ্রা? নৎত্রগনা হলহৌরসিরা? তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা ব্রাংমগী পুন্সি য়েংবনা চুল্লিব্রা ? অদু ওইরবদি পুন্সি খোঙচৎকী অর্থ করিনো? ব্রাখলগা যৌদাংগা অনীগী মরৈদা খামদোকফম খঙদনা লৈরিবনি। ইন্দোমচাগী খোঞ্জেল তাবদা খৎনরম্বদু চপ লেপখ্রে।

ঐ নীংশিংলক্লে, ঙসি ককাগী মরুপ অমা লাক্কনি হায়দুনা চাক-ঈশিং লাঙলি। ঐনা কুমথরকপদদি যৌরাং পূম্নমক ইন্দোমচানা লোইরম্লে।

মমশিল্লকপা মতমদুদা গাড়ি অমা যৌজিল্লক্লে। ককাদগী চহী খরা লৈশিল্লবা নুপা অমগা খরা নহা অমগা চঙমিন্নরকই। ককানা ঐবু শক তাকই।

"ঐগী ইচানুপীনি।"

অহল অদুনা তরাম্না হায়রকই, "ইবেন্মরা রিসর্চ তৌরি হায়রিসে।"

ঐনা খুম্মী, "হোয়, মানি পাবুং।"

অহল অদুনা ফমথরদুনা হায়, "ঐনা লৈরিঙৈসিদা পাংবা য়াবা মতেং পাংলম্বা হায়বদুনি।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

অহল অদু ইডুকেসন ডাইরেক্টরনি অদুগা খরা নহা অদুনা এস পিনি। হন্দক্তা প্রমোসন ফংবদা ওায়রি হায়। ওইরিবা ফম অদুগা চহী মতাং অদুগসু চান্নদবগুম তৌই। মহাক তূমিন্না ফল্লি। নুপা অদুগী শকওং শাদা অদুদা লোন্না য়েংই। অসিগুম্বা মীশক অমত্তা থেংনদ্রি হায়বা য়াই। শেৎলি চারিবা ফিজোলদু কালেম্বাগী ওমচাক্লবা হুমাং ফাওরমগদবা মান্দে। ফজরবা কুচু অদুগা অমত্তা ওইনা উরি। নুপা অদুগী তূমিন্না লৈবা মতৌ অদুগা হায়রুরবদি মরোল থোক্লমগদববু মাল্লুদ্রে।

ইন্দোমচানা হান্না কৌই, "ইবুংঙো তোমথিন, ছুটি কয়াম শাংনা লৈরিবা?"

য়াম্না মোঙ হাদনা খুম্মী, "হয়েং চঙজরনি ইন্দোমচা।"

মহাক্না য়াম্না খৃৎলোয়না কৌরকপা মিঙ্গৌ অদুদা মুন্না য়েংলুই। শিনফম অদুগা লোনচৎ ব্যবহার অদুগা চান্নদবগুম তৌই। খল্লি– "করম্বা মতমদা ইন্দোমচাগা খঙনরুরিবনো? মিং মতা অসিগা হায়রুরবদি মতোমতকা পোক্লমগদবসু মাল্লি।"

ইন্দোমচানা ঐগী মিং হায়দুনা শক্তাকপদগী ঐঙোন্দা য়েংলকই। অদুগা হান্নগুম তূমিন্না লৈখ্রে। নোকফেৎ তৌনা ওক্লবা ঐ ইকায়জরকই। খল্লি– মতাং ইচা চাদনা লেল্লিবা হায়দুরা?

ঙাইহাক ব্রারী ব্রাতাই তৌরগা চাক চানবা থৌরাং তৌরে। চৎলমদাইদা ইন্দোমচাদা হায়রম্মী, "ঐসু ইম্ফালদা লাক্লনি।"

অয়ুক্কী চা থকপদা ইন্দোমচানা হায়রকই, "তোমথিন্দু কমদৌই।"

ব্রাহং অদুদা ঐ নোক্লিংলক্লে, খুম্মী, "মতাং চাদনা চীং লেম্বা অমা তৌবা মাল্লি।"

ইন্দোমচানা হায়, "মশাগী হৈনজবা মতৌনি। মী ফগ্রপোৎনি। লোয়নরগা খঙলক্কনি।"

ঐ তূমিন্না লৈরে। মতাং চানা চানা নুপা অদুগী মরী মখোঙ তাক্লবা ইন্দোমচানা ব্রারী লীরি। ঐ খঙলে ককা ইন্দোমচানা মীশক অদুবু তশেঙনা খোয়দাজরে হায়বা।

ঐনা হায়, "পুলিসপু ইন্দোমচানা অদুক য়াম্না থাজবিরিবা করিগীনো?"

ইন্দোমচানা য়াম্না থৌনা ফনা, খঙনা হায়রকই, "অদুগুম্বা মী নত্তে। নঙ ককানা য়াবা মী হায়সে য়ারবনি।"

ঐ মখা তানা খুম্লুদ্রে। চাগী অহাঙবা কপ্তু পায়রগা হৌগৎলে।

*****

## (৯)

অতিয়াদা মশীং লাকঙমদ্রবা থরানমিচাকশিংনা মমীৎ কৃপ্পা হৌরক্লে। ইঙেনগী অতিয়াসে ঙসিদি ঐগী পূক্লিং শুমহৎলরে। মশক মওং নাইদবা লৈচিল মপৈ পাইরক্তুনা অতিয়াগী ফজবসে মাঙহল্লগদ্রা হায়না মিপাইরক্লে। খা-থংবা মায়কৈদগী হুন্নকপা নামিবা নুংশিৎনা উনা-ৱানা লেঙবগী শক্তমসে কনাগী পূক্লিংবু শুমহৎলোইদগে। অদুবু মহৌশাগী ফজবা উরগা ঐদি ৱাবগুম তৌরি।

মশক খঙদবা মমি অমনা ঐবু ওৎলরে হায়বা অসিমদি শেংলে। মমি অসিবু মশক খঙগে হোৎনরবসু হেক্তা মাঙখি। অদুবু থম্মোয়নদি হায়রি, 'মমি অসি অচুম্বনি।'

খঙলে— মসিনা পুন্সিবু পল্লেপফম খঙদ্রবা মঙগী লৈবাক অমদা ঐবু পুদুনা চৎলি। অদুগা অমুকসু ঐবু তরাম্না ওক্লিবগুম উরকই। পুন্সিগী ময়াই কারবা মীৎকুপ হায়বদুরা? কুমথগদৌরিবা ঈপাক অসি তরাই তরাইবদি নত্তে। ৱাখল খন্দুনা তোর্ব্বান্দা লেপ্লিঙৈদা কনানো অমনা কন্না ইল্লক্তুনা খোঙ নাম্মা থাংথখ্রে। ঐ করি তৌগনি? ৱায়েঞ্জবা ঙমদ্রবা ঐগী ৱাখল অরোয়বদদি অসুম্না লেপ্লে— মীওইবা ওইনা পোক্লবদি চৎপা তাইদনা ঈপাক কয়া লাম্থোক্তুনা। অদুবু ঈপাক অসিগী ৱাংমদা ঐনা ফংনিংলিবনা করিনো? মহাক অদুবু ঐগীদমক ৱাংমসিদা নীংঙাইদনা ফমদুনা ঐবু ঙাইরমগদ্রা? ৱাখল অসি চন্নৈননা মতাং অসিদা অসুম লৈরসনু।

গাড়ি থৌরগা থোরক্লে। মী মশীংগা পাক্লিবা লম্বীগা চান্নদবগী গাড়ি এক্সিডেন্ট তোয়না থোক্লিবা ইম্ফাল শহরগী লম্বীনি। হন্দক 'ফ্লাই ওভর ব্রীজ' শাবগী সড়ক পূম্বা খাজিনখিবদগী মওং মতৌ অমা ওইরে। চত্তবদি য়াদবনিনা মানা মানা ঙম্নবা নাকন্দা, নালাদা নপুনা থৈদুনা চৎনরি। অহানবা খাজিল্লকপগী অদুদি মওং অমনি। ঈশিংদা ঙামু মহা চাবদি শ্বর হোনফম ফংলমগনি। খ্বাইরম্বন্দ মনুংগী মীয়ামসিদি...! চহী কয়া অসুম্না ঐখোয়বু চৎহলখিগনি? মসিসু হায়বা ঙমদ্রি।

ঐসু অচীনবা মরক অসিদা চৎলিবনি। গাড়ি লাপ্পা খান্নম্মী। খোঙনা চৎপদনি থেংনরিবা অৱাবসি। ঐ চুমদ্রিংনা আর্ট গেলেরী তম্না গাড়ি থৌরক্লে। খঙদে— লোম্থোক্তব

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্পুরি

অয়েকপা লাইশিং অদুনা ঐবু কৌরিব্রা? মখোয়গী মরুমদা লোৎলি, সংসারগী উঙমদ্রবা শক্লোন কয়া-কয়া...। ঐনা খঙনিংলিবসু মদুনি! ঐগী লাইরিক্কী অনৌবা চেনাদা য়েক্লিংই মখোয়গী হোৎলাক্লিবা শক্তম। ঐনা খ্বাইদগী নুংঙাইবদি ঐনা লাকপা খুদিংগী অনৌবা লাই লৈরম্বসিনি।

ভিজিটর অমা অনী লাকপা নত্তনা মী ইরে লৈরমদে। লাইয়েকফম কাদু খোঙ হাংলি। হাংদোক্লবা খোঙনাওদগী নুমিৎকী মঙালনা কাদু ইঙান ঙাল্লি। পেন্টিং বোর্ডতা মপূং ফাদ্রিবা পেন্সিলনা য়েকপা লাই খরা মমি তারি। খরা লাপ্পুক্লা খোঙলোমদা তুং ওনশিল্লদুনা চৌক্রি অমদা তামো ফল্লি। থক্লিবা চুরুপকী মৈখূদুগী মপৈ-মপৈ কাদু থন্না নৈশিন্দুনা লৈরি। ঐ লেপ্লী হায়বা খঙদবা মাল্লি মখূৎ অনীনা লুখমদা থল্লদুনা হাইরপ ঙাথখি, শ্বর শাংনা হোনখি। অদুগা মচীন্দা শোল্লকই, "মায়থীবা! নত্তে, মসিদি মায়থীবা নত্তে। অহোংবনি। অদুগা অচুম্বনি।"

লৈতাফম খঙদবা অমা ফাওবা মাল্লি। ঐগী খোঙথাংগী মখোন্দা য়েংথোরকই। ঐনা লেপ্লম্বা অদুদা ঙকপসু মাল্লি। ফূক হৌগৎলকই। অদুগা মীৎ কৃপ্পুনা ঐবু য়েংই। থংনবা মীৎকৃপ্পা হায়রকই, "সোরী, ঐ সিগরেট খরা হেন্না থকখ্রে।"

ঐনা তূমিন্না লেপ্পুনা লৈবা অদুদা হায়রকই, "ফম্মু।"

"য়ানি," ঐনা শম্না খুম্মী।

তামোনা হায়রকই, "পাবুংসে হন্দক্তি য়াম্না শাউরে। ঐদি ঙাঙলুরনু হায়বনি অদুবু পেন্দ্রমাল্লে... ঈশ্বরগী মিংদা তৌরিবা লীলা ময়ামসে পাবুংদি য়াদবনি। ৱারী অসি শাংখ্রে অদুগা লোইবা নাইরোইদৌরি। মসি লৈজরসনু। মসিনা ঐখোয়গী ৱারী হায়বদুদা তারে।"

অদুবু তামোগী মায়খোঙ মহৌশাগা মান্নদে। মখা তারকই, "অয়েকপা লাই খরদি থাবা হৌখ্রে। এগজীবীসন অসি য়াওরম্লগা ঐসু য়ুরোপ্পা চৎলনি।"

মহাক্লা মশাগী মথৌ চৎচবদু, চৎলনি হায়রকপদা ঐঙোন্দা কায়নবগী চৈনা অমা পীরকপগুম তৌই। শানিংবা ৱারী কয়া ৱাৎহৌবগুম ফাওরকই। ঐ করিসু হায়রুদনা তূমিন্না ঐজ্জা'মা হল্লকপা ঙাইরি।

তামোসু লাইয়েকপদা পূক্লিং চঙখ্রে। ঐসু কোয়চৎ চত্তুনা থেৎলিবা লাইশিং অদু য়েংলি। ঙাইহাক লৈরগা ফোন তৌরক্লে। ঐজ্জা'মা লাক্লরোই। তামো থুনা লাকউ হায়দুনা পাউ হায়রকই। ঐগী ঙকচান্নবা ইতৌ অদুদা তামোনা ফোন থল্লগা হায়রকই, "ঐজ্জাগী অনাবদু হৌরমাল্লে। ডাক্টর পুরগা লাকউ হায়রকই।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

তামোনা ঐজ্ঞা'মাবু, ঐজ্ঞা কৌই হায়বসি ঐ ঙসীতা খঙই। ময়ামগী ঐজ্ঞা'মানি। মিংথোল অসে ঐজ্ঞা'মাদসু হেন্না পকচবগুম তৌই। চুম্নগী অইবী অমা ওইবগী গুণ নত্তবা তোপ-তোপ্পা নুপী ওইবীগী শক্লোন অমা য়াওবসিননি ময়াম্বু চিংশিল্লিবা। পাবুংনা মরক মরক্তা ফাগি তৌদুনা হায়খি, "নখোয় নুপী অইবীশিংসে ঙাঙনবা ব্রাখ্রে। ঐনা নখোয়গী ঐজ্ঞা'মাগী মতুং ইন্দুনা চৎকদ্রা? নৎত্রগা মানা ঐগী তুং ইনফম থোক্লিব্রা? ব্রাফম অসে হেক য়েৎশিন্নরকই।"

মতম অদুদা মালা ঐখোয় অনীনা নোকখি।

তামোদু হাথু-হাথু লোইশিল্লদুনা থোকখ্রে। ঐসু কোন্না মালাগা লাক্লগে হায়দুনা থোরক্লে।

*****

## (১০)

য়াওশঙ থাগী উফুল থাংলবা মালেমসে অয়ুক্তা নোংলিক খরা খীক্লুনা উফুল মকুপশিংদু ফাজিনখ্রে। ককা লৈতে। মোরে চৎখি। নোং-নীনি লৈরকনি হায়রম্মী। টিক কারবার তৌবগী মোরেদা অচৌবা গোডাওন লৈ। মরক মরক্তা য়েংশিনবা চৎলি।

নুংতিগী মতৌগুম্না শুমাঙদা খুনুশিংদু পাইথরক্লে। খোংলদুনা মচীঞ্জাক থারকপা ঙাইরি। ঐনা চেঙ-হরাই খরা থাবিবদু মখোয় করিসু নাচুংদনা খূল্লি। ককাগা মখোয়গা কয়াদা নকশিন্ননা মরী লৈনরিবনো হায়বা ঙসীতা খঙই। চঙশিল্লক্লুনা ঐগী খূত্তগী চেঙ-হরাইদু লৌদুনা চারি। মীওইবগী মিনুংশি হায়বসে মরোল থোক্তবা উচেক মখোয়সু খঙবোইরে। অসি য়ৌনা খঙবা ঙল্লিবা মখোয়বু লোম্বোক্তবনি হায়দুনা মীওইবা ঐখোয়না কয়া লায়না হেক-হেক মাঙহনবীরিবনো। খন্থরুরবদি মীওইবা ঐখোয়সে য়াম্না ইকায়নিংঙাইনি। খ্বাই পূম্নমক্তগী হেল্লি, মিনুংশি লৈ, ব্রাখল খন্থবা ঙম্মী হায়না শীংথানরিবা তাইবং ঐখোয়বু উরগা মখোয়না চেনফম থোকপ্রা? তাইবং মীগী ব্রাখল অসি মখোয়না হেন্না খঙলম্বা তাই। অদুননি ঐখোয়বু উরগা লাপ্না পাইখ্রিবসি। অদুগা ককাগী খুনুশিং অসিদি মখৌ পোংনা খোংলদুনা মচীঞ্জাক খূল্লি। মখোয়গা নক্লবগী নুংঙাইবসিদি তোপ-তোপ্না মশক অমনি। খোইনিং অনীদুসু মকোন্দগী পাইথোরক্লুনা উশাদা তোংলরে। ঙসিদি, ঐগী শুমাঙ, ঐগী হৈনৌ পাম্বী মপৃং ফারবা বসন্তগী ঋতুনা থৌগল্লরে।

ঐগী ইতৌদুদা ইন্দোমচানা হায়রকই, "নঙসু নঙ'ককাগদি মান্নরিদনা।"

"ইন্দোমচা, নহান মখৈ ঐখোয়গী ককানা খুনুশিং অসিগা চান্নরিবসিদি সংসার অমনিদনা।"

ইন্দোমচানা হায়রকই, "কনানো চঙলক্লিবসিনা?"

থোঙ্গাল্লোমদা য়েংথোকখিবদা উরুরিবা মীশক অদু উবদা ঐ থাজদনা ঙকমনখ্রদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। নুপা অদুদি লেপ্তুনা চঙশিল্লক্লুনা শুমাঙ য়ৌশিল্লক্লে। খুনু ময়ামগী মরক অদুদা ঐনা লৈরিবা মওংদু য়াম্না নোক্লিংনা থোক্লুরমাল্লে হায়রকই, "উচেকশিংগা

য়াম্না চান্নজবা মাল্লি।"

ঐ খুম্ফম খঙদনা মোমোন তৌখি। অদুগা হংখি, "থাজদনা তামোনা লেঙবীরকপা অসিদা...।"

হৈনৌ মখোঙদা উনা ফম্ফম শেল্লিবা অদুদা চঙশিন্দুনা ফমথখ্রে। ঐনা ইন্দোমচাবু শক তাকই। ইন্দোমচানা তরাম্না ওক্লন্নগা ইমুংদা চঙখ্রে। ঐ হৌজিকসু ঙকপা ফাওরি। তামোদি ফম্না ফম্না ঐখোয়গী য়ূম ইখোলদু কোইয়েং য়েংই। তুরিগা অয়েকপা লাইগদগী হেন্না করিগুম্বা অমত্তদা পৃক্লিং চঙগদবা মীশক মাল্লুদে। কা'নুংগী অমম্বদগী হেন্না মপান থোক্লিংদবা মীসু মানখি। অদুগা য়াম্না থাজদনা, হৈনিংনা ঐগী য়ূমদা লাকপসিদা তশেঙনা নুংঙাইবদি ফাওই।

শেৎলক্লিবা ফিজোলদু য়াম্না চম্মী। খাদি ফিনা তুবা কুর্টা- পাইজমানি। ব্রাউথাংনবা শউনগী সেন্দল অমা তোংই। কোক্কী শমদু শৃৎ নান্না কোকই। তশেঙনা লাইনীংলিব্রা? নৎত্রগা ফেসনলা খঙদ্রি। মশাগী ওইরিবা ফীভমদুনা মশাবুবা নৎত্রগা কনাবুনো থওইদবা অমদি ফোঙদোক্লি। মহাক্না য়াম্না নুংঙাইবগী সুরদা শোনখি, "তশেঙনা শুমহৎলে।"

অদুগা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "নঙসু ঙসিদি বসন্তগী লৈরাংগুম নীংথিজৈ।"

ঐনা পাউখুম ওইনা নোকফেৎ তৌখিবদু মহাক পেল্লমাল্লে মখা তারকই, "ঐনা লাকপসি নহাক থাজরম্লোই।"

ঐনা তপ্পা খুমখি, "মরম অমদি লৈরমগনি খল্লি।"

মহাক্না য়াম্না লায়না তয়াং-তয়াং খুন্নকই, "মরম অমত্তা লৈতে।"

পাউখুমদুনা হেন্না ঙকখ্রদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। ইন্দোমচানা হৈ-মহী শেমদুনা পুথোরকই। অদুগা হংদবা য়াদবা ব্রা খরা হংলম্লগা চঙখ্রে।

ঐনা হংই, "য়ূমদি করম্না খঙবীবগে?"

"নোংদম্বনা তাক্লকই। মহাকসু চৎসি হায়বনি। অদুদা মহাক ঐজ্ঞাগী থবক অমা চত্তবা য়াদ্রদুনা চৎখ্রি। ইতোমতা গাড়ি থৌরগা লাক্লবনি।"

"অদুননি ঐনা ঙকচরিবসু।"

থক্লিবা মহীদু অরোয়বা য়োৎশিল্লদুনা হায়রকই, "কা হেন্না ঙক্লবগীসু কান্নদে। ঐখোয়গুম্বা মীগা শক খঙনরবদি মসিগুম্বসিদি য়াম্না তোয়না থেংনবসু য়াই।"

অরংবা আনোক্কী গ্লাসতা উরিবা মীৎ অনী অদো ঙসিদি মরম চাদনা হম্বুনা পাংবগুম তৌই। ঐঙোন্দা য়েংবগী মহুত্তা হৈ-মহীগী গ্লাসতুদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "হৌখিবা শাংলবা

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মতমসে মীরৈবাক্কী চৎনবী, ঈশিং-নুংশিৎ অদুগা চিঞ্জাক্তা হিংলকখিবনি। খনখিবনি– হিংলিবা পুন্সি অসে মপূং ফারে হায়না। অদুবু হন্দক ঐগী চরাঙনরবা ইরৈপাক, পোক্লফম অসিদা খোঙদারকপদা ফাওরকই অশেঙবা ইরমদা লৈবগী নুংঙাইবা অমখক। অদুগা ঐগী থম্মোয়বু শুমহৎপী কনাগুম্বী অমগী মায়খোঙদা চোইনা তারিবা অমুবা শম্লাং মরক্তগী তরু-তরুবা মীৎ অনীনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরি। ঐগী ভাবনা উরিবা শক্ত মসে অশেঙবা পুন্সিনি।"

হায়রিবদু করিনো খঙনবা মুন্না খন্দুনা ফম্লি। মহাক্না মখা তারকই, "শক্তমসে মঙালগুম্বনি ফাবা য়াদবা অদুবু অশেঙবা মমি'দু খঙনবা চঙশিল্লগে খল্লি। মহাক্না কয়াম কুইনা লৈথোক লৈশিন তৌদুনা খাঙগনি। ঐগী খুবাম্মুংদা তারবা মতমদদি মহাক্কী খুল্লিবা মায়খুম অদুসু নমদুনা মতোমতা হাংদোরক্কনি। তহা তহাবা লাম্ভেংসু নত্তে, অদুগা ঐগী পুন্সি খোঙথাঙদা 'মায়থীবা' হায়বা ব্রাহৈসি য়াওদে।"

মহাক তূমিন্না লৈখ্রে। থাজদনা লাক্লগা মরী মখোঙ খঙদবা ব্রাহৈ ময়াম অমা হায়রিবসিসু ঙক্লিবনি। মশা মতোমতা শক তাকচদুনা নাপল তৌনা, ময়াই কানা ফল্লিবা নুপা অসিবু য়েংল-য়েংলগা ঐগী ব্রাখল হেন্না চমম্লরক্লে।

মীৎকূপ অসিদা ফূররিবা শাফূ অসিনা করিনো? মীশক অসি কনানো? করি খল্লিবনো? খঙবদা লুনা থোকই। লাইয়েকফম কা মনুংদা উথিবা মীশক অদুনা অমনি। ঙসি ঐগী ইঙ্খোলদা হৈনৌ পাম্বী মখোঙদা ফল্লিবা মীশক অসিনা অতোপ্পা অমনি। মুন্না য়েংলবদি চোংথোরকই তোঙানবা শক্লোন কয়া... অমুকসু মীগীদমক খনবীবা, করিগুম্বদনা মশা খক্তবু মীনি হায়না চাউথোকচবা মতৌসু মাল্লি। অদুগা মহাকপু খঙনবা কল্লবা মরৈ-মরৈ তারবা পাম্লোমদুবু শোক্লনবা ঐগী থৌনা কন্দায়নো? ফনা কুইনা মহাকসু ব্রা ঙাঙলক্তে। ঐসু ঐনা খনগদবা ব্রাখল অমদা তূমিন্না উংদুনা ফল্লি। অচীকপদু উথক্তগী খোইনিং অনীদুনা থুগায়রকই।

মহাক্না খংহায় হায়রকই, "উচেক মকোন শাব্রা?"

ঐনা খুম্মী, "খোইনিং অনীখক কুইরে লৈবা। পাইখিবসু তৌদে অদুগা হঞ্জিল্লক্তবসু তৌদে।"

মহাক্না শ্বর শাংনা হোল্লদুনা হায়রকই, "উরুবা খূদিংমক লোইনা ফজে। নুংশিবসু পোকই। মফম অসি, হৌরিবা উপাল-ব্রাপাল মহৌশাগা নকশিন্নবগুম ফাওই। ঙসিদি অনৌবা পুন্সি অমা ফংবগুম তৌই।"

ঙসিদি মীওই অসিগী ব্রাখলসে তশেঙনা লৈতাদবা অমা ফাওরে হায়বা খঙলে। ঐ করিসু হায়রুদ্রে। অতিয়াদা থাজসু নোংলীক্না চামথোক্লদুনা মায়থোঙ মকা লাম্না থোরক্লে।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

বসন্তগী মমশিল্লকপা মতমসে অসুক্কী মতীক নীংথিজৈ হায়বা ঙসিদি ময়েক শেংনা উরে।

মহাক চৎনবা হৌগৎলক্লে। হায়রকই, "কৈদৌঙৈ লাক্কনি?"

"অহাঙবা মতম লৈরবদি অদুম লাকচগে।"

"ঐগী অনৌবা অয়েকপা লাইখরসু লৈরে। নঙবু য়েংহন্নিংই।"

ইন্দোমচাদা চৎলগে তাক্লম্লগা থোকখ্রে। ঐসু গেট লোনশিনবা ওইনা থিন্দোকই। মহাক্না গাড়ি কাখৎকে তৌরুরগা মায় লৈথোরক্কুনা কৌরকই, "থোইবী...।"

করি হায়রক্কদগে হায়দুনা খল্লি। মহাক্না মখা তারকই, "ঙসিগী নুমিদাংবাইরমসে য়াম্না ফজৈ। ডিস ইজ ড মোমেন্ত ওফ ড ট্রু লাইফ।" শোম্থাংন্না শোল্লম্বনি অদুগা গাড়ি কাখত্তুনা থৌখ্রে।

নুমিদাং চাক চারিঙৈদা ইন্দোমচানা হংলকই, "নঙগদি করম্না খঙনরুরিবনো?"

"ঐজ্ঞা'মাদু তামোগী ইমানি।"

"অদুদি বামোন তারেনে।"

"মানি।"

"মীদু অচম্বা মীসু মান্দে। ঐখোয়না চম্না হিংলিবসিগা...। "ফীভম মূর্ত্তিবুদি য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। মরক্কা শৃৎ নান্না কোক্লদুনা ... ঐদি মওং অমা ওইনবু উরুরেনে। লাইনীংলিবা হায়দুরনে, মাগীদুবো ?"

ঐ নোক্লিংদুনা নোকই।

"নত্তেদা, য়াম্না ফবা মীনি।"

ঐগী ৱাহৈ অদুদা ইন্দোমচানা অর্থ লৈনা য়েংলদুনা হায়রকই, "ফবা ফত্তবা হায়বদুনা অমনি। ঐদি নঙগা কয়া লোয়নহন্নিংদে।"

ইন্দোমচাগী ৱাহৈ অদুদা ঐহাক তৃমিন্না লৈরে। ৱা মখা তারুদ্রে। খরতা কাঙখোরক্লিবা ৱাহৈ অদুগী মনুং হঞ্জিনবা অর্থসু খঙলে। ইন্দোমচাসু মখা তারকখিদ্রে।

ঐ ফমুংদা হীপথরে হায়ববু মীৎ উইশিল্লু হায়বদি ময়াদ্রে। ঙসিগী নুমিদাংৱাইরমদগীনা হৌজিক ফাওবসিদা থেংনরিবা মওং মতৌ কয়াসে তেল্লবা মতম ওইরবসু পুন্সিগী মশীং লাকঙমদ্রবা চেনা কয়া থোক্না ইরগদবা ৱারীনি।

*****

## (১১)

ককাগী অকনবা হোৎনজমন্না ঐগী ওজাগী থবক্তু য়ারে। মতম অসিদা ঐবু মতীক চাবা থবক অমা ফংহনবা হায়বসে তরাইবা নত্তে। অদুবু ঐগী ফনবা তৌবিরিবা মখৈ ঐগী খোঙদা পুনশিল্লিবা লংলাদুসু হেন্না চেৎশিল্লকই। মখোয়না কিশিল্লক্লিবা মখৈ তূমিন্না য়াবা তাব্রা? নৎত্রেগা য়ানিংদে হায়দুনা থদৎপসু চুমগদ্রা? কিরিবা লংলা অদুনা ঐবু কয়াম শাংনা থাদোক্লিবা? সংসারগী করম্বা পনখৈ ফাওবা ঐবু য়ৌহনগদৌরিবনো?

নুংতিগী তৌবা ঐগী ইথৌ ঈশ্বরগী পূজা লোইবে। ককাগী চা পীরম্লগা ঐগী কাদা চঙদুনা ফমথবতা ঙায়রি। অয়ূক অসিদা তামোনা চঙলকপদু উবদা করিগীনো খন্না কৃমথরক্লে।

ককানা হংখি, "ইবুংঙোবু কনানো? ঐবু...।"

"ঐ গোবীন্দনি। থোইবীগী মরূপ্নি।"

ককাসু খরা ঙকপা মাল্লি। অদুবু কৌশিল্লি, "ফম্মুরাও, চঙলকউ।"

তামোসু চঙশিন্দুনা ফমখ্রে। ইচম চন্বা মীওই অমী অদুগী মমাঙদা লেপ্পুগদবদু হঙ্গোয়বা অমা ফাওই।

ককানা হংখি, "ইবুংঙোদি করি তৌরিবা?"

"ঐহাক ইংলেণ্ডদা লৈজবনি। ফাইন আর্ট কলেজ অমদা ওজা ওইজরি।"

"মতম খরগী সুম থোরকপরা? আদা সেটল তৌবব্রা?"

"সেটল তৌজদে। থবক্কী লৈজবনি। এগর্জিবিসন অমগী থোকচরকপনি। ইতোমতনিনা ইমা-পাবুং থাদোকপা য়াদে।"

"হৈবু হৈনরিব্রনে? লৈবাক্কী ঈরাং মতা অসিদবু?"

"পোক্লফম লমদমনিনা খাঙবসু তমজরি।"

ককানা কৌরকপগা ঐনা থোক্লকপগা মপা চান্নরদুনা ককা হৌগৎখ্রে। হায়রম্মী, "ইবুংঙো, ব্বারী শাহৌখো।"

"ফনি অঙ্কল।" অদুগা ঐঙোন্দা হায়রকই, "অসুক কুইনা লাক্লবদি করি তৌরে?"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

"থবক চৎপদুদা...।"

"থবক্তি হান্নসু চৎলিবদুদি?"

চুম্মী, ফনা কুইরে ঐ আর্ট গেলেরী চৎতবা।

"লাক্লবগী মরমদি লৈ। মালাসু শংদবগা মপা চান্নরে। ঐজ্ঞা'মাগী হকচাংবু খরা ফরব্রা?"

"ফরে। নঙবুসু হংই উনিনিংবা মাল্লি।"

মহাক্লা হায়রকই, "অয়ূক অসিদা ঐবু নঙগী যুম তান্না করম্না করি লীচিংনা পুরক্লিবনো ঐ ভাব তদে। অয়ূক হৌগৎলকপদা নঙগী শক্তম্বু নীংশিংলকই। মসিমদি ভাব তাই।"

ইন্দোমচানা চা পুথোরকই, অদুগা হংই, "ইবুংঙোদি ব্রাহ্মণনিনা মৈতৈগী চাকখূম...।"

মহাক্লা চাদু পায়খৎলদুনা হায়, "ঐঙোন্দদি অদুগুম্না লৈজদে।"

"ইবুংঙোহোয়গুম্না লাইরিক লাইসু হৈবা খরতনি অদুম্না হায়রিবা। অচার-বীচার খায়বসু য়াওদবা নত্তে।"

"চুম্মী ইন্দোমচা। ৱাফমদুগীনি পাবুংগা ময়ামগা মত মান্নদ্রিবসে। অদুনা শাগৈগী অহলশিংনা য়াম্না শাউই।"

"মুন্না খম্বুরবদি ঈশ্বরসু অমত্তনি। মীওইবসু অমত্তনি।" তামোনা মখা তানা হায়রকই, "ৱাফম অসিদা ঐগী পাউখুম লৈতে। ঐনা উই মাঙদা তাদুনা লৈরিবা ঐগী ইথৌ। অদুগা ঐগী আত্মা।"

ইন্দোমচাদু করিগুম্না খরা হায়দুনা ভাব তাহন্নিংবসু মাল্লি। অদুবু মোমোন মিনোক্লা মহৎ শিনখ্রে।

তামোনা চাদু চিংলগা হায়রকই, "ইন্দোমচাগী চাসে য়াম্না হাউই।"

ইন্দোমচানা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "ৱারী শারম্মু। মখোয় ককা চৎথোক্কনি হায়, থৌরাং তৌরুখিগে।"

ইন্দোমচা চঙখ্রে। তামোনা হায়রকই, "ঐগী অয়েকপা লাইদু ঐনা 'নুপী' হায়না মমিং থোল্লে। য়েকপসু লোইরে, নঙবু য়েংহন্নিংই।"

নোংমা অয়েকপা শক্তম অমখক্কী মরৈ তৌদুনা ঐবু অরানবা তাহনখিবনি। ঙসি ঐগীদমক য়েকপীবগুম পাউ হায়ররি। থম্মোয়নুংদদি নুংঙাই, নোক্লিংবা অমসু ফাওরকই।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মপান্দি থোক্লুদ্রে। খল্লি— মসিগী নুপা অসিনা ঐঙোন্দা তৌরিবসিবু করিনো?

ব্বারী ঙাইহাক শানরগা ঐবু লাক্তবা য়াদে হায়রল্লগা চৎখ্রে।

ঐ তূমিন্না লেপ্তুনা য়েংহৌরি। চঙলক্লিবা মীওই অসিগী মতীক চাবা সেবা ঐনা তৌবা ঙমগদ্রা? মসিনি খল্লিবা। মহাক্কী ব্বাঙাঙ, শাজৎ তারু-উরুবগা ঐগী পুক্নিগা অসুক নক্লবা মরী লৈবগুম ফাওরক্লিবা করিগীনো? অদুগা অমুকসু অব্বাবা! ফাওরক্লিবা অব্বাবসে করিসু নত্তে, অতিয়াগা মালেমগা অমত্তা ওইনা শেম্বা য়ারবদি অব্বাবসিসু ফাওরল্লোই।

*****

## (১২)

ঐগী কাগী মমাঙ থংবদা ফাৎলিবা থোঙনাও অসিদগী য়েংলবদি লাপ্পা নোংমাইজিং চীংজাওনা পষ্খে ওইনা শাংলবা পাম্বোম তিংথোক্তুনা ঙাক্লিবদু উবা ফংই। চীংশাং অদুগী তুংওইননা কোরৌগী মশেক মঙালসু অতিয়াদা সনাগী ফিজং তিংথোরক্লে। য়াহৌ ঙনবী চেক্লা খরা অয়ূক্কী ঈংলবা অতিয়াদা শাখপ তোয়না পরেং-পরেং পাইরক্লে। অয়ূক্কী ঈংলবা মঙাল্লক্তা উরোক কৌবী চেক্লানা শংবান্নবা অতিয়াদা পাইবগী ফজবা মতৌ অসিদি, করি মফজনো? মহৌশাগী ফজবা য়েংনা য়েংনা অতিথি অমগী ব্রাহৈশিংদু নীংশিংলি।

থম্মোয়নুংদা অতিথি মহাকপু তরাম্না ওকচরবসু চীম্বাল থোক্লা পূক্লিং তিংনা ওকপা ঙম্বগী থৌনাদি কদায়নো'? অদুবু ঐগী ব্রাখল, মহাক্কী অয়েকপা লাইশিংগা অমত্তা ওইনা মরূপ শান্নখি। অয়েকপা লাইশিং চোংথোরক্তুনা ঐগী থম্মোয়বু লৈতাফম খঙহন্দবা হৌরক্লে। য়েক্লিবা লাই খূদিংমক থরায় পান্না থোরকই, শক্তম নাই। মখোয়না ঐবু কোয়শিন দুনা নোক্লকপগুম ফাওরকই।

অদুগা ঐদি'? ককাগী ব্রাশক অমগী মখাদা পামজবা পুন্সি অমা ফংনবা শেমজরিবা মচানুপীনি। মসি লৈ খঙনা খঙনা অতিথি মাবু করিগী ওক্লরি? মীশক অদুবু লাপ্পা ইঙ্খোকপা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈতে।

অয়ূক্কী চাক্লেন চাবদা ককানা হায়রকই, "গোবীন্দ হায়বা নুপাদু য়াম্না ফববুদি মাল্লি। অদুবু মখোয়গী নীতি-নিয়মগা ঐখোয়গদি খরা খেন্নগনি। য়াম্না নকশিন্ননা লোয়নবদি ঐ পামদে।"

ককা চাক চাবা তোকখ্রে। ঐগী অরোয়বা চখোম অদু খনাউদা চঙঙ্ভু য়াদ্রে। মশীং য়ামদবা ব্রাহৈ অসিনা ঐগী পুন্সিগী শাংলবা শম্বল শেল্লম্বনি। অদুগা শম্বল অসি কাঙ্খোক্তুনা ঐ চৎকদৌরি। ঐগী মওং মতৌ অসি উরগা ককানা হেন্না ব্রাংনা শম্বল খাখিগদ্রা? নৎত্রে হায়রগনা মাগী ব্রা ইন্দে হায়দুনা খাজিল্লম্বা শম্বল থুদেকখীদুনা ঐবু নীংতমহল্লক্কদ্রা? অদু ওইরবদি ককাগী মচীন্দগী ব্রাহৈ অমা অমুক হন্না তাবা ফংখিদবসু য়াই। ককাবু ব্রা ঙাঙহনখিদবা হায়বসে ঐগী ঊৎফম থোকপা তৌবীমল্লা?

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ইন্দোমচানা পাখৎনা হংলকই, "করি তৌরে? উংদুনা লৈরবদি? থেঙলেনে।"

ঐগী ব্রাখল পূক্লিং খোঙথাংদি ইন্দোমচানা হেন্না খঙলিবনি। হায়রকই, "ব্রাফম অসি লুশিন্দ্রিঙৈদা নঙসু হন্দোকপা য়াবা হন্দোকহৌ। হৌজিকপু অঙাংনি হায়দুনা য়া-য়া তৌবা য়াবা মতাংসু নত্তে। অদুগা নঙ ককাগী ব্রাখল নঙসু খঙলিবা নৎত্রা ? ঐসু মানা নীংলিবা অসিতদি থুংহনগে হায়দুনা ঙসি ফাওবা ব্রা ঙাঙদনা লৈরক্লিবনি। অদুনা নঙগীদমক ঐনা মতেং পাংবসু ঙম্লোই।

ইশেং শেংলবা ব্রানি ইন্দোমচানা হায়জরিবসিদি। ঐ করিসু খুন্নমদনা হৌগৎতুনা চাকখূমদগী খোঙ থাংদোরক্লে।

ঐনা আর্ট গেলেরীদা য়ৌবা মতমদদি ঐজ্ঞা'মা নাবা ফরমাল্লে ময়ামগা ব্রারী শানদুনা ফল্লম্মী। মালাসু লৈরম্মী। ঐ চঙখিবদা মালানা নোক্তুনা হায়রকই, "অথেঙবা মীগী ফমফম লৈজরে, লেঙশিনবীয়ু।"

ঐসু চঙশিন্দুনা ফমথরে।

পাবুংনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ব্রারীসি নঙদি ময়ায়দগী তাবা তারে। হৌজিক ওইরিবা ঐখোয়গী লৈবাক্কী ফীভমসে খন্থুরব্দা তূমিন্না লৈথোকপা ঙমদে। লৈবাক্কী ঈরাংনা চীংদসু তমদসু নোংমা নোংমগী কনখৎলক্লি। জাৎ মান্নদবগী, ধর্ম্ম তিন্নদবগী ঈহৌ অসিনা অমুক... ঈশ্বরদি ঈশ্বরনি অদুম লৈজসনু। মীবু ঈশ্বরগী মিংনা তোঙান্না খায়দোকপা চুমদে। ধর্ম্ম, জাৎ-বীজাৎ মসিদা কয়াম কুইনা লূপ্তুনা লৈখিসি হায়বিবনো? ধর্ম্মনা কোনশিনবা মতম অসিগা চান্নদ্রবা শরুক মখৈদি লৌথোকসি। ঈশ্ববগী মিংদা হেঞ্জিনবা মতৌ অদু ঐদি য়াদে। ঈশ্বরনা কনাবুসু মাঙই-শেংই হায়দে। অদুনা ইন্থোকপসু লৈতে। সেবারী ঐখোয়না থোকহল্লিবনি।"

ঐজ্ঞা'মানা চীংলেল্লবী মায়থোঙদু থাঙ্গৎলদুনা তপ্পা হায়, "মীশিংসে করম্বা মতমদা জ্ঞান তারক্কদবনো খঙদে। অদুবু মীওইবা হায়বসিনা খুন্দারিবা মখৈদি লোইবসু নাইরোইদৌরি।"

পাবুংনা মখা তারকই, "ঈশ্বরনা য়াবা মী হায়বসে মীগী থম্মোয় পানবা মহাক অদুবুনি। ঈশ্বরগী অশেঙবা মনাইসু মহাক্লি। ব্রাহ্মণ হায়বসে মিংদু নত্তে, ব্রাহ্মণগী গুণ য়াওবদুনি। ঐখোয় মশেল চাউবা তান্নরগা করি কান্নগদগে?"

ঐসু পূক্লিংগী অনীংবসি ফোঙদোক্তুনা তূমিন্না তাদুনা ফল্লসিরা খনবনি অদুবু ঐগী মত খরা পীনিংমন্দুনা হায়, "মান্নদবা ধর্ম্মসু ওইসনু অচুম্বনা লেঙদনা লৈরবদি ধর্ম্মদু

ঐখোয়না রিগার্ড তৌফম থোকই।"

মালানা খুন্নকই, "অচুম্বা য়াওদবা ধর্ম্ম লৈবা হৌনদে। মদুবু পামজরিবা নীংজরিবা মীওইশিং অদুনা অচুম্ববু মাঙহন্নবা হেক-হেক হোৎনৈ।"

পাবুংনা ওক্তুনা খুম্মী, "উম, ব্রাফমদু ইপাসু য়ানিংই।"

ঐনা মখা তানা হায়, "খেন্নবা ধর্ম্মগী লাইশঙশিংদা লেঙদনা ঙাম্মোইরিবা অচুম্বগী মফমদদি চিংনবা লৈতনা ইকোক নোম্দুনা খুরুমজবা। অদুগা খেন্নবা মীৎয়েং অমত্তনা ঐবু পুনশিনবীদবা মসিনি ঐনা নীংজরিবসু।"

ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা ঐত্তা'মানা নোকফেৎ তৌরকই। অদুগা হায়রকই, "নখোয়না অসুম্না ঙাঙলক্কনি হায়বসি থাজরুদ্রে। ঈশ্বর মশক খঙবদি ফৈ। মমাঙঙৈগী চৎনবীবু থওইদনা মতমগী মী ওইরুবগী ব্রা নত্তনা মী মশেল য়েংথীনগদবা চৎনবীদি ঐখোয় শেমদোকপা ফৈ। মৈতৈ ধর্ম্ম চৎপগা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপগা নুংশিনদ্রগা করিসু অফবা ফল পীরোই। খৃষ্টান চৎপসু মানা নীংজরিবা মূর্ত্তি অদুদা নীংজসনু। ইস্লাম চৎপসু মখোয়না লৌজনিংবা শক্তমদা লাৎচসনু। মপাম্বোংগী শক্তম অদু নত্তে, লেঙদ্রবা উবা ঙমদ্রবা লোক্তুনা লৈরিবা মশক অদুনি ঐখোয়না লাৎলিবদি। তাইবংমী ঐখোয়না অসুম্না খায়দোক খায়জিন তৌবসে ঈশ্বরনা য়াম্না নোক্লিংলমগদবা মাল্লি।"

খন্না নৈনবদু য়াম্না নুংঙাইখি। মতম হৌখিবা খঙহৌদে। থেঙজিল্লক্লবা অদুদদি ঐখোয় অনীসু হল্লক্লে।

*****

## (১৩)

ঐনা কলেজদগী থোক্লকপদা মালানা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐগী ঙকচান্নবা মতৌ অদুদা হায়রকই, "অদুক য়াম্না ঙকশিন্নবগী কান্নদে।"

"করি লৈবগে?"

"ঙসিদি মী অমগী পূক্লিং খঙলুসি।"

"কনানো?"

"চৎলগা খঙনি।"

"ঐদি য়াওজনিংদে।"

"নঙনিনে, মরু ওইরিবদি।"

মালাগা ব্রা ঙাঙনবা তন্দুনা তূমিন্না মাগী মতুং ইন্দুনা গাড়ি থৌরি।

ঐখোয় অনীনা চঙখিবদা ঐত্তা'মাগা নোংদম্বগা থবক তৌদুনা লৈরম্মী। তরাম্না ওকই।

"চঙঙু, হৌজিক্তা নঙ তামোনা হংলম্বতা ঙায়রিবনি।" ঐঙোন্দা হায়রকই, "মখা তানা ইদ্রব্রা? চঙশিল্লবদি হনবা য়াদে। করিনো অঙম্বা খরদি ঐখোয়সু ময়ামগী শরুক য়ারম্বা তাবনি।"

পাউখুম ওইনা নোকফেৎ তৌরম্বদু নত্তনা অতৈ ব্রা খুন্নুদ্রে। মালানা মাঙ থারদুনা ঙাশিল্লিবা থোঙদু তপ্পা হাংলদুনা মখোল থোকহন্দনা চঙই। মালানা সরপ্রাইজ পীগে খনবদু খুদোংচাবা পীদনা তামোনা হায়রকই, "নখোয়বু ঙাইরল্লিবনি।"

মালানা নোক্তুনা হায়,"লাই য়েক্লবসু মী চঙলকপসু উবরা তামো?"

"উই। ঐগী মীৎ অনীখক্তা নত্তে।"

"অদুদি কিজরেবু।"

"উম, খরা কিবসু ফৈ।"

"নুপানিনা...?"

মালাগী ব্রাঙাঙদু খঙলমাল্লে তামোনা নোকফেৎ তৌরকই। অদুগা য়েক্লিবা লাইদুদা

ৃক্লিং চঙখি।

মালানা হংই, "চীংদা করি থবক্কী লেঙবীরুবনো?"

"থোইনা অরুবা থবক লৈবদি নত্তে। চীংগী পুন্সি অমা সুম উনীংলকপনি।"

"করি ফাওবিবগে?"

"ঐগী পোক্লফমসে নীংবা থুংদ্রি হায়বা খঙলকই। অদুগা কনাদা ব্রাকৎসিগে খল্লিবনি।"

হায়রিবা ব্রাহৈ অদুবু তশেঙনা থম্মোয়দা ফাওরিব্রা খল্লি। তূমিন্না মহাকপু য়েংদুনা মলি।

মালানা হংখি, "তামো কযাম কুইনা লৈখিগনি?"

"এগজিবিসন লোইরগা চৎলবসু য়াই।"

"আদা সুম লৈরগে খল্লিব্রা তামো ?"

হন্দক্তি নোক্লকই অদুগা খুল্লকই, "সিদা লৈবা, আদা লৈবা চপ মান্নদ্রো।"

"করম্না মান্নগদৌরিবনো?"

"মালা, নঙসে ব্রা ভাঙবা য়াম্না হৈখ্রে। ভেরী স্মার্ট। নখোয় তামোগা মচন-মবুংনি য়বদা পকচৈ।"

মহাক্না তুরি থম্লগা ব্রারী শানবদুদা হেন্না পৃক্লিং লৃপশিল্লদুনা হায়রকই, "হন্দক্তি গী পৃক্লিংদা অমুক্তা খনখিদ্রিবা ব্রাখল কয়াসু খল্লকই। ঐগী অয়েকপা লাইনা ঐগী পুন্সিগী ক্তমসু হোংহল্লকপগুম তৌই।"

মালানা হংই, "লাইয়েকপগা পুন্সিগা অনীসি মরী অমত্তা লৈনদবরা তামো?"

মালাগী ব্রাহংদু মহাকসু খরা ঙকপা মাল্লি। অদুবু থংনবা মীৎকৃপ্তা থব্রায় তানা নাক্লদুনা হায়, "ব্রাহংসি য়াম্না ফজে।"

"অদু ওইরবদি পাউখুম অমত্তা পীবীয়ু।"

"পাউখুমসি করম্না পীয়ুগে ? পুন্সি হায়বসে অয়েকপা লাইনি হায়সিরা? নৎত্রগা না য়েক্লিবা লাইশিং অসে পুন্সিনি হায়য়ুরা?"

তারিবা ঐ লৌশিনবা ঙমদনা ফল্লি। মালাদি নোকফেৎ তৌনা হায়,

"আর্টিষ্ট অমগী পাউখুম পামজদে। সধারন মীওইবগী পাউখুম ওইনা তাজনিংই।"

মহাক্কী মায়থোঙ ব্রাখল খনবগী মমি তারকই।

মালাগী পাউখুম ওইনা হায়রকই, "ঐ, হৌজিক লুরবা ফীভম অমদা লৈরিবনি।

ঐগী পুন্সি! অদুগা ঐনা চৎকদবা লম্বী!"

কাদু ঙাইহাক্তি ইচীক চীকখি।

তামোনা তপ্না হায়রকই, "পুন্সি হায়বসে তাঙ্কক কয়া থোক্লা নৈনরবদি লোইবা নাইগদবা মান্দে। হৌখিবগা লাক্কদবগা শমজিন্নদবা পুন্সি হায়বসি খুদোংথীনিংঙাইগী মশক্নি। নোংঙাল্লমদাইগী শজীক থবাগুম থেংনখিবী মহাক অদো ঐগী পুন্সিনি। মহাকপু করম্না ঐগী ওইখিবনো? শাশিন্নবা কল্পনানা অশেঙবা ওইনা ঐগী পুন্সিদা চঙলকখিবনি। মালা, মসিনি ব্রারী! নখোয়না খঙলোই।"

হৈশিংনা ঙাঙলুবা মালাসু তূমিন্না লৈখ্রে। ব্রাহৈশিং অদুনা ঐগী মহৌশাগী পুন্সি খোঙচত্তা ইকায় কায়হল্লকপগুম তৌই। থম্মোয়নুংদা যৈররিবা কল্লবা শাফূ অসিদা ঐ করি তৌগনি ? ঐগী ব্রাখল, ঈথক ইপোম নাইনা থম্মোয় তোর্ব্বান্দা হন্না হন্না যৈরখি। মখোয় অনী মখা তানা করি ব্রারী শানরিবগে হায়বা চঙলুদ্রে। তূমিন্না ফম্লিংখি ঐ।

নুমিদাং চাকখূমাঙদা, ইন্দোমচানা এঞ্জাং শেম্না শেম্না হায়রকই, "গোবীন্দনা নঙবু করি খন্দুনা লোয়নরিবনো?"

ব্রাহংদু থাজরুদে অসুম্না হংলক্কনি হায়বা। মখা তারকই, "মহাক্কী মওং মতৌ, ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ চম্বা মান্দে। অদুগা হিংলিবা পুন্সিগী খেন্নবা নঙ খঙলব্রা? ইতৈ'বুঙোগা ইচেগা অনীগী মতাংদগী জাৎ-বিজাৎকী ব্রাফমসে নঙ ককানা সুকয়া য়াখিদ্রবনি। অদুনা নখোয়গী মরীসি খরা য়েংনা লোয়নবনা ফনি। হয়েং ঐবু নঙ ককাগী তাইনফম ওইহনগনু।"

"ঐগী ইবসিদা ঐজ্ঞা'মাগী মনাক খরা নক্লবতনি। থোইনা লোয়নরুবা নত্তে। লমদম অসিগী ঈশিং নুংশিৎকা চান্নবজাৎ নত্তে।"

"অদুবু ওইরবদি ফৈনে। নঙগী ককা অসিদি নূং অতেকপা শম্বনিদো।"

"ঐ খঙজে ইন্দোমচা।"

ইন্দোমচানা মখা তারকই, "হৌজিক্তি ঐসু ব্রাখলসে নে-তাবা ঙম্লক্ত্রে। নঙবু পীশক পীক্লা য়োক্লকপদদি অসুক য়াম্না ব্রাখল চরাঙনবা ফাওখিদবনি। নঙনা নশাগী ফিরেপ লৌজবা ঙম্লকুবা মতম অসিদদি ঐ তশেঙনা ব্রাখল খনবা হৌরক্লে।"

ইন্দোমচাগী পূক্লিংদা লম্ফাংলবা ব্রাখলগী লান থেংনরিবদু ঐসু খঙই। ঐগীদমক খন্দবসু ঙমদবনি অদুগা ককাগীসু খনবনি। ইন্দোমচানা থিরিবসু অনীগী লংদায় অমা থিবা ওইরমগনি।

খন্না খন্না তূমথররে। মীকপ থোক্লকপদদি অহীংগী পূং ১.৩০ তারম্লে। তূম্লমদাইদদি

থাবলনা ইঙাল ঙালহৌবনি। নোংলৈ নুংশিৎকা লোয়ননা নোং জম-জম তারি। নোঙথাংসু কৃপ্পকই। লেপ্পা লৈতনা চুরিবা নোংগী মখোল অদুগা লোয়ননা অহীংগী চীক্লা মল্লবা মতম অসিদা ঐবুদি মহৌশা লাইরেম্বীনা শুম্বীদ্রে। খোঙ নাম্মা কৃমথবা হৌরুরবা ঈপাক অসিবু খন্দবা ঙল্লক্তরে। ঈরোলন্নুংদগী খোঙ অসে শক্কৎতুনা থম্মোয় লৈখোম পক্লা কাখৎহৌবনা চুপ্লিব্রা?

অদুগা ঐগী ইন্দোমচাবুসু খন্দবা ঙল্লক্তরে। মীওইবনি ইন্দোমচা, অদুগা নুপীনি। পেন্দবা নুংঙাইতবা করিগী লৈরম্লোই। মপৃকথোক্কী মচা পম্বা ফংজদবা হায়বসিগী পেন্দবদি করিগী ফাওরম্লোই। অদুবু নোংমতা মপান থোক্লা উত্তে। ইন্দোমচাগী চাউরবা কখোকপা অসিনা ঐ নীংতম্বা ঙমজদবনি। ইতোমতা ইশাগী ব্রাখলবু হেক হেক ফাজিঞ্জরিবনি।

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইন্দোমচাগা চৎমিন্নবদা লৈকায়গী মীনা হায়খিবদু নীংশিংলি— থারিকথা, নঙসে পঙখ্রেদকো। ঐখোয়নদি নঙসে ওস্থোক্লা নুংশিজখ্রে। নঙবু ঐখোয় নোংয়াইনা ফংজবসিদি মপোক কয়াদা অফবা থবক তৌরকপগী মহৈনিনে। অদুবুনে ফনা হায়দুনসু নবৃকথোক্কী নচা লৈতবসে হয়েং নীংঙমদবা কয়া লাকচনিকো।

ইন্দোমচানা নোক্লুনা খুমখি, 'ঐগী ইচা লৈরিবসিদি ইনে।'

ব্রাহৈসি হায়রগা ঐবু পমখৎপীখিবদু নীংশিংলি। অদুবু তরাইনা, করম্না কাউগনি? ঐগী পুন্সিগী নুংশিরবা মীৎকৃপ ওইনা নীংশিংদুনা লৈরগনি। ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদা ঐঙোন্দা মমা মপানি হায়দুনা মীনম্বীরক্তে। অশেঙবা অচুম্বা অদুতমক উহল্লকই। মীওই মরীগী মিনুংশি ককা ইন্দোমচাদগী ফংজখি

*****

## (১৪)

ঙসিদি ছুটি ওইবনিনা ফি ময়াম অমা শূরুবগী ইচোৎ চোৎলে। কোকসু তূমথোক্লুবগী টাবেল অমনা য়েৎশিল্লদুনা ওম্থোক্লা ফীভম চাদনা লৈরি।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "নঙ ককাহোয় য়ৌরক্লে হায়। পোৎ হান্না থারক্লমাল্লে। খরা থাংজিনবা য়াওসিসে। তোমথিন্না থিনবীরক্লিমাল্লে।"

পায়বা য়াবা অয়াংবা বোক্স খরা পুরদুনা চঙলক্লিবা মীদু উরে।

ইন্দোমচানা হায়খি, "ঐখোয় লৌথজগেনে।"

"য়ানি ইন্দোমচা। অঙাংশিং য়াওরি, মখোয়না থাংথজরক্লনি।"

মহাক্কী গার্ড ওইরমাল্লে নোংমৈ অশাংবা য়ানবা মীওই খরা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা পোৎ থাংজিনবিরকই।

ঙসিদি মখোয়গী সারদু য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। ষ্ট্রি মমি কায়দবা য়ুনিফোর্ম, পায়রিবা ফম অদুগী মশক তাক্লিবা ষ্টার নপ্পা ফূরিৎ, পাক্লা ঙৌরবা লাইবক অদুবু খল্লিবা টুপী, পূম্ন মক অসিগী মথক্তা মি তানা লংলবা কাপ থারবা খোঙউপ। গপ-গপ থাংলকপা খোঙথাংদা মাঙ্গোলগী শীড়ি মনাক্তা লেপ্পদুনা পোত্তু থম্মী।

ইন্দোমচানা হায়, "ইবুংঙো লেঙখৎলকখো।"

"অঙাংশিংসু য়াওবনিনা নুংঙাইত্রে। য়ৌজখ্রগে।"

"চা কপ অমমমদংদি থকখিবা য়াইদনা।"

"ব্রারৌবীরনু ইন্দোমচা। নোংমা লাকচগে। ককাদি খরা থেঙনা য়ৌরক্লনি।"

খূদাংগী ঘড়ীদু থাংগত্তুনা য়েংই। অদুগা য়ৌজরে হায়রগা খোঙকাপ লাওনা থাংলদুনা থোকখ্রে। নুপা অমগী থাংফম থোকপা খোঙথাং, ওইফম থোকপা ফীভম মূর্ত্তি, চীং-লেম্বা মতৌদু তুং ওম্থোক্তুনা চৎখিবদনা হেন্না ময়েক শেংনা উরকই। মীৎ কূপকনি কাউখি। ঐনা মীশক অসিবু অসুক মুন্না য়েংলি হায়বসি কনাগুম্বা অতোপ্পা মীনা উরম্বা খঙলম্বা থোক্লবদি করিনো অমদি খনগনি। ইতোমতগী নীং তমজবা অদুনা ঐবু মীৎকূপ অমদি নুংঙাইহল্লম্মী।

ককানা টেলিফোন্দা হায়রকই, "নুমিদাং তোমথিনগা লাকমিন্নগনি। চাক চানবা

শীল্লম্মু। পাউদু তাবদগী ইন্দোমচানা থবক ইনখাং পরপ-পরপ লোইশিল্লি। য়াম্নসু তন্দে, খূদক অদুদা ইন থাদুনা ঐখোয়গী পৃথ্বী মচা অদুদগী ঙা ফাগৎলি। ককানা মচীঞ্জাক থাবীদুনা মথৌ ওইনা ঙা চাবা য়েংজবনি।

নহানমখৈ ফাবা শুকফং ফংদবা অচৌবা ঙাদু ইনদা লক্লকপা অদুদা ইন্দোমচানা হায়রকই, "মসিগী ঙাসে নহান মখৈদি ফাবা ফংদবনি। মাদি তোমথিনগীদমক্তা তারেদনা।"

ঙাদু ফাবদা ইন্দোমচাদু য়াম্না হরাওনা উই। খল্লি— ইন্দোমচাসে থবক খূদিংমক্তা লোইনা হেক্তা হৈরম্মী। মসিমক্লা ওইরমগনি মচিং ফত্তবা ককাগী অশাওববু খূদুম চনবা ঙল্লিবসে। ইন্দোমচাদা ঐনা য়াম্না কল্লকচবদি, তন্দবা অদুগা অশাওবা উত্তবা গুণ অনীসিনি।

চাক লোইদ্রিঙৈদা ককাগা তোমথিনগা য়ৌরকপনা হাল্লে। ফম্ফম কাদা ঙাইহাক পোথানবা হায়রম্লগা ককাদি ঈকজবা চঙখ্রে। চা কপ অনী পুরদুনা ঐনা চঙলুবদা মহাক জর্নেল অমা পাদুনা লৈরম্মী। হান্না ফম্লম্বা মওংদু কায়দে। অদুগা য়েংলকপসু তৌদে। ঐনা চা পায়বীয়ু হায়বদা চা'দুদং লৌরগা তপ্না হায়রকই, "থেঙ্ক য়ু।"

ঐসু ফমথরে। মহাক জর্নেল অদুদা হেন্না পূক্লিং চঙলি। চাদু নীংশিংলকপা মতমদা চিংই। ঐসু তাঞ্জা চানা মহাক্কী লূকথরপ তৌনা ফল্লিবা মায়থোঙদা মুন্না য়েংলুই। থাউমৈগী মঙালনা য়ৈবদা কুচু অদু সনা অহীংবা মচুগুম মশেক মঙাল থোরক্লে। মায়থোঙদু চীং-লেম্মী, মীৎ নহা অনীদুনা অমুক্তং থাঙ্গৎত্তুনা য়েংলকপদা সংসারগী অরোন অথূপ পুম্নমক খঙলমগদবসু মাল্লি। মতীক মথৌনা লৈরবা খূৎ অদুনা পায়খিবা মরাল লৈরবা মীশক অদু নাম্থোকপা ঙম্বগী ৱা লৈতে। মহাক্কী মায়থোঙগী মওং মতৌ, শেত্তোক চাথোরকপা ফিজোলনা মশাগী সন্মান ঙাকচবগী চাউথোকচবা মতৌ ফোঙদোক্লি।

থৱায় চঙনা পারিবা অদুদগী নোনখত্তুনা য়েংলকই। করি ৱারী শারক্কদগে খল্লি। মহাক্লা য়াম্না চম্না হায়রকই, "চা য়াম্না হাউই।"

"ইন্দোমচানা লোনবনি।"

"চা লোনবা য়াম্না হৈ।"

"চাদা নত্তে, ইন্দোমচানা হৈতবা থবক লৈতে।"

"ইন্দোমচাগী মরমদি ককাদগী লোইনা তাজরে। মশক উবা ঙমদবা ইন্দোমচাগী গুণনা ককাবু শান্তি লৈবা পুন্সি অমদা হিংবা ঙল্লিবনি হায়।"

"য়াম্না চুম্মী। মীওইবগী পূকচেল হায়গদ্রা নৎত্রগা তোপ-তোপ্পা গুণনি হায়গদ্রা ইন্দোমচাদা অঙকপা গুণ খরদি ঐসু উজে। পাম্নবসু মতৌ তম্বা ঙমজদ্রি।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

"ককাগা লোয়ননা মোরেদা ইহান হান্না থেংনজখি। নুমিৎ অদুদা ব্রারী ব্রাতাই শানবদা য়াম্না নুংঙাইজবা নুংশিজবা অমসু ফাওখি হৌজিক্তি ঐগী নকুবা মীগুম হেন্না নুংশিজরে।"

মহাক্না চম্না হায়বা ওইরবসু অকোনবগী ব্রাহৈ অদু লাং অমা লংশিল্লকপগুম ফাওই। কৃপ্লক্লিবা লাং অসিমক্তি ঐনা থদৎনিংই, ইন্দোমচাবু কনাগীসু ওইহন্নীংখিদে।

তাঞ্জা অসিদা ইন্দোমচানা চঙলক্কুনা হায়, "ইবুংঙো হাউবা হাউতবদি খঙদে। সুম চামিন্ননিংদুনা তৌবনি।"

মহাক্না থব্রায় য়াওনা খুমখি, "শোয়দনা হাউরমগনি। ইন্দোমচানা থোংবা চাক অমুক্তা চাজগে খল্লক্লিবা কুইরবনি।"

"ব্রাহৈসিদি পীজবদা মহৈ হেক লৈগদববু মাল্লি। লেঙশিল্লসিরা?"

"ককাবু... ?"

"নখোয় ককাগী থবক্তি য়াম্না চিলহৌরিপোৎনি। টোর্চ লাইট অমা পায়দুনা খুনু মকোন্দা খুনু মশীং শুরব্রা য়েংহৌরি। মাগী চিনখ্রবা থবক্লি, করিগুম্বা ব্রাৎলম্নবদি ঐখোয়দা তাইনগদৌরিবনি। অদুদগী উতোন ব্রাতোন্দা, শম্বল করি করাদা থিরুগদৌরিবনি।"

ঙাঙবা লোইশিল্লকপদা ককানা ইন্দোমচাগী তুংদগী হায়রকই, "ঐনা তৌবা থবক অসিদা নঙনা ঙাওনিংবসিসু লোইবজাৎনিকো। ইবুংঙো তোমথিন, য়েংঙু সিনি, নখোয় নন্দোমচানা ঐগী খোঙথাং খূদিং শেন্নরিবসে।"

ককাগী ব্রাঙাঙদু ইন্দোমচাবু চৈবসু নত্তে, থাগৎপসু নত্তে। মশাগী পোঙজবা মতৌ অমখক মতাং চানা উৎহৌবনি।

তোমথিন্না খুম্মী, "ইন্দোমচাগুম্বী ঐবু খোঙথাং খূদিং শেন্নবীগদবী ইমা অমতং লৈজরবদি...।"

মহাক্কী ব্রাহৈ অদুনা মশাগী পুন্সিগী নাইতোম তাবা অচীকপা উৎলবসু ব্রাহৈ অদুনা ইন্দোমচাবু কনশিনবগুম তৌই।

খল্লি– করিগীনো, মাগী ব্রাহৈ খূদিংদা ইন্দোমচাবু মশাগী মী ওইনা কোনশিন্নবা খল্লিবা?

ইমুংগী লৈমায়দু নীংথিনা তৈথোক নাম্বোক্লদুনা ফম্নবা ফিদা থাদুনা তৌরিবা থৌরাং অদু উবদা তোমথিন্না হায়, "ইন্দোমচাগী চাবগী সেবা অসিদি অশেঙবা মৈতৈগী ইমুং ওইবগী ফজবা মশক অমা উবা ফংই।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ইন্দোমচানা নোক্কুনা খুম্মী, "হায়রিবসিবু ঐখোয়সিবু ইশাগী চৎনবীদগী য়াম্না লাপথোক্লব্রনে?"

"ঐনা হায়জবগী ৱা নত্তে। অসিগুম্বা মওং মতৌসে উখিদবা কুইরে। অদুবু ইং দামচাগী য়ুম অসিদদি ঐখোয় ইশাগী কলচর মাঙহন্নীংদবগী অকনবা লীচিং অমা লোয়নদুনা লৈবা উই। গ্যাসতা চাক থোংনখিবদগী মৈতৈগী চাকখুমাঙগী মশক উখিদ্রবনি। অদুবু ইং দামচাগী চাকখুমাঙসিদি গ্যাসতা থোংলবসু ফুঙ্গা নাইদুনা অশেঙবা মশক মাঙদ্রি।"

ইন্দোমচানা নোক্কুনা হায়, "লাই তিনগা য়াম্না নকশিন্নরুবা নৎত্রগসু ইমুংদা মৈ হৌবসিনা লায়না তিন্না লাক্কদবদগী খরা মখৈদি ঙাকথোকইদনা।"

"য়াম্না চুম্মী।"

ককানা হায়রকই, "হোংলক্লিবা মশক অসিগী অফবা, ফত্তবা লৈতবদি নত্তে। মীগী মতৌ তম্লগা মদুনা ঐখোয়গী চৎনবী ওইরদি য়ারোই। ফজবা অফবা লৌশীল্লিবনি হায়দুনা ইশা কোম্বা নুংঙাইবা ঙাক্তা অসুম লৌরকপদগী মমৈদদি ইশাগী খোঙ-খৃৎ পাঞ্জরি হায়বসিসু কাউরকপা য়ারি।"

মখোয়গী অৱাৎ-অপা য়েংলম্লগা ইন্দোমচাগা ঐগসু চানবা ফমথরে। লাইরিক লাইসু মশক মুন্না খঙজরবসু মপৃরোইবগা মাগী নুপীগা পূন্না চামীন্নবগী মওং অসিদি য়াদে। ঙাক্লা চৎলি।

মদু উরুরগা তোমথিন্না হংলকই, "ককাগী মত্তা অসুম্না শোক্লা শম্নদনা চাবসি করি খনবীবগে?"

ককানা চখোমদু হাউনা শুক্রদুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "মসি ব্যবহার হায়বদুনি। মখোয়বু মাংই-শেংই হায়বগী ৱাফমদি ঐঙোন্দা লৈতে। তৌবতবু মসিনা মখোয়গী ফজবা গুণ অমদি লেঙদনা লৈহল্লি। নুপীগা নুপাগা চাক পৃখম অমত্তদা চামিন্নরগা ঐখোয়বু চাওখৎলে হায়বা য়ানিংব্রনে? হেক্তা নুংশিনবসু ওইব্রনে? তৌশিন্নবা মমিদি তাহন্দবনা ফৈ।"

ইন্দোমচানা হংই, "হাববু য়াব্রনে, ইবুংঙো তোমথিন?"

"য়াম্না হাউই ইন্দোমচা। নোংমা মামোগা পূন্না চাখিবা অদুদি থোইনা মহাওবু খঙহৌদ্রে। তশেঙনা ইন্দোমচাসে চাকখুমগী লাইরেম্বীনি হায়বদা করিসু লাল্লোই।"

ইন্দোমচানা মোমোন তৌনা খুম্মী, "ঙসাইদগী অসুক মতম চঙনা থোং-থাক্লিবসি ইবুংঙোনা ৱাহৈ অদুমক হায়বিদ্রবদি ঐহাক ৱারৌবা তাবনি।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

"অশেঙবনি ইন্দোমচা, সার্ভিস অসিদা লৈরুবা ঐখোয়দি ইথৌনা অহীং-নুংথিল নাইবা নত্তবনিনা ঙসিগী অসুম্না চাবা ফংজবসিদি পুন্সিদা তাঙনা ফংবনি হায়না লৌজে। তৃমফম চাফমসু খঙদবা, ব্রাবমখৈসু ব্রাবা, মীনসু নুংশিবীদবা শিনফমসে তৌহৈবা জাৎ নত্তে।"

"চঙলুরবনিনা খরা খাঙবা, থেংনবা তারেদনা।"

"লৈবাক্কী ঈরাং মতা অসিদা খোঙ থাংবসু য়াম্না লুরে। অমরোমদনা ইথৌ পাঙথোকপা, অমরোমদনা নুংশিরবা ইচিন-ইনাওশিং... মখোয় লান্দে খঙলবসু ইথৌ পাঙথোক্লবা হোৎনরকপদদি থেংনবা তাবনি। মসিদনি থোকহন্নীংদবা থৌদোক কয়া থোক্লিবসিসু।"

ককানা মখা শমথৈ, "য়াম্না লুরে মতমসে। লিনসু শিদবা, চৈশুসু তেক্তবা হায়বসি খন্দবা য়ারক্ত্রে।"

"হন্দক্তা ইকুই কুইদনা থোকখিবা, মরাল লৈজদবী অঙাং অদুগী মীশি অদু উবদা নুংঙাইখিদ্রে। মদুগী দায়িত্ব কনানা লৌরিবগে? ভেরী ইন্নোসেন্ট...!"

মহাক ঙাইহাক্তি হূক্কে তৌরম্বা চখোমদু অমুক থাংগৎ অমুক থাদা তৌদুনা লৈ। অদুদগী মখা তারকই, "মদুগী নুংঙাইহিত্রিঙৈ মথক অদুদা মরাল লৈতবা মীচম কয়া অমসু অমুক দন্দী পীরিবনি। অদুদগী চিংনৈ হায়দুনা ফারবা ইম্নুং মনুং অদু লৈকায়না অমুক অমাঙ অতা থোকহল্লি। থম্মোয় শোনবনি হায়গত্রা ইকাই খাঙদগীরা ফারিবা মীশক অদুগী মমাদু মতোমতা অমুক শিজরে। অসুম্না মথঙ মথঙ... কদায়দনো অশোয়বা অমদি চাউনা লৈরে। শোয়রে খঙলগসু থৌনা উৎলুবা য়াদবা অসিগুম্বা থৌদোক হেক হেক থেংনরকপসিদা পুন্সিগা ড্যিয়ুটিগা ঙংখৎনরকই। 'ডু ইয়োর ড্যিয়ুটি' হায়বদু 'দায় ইয়োর ড্যিয়ুটি' হায়নিংলকই।"

ইন্দোমচানা হায়রকই, "অঙাং অদুগী মমা-মপা অদুবুদি ঐনা থাগৎনিংই। মচা কায়নবগী পুঙমদ্রবা মৈচাক অদু মোমোন নোক্লা খাঙখি, মীয়ামগীদমক!"

ককানা হায়রকই, "নঙনা হায়বগুম্না, ঐখোয়গী লৈবাক অসে করিদনো অমা ইশোয় শোয়রি। লাইরিক লাইশুগী মঙাল অয়াম্বনা ফংনরে। ব্রাখলসি খম্বুরব্রা হায়না খল্লি, অদুগা থোক্লকপা থৌদোক্তদি মী নত্তবদৌনা হেক-হেক উহল্লি।"

ইন্দোমচানা মরক থৎখি, "ব্রারীদা অমত্তসু চানদ্রে। হান্না অমুক্তা চাখিসি। লোইনা লেমহৌবা তারে।"

তোমথিন্না ঐঙোন্দা য়েংলদুনা হায়রকই, "সোম্না ইবা লাইরিক্তু পাজরে। লাইরিক অদুদা অদোম্না জাৎ মান্নদবগী উংখৎনবা থৌদোক অদুবুদি ময়েক শেংনা শন্তাইনবগী

নৎত্রগা ব্বারোইশিন অমা ইশেং শেংনা পীবীরমদবদু য়াম্না নুংঙাইজদে। থাজবা ব্বাৎপনরা মতাং অদুবু তরাইনা হুন্দোকপীরম্বগুম তৌই।"

ঐনা খুম্মী, "তরাইনা হুন্দোক্লম্বদি নত্তে। ঐগী কলমগী থম্ফম খঙলক্কবনি। ব্বারোইশিন অদুদি মীয়াম্না পীহল্লগে খন্না শিন্নজরবনি।"

"ঐগী ব্বাহৈ অদুনা অদোমগী লাইরিক অদুবু লান্না উজবগী ব্বাফমদি নত্তে। মত অমা সুম হায়জবনি।"

য়াম্না থব্বায় য়াওবা শাদুনা ঙাঙ শক্লিবা মীওই অসিগী মায়দা ঐসু মুন্না য়েংই। হুরান চিন্থী তৌবা মীবু ফাবা, খৃত্তা খৃৎলায় পায়বা মীশক অসিনা মরী লৈনদবা সাহিত্যদা য়াম্না খঙবা শারিবা অসিবু অচুম্বরনে'? অদুবু মহাক য়াম্না হৈনিংনা ঙাঙলি। মহাক্না মখা তারকই, "মতম অসিদদি জাৎ-বিজাৎ, ধর্ম্ম থোইনা থিনদ্রে। অফ-ফত্ত মশানা লেপ্পা ঙম্লরে। অদুগা অদোমগী লাইরিক্তনা চৎনবী অসি য়াম্না কনশিন্না উৎলি।"

"ঐনা থমজরিবদি মপান্থোংগী মীৎয়েং অদু নত্তে। সমাজনা উবা ঙমদবা থম্মোয়গী পল অদুবুনি। অদুগা ইমুং খরগী মীওইনা য়ারগা লৈবাক্কী ওইনা লৌবদি য়ারোই। হৌজিক্কী মতম অসে খ্বায়দগী লুরবা তাঞ্জানি। চৎনবীবু হেক থাদোকপসু ঙমদবা অদুগা ফত্তবা চৎনবীগী মশকসু খঙলকপা মতমনি। মীপৃম খৃদিংমক ভাব তানা উবা মানবনি। মখোয় তশেঙনা ভাব তাবদি নত্তে।"

মহাক্না হায়রকই, "মুন্না খঙবা অমা চঙলি।"

ঐনা হায়রুই, "অদোম্না হেন্না থেংনবীরবনি। জাৎ মান্নদে হায়দুনা ঐখোয় মশেল থাঙনা য়ান্নরগা করি ফল পীরকখ্রবগে? ঐখোয় নীংবা থুংনরব্রা? মতমদু ঐ লাইরিক তমদুনা অতোপ্পা ষ্টেটতা লৈরি। ঐনা তাখি, মৈতৈগা পাঙলগা হাৎনরে হায়না। নোংমগী চরা তাঞ্জবা কয়া অমসু য়াওখি। ঐ খাঙঙমদনা ব্বাখি। করিনো মীওইবনা খল্লিবা ব্বাখল অসি হায়না খনবতনা ঐ লাইরিক পাবা চঙখিদে।"

"ব্বারী অসি লোইবা নাইরোইদৌরি। ঐদি হৌগৎলম্লগে," হায়দুনা ককাদি হৌগৎখ্রে।

ঐনা মখা তাখি, "পৃম্নমক অসিগী হৌরকফমসি ঐখোয় থিবা তাবনি। অদুগা অমরোমদা য়াম্না চাউথোকচরি, দেমোক্রেসি চৎলবনিনা অপাম্বা অনীংবা তৌবা য়াই। অদুবু মীওই খরনা য়ানবদগী হেন্না মীয়ামগী ওইহনবদি ঙমদ্রি। অদুনা ঐনা চৎনবীদা থাদোকপা ঙম্নদ্রি হায়না থমজবনি।"

মহাক্না নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "অদোমগী লাইরিক্তু অমুক হন্না পাজখিগে।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ইন্দোমচানা হায়রকই, "ঙসিগী চাক অসিদি ব্রারীনা হেন্না পূক্লিং চঙনখ্রে। মহাওবু খঙলিব্রা ?"

মহাক্লা খুন্নকই, "ঙসিগী চাক-এঙ্খাংসু য়াম্না হাউই। অদুগা ব্রারীসু য়াম্না নুংঙাই। নুমিৎ অসে ঐঙোন্দদি তাঙনা ফংবনি, ইন্দোমচা।"

মহাক হৌগৎখ্রে। ঐ ফম্না ফম্না নুপা অসিগী মওং মতৌ, পূক্লিংগী মমিদু মুন্না খল্লি।

*****

## (১৫)

কুইরে, ঐসু থবক চিনমন্দুনা আর্ট গেলেরী চত্তবা। মফম অদুগা শম্নবদা পূক্লিং লৈতারবসু ৱাখলদি মনীং তন্না ফংলক্লে। অদুনা খরা পোত্থারগে খল্লি। অদুবু লাপথোকপা ঙপ্লোইদবা করিনো অমনা ঐবু ফারি।

ককানা খবরদু থৱায় য়াওনা পাদুনা হায়রকই, "নঙগী ডাক্টরেৎ ফংবগী পাউদু ফোটোগা লোয়ননা হাপ্লক্লে।"

ইন্দোমচাসু হরাওনা য়েংই। অদুবু ঐদি থম্মোয় য়ৌনা নুংঙাইয়ু য়াখিদে। ঐগী হোৎনজমল ডিগ্রী অদুগী ভেল্যু, ঐঙোন্দদি অদুক ৱাংনা খল্লু য়াখিদে। অদুগা অমরোমদা ককা ইন্দোমচাগী নীংবা থুংজরিবা অদুগীদি পেনখি।

কলেজদা ময়াম্না নুংঙাইবা ফোঙদোক্লুনা অচা- অথক লাঙলিবদু থোইনা পূক্লিং চঙলুদ্রে। ময়াম্না নোকপু নোকপনে, ফাগিবু তৌবনে ইরাং লাঙই। অদুবু ঐদি মালা লাকপ্রা য়েংবদা লাঙতক্লবা মতৌ অমা ফাওবক্লে। অয়ূক্তা মালানা পাউ হায়রকপনি— ঐজ্ঞা'মা নারে, অনাবা হংবা চৎলুসি। খল্লি কয়াম কন্না ঙমদ্রিবনো? হায়নখিবা মতম শোয়নদনা মালা লাক্লে। ঐসু থোরক্লে।

ঐখোয় অনী গাডি থৌরক্লে।

ইম্ফালগী ময়োলমক্তদা নিংথৌরোল কয়াগী ৱারীনফম ওইরবা য়াইস্কুল লমলেন্নি। পূকচেল তপ্পবী ইম্ফাল তুরেল অমদি নম্বুল তুরেল অনীনা কোয়শিন্দুনা লৈরিবা লৈতেম মান্নবা লমদমসে ঙসিদি ৱাংলবা ফূরা দলান কয়ানা কৃক-কৃক ইন্নদুনা অশেঙবা কোরৌগী মঙাল য়ৌদবা জগাসু য়াওরে।

মালানা লমজীংদুনা যূম অদুদা অহানবা ওইনা চঙলকই। অদুবু মফম অসিদা উরিবা অসিগা ঙসাইমখৈ উরক্লিবা দৃশ্য অদুগা কয়াদা খেন্নরবনো। খল্লি— ইম্ফাল ময়োলদসু অসিগুম্বা মালেমগা অতিয়াগা অমত্তা ওইবা মফমসু লৈরম্লি।

খূৎশেমগী ফজবা অদুবু মহৌশাগুম নীংথিজৈ হায়সিরা? নিংথমথাগী নুমিৎনা চাইথরকপা মঙালদা তুরেল খোংনুংদগী পাইখৎলক্লিবা লৈচিলনা ইঙ্খোল অসিদসু

হাইজিল্লক্লে। য়ুমদু মতমগী য়ুমশা ওইরবসু মাগী অকোয়বদা লৈরিবা, হৌরিবা উপাল-ব্রাপাল, খিল্লিবা নুংগী মূর্ত্তিশিং অদুনা ফজরবা কলাগী মশক অমগী মমি তারি। হৈপাল লৈপাল খূদিংমক মরোল লোনবগুম তৌই। চাং মান্ননা কক্লবা অমোনবা অশংবা নাপী মথক অদুদা চেক্লা খরা চেন চোংদুনা মনীং তম্না চাক্তারিবদু উবদা হেন্না ঙকখ্রে। খঙলে মফম অসিদি মীওইবগী কল্লক য়েংথিবা য়ৌদবা নীংথিরবা শান্তিগী তূংনফম্নি। ইখোল অসিনা ঐবু ঙাইহাক্তি শুমহৎখি।

য়ুমগী থোঙজাওদুগী মথক্তা উনা হকপা ইবুধৌ পাখঙবগী শক্তম অমা থেৎলি। থংননা ফ্রেম চনবা ভগবান নরায়নবু লক্ষ্মীনা সেবা তৌবা অয়েকপা লাইসু থেৎলি। অদুগা নীংথিরবা ময়েক্লা ইরিঃ 'সত্যম সিবম সুন্দরম'। তোয়না থেংনখ্রবা ব্রাহে ওইরবসু ঙসিদি ব্রাহেশিং অসিগী মপূং ফাবা অর্থ মফম অসিনা য়ুম অসিনা ময়েক শেংনা পীরকপগুম তৌই। উদা খূৎ চঙনা হক্তুনা শেন্নবা পোত্থাফম অদু মফম চানা থারি। মৈতৈগী ফমেন নাইবগী মতৌদু ময়েক শেংনা উরি।

ঐখোয় অনী চঙখিবদা ঐজ্ঞা'মাদু হরাওনা হৌগত্তুনা ফম্মী। অদুগা হায়, "নখোয় অনী উবদা হকচাং অসি কনখৎপোই হেক খল্লি।"

নোং-নীনি নাবসিদা ঐজ্ঞা'মাগী হকচাং খরা শোকচিন্না উরে। অদুবু মীবু খোনবী, তরাম-তরাম ওকপী মায়খোঙ অদুদি থোইনা অহোংবা উদে। তামোদি ঐখোয় ফন্নি হায়বসি খঙদবা মাল্লি। ঐজ্ঞা'মাগী হীদাক পীজবা চঙলকপদা ঐখোয়বু উবদা ঙকচান্ননা ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংই।

ইঙক ঙক্লা 'নখোয় লাকইব্রা?' হায়না হংলম্লগা মশাগী ফীভম অদু ঐখোয়গী মাঙদা খরা হৈনদবগুম থুনা থোকখ্রে।

ঐজ্ঞা'মানা মোমোন তৌনা হায়রকই, "মানা ঐগীদমক ব্রাবীবসিদি...।"

অদুবু ঐনা খল্লু উরুবগা কয়া খেন্নরম্লবনো? খনখি– চাওখৎলবা য়ুরোপকী লৈবাক্তা, মফম অদুগী ঈশিং-নুংশিত্তা হৈনরবা মীনা মফম অসিগী চৎনবী, চাকচা-য়ুথক হৈনরিব্রা? নহান মখে ঐনসু উখি, মীরমগী মতৌ তমদুনা নোংচুপ লৈবাক্কী মমি তানা হিংবা পুক্নি অমা ওইনা খল্লুবনি। অদুগা ঙসিদি, খূদৈ অমা তনাল-তনাল শেৎলম্মী। মচু তানা ঙৌরবা মোজা-ফূরিৎ, লোৎশিনবা নংহৌদ্রবা উরিক-লুগুণ, নুপা ওইবগী ফল্লবা থবাক অদুদা থরো-থরো ওন্দুনা লৈরিবদু উরে। উরিবা শক্তম অসিবু অচুম্বদুরা? ঈশ্বরদগী লাপথোক্লবা মতম অসিগী মী ওইনসু উখি। ঐগী ব্রাখল ইরাল লাল্লম্মী।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

ঐজ্ঞা'মানা হায়রকই, "চহী হায়বসিসু অসুম হাপচিল্লকই। অদুগা নাবা হায়বা অমসু য়াওশিল্লকই। ঐগী ইগদবা তৌগদবা য়াম্না ৱাৎহৌরি। হন্দক থোক্লিবা ঈরাং অসি নখোয়সু তারেদনা। নোংমগী খবরশিং অসিদা ইনরিবা ফোঙনরিবা ময়ামসে ঐ পাবা য়াম্না ৱারে। চীংগা তমগা ঈরাং হৌনরিবা। চৎলুবা য়েংখিবা মায়কৈদা ৱাখলসে ঈংনবা লম্বী অমত্তা লৈরমদ্রে। চোকথরবা খৃৎ অসিনা কয়াম কুইনা ইখিগনি? অদুবু ঐগী ইরমদম ঐগী পোক্লফম অসিগী সেবা ঐ পেন্দ্রি। ঐগী ৱাখলগী লোইবা নাইদবা মরক অসিদা নঙ পাবুংগীসু অমুক খল্লিবনি। শাগেগী অহলশিং অসিগা য়েৎনবা হায়বসিসু পামদবনি। অদুবু করিদি তৌনি? নঙ পাবুংসু মানা নীংলিবসিনা লোইরে খল্লি। ইকুতোনগী মচাদুনা মৈতৈ নুপী অমা লৌরকপগী লান্দগী হৌখ্রবনি। নুপীমচাদু য়াম্না ফৈ। লাইরিক লাইসু মতীক চানা হৈ। হৌন-লোনচৎ খঙই। মপাম খবা নংবদুদা পামদবনে মপা চানদুনা হেক্তা লৌশিন্দবনি। নুপীমচাদুগী মীচঙ চঙলুবদগী নঙ পাবুংবু ময়াম্না য়াদ্রিবনি। অচুম্বদু করিনো খঙলবসু ময়ামদি তৃমিন তৃমিন্না লৈশিন্নে। মদুদনি নঙ পাবুংনা য়াম্না শাউরিবসে। বিচার অসি লোইদ্রিমখৈদি মন্দিবগী থোঙ হাংলোই হায়দুনা হাংদ্রিবনি। খল্লুবদা ৱাখলসি করম্না নুংঙাইগনি।"

মালা ঐখোয় অনীনা হায়, "পাবুংগী নিয়ম, ৱাখলদু নচা ঐখোয়সু য়াজনীংই।"

তামোসু নুমিদাংৱাইরমগী ফিজোল শেৎলদুনা ঐখোয়গী ইরক্তা ফম্না য়াওররে। অঙৌবা পায়জমা মথক্তা খুউ য়ৌনা চোনবা লংজমগী কোম-গোম তৌবা ফৃরিৎ অমা লীৎলি। ঙাইহাক্কী মমাঙদা উখিবা শক্তমদু লোৎশিনখ্রে। মহাক্তা ফমথ-ফমথনা হায়রকই, "কনগ্রেচুলেশন্স, ফোর হোল্ডিং ডাক্টরেট ডিগ্রী।"

"থেঙ্কস।"

ঐজ্ঞা'মানা হায়রকই, "ঐদি ৱারীদা কাউইদনা। য়াম্না নুংঙাইরে।"

তামোনা মখা তারকই, "ঐজ্ঞা মশানা নমদুনা নাহঞ্জরিবনি। ঐদি হায়বনি, হেন্না খঞ্জিল্লুনু হায়না। অহলশিং অসে ভাব তাবা ৱাৎলি। মখোয়গী জেনরেসন অসি লোইরগা অহোংবা শোয়দনা লাক্কনি। নমদুনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা হায়বসে সুক্তৌ তৌরোইদবনি। চয়েৎনবা অসিনা পাবুংসু পাঙ্গল, বুদ্ধি পূম্নমক পোথাফম খঙহন্দ্রে।"

তামোগী ৱাদু তারমাল্লে, পাবুংসু চঙলক্লুনা হায়রকই, "মদু য়াদে। মী হায়বসে মখোয়না মশক খঙদবগুম তৌই। মীওইবগী হক চপ চানা ফংহনবা ডেমোক্রেসি চৎপা লৈবাক অমদবু অসুক ধর্ম্ম, জাৎ খায়বা হৌনব্রা?"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

তামোনা মোমোন নোক্কুনা খুম্মী, "মালা ঐদি মসিদা কয়া য়াওনিংদবনি। ঐগী পুক্নি মহীংদি তোঙানবনি। মীওইববু খেন্নে হায়বসি ঐখোয়না করম্না য়াগদৌরিবনো? হোয়, চৎনবী, চাকচা-য়ুথক, ফিজেত্তি খেন্নবা য়াই। মদুদি মপাম্ভোংগীনিদনা। ঈশ্বরদি অমত্তনি হায়বসিদি য়ানরবা ব্রাফম্নি। খঙনা খঙনা হেঞ্জিনবা চৎনবীনা পুনশিল্লিবা মখোয়দো অদুম লৈজরসনু। মখোয়গা মরৈ তৌনবসু অচুম্বা ফল ফংলোই।"

পাবুংনা হায়রকই, "মদু য়াদে। ব্রাহ্মণ হায়বগী অর্থ, অশেঙবা মশক তাক্লিমখৈদি ঐ পোখাফম খঙলোইদৌরি। মখোয়না ইম্ভোক্লিবা মচা-মমৌ অদুগী মশুনুপা অমা ফংলে। অঙাং অদুবুদি ঈশ্বরগী সেবা চঙনবা খন্নরি। ঐনা অমুক মদু য়াদে হায়না য়েৎলবদি চুমগদৌরিবসি কনানো?"

ঐজ্জা'মানা হায়রকই, "ব্রাফম অসি ইচম চম্না লোইশিনবসু য়ারোইদৌরি।"

মমা-মপা, মচা মখোয়না ঙাঙলিবদু মুন্না তাশিল্লুবা নত্তনা মরক থৎলুদ্রে। অদুবু ব্রারী অসি য়াম্না নুংঙাইনা থোকখি।

তামোনা করিগুম্বা খরা য়েংখো হায়দুনা মথক য়ৌবা শীড়ি অদু কাখৎলি। তনান-তনান, পীক্তক তৌবা কাশিং লৈরি। য়োৎনা খাবা মাঙ্গোল মচা অমা। মফম অসিদগী য়েংলকপনা অমুক্কা হেন্না অকোয়বগী ফজবদু উরকই। তুরেলনা থেক খোয়না চেল্লিবা অদুসু উবা ফংলে। শংবান্নবা নোংমাইজিং চিংশাংনা ইনাক্তা নক্লা লেপ্লবগুম উরে।

মালা ঐখোয় অনীনা কা অদুদা চঙলকপদা ব্রা ঙাঙখিদ্রে। লৈরম্লিবা অয়েকপা লাইশিংদুনা শুমহৎখ্রে। য়েক্লিবা লাই খৃদিংমক নুপীগী শক্তম ঙাক্তনি। খেন্নবদি উৎলি। নুমিদাংব্রাইরমগী তাঞ্জা অমদা, য়ুরোপীয়ান কপল অমনা খুৎ অনী চেৎনা পায়নরদুনা মোমোন নোক্কুনা সমুদ্র মপান্দা চৎলি। নাকন্দনা খ্বাংচেৎ চেৎনা শেৎপী মৈতৈ নুপী অমা কোক্তা থুমোক পুরদুনা ময়ূম মায়কৈ পাংলি। য়ূমগী মাঙ্গোলদনা মফি-মরোল নীংথি নুংঙাইনা শেত্তবা অঙাং খরা শান্নরি।

লাইদু য়েংনা য়েংনা ঐ সংসার অমদা কুমথরে। অসুক চাউনা খেন্নবা!

মালেম অসিদা মীচঙ মীখায় নাইদনা মঙাল পীরিবা কোরৌ মানা মরানয়াই পাংলমদাই মতম অসিদা কয়া খেন্নখ্রবা শিন্থানো? ঐনা খংহায় হায়দোকখি, "মৈতৈ নুপী অমনা থেংনরিবা হিংবগী লানফমসে করম্না খঙবীবগে?"

ঐগী ব্রাহং অদুদা মোমোন নোক্কুনা হায়রকই, "করিগী খঙলোই। ঐসু লমদম অসিদা পোকপনি।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

মালানা ফাগী তৌই, "ঐখোয়দি তামো মণিপুরদা পোকই হায়বসি কাউরন্নগদ্রা খল্লুরে।"

"মদু কাউরবদি ঐগী মিং গোবীন্দ কৌদ্রবসু য়াই।"

মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই, "নোংমা নুপীগী শক্তম অমা ঐনা য়েকপদা নঙনা য়াম্না ৱারৌখি। নঙনা ৱারৌখিবা অদুনা ঐগীদি মায় পাকপা ওইখি। অদুবু খেন্নবা য়াম্না লৈ হায়বসিমদি নখোয় থাজৌ।"

ঐনা তপ্না খুম্মী, "তামোনা য়েকপীরিবা শক্তম অদুগী তোঙানবা ৱাহঙ্খোক কয়া লৈরমগনি অদুবু নমদুনা চীন অদুবুসু মেনশিনবীবা অদুদি তশেঙনা লাল্লবনি। মখোয়গী খোঞ্জেল ফাওবদি থোকহনগদবনি।"

"নঙনা ৱারৌখিবসু মদুদনি। থোঙ্গৎলক্লিবা পোৎলুম অদুদা নত্তে।"

"নুপা ওইবশিংনা নুপী ওইবীশিংদা থোঙ্গত্তবা পোৎলুমবু করি লৈরিবগে? মদুগীদমক ঙসি ফাওবা নুপী অমত্তনা কনাদসু ৱাকৎখিদ্রি। মখোয়না নুপীবু মশক খঙনবা হোৎনবগী মহুত্তা মখোয়না ঙম্মী হায়নিংবগী ৱাখল অমা লেঙদনা লৈনরি।"

তামোনা হাইরপ নোক্লকপা নত্তনা মখা তারকখিদ্রে। মালা ঐখোয় অনীসু মখা তানা ঙাঙলুদ্রে। লৈরিবা লাইশিংদুদা পৃক্লিং চঙনা য়েংই। খল্লি– চোকথবা লৈতনা য়েক্লিবা শক্তমশীং অসিনা থৱায় পান্দুনা লেঙলক্লবদি মশাগী পেন্দবা খোল্লাউ কয়া হৌনা লাউরক্কদবসু মাল্লি।

মালানা হংখি, "পেন্টিং বোর্ড অসিদা খোরি খরা খোৎপা হৌবিরিবসিনা করম্বা শক্তমনো?"

"শক্তম অমখক য়েক্কে খন্না শাগৎলিবনি, অদুবু শক্তম অসিগী থম্মোয়গী মমি তাহনবা ঙমদ্রি অদুগা করি মচু শীজিন্নগদগে হায়বসু লেপত্রি।"

অসি হায়বগা মহাক্কী মায়থোঙ হেন্না সেরিঅস ওইরকখি। অরাম চেয়ার অদুদা ফমথখি। ঐখোয় লৈ হায়না ঙাইহাক কাউথোক্লরমাল্লে মীৎ অনী উইশিন্দুনা থম্মোয়গী চমম্নবা অমখক লাকশিঞ্জবসু মাল্লি। শ্বর অমা তপ্না হোল্লদুনা হায়রকই, "অহীং-নুংথিল অনীমক্তা লাই অসিগী খল্লুবদা অকিবসু পোক্লকই। অদুগা মহাক্না ইনাক্তগী মাঙখিবা থোক্লবদি সংসারগী ফজবা পূম্নমকসু নুং ওনখিগনি হায়বসিমদি হেঞ্জিন্না হায়বা নত্তে।"

মালাদি করিগুম্না খরা হায়নিংবা মাল্লি। অদুবু তামোগী মতৌ অদুদা ৱা ঙাঙলমদ্রে। চৎলগে হায়রল্লগা থোরক্লে। ঐখোয় অনীনা শুমাঙদগী য়েংখৎলুবদা মহাক্না য়োংকী বার

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

অদু পায়রগা ঐখোয়বু য়েংদুনা লৈরম্মী। নুমিৎ মশক উদ্রে, মঙালতমক ঙাইরম্লে। গেট বাংমদা মালানা অসুম্নতমক হায়রকই, "ঐগী শ্বরসে কনাগী ওইনা হোনবীগদবনো খঙদ্রে।" ঐ মঙোন্দা মুন্না য়েংই। অদুবু ঐগী চীম্বাল মচী লেঙদনা তূমিন্না লৈখি।

*****

## (১৬)

কনানা তন্নকপনো কদায়দগী তারকপা পাউনো, ইন্দোমচাগা ককাগা ঐগী মরমদা ঙুং ঙুং ঙংনরকই। হঞ্জিন হঞ্জিন খঙনবা তাকখ্রবা ৱাফমদু ঐনা ঙাকপা ঙমদবগী ৱাথোক্লি। ইন্দোমচাগী ৱারৌনা, পেন্দনা ঙাঙবা ৱাহৈ অদুনা ঐগী থম্মোয়বু চৈনা পীদুনা মীৎ খংশিং শিংহল্লরে। অমুক্তা অশাওবগী খোম্থোক্তা ৱা ঙাঙবা হৈজদবী ইন্দোমচানা শাউবা ঙসি উরে। ঐ তৃমিন্না মচী অমদা লেপ্পুনা লৈরি। থৌনা ফনা মখোয়গী মাঙদা লেপ্পুবসু ঙমদ্রে। ইন্দোমচানা ককাদা হায়বদু তায়, "নচানি, অদুম ঙাঙঙু। ঐবু মখোয় ককাগী অনীংবা অমখক্কী কয়াম কুইনা বন্দি ওইনা থমখিগদৌরিবনো? ঐসু মীনি। ঐনা ককাগীদমক লেপচবসিদা করি পেন্দবা লৈবিবগে?"

ঐঙোন্দা তাইনবা ঙমদদুনা ইন্দোমচাদা তাইনবনি। ইন্দোমচাবু অসুম্না থম্মোয় শোকহনবসিদি ঐ পাপ পুবা তাবনি। ঐনা তৃমিন্না লেপ্পুনা লৈবদু ককানা উরমাল্লে, অশাওবা ফাথরদুনা হায়রকই, "থোইবী, নঙনা পাল্লিবসিনা করিনো? শেংনা হেক্তা হায়য়ু?"

নুংঙাইতবা, অশাওবা, খোয়রাংলিবা পূক্লিং, পূম্নমক ফাথরদুনা হায়রকপা ৱাহৈশিং অসিনা ঐগী থম্মোয়দা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবগী চৈথেং পীররে। ঐ খঙই, ৱাশক চেৎপা ককানি। পুন্সি চূপ্পা ঐগীদমক নীংখিবা হোংদনা খোঙ থাংলক্লি। থৌনা ফনা ইশাগী অনীংবা ফোঙদোকপা ঙমদ্রে। মীওই অনী অসিগী মমাঙদা ঐগী থম্মোয়গী অচুম্বসু মায়থীরে। ইন্দোমচাগী মীত্তগী পি তাহনবা হায়বা অসিমক ঐ মায়থীরবনি।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "ঙসিদি অশেঙবা ৱা হায়নদুনা অনীংবা অপাম্বদু খঙদোক্ল বগী তাঞ্জা ওইরে। থোইবী অঙাং নত্তে অদুগা মতম অসিগী চৎনবী কাওথোক্তুনা থায়নগী চৎনবীনা পুনবা য়াবগী মতমসু নত্তে। মতমগী মতুং ইন্না ককাগী অনীংবদুসু হোংলকপদা লানবসু লৈরোই। মতম অদুদা ইচেগা ইতৈ ইবুংঙোগদা পেনখিদবদু ইচানুপী থোইবীদা মদুগী লমন শিংহনবগুম থোকপদুসু অচুম্বা ওইগদ্রনে?"

ঈরা হৌরক্লিবা মীৎ অদু ফিজিনা তৈথোক্লদুনা হায়রক্লিবা ৱাহৈশিং অদু থাজখিদে– ককানা হায়বা ইনবী ইন্দোমচা অদুরা?

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

ককা লূকথদুনা তূমিন্না ফম্লি।

ইন্দোমচানা মখা তারকই, "মখোয় ককানা ঐঙোন্দা হায়বা খূদিংমক্তি ঐ লায়না পাঙথোকপা ঙম্মী। মশানা য়ানিংনা নৎত্রবদি মীগী থম্মোয়বু নমদুনা থেম্বা মদুদি ঐ পামদে। ককাসু খম্থবীয়ু।"

ঙাইহাক্তি কাদু চীকপনা খোঞ্জেল অমত্তা থোক্লকখিদ্রে। ফক্লাংদা নপ্পিবা চুমনা তীল ফাদুনা চাবগী মখোল ফাওবা তাবা ফংলে। ঙসিদি ইন্দোমচা মখোল থোক্তনা কপ্লে।

ককানা লৈমায়দা মীৎয়েং থম্লদুনা মতোমতা শোল্লকই, "শাংলবা চহী ৩০ হেন্না ঐগী পান্দম অদু ফংনবা নীংলকপগী মহৈদি মীৎকূপ অসি লাক্লবগী ঙাইরকপনি। শাংলবা মতম অসি ঐগী ব্রাখলনা হরাও-তয়াম্বগা শম্নদুনা পূক্রিং শান্তি ফংনবা শীল্লকখিবনি। অদুবু ঐ অসুক য়াম্না নখোয়দা লাল্লক্কনি হায়বদি খন্থৌদ্রে।"

ব্রাহে খরসি হায়রম্লগা ককা মাগী কাদা চঙখ্রে। ঐগী মীত্তা তূংদুনা লৈরিবা পিদু খীত্তং নোম্থরুব্দা লৈবাক্তা পোপ-পোপ তারকই। থংনবা কাদনা ককা হীপ্লি। অদুবু মহাক করম্বা পূক্রিংগী লাম্থেং চত্থরিবগে হায়বদি কনাসু খঙলুদে। মায়থীবগী লানফম্লা? নৎত্রগা মায় পাকপগী লানফম্লা? ঐগী ব্রাখলনা কদোমদনো? ইকায় নুংশি য়ান্নবা ঐগী ইতৌ অদুদা ইন্দোমচানা চঙশিল্লক্কুনা ব্রা হৌদোকফম খঙদনা তূমিন্না ফমথখি। অদুগা হৈশিংনা তপ্না শনতাইনবগী ব্রা হৌদোরকই।

"নঙ ককানা নঙবু নুংশিজবা, নীংজবদি মীৎনা কন্না ফাওবা য়েংদ্রিবনি। নঙবু নুংশিবা হন্থখিনি হায়দুনা মচা ফাওবা...।"

ঐ খাঙবা ঙম্লক্রদুনা ইন্দোমচাবু খামজিঞ্জরে। ব্রাফম অসি খল্লুবদনি ঐনা পুঙ্গিবু বন্দি ওইজরিবা। ইতোমতা অচীকপদা হংখির্বনি, "ঐবু অসিগুম্বা চাউরবা ফংঙমদ্রবা মিনুংশি অসিনা কোনশিন্দুনা য়োকপীরক্লিবা করিগীনো?" ব্রাহং অসিমদি থম্মোয়নুংদা ওমদুনা লৈরি।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "নঙ ককাদি নীংথ্রবদি হোংদে। মী খ্বাইদৌনা ঐখোয়গী ব্রা তাবিবা নুপাসু নত্তে। নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি। অদুবু নঙগী ফিরেপ অদুনা হোংলরোই হায়রবদি নঙ ককাবু খেমজিনবদি ঐগী ইথৌনি। হৌজিক্তি নঙনা লেপচগদবা মঙায়রে। ঐখোয়না হায়বা ঙাকসু য়াবা নত্তে।"

খঙহৌদনা কদোমদগী হুমজিল্লক্লিবা নোংলৈ নুংশিৎনো ঐসু ভাব অমা তাহৌদ্রে। অদুবু ব্রাফম অসে ইন্দোমচাগী মফমদা লোইনা হায়দোকহৌদ্রবদি ঐসে মীনম্বী হায়বদু

ওইবনি। ঐনা ইন্দোমচাবু লৌনা নীংজবিবসে অমুবা দাগফম তাহনখিবসু য়াবি, মদুসু ওইহন্নিংদে।

ঐ নুংঙাইতবা কল্পীংবা পৃম্নমক খাঙজিঞ্জবে। ঐনা হায়, "ককাগী অপান্বা ব্রাশকসু খঙজে। ঐগী অবেপ্পা ফিবেপ অমা লৈবাবসু মসিনা ককাগী নীংবা কায়নবা মবমদি ওইহল্লোই। অদুগা ঐগী ব্রাখলগী নীংতম্নদি ঐ কনাদসু শিন্নবা ঙল্লোই। ককানা শাউবিবসিদি হেঞ্জিন্না তাবকপা পার্উান।"

ব্রাহৈ অসি থৌনা ফম্না তশেং তশেঙনা হাযদোকখ্রে। ইন্দোমচাসু ব্রাখল খল্লিমাল্লে। মশাবু কাউথোকচবা মাল্লি। ইন্দোমচাগা ঐগা লোযনবকপসে মহাক্কী মচা নিঙোল ওইনা কবিগুম্বা কালদনা মমান্নবীগুম লোযবীবকপনি। ঐগী বাখল, ঐগী পুল্সি ইন্দোমচাগী মকম থৃপচবগা মনীং তম্না মোমোন নোক্লা লেঙ্গবকপনি। ঐনা ইশেং শেংনা হাযববসু থম্মোযনুংদা লোংশিল্লিবা নুংশিবা অদুদি ইন্দোমচাসু খঙবা মাল্লি। অদুগা মসিবু ইন্দোমচানা তবাই-তবাইনা লৌবসু ঙল্লোই, অদুর্ননি বা ঙাঙদ্রিবা। ফনা কুইনা ফন্নবা ফাওবা ইন্দোমচা ব্রা ঙাঙলকখিদ্রে।

ঐগী কাদা চঙলকপা মতমর্দদি ফক্লাং ঘড়ীদা পৃং ১১ তাবগী যন্ত্র খোঙলক্লে। ফমুং চঙদুনা হীপথগে হায়না খন্দ্রে। মাঙ্গোল মচা অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা ব্রাখলগী পোখাফম থিবি। ঐগী পৃক্লিংগী অবেপ্পা অপাম্না লৈববসু মদুনা ককাগী থব্রায় নুংঙাইহন্দবসু পামদে। ঈংনা চীক্লা পাঞ্জবিবা ইমুংদা ঙার্সদি মৈশা চেনবা নুংশিৎ হুন্নকপদা খাঙঙমদবা চৈনা ফংনবে। লাল্লিবা মীশক অসিবু ঐবা' অদুগা মীশক অদুবু ঐনা খল্লুবা, নীংজকবা অসিমকসু ইতোমতগী থম্মোযবু লানহঞ্জর্বনি।

মতাং অসিদা, ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদা মরূপ ওইনা শান্নমিন্নবকখিবা বামোন সুকুমাববু নীংশিংলকই। মতমদু ককানা উগী কাববাব তৌবগী মতম খবা য়াইবিপোক্তা লৈখি। ইন্দোমচা ঐখোয অনাসু ককাগী মতুং ইনখি। খবা খবদগী চঙী অনী অহুম হেন্না লৈখি। ঐ যাম্না পীক্লি।

নীংশিংলি, অঙাং ওইবিঙৈগী মতমদো। সুকুমাবহোযগী লাইশঙদু ঐখোযনা লফূ চনাংনা নুবা শেমদুনা ব্রাই তওনা থৈ। ঐখোয যাম্না হবাওখি। ঐগী ঐগী উখোং মপা কনশিন্নদুনা কযা হবাওনা থৈখিবা, শান্নবা ওইনা।

সুকুমাবখোযগী ঐজ্ঞা'বোক্লা হেক হেক তাকপীখি, "ব্রাই তৈবদা লাংহনগনু। লাংলবদি হযেং নশক ফজবোই।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্পুরি

ঐখোয় য়াম্না পাখৎখি। ব্রাই তৈবদা লাংবা করিনো হায়বদি খঙদে। কংশিল্লকপদু লাংলবনি হায়দুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন তৈখি।

ঐজ্ঞা'বোক্লা চৈখি, "লোক্তাক খারা শারে। তৈবীরনু... তৈবীরনু।"

লাইগী লূক কৎপা মতমদা লাইশঙ থোঙ হাংলকপদা ঐখোয় ময়াম্না কাংসি য়ৈনবা মুন্নৈ। অসুম্না ঐখোয় মশেল খৎনবদা ঐজ্ঞা'বোক্লা ব্রায়েল্লি, নুপীমচাশিং নখোয় য়াম্মনখ্রে। অমসু অমসু পায়রনু সুকুমারদি নুপানিনা মা ওইনা য়ৈহল্লগে। মদুদা সুকুমারনা ঐখোয়দা য়েংলগা হরাওনা মোমোন নোকখি। অদুগা কাংশিদু য়ৈখি।

সুকুমারখোয়গী থৌনদবা বস অমনবা অদুগী মনুংদা ঐখোয়গী চাকথোংবী শান্নফমনি। শান্নবদুদা মহাক্লা হায়, "থোইবী, চাক থিরো। ঐ থবক চৎলগে।"

ঐনা খুমখি, "ঐনা থোংবা চাক নঙনা চাবা য়াদে। চাগুমসি।"

নুপী ময়ামগী মরক্তা মতোমতগা য়াওবনিনা খরসু কেশিন্নৈ। অদুদগী মহাক্লা হায়রকই, "অদুদি ঐ শান্নবা য়াওররোই। ঐগী চফূ-উয়ান পীরো।"

ঐনা খুম্মী, "লৌজৌ। নখোয়গী বামোন ইমানা থোংবা চাক্তু নখোয় পাবুংনা চাব্রা?"

মহাক্লা খুম্মী, "মসিদি শান্নবনি, চাবা য়াই।"

ঐনা হায়, "য়াদে।"

মহাক্লা খুম্মী, "য়াই।"

ঐনা য়েৎলি, "য়াদে।"

মহাক্লা শৎ লাউনা হায়রকই, "য়াই।"

য়াই-য়াদে হায়দুনা ঐখোয় অনী খৎনখি। শম ফোয়নখি। মখোয়গী মচেনা খামদোকই। অদুদগী মহাক্লা শান্নপোৎশিংদু চাইখাইখি।

মতম অদুদা বামোন ইমানা থোংবা চাক পাবুং অমদি ঐজ্ঞা'বোক্লা চাদ্রিবা করিগীনো খঙখিদে। চুম্না মখোয়গী মতৌ তম্লগা শান্নরুবনি।

ঐনা ভাব তারক্লবা মতমদদি খঙলকই, বামোন ইমা মৈতৈ নুপীনি। মচাদি তরামাথোইনি। নুপাদি সুকুমার মতোমতনি। ঐনা মখোয়দা চঙবদা তত্তুনা উখি, বামোন ইমানা মচা ময়াম অদুগা মাঙ্গোলদা চাক চাবদু... নুমিদাংসু পোদোন থাল্লগা চাবা উখি। অদুগা সুকুমারদি ঐজ্ঞা'বোক্তা চাকখূমাঙদা খূদৈ মচা অমা শেৎলগা চাবা তত্তুনা উখি। মানা খূদৈ শেৎপদু ঐনা য়াম্না নোক্লিংখি। করিগীনো খঙদে।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

তুরেলদা, অথেনবা ঈশিংদা, ফৈজোম থোক্লগা ঐখোয় পূন্না ঈরুজমিন্নে। তোর্বানগী লৈঙোয় মথক্তগী ওস্থবী শান্নখি। বঙ্গলোগী অচৌবা কৌবিলিয়া পাম্বীদগী শৌদোরকপা গম ফকপা চৎমিন্নে। খারিবা তারা লীৎপগী চৌকিদারনা চৈ পায়দুনা হেক হেক তান্নখি। অদুগা লাউরকখি, "হাই নন্দলালগী মচা, নপা তাক্কে খঙনি।" অদুগা ঐঙোন্দসু চৈরকখি, "মসিগী নুপীমচা অসিসু মোল্লি-মোল্লি ইন্নরিনে। নঙসু নঙ ককা তাক্কে।"

ঐখোয় য়াম্না কিখি। তাক্তা তাক্কদবা মানখি।

অসুম্না অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদো ঙসিদি মীৎকূপ অসিদা নীংশিংলকই। কয়াম নুংশিখিবা মতমদো। ঐখোয় ককাগী মতুং ইন্দুনা ইম্ফালদা অমুক লাকখি। ঐখোয়গী অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিরবা ৱারীদো চেল্লিবা তুরেল অদুগা বঙ্গলোগী ফজরবা মফমদুনা ৱারী লীহৌরে।

মতম অদুদা ককানা ইন্দোমচাদা ৱারী শাখি, "ঐক্তা নন্দলাল হায়সিনা তৌরিসিবু চুন্নিব্রা য়েংঙুনে? ইতৈমসি মচা তবামাথোইনি পোক্নুনা লৈমিন্নবিবা। অদুগা ইতৈমনা থোংবা চাক্তি চাবা যাদে হায়দুনা চাদ্রিনে। অসিবু করিগী নীতি নিয়মনোনে।"

ঐগী ইমাগী হক্তংগী শার্ভানিংদুনা লৈরিবা ককানা মফম অদুদা অমুক থেংনরুবদুনা ককাগী পুন্সিদা জাৎ-বীজাৎ খায়বা অসি শুকহে হৈনদনা খোকশ্রবনি।

খল্লকই– সুকুমারদুবু করম তৌখ্রবাজাৎনো? বামোন ইমাদুবু চাকখূমাঙদা চাক থোংলম্লগদ্রা? মানা থোংবা চাক পাবুংনা চারম্লগদ্রা?

ৱাখল ময়াম অসিনা ঐবু শূব শাংনা হোলহনখি। অতিয়াগী থাজসু শেংফাত্তবা মঙালগা লোয়ননা হৈনৌ মনাশিংগী মরুমদা ঐবু লোন্না য়েংদুনা লৈরম্লে। অচীকপা অসিদা অসুম্নতা খল্লকই– থম্মোয়নুংগী লেঙদনা লৈরিবা অচুম্বা অসির্তদি মাঙহনবীখিগনু।

*****

## (১৭)

নোংঙাল্লকপদা ইশা অসি ৱাখলনা ইচোক চোকথবা ফাওরম্মী। ইমুং অসিদা মীওই অহুমখক লৈবসিদা অমনা অমগী শক উনবা হঙ্গোইনবগুম পূক্লিংদা খন্নরিবসি ঐনা হেন্না হৈনরক্লে।

থাংলিবা খোঙথাং, খল্লিবা ৱাখল মীওই অহুম্মক লোইনা চুম্মী। অচুম্বা মশক খঙবসিনসু ৱা ঙাঙবা ঙম্মদ্রিবনি।

অয়ুক্তা ককাগী চা পীবা চঙবদা ঐবু মহৌশাগা মান্নদবা মওংদা অতোপ্পা মীদা তৌবা ব্যবহারগুম হায়রকই, "করি থবক লৈহৌরি? ফম্মু।"

ককাগী মায়থোঙ, মীৎয়েংদা পূক্লিংগী অশেঙবা মমি তারি। ঐবু মচা অমা ওইবগী হক লৈত্রবগুম কোইতক তৌবা মতৌ অদুদা পূক্লিং অসি নুংশিরক্লে। শাংলবা চহী কুম্থ্রা অসি হৌখিবা মতমদা ঙসিগী অয়ুক অসিগুম্না পূক্লিং নুংশিবা নুমিৎ যাওখিদ্রি। ঐগী পূক্লিং নুংশিবগী ঈঙ্গিৎ অদু মায়থোঙদা মমি তাখ্রমাল্লে ককাসু খরা নুংঙাইতবা মাল্লি। মশাগী ৱাশক অদু খরা কনমনখ্রে হায়বগী মতোমতা পেঞ্জদবা অমা ফাওরকপা মাল্লি। ঐনা পুরকপা চাদু অনী অহুম্লক চিংলবা মতুংদা হায়রকই, "গোবীন্দগা ঐগা ৱারী অমুক্তা শানগে।" করি হায়রক্কদগে খল্লিঙৈদা থাজবগী ৱাংমদা লৈখ্রবা ৱাফম অমা পুশিল্লক্কুনা ঐবু লূম্নবা নুংজাও অমনা নম্থুরকপসিদা ঐ ঙাইহাক্তি শ্বর থিংই। অদুগা ঙরাং নুমিদাং উংখৎনদুনা অমনা অমবু পেন্নদবগী চিন্তা তৌনদুনা ইন্দোমচাগী মীত্তগী পি ফাওবা তাহনখ্রবনি। খনখিবনি– হয়েং নোংঙাল্লকপদা করি ওইগদগে? অয়ুক অসিগী মেঙলবা নুংশা মঙাল অসিনা ইমুং অসিদা ঙাল্লগনি হায়বদি করম্না থাজরুগনি। ঐ খঙলে– ঙরাং অহীং চূপ্পা তূমদনা ককা ৱাখলগী লাম্থেং চখরমগনি। অদুননি ঙসি ৱাহৈ অসি হায়রক্লিবা।

ককানা চাদু লোইনা থকচিল্লদুনা য়াম্না ঈংথনা হায়রকই, "নঙনসু হেন্না খঙলিবনি। থোইনা তাক্লিংঙাইসু লৈতে। ঐখোয়গী সমাজ অসিদসু জাৎ-বিজাৎকী ৱাফমসে মনুং মনুংদা ঈচেল য়াম্না কন্না চেল্লিবনি। চীন্না লাউনবগী ৱাতনি। ঐদি তৌশিন্নবসি পামদেনে। ঐনা হৈনখিদ্রবা মওং অমসু ইহাকথক অসিদা থেংনবা তারব্রা? মতম অসিগী অওনবা

অসিদা মখোয় কদায় ফাওবা খোঙ থাংদোকপা ঙম্লবগে হায়বা অদুমদি ঐ খঙনিংই। অদুনা মখোয়গা ব্রারী শানবগী তঙায়ফদবা লৈ। ঈশ্বরদি ঐ থাজৈ অদুগা মমিং থোনবা ধর্ম্মদি ঐ য়াদে।"

ঐনা পাউখুম পীফম খঙদনা ফল্লিঙৈদা ঐগী ব্রা ঙাইবা তৌদনা ককা হৌগৎখ্রে। অদুবু করি তৌসিগে খনফম খঙদ্রে। ককানা উননিংলিবা মীশক অদুগা ঐগা করি ঙাঙনখিবা লৈদুনা মহাকপু ঐনা কৌগনি? অদুগা চিংনরিবা ব্রাফম অসি লোইশিনবা ঙমদবসিমক ঐগী অচৌবা ইরালনি।

তাঞ্জা চানা মালাসু মাগী থবক অমা চৎমিন্নসি হায়দুনা লাক্লে। ঐগী ফমুংদা লোংনা হাইথরদুনা শ্বর শাংনা হোন্দোকই। অদুগা হায়রকই, "ঐজ্ঞা'মাখোয়গী য়ুম ঈঙ্খোলদু য়াম্না চীক্লবু লৈরম্মী। চরাঙনবা শহর ময়োন্দসু চীক্লবা জগা অমা লৈরম্বসিদা তশেঙনা ঙকই।"

"উম য়াম্না ফজে।"

ঐগী পাউখুমদু মালাগী পামজবা পাউখুম ওইদ্রমাল্লে অমুকসু হায়রকই, "চুম্না ফজবা মফম্বুদি অতৈদসু উবে। অদু নত্তবা... নঙনকা লৈরগা হেক চান্নগদবা মফম ওইনা উরিবা, ঐনদি।" ঐনা নোক্লদুনা মালাগী ঙকশমদা কোল্লদুনা হায়, "অশেঙবগী, অশংবা নাপীমথক অদুদা ফল্লগা পুক্সিগী অবা নুংঙাই ব্রারী নীংশিংনিংই।"

"মখা খরগা হাযবকখো, তাখিগে।"

ইমুংগী থোক্লিবা ব্রাখোক অদু তম্বদগীদি নোক্লম্বা, ফাগি তৌরম্বদু লেপখ্রে। অদুগা জ্ঞান তানা হায়রকই, "ককাগী অদুগুম্বা অরেপ্পা ব্রাফম অদুদি খঙদে। নঙনসু তমদে।"

"ককানা হায়রিবা ব্রাফমসি করম তৌসিগে?"

"ফৈ কৈনো।"

"ওস্থোক্লা লাযনা হায়খ্রেদা।"

"হায়দদি। নঙোন্দা হায়বা য়াদবা ব্রাফমসু লৈ।"

"ঐনা হংবীগদবা মানব্রো?"

"হংলবসু ঐনা হায়রোই।"

"হায়দ্রবসু কায়দে। নখোয়গী এসোসিএসনগী ঐবু এডভাইজর হাপ্লদু ঐনা ঙমজরোই হায়রবদি কমদৌবা?"

"অদুগা মরী লৈনদে।"

"য়াম্না হৈনে, মসিগী নুপীসিদি।"

"মালাবু তরাই-তরাই খল্লবদি অপংবী তাজগে হায়তনি।"

ঙসাইমখৈ তৌফম খঙলমদবা ঐগী ৱাখল অদু মতৌ অদুদদি নোক্তবা ঙমদ্রবদুনা নোক্লে।

*****

## (১৮)

ঙসি নোং-নীনি অসি খংঈং ঈংবগুম তৌই। নিংথমথা অসিদা নোংনা লেপ্পা লৈতনা চুথরক্লে। য়াম্না খাক-লাউ খোংদুনা চুবা নোংদি নত্তে। তরু-তরুবা অতিয়াদগী পৃক্লিং নুংশিনা শীন্থরকপা পিরাংনি।

ককাসু মোরে চৎখ্রি। ইন্দোমচাগী মতেং পাংবিবা ওইনা মৈফৃ থাগত্তুনা মনাক্তা ফল্লি। গেট ব্রাংমদা কনানো অমনা কৌরকপদুদা অমুক কৃমথরক্লে। ইন্দোমচা ঐখোয় অনী থোক্তুনা কনানো হংলুবদা য়াম্না থাজদনা লেপ্লল্লিবা মীশক অদু উবদা ইন্দোমচা ঐখোয় অনীমক ঙক্তুনা ঙাইহাক্তি য়েংদুনা লৈরে।

ইন্দোমচানা হংখি, "কদোমদগীনো তৌবকইসিদি?"

তোমথিন্না হায়রকই, "মতমসি চাদ্রে। খরা নকপা খঙন-চান্নবা য়ূম থিরকপদা ইন্দোমচাহোয়দা তারে।"

"অদুগী নত্তেনে। নমায়দুসু লোইনা শোক্লে। করি তৌরুরবগে?"

"গাড়ি এক্সিডেন্ট তৌরিবনি।"

ইন্দোমচানা শোনখি, "ইস! ইমাইপেম্মা... ইমুংদা চঙলসি। নতোমতরা?"

"মানি।"

হান্নগুম ইন্দোমচানা গেটতু লোনশিল্লম্লে। ঐখোয় অহুম তুংদ-মাঙদা চঙমিন্নরক্লে। ফমফম কা অদুদা ফমথবগা মৈঙাল'দুদা উরে, শেৎলি-চারিবা ফি-রোলদুসু লৈখোম লোইনা তৈরে। মায়দুসু ঈ-থোক্লা হুবাৎলে।

তোমথিন্না হায়রকই, "নম্বোলদা মরূপ অমগী স্বষ্ঠি-পূজা চৎলুবনি। টাটা গাড়ি অমা য়াঙনা থৌরকপদু থৈদোক্লবা হোৎনবদা ঐগী জিপসিদু লক্সী ময়াগী খোঙবান অমদা য়ুংনা তাশিনবনি। ঈশিংবুদি য়াম্না লৈতবজাৎনি। ঐ ঙাইহাক্তি জ্ঞান মাঙই। নোং চুবনিনা মীসু ইতাক তাকই। লাইবক ফবদগী নুপামচা খরা থেংনদুনা ঐবু মতেং পাংবিদুনা গাড়ি মনুংদগী থোরকপা ঙল্লিবসিনি।

"ইস! দষানিনে। গাড়ি'দুদি?"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

"হয়েং নোংঙাল্লগা চিংখৎত্রবদি য়াররোই। নুপামচাশিংদুগী য়ূমসু অদুব্রাইদা ওইরল্লে। মখোয়দা য়েংশিনবীনবা শিন্নরমলে। মখোয়না চৎখ্রনু হায়বনি অদুদা ঐনা ইন্দোমচাহোয়গী য়ূমসু ইরাপ লাপ্তুবা অদুদা সিদা ওইনা লাকচরবনি।"

"ফরে, ফরে। হীদাক হাপসি।"

ঈশিং অশাবগা ফর্স্ট এইডকী বোক্স অদুগা পুরদুনা কা'দুদা অমুক চঙলে। লশিংনা অশোকপদু তপ্না নাম্থোক্লদুনা হীদাক হাপ্পীরে।

তোমথিন্না হংলকই, "ককাদি?"

"ঙসি মোরে চৎখ্রি।"

"হল্লক্লোইদবরা?"

"হল্লক্লোই।"

ব্রাদু তাবদা মহাক খরা হৈনদবা মাল্লি। অদুগা হায়, "ঐ ফোন অমুক্তা তৌগে। গাড়ি অমা থারকউ হায়গে।"

ইন্দোমচানা, "অসুক থেঙলবসিদা... ফিরোলসু লৈখোম ঙাক্তা ঙায়রে। ঙসিদি ঐগীসিদা পোত্থারো। ফীভমসিদা চৎহলখ্রবদি নঙ ককানা লাক্লগা ঐখোয়দা ঙাঙলনি।"

তশেঙনা মহাক খরা শোক্লবজাৎনি। লৈখোম তৈবা ফিরোলদু হোংদোক্লবা হায়বদগী মহাক য়াম্না হৈনদনা খূদৈ শেৎপা তারে।

মপান্দা নোংসু লেপ্পা লৈতনা তপ্পি-তপ্পি চুবি। চানবা থৌরাং তৌরুগে হায়বদি য়াদ্রে। হীদাকসু খরা থক্লক্লমাল্লে। মশাগী অশোয়বদু লান্না খন্দনবা হায়রকই, "ঙসিদি ময়াম পূনবসিদা হীদাকসু খরা পায়রুরে। ব্রারৌবীবা য়াদে।"

ঐ নোক্তমক নোক্লে। অতিথি অমগী তৌফম থোকপা সেবা তৌরি। ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "অদোমগী তৌবীমল ঐ কাউজরোই।"

ঙসিদি মহৌশাগা মান্নদবা মতৌ অমা মঙোন্দা উবা ফংই। থক্লক্লিবা হীদাক অদুগী মতেং লৌরিমাল্লে। ইচম চম্না মীওই অমদা তৌবীমল উৎপগী ব্রাঙাঙ অদুদগী খরা হেঞ্জিনবগুম তৌই। চাক-ঈশিং লাঙলুগে হায়বসু য়াদ্রবনিনা ইন্দোমচানা চা অশাবা অমদি থকউ হায়দুনা পুথোরকই।

ফম্মিন্নদুনা ব্রারী ঙাইহাক শানরবা তুংদা মাগী তৃম্ফম শেম্নবা ইন্দোমচা চঙখ্রে। মপান্দা, তপ্না মোঙ হাবা য়াওদনা নোং চুরি হায়বা থোঙনাওগী মিংশেলদা উই। মহাক চাগী কপ্তু থাঙ্গত্তুনা চিংই। থক্লিংনা থকপদি নত্তে। ব্রারী শারকই, "ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদগীদি

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

মামোগা ইনেগা মখোয়না ঐবু কোনবীরকপনি। ঐনা সর্ভিস অসিদা চঙলবা মতুংদগীদি খঙলকই– সমাজগা মীওইবগা লৈনরিবা মরী। অদুগা ঐগা ইমুং মনুংগা লৈনবা মরী। লংদাই অসিদা নাইতোম হিংবা হায়বসে তশেঙনা ৱাই। করিগুম্বা কালদা বাবানা থম্বীরম্বা ঐগী অশেঙবা ইথ্লোল অদুদা লৈতানা পোথানিংলকপসু য়াওরকই।”

মহাক্কী মরমদা ইন্দোমচাদগী ৱারী তারে। থবক চাউনা তৌজরবসু মাগী তঙদু লৈতাদবা পুন্সি মরেল অমদা লেল্লি হায়বা।

ঐনা হংই, “শান্তি ফংবীদবগী ৱারা?”

মহাক্না নোকফেৎ তৌনা খুম্মী, “ঐনা লৌবা হৈজদবনি। অদোমসু হেন্না খঙবিরবনি, হৌজিক ওইরিবা লৈবাক অসিগী ঈরাং মতাসি। ড্যুটিগী মতমদা খৃত্তা খৃৎলায় পায়দুনা চৎলিঙৈদবু শান্তিগী ৱাখল খল্লগদ্রা? যুমদা হল্লকপা মতমদদি যুমগী থোঙজাউ হাংদুনা পর্দা হাইদোক্তুনা লেপ্পীরম্বী ঈংলবী কনাগুম্বীগী মায়থোঙদসু উনীংলকপা মীৎকৃপসু য়াওরকই।”

ৱাহৈসি হায়রগা নুংঙাইনা নোক্লদুনা চাদু চিংখি। ঐসু নোক্লিংবা অমা ফাওদুনা নোকফেৎ তৌরুরে অদুগা হায়রুই, “মদুদা অদুক লুনা খনবিরিবা করিগীনো?”

হন্দক্তি সীটতা জ্ঞান তানা ঙাথরদুনা হায়রকই, “মসিদি পুন্সিগী অচৌবা ৱাহংনি। তবাই- তরাইবা নত্তে। তৌবতবু মহাক অশেঙবা নুপী অমদি ওইবা তাই।”

কুনমাথোইশুবা চহীচা অসিদসু নুপা অমগী মচীন্দগী অসিগুম্বা ৱাঙাং অসি তাবদা ঐ তশেঙনা ঙকপা ফাওরে। অদুগা ঐনা নহান মখৈ উরম্বা এস পী তোমথিন নৎত্রবা হায়না মীৎ অসি লাওথোক্তুনা য়েংনিংলকই।

ঐনা হংই, “সোম্না অশেঙবা নুপী অমনি হায়না রিগার্ড তৌবিরিবা নুপীসি করম্বা নুপীবুনো? খঙজনিংই।”

“ঐগী পাউখুমসিদি ইশানা পীবিবনা হেন্না মরীক চূমগনি খল্লি। মরমদি ইশা নুপীনি অদুগীসু মথক্তা কলম পায়বীরিবনি।”

“ইশাগী মীৎয়েংদদি নুপী মখল খায়দোকপা লৈজদে।”

“সোমগী মীৎয়েংদা চপ মান্নে অসিরা?”

“নুপাশিংগী মীৎয়েংনা নুপীবু মখল কয়া থোক্না খায়দোক্লগা য়েংলিবগে হায়বসি ঐখোয়নদি করম্না খঙগনি।”

মহাক্না য়াম্না চীং-লেম্না মোঙ-হাবা য়াওদনা হায়রকই, “অদোমসু খল্লদুনা য়েংবিবা

তাবনি। সমাজ অসিদা লৈরিবা নুপী খূদিংমক অদোমগুম্না লোইনা উবীবসু চুম্লোই। নুপী হায়রগা কয়াম চাউনা কোনবগে হায়বসু খঙবীগদবনি। তোঙান তোঙানবা লমচৎ-শাজৎ, হৈনবী, পুম্নমক অসি মওং অমত্তদা মীওই খূদিংদা চপ চানা মান্ননা লেঙদনা লৈবা নত্তে। অদোম্না উরিবা মীৎয়েং অমত্তদগী য়েংলগা ছাচা অমদা শেম্বগুম উবা নুপী অদুদি ঐখোয়না উবা ঙমজদে।"

য়াম্না চীং-লেম্না অশেঙবা পূক্লিংগী ব্রাফম খরা হায়রকপা অদুদা ঐ তূমিন্না য়েংদুনা লৈরে। ঐনা পাউখুম পীদনা তূমিন্না লৈবদু উবদা মখা তারকই, "ঐগী ব্রাহৈশিং অসে পুলিসকী ব্রা ওইনা লৌবিবদি তৌবীগনু। ঐখোয়সু মীওইবগী থোৎ-নৌবা থম্মোয় মশক খঙই।"

ঐ করিনো অমা খল্লুরে। তপ্না খুম্মী, "নত্তে, ঐ খঙ্জদে। হায়বীয়ু।"

"ঐখোয়গী নুপীশিংবু অদোম্না চপ মান্নবা মীৎয়েং অমনা উবিবদু য়াজবা ঙম্লোই। সোমগী লাইরিক অদুদা য়েক্লিবা শক্তমশীং অদুবু অশেঙবা নুপীনি হায়বীরগদি নুপা ঐখোয়বু খৎনবা হৌবিবনি হায়বদা লাল্লোই।"

"হৌজিক্তি মহৌশাগী মতমদু নৎত্রে। নুপীগীসু অশেঙবা শক্তম লৈ হায়না ময়ামদা ফোঙদোকপা অদুবু অদোম্না খৎনবা ওইনা লৌবিগনি হায়নদি খল্লুদে। মতম অমদা নুপানা নুপীবু মখোয়গী অপাম্বা ওইহন্নীংবা মওং অদু য়েক্লিংবা মচুনা য়েক্লম্বনি। হৌজিক্তি ঐখোয় ইশানা অশেঙবা শক্তমদু অচুম্বা মচুনা য়েকপনি। মসিবু লাল্লি হায়না ককপীবা তারবদি সমাজ অসি অদোমখক্তগীনি হায়বদা লাল্লোই।"

মহাক্না য়াম্না ব্রাখল তৌনা হায়রকই, "মসিদা নখোয়না খন্থবা ব্রাৎপা জগা অমদি লৈরে হায়বসি ভাব তাবীগদবনি। ঈশ্বরনা শেম্বদা য়াওরকপা, মহৌশাগী নীতি-নিয়ম লীচৎ অদুবু নখোয়না থুগাইনিংলক্লবদি মদু খ্বায়দগী অশোয়বা অরানবনি হায়বসি খন্থজগদবনি।"

"মহৌশাগী নীতি-নিয়ম অদুগী খূদোংচাবা লৌরগা নুপীশিংগী ব্রাখলবু লাকশিন্নবা হোৎনরক্লবদি, নীতি-নিয়ম অদু ঐখোয়না থুগায়বদা অরানবা ওইরোই।"

মহাক ঙসিদি য়াম্না চীং-লেম্বগুম উই। ব্রাহৈ খোঙ্হোক খূদিংমক য়াম্না ঈংনা থোক্লকই। মহাক্না মখা তারকই, "মীওইবা অমগী থৌদাং মপূং ফানা পাঙথোকপা হায়বা অসিবু চুম্নগী মীৎনা উরিবা, লাম্বা ফংলিবা অদুখক পাঙথোক্লগা য়ারব্রা? নত্তে, য়াম্না খম্থনিংঙাই লৈরিবনি। লোইবা নাইদবা, খল্ল-খল্লগা ফলসু তারোইদবা। 'হিংলিবা' হায়বা

ব্রাহে অসিগী মপূং ফাবা অর্থ করম্বা লাইরিক্তা মপূং ফানা পীবা থেংনরবগে? পীবসু ঙম্লোই। ব্রাহে অসিগী অর্থ শব্দোক্লা তাক্লুনা ইবা লাইরিক লৈরবদি 'গীতা', 'কোরান', 'বাইবল', 'পুয়া' পুম্নমকপু মায়থীবা পীবা লাইরিক ওইগনি। ঐখোয় কনানসু হিংবগী অশেঙবা শক্তম লৌবা ঙসি ফাওবা ঙম্লদ্রি। অদুনা লৈজরিবা অশেঙবা শক্তম অদুবু থুগায়দুনা নাথৈরক্লবদি মদু হেন্না মীনম্বা ওইগনি।"

মহাকপু ঐনা হান্না খঙলম্বা অদুগদি তশেঙনা লাপ্লরম্লে। খৃত্তা পব্বার পায়বগী মীৎয়েংনা অসুক কৃপ্পা হীরম অসিদা খল্লমগনি হায়বসি থাজখিদে। মসিদি চুম্লগী খন্ন-নৈনবা নত্তে। অশেঙবা থম্মোয়দা ফাওরিবা হকথেংনবা মশক অদুনি। মহাক্কী মীৎয়েং, ব্রাঙাঙ অসিদা ঐনা য়ানিংবা নংত্রগা য়ানিংদবা অদু ঐসু কন্না য়েৎলুদ্রে। অদুবু ঐগী পুন্সিগী লামায় অমগী অচুম্বা মশক অমদি উবা ফংলে। মপান থোক্লা উৎত্রবসু পূক্লিংদি নুংঙাইবগী মঙাল অমা ঈংনা চীক্লা শব্দোর্বক্লে। মপান্দা লেপ্তুনা চুরিবা নোং অদুগা লোয়ননা নুংশিৎসু য়াওরক্লে। থোঙ-থোঙনাওগী অহোবদা হুমজিল্লক্লুনা হেন্না ঈংবা ফাওরক্লে। তোমথিন্দি মচি লেঙদনা ফস্লি ঐদি মৈফদু খরা নক্লা চিংশিল্লদুনা অঈংবদু ঙাকথোক্লবা হোৎনরি।

*****

## (১৯)

পরীক্ষা ময়াগী মীটিং ফম্বা য়াওরুদুনা ঙসিদি খরা থেঙনা হল্লকই। ইন্দোমচানা সন্ধ্যা য়াচঙবগী তৌগদবা থবক অয়াম্বা লোইশিল্লম্লে। তরু-তরুবা অতিয়াদা থৱানমিচাকসু থোরক্লে, অতিয়াগী নৈতেং ওইনা। অদুগা মালেমদনা খৃৎশেমগী থাউমৈ মঙালনা অমম্বা অতিয়াগী মতেং পাংলি।

হৈনৌ মখোঙদা ককাগা মীওই অমগা ফম্লিবদু উবদা ঐ খীত্তং ঙকচান্নবা অমা পোকখি।

ঐ চঙলকপদা ককানা হায়রকই, "ৱারী শানহৌখো। ঐগী ৱাকিং মতম য়ৌরে।"

ককা থোকখ্রে। ঙাইহাক্তি ইচীক চীক্লা তূমিন্না ফমখি। ঐনা হংই, "কয়াম কুইরে য়ৌবিরকপা?"

"ফনা কুইরে। ককাগা অশেঙবা ৱারীসু শানবা লোইরে।"

"করি ৱারী শানবীরবগে?"

তামোনা খুল্লকই, "লোইবা নাইদ্রবা চিংনবা ৱাফম কয়া... ।"

"তামোগী মত্তি?"

"ককা মতম অসিগী চপ-চাবা মীনি হায়বা খঙজরে। হৌখিবা পুস্টিদা শান্তি ফংখিদবদু অমুক হল্লক্কদ্রা হায়দুনা ৱাজবনি।"

"ককাগী অনীংবা, লেঙদ্রবা ৱাশক অদুনা...।"

"হেন্না ফগদবা, সমাজ অসিগা চাশিন্নবা ওইরবদি ৱাশক হোংদোকপা লান্দে হায়বসি মশানা য়াজখ্রে। অদুগা ঐগী থোঙ, চৎনবী পল অদুদগী কযাম লাওনা থাংদোরকপা ঙমগনি হংলম্মী।"

ঐহাক তূমিন্না লৃকথরদুনা ফমলি। ঙাইহাক তূমিন্না নৈরুরগা ঐবু মুন্না য়েংলদুনা হায়রকই, "ঐহাক ব্রাহ্মণনি। অদুবু মতম অসিগা শমজিন্নদ্রবা কা হেনবা নিয়মদি ঐ য়াবা ঙম্লোই। ঐগী ঙকশমদা উরিক-লুগুণ শিরি। মসিনা চৎনবীগা হেন্না নকশিন্নহল্লিব্রা মদু ঐ খঙদে। মীওইবগী লানগল্লবা থম্মোয়বু মসিনা পুনশিন্দুনা ঈশ্বরগা নৈনবা মরী অমা তাকই,

মসিখক ঐ খঙই। ঐনা থিরি, মীওইবদা উবা ঙমদ্রবা অরোনবা শক্তম অমখক। ঐ নহাকপুসু তরাইনা লৌবা ঙমদে।"

মহাক্কী শক্তম ঐগী ভাবনা শাবা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্লে। মতম অসিগী চেনশিল্লক্লিবা ঈচেল অসিদা অনৌবা শক্তম অমা য়াওরক্লিব্রা? অদুগা ঐনা কিজনা খল্লুবা ককাগী শব্দল অদুসু ককা মশামক্লা লৌথোক্লুনা মোমোন নোক্লা ঐবু থিন্দোরকপা অসিদা ব্রাখলদি তয়াং-তয়াং মনীং তল্লে।

নুমিদাং থেঙনা ইন্দোমচা ঐগী কাদা চঙলকই। ঐ তূম্বদি নত্তে, ভারতকী মমিং চৎলবী অইবী অমগী লাইরিক অমা সুম পারম্বনি।

"নঙবু তূম্লব্রা?"

"তূমদ্রি ইন্দোমচা।"

ইন্দোমচা ঐগী ফমুং মচীদা ফমথরকই। ঙসিদি ইন্দোমচাগী মায়থোঙ মোমোন নোকপগী মমিনা থল্লা তারে। হায়রকই, "ঐগী পোৎলূম অমা ঙসিগী য়াচঙলকপদা থাংথখ্রে। শাংলবা চহী কয়া অসি কনাদসু হায়দোক্তনা ইতোমতা খঞ্জদুনা লাকখিবনি, 'কবম্বা নুমিত্তা, করম্বা মীকূপ্তা পোৎলূমসি তয়াং- তয়াং থাংথরক্কদগে' খল্লা ঙাইবকপনি।"

ইন্দোমচাদু শ্বব শাংনা হোন্দোকখি। অদুগা মখা তারকই, "নঙগী ককাগা ঐগা থেংনরুবা, ঐসু নুপী অমগী মতৌক অদু উৎকে খল্লা থাঙ্গৎলকখিবা পোৎলূম খূদিংমক ইশানা য়না লৌখিবনি। ঐনা অচুম-চুমদা, নুপীগী রাইট থোইনা থিখিদে। মহাক্কী নীংবতদি থুংহনগে খনখি। মতম অদুদা ঐদি খঙখি, নঙ ককাগী অশেয়বা অমা। অদুবু ঐনা হায়বা য়াবা মতাং থোকখিদে। মতম অদুদা অশোয়বদু ঐনা হায়রম্লবদি ঙসিগী অচুম্বা অসি লাক্লমদবসু য়াই। অদুনা ঐ তূমিন্না মাবু য়েংনা য়েংনা লাকখিবনি। মরক অসিদা নঙগী পোৎলূম অম'মুক হাপকৎলকপা অসিদদি ঐ ব্রানা খাঙলকখি। ঐগী থৌনা ব্রাৎপনা নত্তে। নঙগীদমক খল্লুবদনি। ঙসিদি নঙ ককা মশামক্লা ঐগী পোৎলূম অদু মখূৎমক্লা থাংথবিখ্রে।"

ইন্দোমচানা মোমোন নোক্লুনা তল্লিবা ব্রারী অদুনা ঐগী অশোনবা পূক্লিংদা থেংলুদুনা মীত্তা ঈচেল নাইরক্লে। নুংঙাইবা মীৎকূপ্তসু মীওইবসি কল্পী হায়বদুরা? মদুসু খঙদে।

ইন্দোমচানা মখা তারকই, "মখোয়গী ইমুংদা কা হেন্না ধর্ম্ম-জাৎ অদুগা অচৌ-পীশক্কী ব্রাখল্লোন লৈরমদবসি উবদা ব্রাখল লৈতাফম খঙলে।"

ইন্দোমচানা মাগী নুংঙাইজবা পেঞ্জবা ব্রাহৈ খরা তল্লল্লগা কূমথখ্রে। লাইরিক

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

খুমজিল্লে, শ্বর শাংনা হোন্নিংলকই। অদুগা খল্লি– ওইরল্লিবা অসিনা অচুম্বা হায়বদু ওইগদৌরিব্রা? অদুবু ঙসি ফাওবদা মহাক্কী অশেঙবা থম্মোয়গী মশক্তি উবা ফংদ্রি। অদুগা ঐবুসু মহাক্লা খঙবা ঙমদ্রি। ওইরিবা মতৌ অসিদি অমনা অমবু উবদা পোক্লবা মতৌ অদুতনি। ঐ খঙনিংই, মহাক্কী পূল্লিংনা নুপী হায়বসে করম্না রিগার্ড তৌরিবনো হায়না।

*****

## (২০)

ঐগী অহাঙবা মতম ফংলবদি আর্ট গেলেরীদা পোখানিংলকই। অয়েকপা লাইয়ামশীং অদুগা ঐগা ব্রারী শানবদুনা ঐবু পোখাহল্লি। মফম অসিনা ঐবু চিংশিনবগী শক্তি অসিসু কনখ্রবজাৎনি।

ঙসিদি ইচীক চীল্লম্মী। নোংদম্বা মতোমতা ফল্লম্মী। কৌরকই, "ইচেম্মা, উখিদবা য়াম্না কুইরে। লেঙশিনবীয়ু।"

"ঙসিদি করিদগীনো নখোয় ময়াম্বু উনিংলকই। ঐজ্ঞা'মা খরা ফরব্রা?"

"ঐজ্ঞা'মাদি পাবুংগা মণিপুরগী মপান্দা চৎখি।"

ঐহাক পাউখুম পীরুদ্রে। মহাক্না হায়রকই, "তামোসু লাক্লনি। চঙলগা ফম্বীয়ু।"

অনৌবা অয়েকপা লাই খরসু লৈরম্মী। য়াম্না চেকশিন্না খুল্লিবা অয়েকপা লাই অমগী ফিদু কনাগীসু অয়াবা লৌগে খল্লুদনা মায়খুম হাংদোক্লুরে। অদুবু কা'নুং অসিদা ঐ ঙকপনা চপ লেপ্লুনা লৈরে। অতোপ্পা ইশাগী মূর্তি অমা লেপ্লিবগুম উরে। করিগীদমক্তা ঐগী শক্তম্মু মহাক্না খোয়দানা য়েক্লিবনো হায়বগী লংজিন খরা ফংলবসু ঈচেল অমখক লোন্না চেম্ছরিবা অদুদি ঐনা খঙবা ঙমদ্রি। পূক্লিংগী অনীংবা অপাম্বা, ইশাগী ওইবা শক্তম লাই অসিদা মমি তারি। অদুগা শুমহৎয়াইগী শক্লোন অমা হাপ্লিবসিদি কল্পনানি। য়েক্লিবা মহাক্না ওইহন্নিংবা মওং অদু শেম্মনি। শুমহৎলবা শক্তম অসিগী মরুমদা মহাক্না য়েংলিবা মীৎয়েংসি করিনো?

নত্তে, মসি ঐগী অশেঙবা শক্তম নত্তে। নুপা অমগী পামজবা মওংদা শেম্বা নুপীগী মূর্তিনি। ঐ ওইবা খক য়ারোই।

হান্নগুম্না ফি অদুনা অয়েকপা লাইদু খুমজিল্লে। চৌক্রি অদুদা অমুক ফমথরে। মী অমা চঙলকপগী খোঙউপ মখোল তারে। ঐ থোইনা চিংনদ্রে, মহাক ওইরমগনি খল্লি।

মহাক্না হংলকই, "কয়াম কুইরে লাকপা?"

ঐ পাউখুম পীরুদ্রে। মহাক্না মখা তারকই, "ফেক্সতা ঐগী মরূপ অমদা পাউ থারুবনি। ঐ থা অসিগী মনুংদা চৎলবসু য়াই। অতোপ্পা মহাদেশ খরদা চৎনবগী ঐবুসু

সেলেক্সন তৌরে হায়।"

মহাক্না য়াম্না হরাওনা নুংঙাইবগী ঈথক অমগা লোয়ননা মখা তারকই, "অহীংবা কনানা পুন্সিবু মায় পাক্নে হায়বা ঙমখিবগে? অদুবু আই সে প্রাওডলি ডেদ আই হ্যেব গোট এ পারফেক্ট লাইফ।"

মহাক অসুক্কী মতীক নুংঙাইনা পেঞ্জনা উখি।

ঐ ঙসাইদগী তূমিন্না তারি। মীওই অসিবু মুন্না য়েংল-য়েংলগা তোপ-তোপ্পা শক্তম ওইনসু চোংথোরকই। মনাক্তা নক্না ফম্লবা অসিদা খল্লকই— মহাক্না ঐবু চিংদুনা পুনিংলিবা মায়কৈ অসিনা কদোমদনো? ঐনা পামজরিবা শক্তমগা মহাক্কী মওং মতৌগা খেন্নরমগদ্রা হায়বসিনা পুক্নিংদা কিদবা ঙমদ্রে।

মহাক্না অমুকসু হায়রকই, "তূমিন্না সুম ফম্বসি নুংঙাইব্রা ?" মখা তানা হরাওনা তম্মী, "নখোয়গী ককাবু য়াম্না থাগৎলি। ঐনা ব্যবহার তৌই। ভেরি ইন্টরেষ্টিং পার্সন।"

ঐনা শকফম কায়হন্দনা খুম্মী, "ককাবু কয়াম মুন্না খঙবীদুনা হায়বিরিবনো? মরুম অদুদা ঐ লেপ্লমদ্রবদি অদোম্না ককাবু ব্যবহার তৌবা যাবা মীশক ওইনসু উবীরমদবা য়াই।"

মহাক্কী মোমোন মিনোক্কা ঐগী ৱাহৈগা অনীগী তাইনবদুনা মঙোন্দা ঙক্না থোকখি। ঐগী মাঙদা ফমথ-ফমথনা হায়রকই, "ঙসিদি মী খৎনরুগে খন্না লাকপসু মাল্লি।"

মহাক্কী ৱাঙাঙ অদুদা নোক্নিংবসু ফাওই। অদুবু মায়থোঙদদি উৎথোক্লুদ্রে। ঐনা হায়নিংলিবা ৱাদু হায়নবা হোৎনরি, "খঙদবা উদবা পোৎশক অমদা তৌশিন্নবা মীৎয়েংনা য়েংলগা মদুবু অচুম্বনি হায়না লৌবা অদু ঐ য়ানিংদে।"

মহাক তশেঙনা ঐগী ৱাঙাঙ অদুদা চমন্নরে হায়বসু খঙই। অদুবু মঙোন্দা য়াম্না ঈংবা চীং-লেম্বগী শক্তম অমদি তপ্না-তপ্না শন্দোরক্নে। নে-তানা ফমথরদুনা ঐবু ঙাঙনিংবা ঙাঙঙু হায়বগী অয়াবা অমা মোমোন নোক্নুনা পীরি।

ঐনা মখা তানা হায়, "ঐখোয়গী নুপাশিং অসিনা নুপীবু লৃ-তোংনা শাবা অচঙবা মূর্ত্তি ওইনা নীংলিব্রা? নৎত্রগা মীওইবা জীব পূম্নমক্কী শুমহৎনবগী শক্তম ওইনা লৌরিব্রা? নৎত্রগা, নুপীদি নিংথৌগী রাণী ওইরগা হেক্তা পেঞ্জববীনি খল্লিব্রা?"

ঐগী হোংলক্লিবা মায়থোঙগী মওংদু মীৎ কৃপ্তুনা য়েংলি। মোমোন নোক্লম্বদু তোকখ্রে অদুগা হংলকই, "করি তৌরে? ঐবুসু ভাব তাহল্লু।"

"ককাগী ৱাহৈনা ঐবু অফা অপুন্দগী নাম্বোকহল্লবসু ঐ ইশানদি কনাগুম্বা অমগী

অপাম্বগীদমক্তা খোঙ থাংবদি ঙম্লোই। অদুগা পামজবা মচুগী ফিজোল শেৎচিনবীরবা নূংগী মূর্ত্তি ওইবসু ঙম্লোই।"

ঐগী ব্রাহে অদুদা মহাক মুন্না খন্থখি। ঐগী ব্রাহেগী অর্থ খঙলবসু পাউখুম পীরকখিদে। পাউখুম পীবগী মহুত্তা ফম্লম্বদগী হৌগত্তুনা মোমোন তৌনা ইনাক্তা লেপ্পখি। অদুগা য়াম্না চীং-লেম্না হায়রকই, "নখোয়না খল্লিবা ব্রাখল, মীৎয়েং অদুনা চুম্লবনি হায়না খল্লিবদু ঐখোয়না য়াদে। সমাজ অসি নখোয় খক্তনা খূৎলিংবসু য়ারোই। নশাগী অশোনবদু লোৎশিল্লগা ঐখোয়দতা তাইনবসু য়ারোই। অদুগা নুপী-নুপা হায়বসি কৈদৌঙৈদা হোংদোকপা য়াররোইদবা মিংনি। নুপাগা নুপীগা খেন্নবা লৈতে হায়না উৎনিংলবদি মিং অসিসু মাঙহনখিবা তাই।"

অহানবা ওইনা অমুক্তং য়েংখৎলুই। পাউখুম পীগে হায়নদি খল্লুদ্রে। মহাক্না মখা তারকই, "নুপা ওইবশিংনা ফংবা ঙমদবা তোপ-তোপ্পা গুণ খরা নখোয়দা য়াওরি। মদুবু নখোয়না লান্না খন্দুনা মাঙহন্নবা হোৎনরি। নশাগী নাপল অদুনা মাঙওইনদুনা ফজরবা গুণ অদু হেক-হেক মাঙহল্লি। মসি নখোয়দি খঙজদে।"

ঐনা খূম্নিংখি— নখোয়গী মীৎয়েংগীদমক্তা অদুগুম্বা গুণদু য়োক্তুনা থম্বা পাম্লক্রে। অদুবু ঐ খুন্নুদ্রে। ঙসি মতাং অসিদা তাঞ্জা অসিদা ঐগী অপাম্বা পাউখুম ফংলোই হায়বা ঐ খঙই। ব্রাখলসে তৌফম খঙদবা অমা ফাওরকই। মহাক ঐবু য়েংলগা নোকফেৎ তৌখিমাল্লে। মীনোক অদুগী পাউখুম পীরমদনা ঐ হল্লক্রে।

*****

## (২১)

ঐগী চিল্লবা মতম অসিদা মালানা ঐবু মখোয়গী মরক্তা নমদুনা চিং-চিংদুনা ময়াম পূনবা য়াওহল্লি। মসিগী নুপীসিদি হায়দুনা শাউনিংবা মতাংসু য়াওরকই। অদুবু ঙাইহাক শংবা মতমদা ময়ামগী মরক্তা ফমদুনা ৱারী ৱাতায় শানবা য়াওরুবা অসিসু য়াম্না নুংঙাইরি।

ঐনা ঙক্লিবদি তোমথিনগা ঐখোয় ইমুংগা য়াম্না হেন্না নকশিন্নবগী মতৌ অমা উবসিনি। তৌববুদি ককানা মহাকপু য়াম্না য়াজে। মহাক্কী মথৌ মশক খঙবা, য়াম্না চন্বা, মতৌ অদুতনা ককানা মহাকপু য়ানবগী মরম্নি। ককা-ইন্দোমচাগী তরাম্না তৌবা অসিনা করিসু হঙ্গোইবা য়াওদনা অশংবা মতমদা ঐখোয়দা পোথাফম ওইরে। মহাক লাকপা মতমদা ককানা হরাওজবা, পেঞ্জবা মতৌ অসিদি ঐ করিগুম্বদা উখিদ্রি। মীওইবগী মত মান্নবা হায়বদুরা নৎত্রগা মপোক অমগী কায়নখ্রবা মরূপ অমা মপোক অসিদা থেংনররিব্রা?

ঙসিদি ছুটি ওইবনিনা য়ুমগী কাশিংদু লোইশিল্লুবগী উফুল ইতৈ তৈরে। মায়-মীৎ মওং অমা তাদ্রে। শমদু কোল্লপ শম্বুল ওইনা পুনবদু ঐনা লেঙ ওৎপদা নাম্বুরক্লুনা কায়নিং কায়নিং তৌনা লুখমদা তারি।

ইন্দোমচানা মনীংগী কাদগী কৌরকপা অদুদা ঐগী কাদগী কূমথরক্লে। ইন্দোমচানা হায়রকই, "মপানগী থোঙদু অমুক্তা হাংঙু। মী লাকপা মাল্লি।"

থোঙ হাংলুবদা তোমথিন্না নোক্লুনা ফাগি ওইনা হায়রকই, "সিফাইকা লাক্কনি হায়ব্রা? নুংথিলদা থোঙ অসুক চেৎনা লোনশিল্লিবসিবু?"

ঐনা খুম্মী, "অহোয়, হৌজিক্তি অদোম য়ৌবীরক্লবনিনা অকিবা অদুসু মাঙখ্রে।"

মহাক্না নোক্লদুনা হায়রকই, "ঐ লৈরিঙৈদা য়ুম অসিদা অকনবা মীৎয়েং য়েংবদি কনাগীসু মতীক নত্তে।"

"অদোমগী কন-থৌবা অদুগীদমক থাগৎচরি।"

"অদুক য়াম্না কন থৌবমক্তি নত্তে। হেঞ্জিন্না খনবীবসু তৌবীগনু। আশা তৌরিবা অদুগী চাং মান্নবা শক্তি অদু ফংদ্রবদি নীংবা কায়খিবসু য়াই। অদুমক্তি ঐহাক থোকহন্নিংদে।"

মহাক্কী মকা লাল্লবা মায়থোঙ অসি উবদা ঐসু ইতোমতা নুংঙাইবা অমা ফাওরক্লে।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মহাক্না ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "ঙসিগী নুমিৎ অসিগুম্না করিগুম্বদা অমুক্তা উখিদ্রি। মহৌশাগী ফজবা হায়বদো ঙসি ওইরিবা অদোমগী শকফম অসিনি।"

মহাক্না ব্রাহৈ খরদু হায়রকপদা ইশাগী চমোৎনবা মওংদু নীংশিংলকই। হঙ্গোয়না খুম্মী, "কাগী অমোৎ অকায় লোইশিঞ্জরুব্বনি।"

মহাক্না ইতিং তিংনা হায়রকই, "ঐনা হায়জরিবসে অশেঙবদুনি। ঐখোয় ইশানা ইশাবু মশক খঙবা ঙমজদে। লোত্তুনা লৈরিবা মীওইবগী ফজবা হায়বসিদি ফোঙদোকপদা ব্রানা থোকই। অদুগা উরুরিবা মহাক অদুগীসু তাঙলবা মীৎকূপ অমত্তনি।"

ঙসিদি মহাক ব্রাহৈ খূদিং য়াম্না হৈনিংনা থব্রায় য়াওনা হায়রি। মহাক্না মখা তারকই, "ঙসিদি ঐগী নীংবা থুংবগী ঈংনা ফজরবা সংসার অমা ঐ ফংলে। ঐগী নুংঙাইরবা, ঐবু পেলহল্লিবা পোৎশক অসি করিনো খঙবীরব্রা?"

"ঐদি মীগী পূক্লিংবু উবা ঙম্বী লাইরেম্বীসু নত্তে। করম্না খঙলুনি।"

ইন্দোমচা মশানা চান-থক্লবা পুরদুনা থোরকই। অদুগা হায়রকই, "ঐ খূৎ থাদোকপা য়াদদুনা থোক্লক্তবনি। থবক চিল্লমাল্লে, লাকখিদবা কুইরেনে।"

"য়ূম শাবদুদা চৎথোরকপা শংলুদ্রে।"

"লোইশিল্লব্রা য়ূমদি ?"

"লোইশিঞ্জরে, ইন্দোমচা। ককাবু অব্রাৎ-অপা য়েংহন্নিংদুনা ককা উনগে লাকচরিবনি।"

"ওম্মোক্না ফজখ্রে হায়। নঙ ককানা তম্মী।"

"শঙ্গাবদি য়াওবীদবা য়াদেকো।"

"য়াওনি, য়াওনি। কৰিগী য়াওদদগে।"

মহাক্না চানবদু লৌদুনা থব্রায় তানা চারদুনা হায়রকই, "ইন্দোমচা, অসুক কুইবা মতম অসি অসুম্না ঐগী ওইবা য়ূম অমা শাগনি হায়বসি খল্লুদ্রবনি। ঐগী পূক্লিংনা নোংমা মঙালগা লোয়ননা পোৎশক অমা থেংনরুই। ঐগী পুক্সিবু অনৌবা ময়োল চোংহনখি। পোৎশক অদুনা থেংলু-থেংলুবা খূদিং থব্রায় পানবা ওল্লকখি। অনৌবা সুরগী ইপোম্না মপূং ফারবা ঐগী সংসার অমা শেমখি। হৌজিক্তি ঐগী য়ূম ঈশ্বোল মনুংদা নুংশিবগী ঈচেলনা অতৎ-অখম লৈতনা চেনশিল্লক্নে।"

ইন্দোমচাগা মহাক্না ব্রারী শানহৌরি। ঐ থোরক্নে। ঈরু-মাইথজদুনা হান্নগী চমোৎনবা অদুদগী ইশাবু কঞ্জরে। মতম ঙাইহাক লৌরবসু থোরক্তুনা ফম্বা য়াওররে। শানরিবা ব্রারীদু

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

করি মতাঙদগী হৌখিবনো, ঐদি খঙহৌদ্রে।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "হন্দক থোক্লিবা ঈরাং অসি কাঙলুপ খরগী থৌইনশিন য়াওব্রা হায়নবু খল্লি। মৈহৌরোল কয়াদগী চাংমী-তম্মী অমত্তনি, ইচিল-ইনাওনি হায়দুনা লৈরক্লি। হৌজিক্তদা করি করিনো পংহায় হায়জিন্নদুনা ঐখোয় মশেল খৎননবা শীংচেপ থাবা য়াওরিমাল্লে।"

তোমথিন্না খুম্মী, "মীওইবা কাঙলুপ অসিবু অমত্তা ওইনা খনবা ঙম্বা লুচিংবা লৈতবনা থোক্লিবা থৌদোক্লি। চাংমীনা তমদা লৈবা য়ারোই হায়না তৌখিবা অদুদা ঐগী মরূপ অমনা হায়খি, 'মীওইবদি মীওইবা মরক্তা হিংমিন্নবদা করি কায়বগে। ঐহাক চাংমী ওইরবসু ঐগী পোকফম খোইরী তাফমদি তমদনি। ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা মৈতৈ অহল-লমন, মরূপ-মপাঙ পুম্নমক ইচিল-ইনাওগুম নুংশি। নুংশিবগী মরী অসিবু তরাইনা হেক থদৎপা য়াগদ্রা? ঐদি চৎলোই, নখোয়না তাল্লবসু অসিদা অসুম শিগনি'। মহাক্কী মতৌ অদু ঐসু য়াম্না নুংঙাইখিদে। হৌখ্রবা হিষ্টরিবু য়েংল-য়েংলগা ঐখোয় মশেল নুংশিনদবা অসিবু চুমগদ্রা?"

ইন্দোমচানা খুম্মী, "বিজ্ঞান্না য়ৌনা চাওখৎলকপগী পীরকপা চৈথেংনে, মীওইবনা ওইজবা থিবগী য়েংথীনরকপা চৈথেংনে মরক অসিদা হিংগদবা পুন্সিসে লুনা থোকই। থায়নগী শা-উচেক্তা মীওইবগা নুংশি চান্ননা হিংবা পুন্সি মহীংদুনা হেন্না নুংঙাইরমগনি খল্লি।"

তোমথিন্না হায়, "করিগুম্বদসু খল্লকই, মীওইবা জাতিনা খুল্লিংবা সমাজ অসিদবু ঐখোয়না খুৎলায় পায়দুনা শান্তিবু ঙাক শেল্লিবনি হায়না তৌরিবা অসিবু চুল্লিব্রা?"

মতাঙ অসিদদি ঐসু খুম্লিংবনা তুমিন্না ফম্বা হৈনরক্লে। অদুনা খুম্মী, "কদায়দগী ঙাক-শেনবা ওইরুগদগে। মালেম অসিগী অচীকপবু শীংনবনি। শক্তি তান্নবনি। পৃথিবীবু শক্তিগী খূবাম্লুংদা লৈহনবা পাম্বনি।"

মহাক্না মোমোন তৌনা হায়রকই, "অদুগা ঐখোয়না মসিবু শীজিন্নদবা মতমদা সমাজ অসি করি ওইগনি মদুসু খঙদ্রি।"

ঐনা হায়রুই, "মসিদনি ৱাহং কয়া-কয়া থোরক্লিবসে। মীওইবা জাতি হায়বসে কন্ট্রোল তৌনবা অতোপ্পা জীব অমগী তঙায়ফদবদু লাক্লমাল্লে। খূত্তা মালেম অসিবু তুমহনবা ঙম্বা খুৎলায় পায়রগা শান্তি থমসি হায়না মীয়ামদা লাউরিবসিবু অচুম্বনি হায়না লৌগদ্রা? মখোয় ভাব তাদে। শান্তিগী মহাও খঙদে অদুনা তৌনিংঙাই লৈরক্লদুনা ফজবা ৱাহৈ অমা

শীজিন্নরগা লাউদুনা শান্নবনি।"

তোমথিন্না খুম্মী, "পুম্নমক্কা ভাব তানবা ঙাক্তনি। অদুবু খঙনা খঙনা তমথীরবা ময়াম অসিবু কোনশিন্দুনা থল্লি। ময়াম অসি কোনশিনবদা মখোয় চোকথবা ফাওরবসু মশাবু অসুক য়াম্না ৱাহঞ্জরে হায়বদি খঙজদ্রি। কৈদৌঙৈনো তমথীরবা ময়াম অসিনা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লূপখিগদবা!"

মহাক্না চানবা অদু থৱায় য়াওনা ঙাইহাক চাদুনা তূমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "যুগ অসিগী অরোয়বদা ঐখোয়না মালেম অসিদা খূদোল তল্লমগদৌরিবসিবু করিনো? অরোয়বা অদুগীদমক্তনি ঐনা খল্লিবসু।"

ইন্দোমচানা হায়রকই, "নৈনরবদি লোইবা খল্বা নাইরোই। অদুনা ঐখোয়না তৌগদবা হায়ববু, হিংদবদি য়াদর্বাননা হোংলক্লিবা খোঙচৎ অদুগী মতুং ইন্না খোঙ থাংবা হৈবা... মসিদা তাই।"

তোমথিন্না ৱারী মরক থভুনা হায়, "ঙসিদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরবা মঙ অমা মঙদুনা লাকপনি। ৱাবী অসিনা মায়কৈ ওন্ননা পুখিগদৌরে। পুম্নমক অসি লৈজরসনু। ঐনা হংনিংনা লৈরম্বা ৱাহংদি, মতম অসিগী লৌশিং জ্ঞান মতীক চানা লৈরবী ইন্দোমচানা পৃক্লিংগী অনীংবা অপাম্বা লোৎশিল্লগা থাংলিবা খোঙথাং অসিসু খন্দবা ঙমদে।"

ইন্দোমচানা মোমোন নোক্লুনা খুম্মী, "পুলিসকী হৌনবী মতোমতা মরাল হায়দোকচক্লুবা তৌবা লৌ অদুগুম্বরা?"

তোমথিন্না হায়রকই, "নত্তে ইন্দোমচা। কা অসিদি পুলিসকী ইন্টরোগেশন রুমসু নত্তে। ইন্দোমচাবু ঐনা মতম অসিগী নুপীশিংগা চাংদম্নবা য়াবা মীওই ওইনা উবসু ঙমদে। স্বর্গদা চেল্লি হায়নবিবা 'নিংথৌ তুরেল' অদুবু ইন্দোমচাগী পুকচেল অদুগুম্বা লৃজরমগদ্রনে?"

ইন্দোমচানা নোক্লুনা খুম্মী, "ঐবু অদুক ৱাংনা থাংগৎলবদি ইরাল লঙশিঞ্জবা তারনি।"

ইন্দোমচানা মখা তারকই, "অমবু ওইরবসু নুপী হায়বা অসিগী অশেংবা মূর্তিদি খক কায়হনবা হৌনদে। ঐগীসু অনীংবা অমা লৈখি। ইশাগী রাইট খঙলবসু ঐনা মতম খরা মদুবু থাদোকখি। সেক্রিফাইজ হায়বসিগা শান্তি হায়বসিগা য়াম্না নক্লে। নঙ ককাগী অশাওবা অসিবু ফাথরমদ্রবদি মহাক করি ওইরমগনি? ঐগী পুন্সিগী শরূক খরা মহাক্না পাম্বা মওংদা পীথোকখিবদুনা ঙসিদি মহাক কয়াম লান্না খোঙ থাংলুরবগে হায়বা মতোমতা

ভাব তাজরক্লে। মশাগী ব্রাশক অদু ফাওবা মতোমতা রিএলাইজ তৌজদুনা অচুম্বদা লাক্লে। মসি নৎত্রা মায় পাকপা। মতম অদুদা ঐসু নুপীনি হায়দুনা ঐগী রাইট অদুতমক উরম্লবদি করি থোক্লমগনি, খন্দুনা য়েংঙু। অচাকপা মৈরী অদুবু নেমথহনগে খনখিবনি। নুপী অমা ওইনা মসিখক ঐনা তৌববু নিন্দা তৌফম থোকপ্রা?"

তোমথিন্না হায়রকই, "পৃথিবীগী নুপী খুদিংমক্তা ইন্দোমচাগী ব্রাখল্লোন অদুমক লৈরবদি মীওইবা হায়বসিগী ফজরবা মশক অমদি শোয়দনা লেপ্লা ঙমগনি।"

ইন্দোমচানা হায়রকই, "মতম অদুদদি ব্রাখলসু নৌরি। মীওই কয়া-কয়ানা ঐবু ইনশিনবীবসু কোঙ্গায়নি। ঙাইহাক পুক্লিংবু লাঙতক্লরম্লবসু ঐগী তাম্না লৈরিবা পান্দম অদুনা ঐবু য়ৌরক্তবা য়াদে হায়দুনা কন্না চিংখি।"

ইন্দোমচানা নোক্লদুনা মখা তারকই, "হৌজিক্তি ঐগী চপ চাবা রাইট ফংলেদনা। নঙগী ককানা পীদবা ঙম্লিব্রা? ঐনা ঙাঙবদা মহাক্কী খুম্ফম লৈতদুনা নোক্লগা তোক্লপোৎনি। মহাক্না হায়রিমখৈ য়াগদবনি হায়না মতম অদুদা ঐবু ব্রা ঙাঙহনখিদে। অদুবু মহাক খম্থখিদে ঐনা করি খল্লমগনি হায়বফাও। মহাকপু রিএলাইজ তৌনবা ব্রা ঙাঙদনা চঙশিল্লিবা খোঙথাং অদুদি মানা উবা ঙম্লদো...।"

তোমথিন্না হায়রকই, "ককাদগী ইন্দোমচানা শিংবসি খরা হেনখিবননি।"

"নঙ ককাগী মমাঙদা ঐনা হেন্না শিংই-কা হায়রুরবদি লোইরে, লোইরে। মদো মহাক্কী অশাওবীনি।"

ব্রাতা অদুদা ঐসু নোকফেৎ তৌখি। অদুগা ইন্দোমচাগা তোমথিনগদি হরাওনা নোকমিন্নখি।

তোমথিন্না ইন্দোমচাদা লৈরিবা মিনুংশি, ব্যবহার অসি হান্নদি লাং থাক্লিব্রা খল্লম্বনি। ঙসিদি মহাক্কী মায়থোঙনা তশেং-তশেঙনা উৎলরে— অশেঙবা থম্মোয়গী মরী অমা। মখোয় অনীগী মরক্তা কল্লবা লংলা অমনা কিশি কিখরে। ইন্দোমচাগুম্বী অমগী মফমদগী মমা অমগী মিনুংশি ফংবসিদা মহাক তশেঙনা পেঙ্গবসু মাল্লি। মরী অসি করিগুম্বা শাফু অমত্তনা থদৎপা ঙমগদবসু মান্দে।

*****

(২২)

ককাগা ইন্দোমচাগা ঐখোয় অহুম তোমথিনগী অনৌবা য়ুম শঙ্গাবা য়াওবা লাকই। ককানা লম্বীদা মহাকপু থাগৎপগী ব্রারীনা লম্বী তেনখি। মীগী অশেঙবা গুণদু উদ্রি খঙদ্রিমখৈদি মীবু থাজগন্দবা ঐনা ব্রারীদু তাবা য়াম্না ব্রাখি। খল্লি— ককাসে তোমথিন্না শুমহৎখ্রমাল্লে। মহাকপু অমুক্তা উদ্রিবসু নত্তে, তোমথিন কনানো ঐ খঙই। মহাক পুলিস ওফিসার অমনি, ব্রা ঙাঙবা হৈ, চীং-লেশ্মী, মসিদি ঐনা খঙবা ব্রানি। ককানদি পূম্নমক অসিদগী হেনবা তোপ-তোপ্পা গুণ খরা হায়রি। ঐ য়েংনিংলকখি।

ইম্ফালদগী খরা লাপ্তক্লা খা পাংনা চৎলগা, মৈতৈগী থৌনা উৎখিবা মণিপুরগী ইতিহাসতা মূৎনাইদনা সনাগী ময়েক্লা ইরিবা খোংজোম লম্লেনবু কনাগী থম্মোয়দা কাউখ্রবগে? নীংশিংলকই— খূৎলায় মতীক চাদ্রবা মশাগী মথৌনাতনা মাঙ থাদুনা অংগ্রেজশিংগা লান্থেংনখিবগী ব্রারী। শংবান্নরবা চীংগী নাপোমদা শেল্লিবা পূক্লিং হূরবা দৃশ্য অদু উবদা ফাওখি— চীক্লবা জগা অসিদা খূৎশেমগী স্বর্গ অমা লৈরে!

মতম অসিগী চৎনবী য়ুম খূৎশাদা আর্কিটেক্টী হৈশিংবা উত্তুনা শাবা য়ুমশানি। হেক য়েংবদা মীনা লৈনবা মফম্থু মাল্লক্তে। নীংশিংনিংঙাই ওইবা মোনুমেন্টলা হায়না খনখি। নাল্লবা খোঙ-লম্বী অদুগী মতাইদা শেমগৎপদা ঙায়রিবা লৈরাং চারানা পরেং-পরেং হৌরি। চাউরবা ইন্থোল অদুগী অকোয়বদা মনা পূংনা নেমতক-নেমতক হৌরিবা উপাম্বীশিং অদুদি ঙসি ঙরাংতা থাবা নত্তে। চহী কয়ানো অসুম্না মপূং-মরৈ ফানবা হোৎনবদা চঙলমগদবা। অদুগা নোংমতা অসুক ফজবা মফম অমা লৈ হায়নদি মহাক্লা ব্রারী শাবদা পনখিদে। খূৎ-চঙনা শেমগৎ-শাগৎপগী মমি তারি। ইন্থোল অদুগী ময়াইদা ঈশিং থন্না লৈরবা ফজরবা পূখ্রী অমসু লৈরি। পূম্নমক অসিগী মরুমদা ঈংনা চীক্লা লেপ্লীবা অঙৌবা দলান; অউবা কনাগী পূক্লিংদা ইস! হায়না ফাওরোইদগে। স্বর্গগী লৈকোল অমদা ঐখোয় খোঙনেৎননা চৎলবোই খল্লি।

মী খরসু লাকপা হৌনরম্লে। ঐখোয় উবদা তোমথিন খোরক্তুনা হরাওনা ওকই। অদুগা ককা ইন্দোমচাবু অহানবা ওইনা মখোঙ শোক্তুনা খুরুম্মী। ঙসি উরিবা মহাক্কী

শক্তম, লমচৎ ব্যবহার তোপ তোপ্নী। চৎনবীগী অঙৌবা ফৈজোম শেত্তুনা ইন্নফি অমনা ফিথুপ নাইনা থূপ্লগা ঙকশমদা য়াম্থরদুনা থোরকপদু য়েংবা য়াম্না নুংঙাইখি। সনা অহীংবা মানবা কুচু অদুগা অঙৌবা ফিরোল অদুগা অমত্তা ওইনা উখ্রে। নুপা অমগী চূং-ফিরাল চারবা মূর্ত্তি অদো ঐগী মীত্তা নোংপোক চীংশাং ঙাল্লিবা নোংপোক নিংথৌনা শাইওল্লকপগুম উখি।

ফম্না ফম্না খল্লি— ককানা মহাকপু থাগৎখিবদুদি হেঞ্জিনবা নত্তে। মফম অসিবু ঐখোয়দা মতম শাংনা লোত্তুনা থম্লম্না অসিসু মহাক্কী থোইদোকপা গুণ অমনি।

তোমথিনগী মামোগা ককাগদি ইঙ্খোল য়েংবা হৌগৎখ্রে। ইন্দোমচা ঐখোয় অনীদি অতিথি ময়ামগী মরক্তা তৃমিন্না ফল্লি।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "তোমথিন হায়বা নুপাসে কয়া ঙকখ্রবনো। উরিবা ময়াম অসি মঙদু ঙায়রে।"

ঐখোয়না চম্না লোয়নরুবদুগা, থাজদনা অঙকপা মী অমা ওইরম্না অসিদা ব্রাখল অমা খলহল্লি। অতৈমক নৎত্রবসু লৈবাক অসিগী শেল পায়বা ময়ামগী মমিং শেম্বদা মহাক্কীসু শোয়দনা চল্লমগনি হায়বা অসিমদি লোৎপা য়াবরোই।

চাবা থকপদু মচু তানা সেবা তৌদুনা লোইশিনখ্রে। লৈবাক্কী ফম্নাইবা কয়াসু লাকখি। ময়াম হন্নখ্রে। তোমথিনগী মামো, ইনে অদুগা ঐখোয় পূন্না ফম্মীন্নদুনা ব্রারী শারি।

তোমথিনগী মনেনা ইন্দোমচাদা হায়রকই, "মাগী মামোগা ঐগনা য়ুম শাবগী ব্রাসি মমাঙদা য়াম্না হায়রবনি অদুবু সুকয়া য়াদবনি। ঐদি ইনে-মামোগী মনাক্তা অসুম লৈনি, হায়। অদুগদি কদোমদগী ব্রাখলনো খঙদেনে, চহী অনী অহুম অসিদা য়ুম শাদবা য়াদ্রে হায়দুনা হেক্তা শাখ্রিবনি। হৌজিক্তি মন্দোমচাগা ককাগনা ফনবা শিনবীরদৌবনি।"

খঙহৌদনা নমশিল্লকপা দায়িত্ব অদুদা ইন্দোমচাদু ঙাইহাক খূমফম খঙদনা লৈ অদুবু খুমখি, "ঐখোয় লৈরিবসিদি।"

ময়াম ব্রারী শানহৌরি। তোমথিনগা ঐগা হৌগৎলক্লে। মাগী অনৌবা য়ুমগী তোঙান তোঙানবা কাশিং অদু ঐবু চঙহন্দুনা য়েংহল্লি। মতমগা চান্নবা কা ঙাক্তনি।

শীড়ি খরা কাখৎলগা মথক্কী কাশিং লৈরি। সডক উবা দলানগী মাঙ্গোল... খুদিংমক চান্নবা রং শঙদুনা শাবনি।

মহাক্কী তূম্ফম কাগী নোংপোক থংবা ফক্লাং অদুদা য়াম্না খূৎ চঙনা হত্তুনা অপাকপা মিংশেল অমা থম্বা চন্নবা অহাঙবা মফম লৈরি।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

মহাক্না হায়, "ঐগী পুন্সিদা ঐনা খ্বাইদগী মমল য়াম্মী হায়না খঞ্জবা পোৎশক অদু থম্লবনি।"

মহাক্কী ব্রাহে অদু তাবদা মশাগী নাপল ওইনা উখি। অদুনা হায়খি, "অদোমদি শেল পায়বা মীনিনা পৃথিবীদা মীনা লৈবা ঙম্নদবা পোৎশক অদু শোয়দনা লৈবা ঙম্বীগনি।"

ঐগী পাউখুম অদুদা মহাক খংহোং হোংখি। অদুগা ঐবু মীৎফম হোংদনা মুন্না য়েংলকই। অদুদগী মহাক্না অচম্বা মীনোক্কী মমি তাহল্লদুনা হায়রকই, "করম্বা পোৎশকপু ঐনা খ্বাইদগী মমল লৈনা লৌবগে হায়বসি খঙলম্লবদি ব্রাহেদু হায়রম্লোইদবনি। পোৎশক অদুদা ওইনা য়েংবিরো।"

মহাক্না কাগী থোঙনাও অমা লাওনা হাংলিবদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লী অদুগা হায়রকই, "সিদগী উখ্রিবা অশংবা চীংশাং, শংবান্নবা অতিয়া, পাক্লবা লবুক লমহাং পৃম্নমক অসিগী ব্রাংমদা ঐগী পুন্সিসু ওইরম্বনি। ঙসিদি ময়াম অসিগী মরক্তা ঐ চেন-চোংদুনা শান্ননিংলক্রে। পৃম্নমক অসিগী মপৃং-ফারবা অর্থনা ঐগী পৃক্লিংগী ঈমায় থল্লক্রে। সংসার অসি অসুক য়াম্না ফজৈ হায়বা খঙলমদে। অদুবু ঐ উরে, ঙসিদি... ।"

মহাক্কী ফাওরক্লিবা পৃক্লিং ইহুল অদু হাইরপ ঙকপসু পোকই। অদুবু চিংননা মাবু ফল্লপ য়েংই। ঙাইহাক তৃমিন্না লৈরুরগা মানা মখা তারকই, "ঐগী য়ুম, ঐগী কাশিং অদুগা ঐগী অকোয়বা সংসার ঐগী পুন্সিগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈ। হৌরিবা উপাল-ব্রাপাল, লৈরাংশিং মরোল লোইনা লোল্লিবনি। মখোয়শিং অসিগা লোয়ননা ঐগী অনৌবা পুন্সি অমা শেল্লিবনি।"

মহাক্কী ব্রাহেশিংদু লৌশিনবদা ঐ খরা ব্রানা থোকখি। অসিগুম্বা মহৌশাগা নক্লবা মরী অমা মহাক্কী থম্মোয়দা লোক্তুনা লৈরম্বা অসিদসু ঙকই। মীওইবগী থম্মোয়নুংগী অশেঙবা মশক, ইতিং-তিংনা ফোঙদোকপা মতৌ অসিদি তোমথিনগী লীচৎ শাজত্তা য়াওরমগনি হায়বসি থাজখিদে। অদুবু নুপা অমগী চাউরবা কল্পনাগী অহীংবা সংসার অসিবুদি তরাই-তরাইনা লৌবা খক ঙল্লোই। মহাক্কী চীং-লেম্লবা মায়থোঙ অদু শংবান্নবা চীংমায়দগী থক্তোরকপা মঙালগী মমি অদুনা হেন্না ফজহনখি।

মহাক্না মখা তারকই, "ঐগী ব্রাহেশিং অসি তাবদা অদোম ঙক্না থোক্লমগনি। অদুবু ঙক্লবা থাজদ্রবা থৌদোক কয়ানা পুন্সি শাগৎপদা য়াওই হায়বসিমদি থাজবিদবা তৌবীগনু।"

মহাক্কী ব্রাঙাঙ তারগা খনখি— নহানমখৈ ব্রারী ব্রাতায় শানদুনা হৌখিবা মতম

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

অদুদদি খনখিবনি, মখোয়না উবা সংসারবু কয়াম পাক চাউরমগদগে হায়না। মসিদি ঐগী মী অমবু মুন্না খঙলুদনা পংখন খনবা নাপল ওইরম্লে। নহান মখৈ ঐনা উবা ফংলমদবা মহাক্কী থম্মোয়গী ফিজং অদু ঙসি খঙহৌদনা কানুং অসিদা হাইদোরকখি। অদুগা ঐদি ইশাগী খোঙনেৎফম লৈমায় অসি হাইবগুম হকচাং অসি নীকপগুম তৌই। ফিজং অদুগী মরুমদা করি লৈবগে হায়বা হান্না খঙলম্লবদি মদু ঐনা উরমদবনা হেন্না চুমগনি। তারুবা খঙলুবা খরসিনা ঐগী থাংলম্বা খোঙথাং তুংদগী খংফা ফারকখি।

*****

# (২৩)

মালানা ঐগী কাদা খোঙথাং থুনা থাংলদুনা চঙলকই। অদুগা হায়রকই, "তামোনা নখোয়দা চঙলম্মু হায়দুনা চঙলকইবনি।"

"করিগীনো?"

"ঙসি লাক্কবা য়াদে হায়রকই।"

ব্রাহৈসি হায়রগা থুনা কুমথখিগে তৌই। ঐনা মখূৎ পায়দুনা ফারগা হায়, "করিনো, ভাব-মেন ইতা তাদনা... ঙাইখোসে।"

"মী ঙাইহৌরি। নঙগী পাউসি হায়রমদবা য়াদদুনা চঙলকপনি। মোইরাংদা চৎকদৌরিবনি, থেঙলে।"

ঐগী ব্রা ঙাইদনা মাল্লা কুমথখ্রে। নোংমা অয়েকপা শক্তম অমা উরুবদগী ঐ শাউনিংদুনা থোক্লকখিবনি। মহাক্কী পাউ পুদুনা লাক্লবা অসিদদি চৎলোই হায়বা ঙমহৌদনা তূমিন্না লৈহৌরে।

ঐ ফি হোংলগা থোরক্লে। ঐনা চঙখিবা মতমদা মহাক ঐবু ঙাইরিবা ওইরমাল্লে। কানুংদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্থুনা লৈবম্মী। ঙসিদি মহাক চন্দন মচুগী ফুরিৎ অদুগা চান্নবা খোংগ্রাও, তাই হাপ্লদুনা লৈবাক মচা তাবা মী অমা ওইনা উই। চুরুপ অমা চিংলম্মী। কামথোবকপা মৈখূদুনা কা'দু নুংশিরবা টোবেকোগী মনম্মা নৈশিন্দুনা লৈরি। ঐ চঙলকপা উবদা চুরুপ্তু মূখৎলদুনা হায়রকই, "অসুক য়াম্না থেঙলকইবা করিগীনো?"

পাউখুম পীরুদনা খোঙনাও ময়াগী অঙানবা অদুদা ফমথৈ। নোংদম্বা চঙলক্লুনা হংলৈ, "ইচেম্মা, থক্লবসি করি ওইনা লৌরকউগে?"

"ঐগীদি য়ারে।"

তামোনা হায়খি, "অঈংবা মহী ওইনা থকসি।"

নোংদম্বা থোকখ্রে। তামোনা হায়রকই, "নহান নোংমা নঙনা শাউরগা চৎখিবা অদুগী মরম হৌজিকসু ঐ ভাব তাদে।"

ঐনা খুম্মী, "ঐনা অর্থ লান্না লৌবসু ওইরমগনি।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

"পূক্লিংগী ৱা লোৎশিল্লগা চীম্বালথোংগী ৱানা মতৌ মান্না ঙাঙবদু তোকসি।"

ঐ মুন্না মঙোন্দা য়েংই। মহাক্না হায়রকই, "ঐগী আর্টতা ঙাওজবা, ঐগী মরূপশিংনা হায়খি, 'গোবীন্দ, মপানগী সংসারসু খরা য়েংঙু। নহাক ঙাওবা তারে।"

অদুবু, ঐ ঙাওখিদে ঐগী য়েক্লিংবগী ঈখিল অদুনা নেমথরক্লগা মপানগী সংসারদা তিল্লি। হন্দক নহাক থেংনরুবদগী ফাওরিবা ঐগী পূক্লিং মতা অসি করিনো হায়ফম খঙদে। নঙনা ঐবু ঙাওহনগদৌরিব্রা ?"

ঙসিদি মহাক য়াম্না চীং-লেম্মী। ঐগী পেন্দবা পূক্লিংগী ৱাফমদু হায়রুদ্রে। তূমিন্না ফমদুনা মখা করি হায়রকপগে ঙাইরি।

মহাক্না মখা তারকই, "ঐ থুনা চত্তবা য়াদবা মতাঙ অমা লৈরে। চহী হৌরকপদা থোরক্লবা তৌগে। পাবুংগা ঐজ্ঞাগসু থেংনররোই।"

অসি হায়রগা ঐবু মুন্না অমুক্তা উদবদৌনা য়েংলকই। অদুগা মহাক তুংদা খূৎ পুন্দুনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। ঐ মচী লেঙদনা ফল্লি। হায়নিংবা ৱাফম খরা হায়বা ঙমদবগী লাঙতক্লবা মতৌসু মাল্লি।

ঐঙোন্দা হংলকই, "চৎকদৌরিবসিগী মরম খঙলব্রা?"

ঐনা পাউখুম পীখি, "হোয়, খঙই। পারফেক্ট লাইফ অমা ফংবগী নুংঙাইবা ৱাখল কয়াগা লোয়ননা মহাদেশ কয়া কোয়রুগনি।"

মহাক্না থুনা হায়রকই, "বট, আই নীড য়ু।"

মহাক্কী ৱাঙাঙ অদুনা ঙাইহাক্তি ঐবু চঙক মায়ঙক্লবা মতৌ অমা ফাওহল্লি।

ঐগী মতৌদু খঙলমাল্লে হায়রকই, "ঐ নহাক্কা লোয়ননা পুন্সি লৈপুন শেল্লগে হায়না লেপ্লে। নঙগী অশেঙবা ৱা ঐ খঙনিংই।"

করিমত্তা চিংনবা য়াওদনা স্মার্ট ওইনা হায়রকপা ৱাহৈনি। অদুবু পাউখুম অমা পীদবা য়ারোইদৌরি। ঐসু পূক্লিংগী অশেঙবা ৱাদু খুমখি, "ঐ তামোগী অশেঙবা থম্মোয় খঙদ্রি।"

"থাজদে হায়রিব্রা ?"

"মদুসু নত্তে।"

"নৎত্রগা ঐবু নুংশিবা ঙল্লোই মসিরা?"

ৱাহৈ অদু হায়রকপদদি ঐ তূমিন্না লূকথদুনা লৈরে। মরমদি নুংশিবগীদমক্তা ঐনা কৈদৌঙৈদা শক তাক্লিংখিদে। মসিদি থম্মোয়গীনি। মদুনি ঐনা খঙনিংলিবসু। মানা ঐগী

থম্মোয়গী কাচিন য়ৌনা উবা ঙম্লব্রা? ইয়াং য়াংনা চীন্না হায়বদু নত্তে। অদুগা ঐগী থম্মোয়বু মশক খঙবা ঙমদ্রবদি লৈনরিবা মরী অসিসু শাশিন্নবনি। ঐগী থম্মোয়নুংদা লাৎলিবা মূর্তি অসিদি অসুম্মক লেঙদনা লৈজসনু।

ঐনা তূমিন্না লৈখিবা অদুদা মহাক্না মখা তারকই, "ঐহাক নোংচুপকী লমদা মখোয়গী চৎনবী মরক্তা অয়াম্বা পুক্সি হিংলকই। অদুবু ঐ ইশাগী শক্তম্মুদি মীৎকৃপ অমত্তসু কাউখিদে। ঐগী পোক্লফম লমদম্মু থম্মোয় শেংনা নুংশিজে, অদুগা ঐনা ব্যবহার তৌই। তৌবতবু ঐ আর্টিষ্ট অমনি হায়বা অসিমদি নীংশিংবীগদবনি। ঐখোয়গী মীৎয়েং তোঙানবা তাবনি।"

নোংদম্বা চঙলক্কুনা থক্লবা অঙীংবা মহী বোটল অনী থম্লম্মী। মহাক্না লীক্লিদু মখুম হাংলদুনা হায়রকই, "ঐনা অসিমদি খঙই, অশেঙবা মহাক অদু থেংনরবা মতমদদি থম্মোয় অমনা থম্মোয় অমবু কৌরকপা মতমদা মহাক লোত্তুনা লৈরম্বা থোক্লবসু ঐগী খোঞ্জেল তাবা মতমদদি শোয়দনা খুম্লক্কনি। ঐনা তারিবা খোঞ্জেলসে অরানবা ওইরোই।"

মহাক্কী ৱাহৈ খরদুনা ঐগী পৃক্লিংবু খংঙান ঙাম্ভোকহল্লকখি।

মহাক্না মখা তানা হায়রকই, "নহাক্কী অশেঙবা ৱা তানিংই।"

ঐনা তপ্না হংখি, "অনৌবা করম্না ৱাফমনো?"

"এস পী তোমথিনগী য়ূম শঙ্গাবা চৎপগী পাউসু তাই।"

"চৎলুবদু লাল্লি হায়বিরব্রা?"

"হায়দে।"

"ঐবু চিংনবগী ৱাফম্রা?"

"মশানা খনফম খোকপানি।"

ঙসাইমখৈ মানা ৱা কয়া কয়া হায়দুনা ঐগী পৃক্লিং খঙনবা হোৎনরিবসিদি ঐবু চিংনবিব্রা? নত্তে, তশেঙনা ঐবু চিংনবসু নত্তে। অদুবু ঙসিদি খঙলে। করিনো অশোনবা অমনা মহাকপু ফাজিল্লি হায়বা। হার্মনিংব ৱাফম খবা হায়দোকপা ঙমদনা লোৎশিন্দুনা লৌর হায়ব মায়থোঙগী মমি অদুনা তাক্লি। খল্লি - নুপা ওইবা নখোয়দসু অদুগুম্বা মীৎকৃপসু লৈব্রা? হে নুপা! নখোয়গী ৱাখল অসিসু তশেঙনা ঙকই।

অদুবু তপ্না হংখি, "ঐবু অদুক থাজবীদবা?"

মহাক খবা শাউনিংবগী মতৌ অমা উরে। হায়রকই, "নহাক্না ঐবু চিংনদনবা

ব্রাহে অম্না ফাওবা হায়দ্রিবা করিগীনো?"

"ইরালসু লৈতনা শেংদোকউ হায়বিরিব্রা?"

ঐবু মুম্না য়েংলকই। তাহন্নিংলিবা ফলদু ওন্ন-তৈননা চৎখিবগুম তৌবা মাল্লি।

ঐনা মখা তাখি, "ইশাবু থাজনবা শেংদোক-শেংজিন তৌবা ঐগী অপাম্বা নত্তে। ঐনা চিংনবা লৈতনা মফম অসিদা ফল্লিবা অসিগী মরম লৈফম থোকই।"

ঐগী ব্রাহেগা মহাক্লা নীংলম্বগা তায়ওন্নরব্রা নৎত্রগা করি খল্লবনো মহাক্কী শকফম ঐনা অহানবা চঙলকপদা ওইরম্বা অদুদগী য়াম্না সেরিঅস ওইনা উরে। শেৎলিবা ফিজোল অদুমকসু মায়থোঙ অদুগা চান্নদ্রে।

মহাক্লা ব্রাখল তৌনা হায়রকই, "নঙবু খঙবা তশেংঙনা লুই। ব্রাফম অমা হৌদোকপা ঙমদবসে ঐগী অশোনবনি। নঙবু ঐনা খোয়দাজে, মসি নত্তবা অতৈ ব্রাহে ঐ খঙদে।"

হন্দক্তি মহাক্কী মায়থোঙদা তোপ-তোপ্পা শক্লোন অমগী মমি তারকই। মসিদি অচুম্বদুনি, নোল্লুকপদুনি অদুগা ফজবদুনি! থম্মোয়নুংগী চীক্লবা কাচিন্দা লোন্না থূপ্পা লৈরম্বদু লাইয়েকপা অমগী অশেংবা গুণদুনা মায়থোঙদা পৃক্লিংনা য়েক্লকপনি।

মহাক্লা ঈং-তপ্পা হায়রকই, "ব্রাংম-ব্রাংমদা লেপ্পগা থম্মোয় মশক খঙনবা থিবা ঐ... ঙসিদি নঙগী অহিংবা হকচাং অদু খৃৎসিনা শোক্তুনা অশেংবা মশক খঙবা পাম্মী।"

ব্রাহে খরসি হায়বদা য়াম্না চীং-লেম্বগী মমি অমা তারিবদুনা ঐনা খুমগে খনবা ঐগী পাউখুম পীবদা ঙাইহাক পম্থখি। ঙাইহাক চমম্লখি, অশেংবা নুংশিবগী চাংয়েংনি হায়না লৌশিরা? নৎত্রগা মহাক্কী আর্টকী মোডেল ওইনা ঐবু উরিব্রা?

ফুনগৎলক্লিবা ইশাগী খ্বরদু ফাথজরে। অদুগা খোঞ্জেল ঈংনা পাউখুম পী, "হৌখ্রবা যুগ অমগী ব্রারীদা শ্রীরাম্না সীতাবু মৈ ঈক্তুনা চাংয়েং তৌখি। ঐবুসু চাংয়েং তৌবীগে হায়বিরিব্রা?"

মহাক মমীৎ লাওথোক্তুনা ঙক্লা য়েংলকই।

ঐনা মখা তাখি, "শ্রীরামগী পেন্নবগীদমক সীতা শাবদি ঙমজরোই। মহাক্কী চান্নরবী অদুবু অঙাংবা মৈরী মরক্তা হুনজিন্দুনা চাংয়েং তৌখিবা। মদু চাংয়েং নত্তে, মহাকপু ইকায়বা পীবনি। মৈরী মরক অদুদা ফম্না ফম্না সীতাদা করি ফাওরমগনি হায়বা কনানা খঙ্খিবগে। ময়াম্না উখি, মৈ চাক্তে!"

মহাক পাউখুম পীরকপগী মহুত্তা য়ূমগী সিলিং অদুদা মমায় নোনখত্তুনা লৈখি, খ্বর শাংনা হোনখি, মমীৎ উইশিনখি।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ঐহাক থোরক্নে। ঐবু খামগে হায়নসু তৌরক্তে অদুগা ঙাইখো হায়বা ব্রাহৈসু হায়রক্তে। মহাক মচী লেঙদনা ফমহৌরি।

লম্বীদা করম্না গাড়ি থৌরকখিবনো করিসু নীংশিংদ্রে। গাড়ি ইনশিল্লগা চুমদ্রিং ঐগী কাদা চঙলে।

হোনখিবা মহাক্কী শ্বর, উইশিনখিবা মহাক্কী মীৎ! নীংশিংলুবদা ঐগী ব্রাখল অসে চোকথবনা মখা তানা খনবা ঙম্লক্তরে। ফি- হোংলুগে খল্লুদনা হীপথরে। পাঙনিংদ্রবা মীৎ অনীসে তৃম্নিংবা ফাওদনা মতোমতা উইশিঞ্জখি।

*****

## (২৪)

হন্দক-মরক অসিদা ফোঙলক্লিবা ইরক্লিবা খবরগী হেডিংসি পাবা তন্নরে। লৈবাক অসিগী ঈ-পাউ হায়বসিবু হাৎন-শুনবা, য়েংথীনবসি নৎত্রবদি অতৈ থৌদোক্তি থোকহৈদ্রবা জাৎলা? হন্দক থোক্লিবা কাঙলুপ নাইবগী থৌদোক অসিনা অমুক্কা হেন্না ৱাখলসে লৈতাফম খঙদ্রে। হয়েং তুংগী চারোল শূরোলদা মসিবু মতম অসিগী ইতিহাসনি হায়দুনা ইরগা থন্নম্বা পান্নক্করে।

মীওইবা মরক্তবু অসুক লাপ্পা থেন্নবা, নুংশিনদবা মতৌ অমা ফাওনরিবসিবু কবিগীনো? মশানা মশাবু থাজর্নাদ্রবা হাযবদুবা?

তোমথিনগুম্বা মীশক অমদা তাবিবা দষা অসিদি মীওই খূদিংমক্কা পেন্নদে। মথৌ মশক খঙবা, কা-হেনবা শাজৎ য়াওজদবা, পুন্সিগা মীওইবগা লৈনবিবা মরী মশক মুন্না খঙবা, থৱায পানবা খূদিংমক্তা নোল্লুকপা লৈজবা মীনি।

মহাক্কী অনৌবা য়ুমগী কা অমদা ইন্দোমচা ঐখোয় অনীসু ফম্লি। থেৎলিবা ফক্কাংগী লাইশিংদু য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। অঙকপা খূয়েক্কা ফোঙদোক্লি। সমাজ অসিগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোন কয়া। ঐগী মীৎ চোইবা ঙমখিদে।

ইন্দোমচানা কোয়লৈ লৈদুনা য়েংলগা হায়রকই, "ঙক্কো! মসিগী নুপাসে? মহাক্কী ৱাখল্লোনসি তরাই-তবাইনা খঙবা ওইথোক্তে। অদুবু তরু- তকবা য়াম্না ফজবা পূক্লিং মতা অমদি উবা ফংই।"

"নোংমা ইহান হান্না ঐখোয়গী য়ুমদা উখিবা নুমিৎ অদুদদি য়াম্না চমজবা মীশক অমা ওইনা উখি। য়েংল- য়েংলগা, মনাক হেন্না নকশিল্লগা মীওই অসি খঙবা অসুম-অসুম ৱারকপগুম তৌই।"

ইন্দোমচানা হায়রকই, "মসিনা ওইরমগনি, নঙ ককানা মহাকপু য়াম্না য়ারিবসে।"

ইন্দোমচা ঐখোয় অনীগী ৱারী লোইশিনখিদ্রে। চহী ১৩/১৪ শুরবী তবা-তবাবী নুপীমচা অমনা তোমথিনগী খূৎ হাইরপ শম্বীরদুনা ষ্টেয়ারদগী কূমথরকই। অদুগা হংলকই, "ইন্দোমচা, ককাদি য়াওবীরক্তব্রা?"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

"ঐখোযবু নঙগী থোঙ্গান্দা থাধবল্লগা কদোমদনো খঙদে গাড়ি থৌম্ব্রে। নঙ ককাগী ব্রাবু, নঙদি খবা ফবেদনা?"

"অতৈ অশোকপদি ফবে। খৃৎসদি হাইদোক-হাইজিন তৌবা খবা ব্রাবি।"

"কবিসু থোইদোকপদি তৌবোই হাযব্রা?"

"শব্দদা শোকপা নত্তবনিনা থোইদোকপা প্রোব্লেমদি লৈবোই হায়।"

"ফবে, ফবে।"

তোমথিন্না নুপী মচা অদুদা হায, "লাংলেন ইন্দোমচাহোয়গী চাবা, কোফীবা হাউনা শেল্লকউ।"

ঐনা হংই, "লাংলেন কৌব্রা মিং যাম্মা ফজে, শক্কা চান্নে।"

নুপীমচা অদুনা ইকাযনা ল ইবক্কী জম-জৃম লাউবা শমদু খীত্তং খোমগৎলি।

তোর্মাথন্না হাযবকই, "মামে গী মচানুপীনি। অতোন-অতানি হায়দুনা খবা কেশিন্নবে। খবা মাবক্কে হাযদুনা ঐগী ইনাক্তা থম্লিবনি।"

ঐখোযগী মাঙদা অদুম্মা হায়বদা নপীমচাদুনা ইকাযজবদুনা মচানগা মমীৎকা পৈনা তোর্মাথন্দা যেংজ্রে, অদুগা চংব্রে।

বাবী হৈবা ওইনা ঐনা হংই, "থৌদোক অদূগী মবী মখোঙদি খঙবীবব্রা?"

"হোয। খঙই অদগা শঙাশংদে হাযবদুনি।"

মহাক্কী পাউখুম অদুদা চক্লা যেংই। মহাক্লা মথা তাবকই, "তশেংনমক্কীদি মখোয পোলিটিকেল লীডর অদদা এটেক তৌবনি। টাইমিং শোযনদুনা বোমদু মখোযনা য়ৌবক্কদবা মিনিট খবা মাচংদৈনা পোকখযবনি। পাউ ফংবদগী ঐনা চোক চৎপনি। ঐখোযগী চেকাশনচৈদবা হাযবা তাবে ঈনা, অসিগা ময়দম অসিদা ঐখোয মিনিট অমা মীৎ-না চোইনা যাদে।"

"তৌজিক মনাওবদি খববদা কান্দা শেংদোবকপা অমত্তা থেংনদ্রি। মসিগী মতাঙদা কবি খনবিবগে?"

মহাক্লা নোকফেং তৌনা হাযনকই, "চুম্লিবাস কনানো? হায়বা ব্লাহং অসিতমক হংবা তাবানিনে।"

ইন্দোমচানা হায, "অদুগা খোযাদ খবা হৈশিংনা চেকশিন্না চৎলু। মতম অসিগা নঙনা তৌবিবা থবক অদুগা.. ।"

মহাক্লা তপ্পা খুম্মী, "ইাদুবু ইন্দোমচা, যৃমদা লেঙদনা লৈববসু মতম অসিদদি চপ

মান্নরে। ঐখোয় চেনফম লৈতে। ওল্লক্লিবা য়াওল অসিগী মতুং ইন্না ঐখোয়সু চৎত্রবদি ইতোমতা ফমদুনা লৈহৌবদি য়াবা নত্তেদো। মতম অসে অরীবগা অনৌবগা শিন্নবা, অচুম্বগা অরানবগা খাইদোক্লবগী লুরবা তাঙ্কক অমনি ঐখোয়না হিংলিবসে। খম্বরুবদা মল্লিবদি, কনানা অনৌবা যুগ অমা শেমগদৌরিবনো হায়বসিনি। অচুম্বনা ঙমগদৌরিব্রা? নৎত্রগা অরানবনা জয় ওইগদৌরিব্রা? মসিনি হ্নারিবদি। পৃথিবীসে, লৈবাক অসে য়াম্না হ্নানা খাঙলিবনি।"

ঐনা খুম্মী, "অরানবনা জয় ওইখি হায়বদি হ্নারীদা লাইরিক্তা অদুগা হৌখিবা থৌদোক কয়াদা অমত্তা থেংনজখিদ্রি।"

"মদুনা হৌম্রবা হ্নারীনি। নিউক্লিয়ার খুৎলায় ময়ামগী মমাঙদা অনৌবা ইতিহাস অমা ইবা হৌখিবা য়াই হায়বসিমসু অদুক হাক্লা ঙকপীবা তৌবিনু।"

মহাক্না হায়রিবদু ওইবা য়াই অদুবু ঐনা মদুদা সপোর্ট পীবদি পামখিদে। অদুনা ঐগী অনীংবদু হায়, "মীওইবা জাতিনা খুন্দাদ্রবা যুগ অমদা মদুগী ইতিহাস অদু ইসনু।"

মহাক্কী মায়থোঙ অদু য়াম্না নোক্লিংবগী ইঙ্গিৎনা পূমঙাল ঙাল্লক্লে। সনা অহীংবা কুচু অদুসু নুমিৎকী মঙাল ফংজবদা মশাগী মশক মচু থোক্লকপগুম মহাক্কী শকফম হান্নদগী হেন্না নীংথিবা হেনগৎলক্লে। মহাক্কী লংলবা মঙাল অদুনা ঐগী মীৎ, মীৎকূপ অমতংদি কূপহনখি। মহাক্কী ফজববা শকফমদু হেন্না মগুণ লৈহল্লদুনা চীং-লেল্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "করম্না যুগনো অদোম্না ঙাইঁবরিবা? ইবদি হৌখ্রে। শক্তিনা অচুম্বা ওইবা কূইখ্রে। মালেম অসিদা থোক্লিবা থৌদোক ময়াম অসিবু কনানা অচুম-অরান লেপ্পা ঙম্লিবগে? 'পব্রার ইজ ড কিং'। অদুবু নিংথৌনা লৈঙাক্লিঙৈ মতমদদি য়ামদ্রবদা বিচার লোয়শঙ ফাওবদি লিংলম্মী।"

ঐ পাউখুম পীদ্রে। তুমিন্না মহাক্কপু খল্লবা তোংনরকই। লাংলেন্না কোফী কপ অহুম পুরদুনা থোরকই। ঐখোয় লৌদুনা থক্লে। অমুক্তং চিংলুবদা য়াম্না হাউবা মহাও অমা য়াওই। তোমথিন্না য়াম্না কোর্শিন্নে হায়বদুদা কবিমক্তা হৈরমগদৌবা মাল্লুদ্রে। মশাগী মী থাগত্রবসি অশিংবা মীনি হায়বদু নীংশিংলকই।

ককা লাক্লমাল্লে, গাডি মখোল তারে। ককানা ইরাং-রাংনা থোঙজিল কানশিল্লকপদুদা ঐখোয় পূন্না অমুক্তদা ককাদা য়েংই।

ককানা অচৌবা ঙা অমা ঐখোয়গী মাঙদা থাধরদুনা হায়রকই, "চীংসিগী ব্রাংমদা ঐগী মরূপ অমগী ঙাগী ফার্ম লৈ। হৌজিক্তা ফাগৎলকইবনি। মৈতৈগী 'পেঙবা'

হায়বদুনিনে। নখোয়বু মহাও খঙজরব্রা?"

ইন্দোমচানা, "কদায়দগী খঙলনি। অয়েকপদবুদি পংউ উরে। অহীংবদি ঙসীতা উরি। মৈতৈ পেঙবা হায়বদু ওইরমাল্লে হায়না খল্লিবনি।"

ইন্দোমচাগী ব্রাতা অদুদা ঐখোয় পূন্না নোকই।

ককানা হায়রকই, "ঙাসি চারগা নাবা ফনবনি।"

তোমথিন্না খুল্লকই, "ঐ ইতোমতা চাবা ঙমজরোই। ময়ামসু চামিন্নসি।"

ককানা হায়, "কায়দে, ঙসিদি থোইবীসু ছুটি ফংলমগনি।"

ককানা ব্রা ককশিনখি। ইন্দোমচানা হায়রকই, "পূজারীনা ঐনা ওইবা তারেনে।"

তোমথিন্না খুম্মী, "ইন্দোমচানা ঐগী চাকখূমাঙদা অমুক্তং লেপ্পীরল্লবদি লাইবক ফরবনি।"

"ব্রাহে অসিদবু ঐনা লৈথোকপা ইতীক্রা?"

ইন্দোমচাসু লাংলেনগা চাকশঙদা চঙখ্রে। ককাসু হৌগৎলগা থোকখ্রে।

মহাক্না হায়রকই, "ককাসে ঐগী ইফমদদি ওম্থোক্না ফখ্রে। মান্নবা পূক্নিং অনী পূনবগী হরাওনা মোমোন নোক্তুনা চেন্থরিবা পুক্সি ঈচেল অসে লোইখিগদ্রা হায়দুনা ব্রাদবসু ঙমদে।"

"মহৌশা ওইরম্বা ককাগী মওং মতৌদো হৌজিক্তি লোইনা হোংখ্রে। নোংশাগুম শাউগল্লম্বা ককানা কবম্না অসুম্না হোংলকখিবনো খল্লুরবদি তশেঙনা ঙকপসু পোকই।"

তোমথিন্না হায়রকই, "মসি মীওইবগী হৌনশানি। মশানা মশাবু ব্রায়েঞ্জবা ঙল্লকপননি। ককাদা নত্তে, ঐ ইশাসুনি। ঐবু শোয়দনা ঙকপীরমগনি।"

ঐহাক নোক্লিংনা হাইফেৎ নোকখি অদুগা হায়, "অদোমদি ঙকপদা নত্তনা অদোম্বু খঙদবা অমসু য়াওরিবনি।"

মহাক্না মকা লাম্না নোক্লদুনা হায়রকই, "অদুদি ঐবু মুন্না য়েংবীদ্রেদনা। ঐবু চিংনরিব্রা? নৎত্রগা অশেঙবা উবা ঙম্বীদবগী ব্রারা? কিথি কিরুম্বা য়াওদনা অশেঙবা থৌনা শীজিন্নদুনা অমুক্তা খঙনবা হোৎনবীয়ুদনা।"

ফাগি ওইনা তরাম্না ঙাঙলবসু ব্রাহৈশিং অদুগী মরুমদা মশাগী উবা ঙমদ্রবা অরোনবা নাপল অমা লোয়নরিবদুনা ঐসু পাউখুম থুনা পীরুদ্রে। তশেঙনা মীবু শীধদুনা মশাগী নাপল উৎথোক্কে খন্না হায়রকপদি নত্তে। লোন্না থূপ্না লৈরিবা মশাগী মতীক-মগুণ অদু খরতং মহাক্কী ব্রাহে-ব্রাতাদা লোয়নরকপনি।

ঐনা খুমখি, "ঐগী বুদ্ধি মতা অসিনবু অদোম্বু খঙবা ঙম্বগী থৌনা লৈতে।"

মহাক্না পামজবা পাউখুমগা চান্নদ্রব্রা করিনো থুনা খুম্লকই, "অদোম্বু শীধবা অদুগা পঙই-শিংই হায়বগী ব্রাফমদি ঐহাক শুকখন খঞ্জখিদে। অদোম্না ইশাবু পঙই হায়দুনা লৈথোক্লবা তৌরবসু ঐনা য়াজবা ঙম্লোই।"

ঐনা নোক্লগা হংখি, "হায়বিরিবা অদুবু অচুম্বরা?"

মহাক্না হায়রকই, "ঐনা অদোমগী মফমদগী অপীকপা ব্রাখলগী মমি উবা ফংজদে। মসি খঙবসিনা ওইরম্বসু য়াই ককানা অতোপ্পা মচা অমা পাম্বগী থৌরাংবা লৈখিদ্রিবা।"

হায়রক্লিবা ব্রাহে খরা অসিনা ঐগী ব্রাখলদা পারবা লৈচীলগী কুরাংবান অমা হাইদোকখিদুনা পৃক্লিং অতিয়াসে খংঙান ঙাম্ভোরকপগুম তৌরকই। ককানা মশাগী ব্রাশক থুগায়দুনা ঐগী অপাম্ববু নীংতমহনখি। অদুদগী নীংশিংলকখি মহাক অদুবু... । হিংবগী খেন্নরবা সংসার অদুদা মহাক্না ঐগীদমক খাক্লিবা মহাক্কী থম্মোয়গী জগা অদু খঙনিংলকই। মহাক্কী অয়েকপা লাইগী সংসার মনুং অদুদা ঐবু থম্মিংলিব্রা? নৎত্রে হায়রগা অশেঙবা থম্মোযগী মফমদরা? ওম্মোকপা ব্রাহে খরনা ঐবু খোযরাং খোয়শাওনহল্লম্লগা লাপ্না চৎখ্রিবা মহাক অদো ব্রাখলদগী লাপ্না ইম্ভোকপসু ঙমখিদে।

মহাক্কী পাউখুম পীরুদনা তৃমিন্না কুইনা ফল্লবা মতুংদা ইশাগী ব্রাখল অসিবু নেমথনবা শ্বর অমা হোনখিবদু মহাক তারমাল্লে হংলকই, "ঐনা হায়জরিবসে চুম্লোইদ্রনে অমুক্তা হায়বীয়ু।"

ঐনা পাউখুম ওইনা হংখি, "ঐহাক ব্রাহং অমা হংজগে? মীওইবা অমগী ব্রাখলগী মনীং তম্বগা মীওই খরগী থাজবগী পল্লোন মনুংদা হিংবগা করম্বনা হেন্না অচুম্বা পুন্সি কৌনবগে? কুইরে, থম্মোয়নুংদা ব্রাহং অসি হংদুনা লাক্লিবা। ঙসিদি খোঙ্গেল খোক্না ব্রাহং অসি অদোমগী মফমদা হংনিংই।"

মহাক্না মীৎকৃপ'মতং ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "জ্ঞান তানা হংবিবিবা ব্রাহংনি হায়বসিদি ঐ থাজে। ইতোমতগী ব্রাখলনা মনীং তম্না খোঙ থাংবদা মঙম শান্দবগী মতৌদুনি। ঐখোয় মীওইবনি, ইশাগী ইনীং-ইখা তম্বদি লৈফম থোকই। ইতোমতগী হায়বসিগা মীয়াম মরক্তা হায়বসিগা হেক- হেক চিংখায়নবকই। মসিদনি থোক্লিবা থৌদোক কয়া অসিসু। খঙনা-খঙনা হংলিবা চমম্লবা ব্রাহং অদুগী পাউখুম পীবসু লুই। অদুবু ঐগী ব্রাখল্লোন অমদি লৈ, ইশাগী হায়বা অসিদগী খরদং নাথৈদুনা পুন্সি লম্বী অসি চৎপা ঙম্লবদি অশেঙবা মীওইবগী অচুম্বা পুন্সিদু মনাক নক্না চঙশিনবা ফাওবদি ঙমগনি খল্লি।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

"অদু ওইরবদি ঐগী খোঙথাং অসিবু য়াম্না শোয়রব্রা?"

মহাক্না মোমোন তৌনা হায়রকই, "লান্দে, অশোয়বা কারিসু য়াওদে। মীওইবা মরক্তা লৈরিবা খেন্নবগী অদুগা ধর্ম্ম মান্নদবগী পল অসিবু নমখায়বা ঙম্বদি 'নুংশিবা' হায়বা মশক অসিতনা ঙমগনি। লুরিবদি নুংশিবা হায়বসিদা য়াওরিবা লূরবা ফজরবা, মৃৎনাইদ্রবা মশকশিংদু ঐখোয়না লেঙদনা থম্বা ঙমগদ্রা হায়বসিনি। অদুগা 'নুংশিবা' হায়বা ৱাহৈ অসে শৃঙ্খলতগী পোৎশক অমখক্তমক ওইবা নত্তে। ইচম চম্বা ৱাহৈসু নত্তে। মসিদি শক্তি লৈরবা মতমসিগী ন্যুক্লিয়ার খূৎলায়দগীসু হেল্লিবনি। মসিনা পৃথিবীবু ঈংন-চীক্না লৈহনবসু ঙম্মী অদুগা ওন্ন-তৈনবা ফল পীদুনা মাঙহন-তাকহনবসু ঙম্মী। ঐনা অদোমগী মরমদা তাজরিবা পাউসি লাল্লম্লোই, অদুবু খনবীগদবদি য়ৃম অদুদা লৈরিবা পীক্লবা পোৎ মচাদগী হৌরগা চাউরবা শাগৈ-নাতে ফাওবদা অদোমগী খূৎনা লোইনা শোকপা ফংবগী থাজবা কদায় ফাওবা লৈবীরবগে? তিংখোক্লবা খূৎ অদুনা হাঙনা হঞ্জিল্লকপা মীৎকৃপ অদুদদি ককাগী থম্মোয়সু ৱারৌখিবা য়াই। মসি ফাওবা খক্তবীগদবনি।"

মহাক্কী ফজরবা ভাষন অদুনা ইতোমতা ইকায-নুংশি য়ান্নবগী ঈরাং অমা ঐগী হকচাংদা কোয়থুং থুংনা শন্দোবক্লে।

মহাক্না মখা তারকই, "ৱারী লাইরিক্তা হায়নবা তাই, নুংশিবা হায়বসে থাদোকপনি। নত্তে, মসিদি লান্না ৱাহঙ্খোকপীবনি। তশেঙনা নুংশিবদা অপাম্বা হায়বসি শোয়দনা লোয়নগনি। অপাম্বা হায়বা শরুক অদুমখৈ ঐখোয়না থাদোকপদি ঙমগনি অদুগা নুংশিবদি কনানসু থাদোকপা ঙম্লোই। লেঙদবা ফজবা মশক অদুবুনি নুংশিবা হায়নরিবদু।"

ঐ ঙক্না মঙোন্দা য়েংলি। থাজখিদে, পামজরিবা শিনফম অদুগা পীবিবা ভাষন অসিগা লাপ্পুরম্বদু খংনক নকশিল্লকপগুম উরে।

হাম্নগী মওংদু কায়দনা ঈংনা তপ্পা হায়রকই, "খূদিংমক্না লোইনা হায়নৈ। ঈশ্বরদি অমত্তনি, ধর্ম্মদি মীওইবনা শেম্বনি। চীন্দা ঙাঙন-ঙাঙনা পূক্লিংদদি অসুক্কী মতীক পল ৱাংনা খানারি হায়বসি চঙলুপগা খঙলক্কনি। মপাল থোক্না য়ানিংদবা উৎপসু যৌতক চানরে। তশেঙনা থম্মোয় শেংলোদনা হায়বসু থাদোকপা ঙম্মদবগুম উরি। অদুগা ঐনা মসিমসু উবা ফংই মর্দাদি ককানা অদোম্বু ফাজিন পুনশিনবা পামদে। মসিনি হায়দুনসু অদোম্না মীওই খরগীদমক পূক্লিংদা চৈনা খাঙজিল্লগা হিংবদুসু পাল্লোই। ককানা ঐঙোন্দদি অরোনবা থমদনা ৱারী পূম্নমক শাই।"

মহাক্না নোকফেৎ তৌনা ঙাঙবা লোইশিনখিবা অদুনা ঐবু হেন্না খলহনখি। মহাক্কী

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্পরি

যূম শঙ্গাবা নুমিত্তা মশাগী থম্মোয়গী ফিজং হাইদোক্কনা উহনখিবদুনা করিনো" ভাঙলিবা শক্তিবসিনা কনাগীনো? চীক্লবা চাউববা যূম অসিগী মথাদা ফম্লিবা নুপা অসিগী হাঙনা, চাউনা, ফজরবা থম্মোয় অদু তপ্পা-তপ্পা ময়েক শেংলকই।

*****

## (২৫)

ঐনা হল্লকপদা ইন্দোমচানা হায়রকই, "মালাগী বার্তন পীরম্বনি। মাবু ঙরাং নহান্তা ঐখোয়দা লাক্লম্বদাইনে, থাজদনা থুখ্রেদা।"

ইন্দোমচাগী মনাক্তা লৈরিবা চিঠি খাউদু লৌখত্তুনা য়েংই। ঐ তশেঙনা ঙক্লে, হয়েং মাগী লুহোংবা ওইরম্লে। খল্লি— মসিগী নুপীসিনা তৌরিবসি ওম্ভোক্লা থাজখিদ্রেদা! অমুকসু খল্লি— মালাগুম্বী নুপী অমনা তৌগে হায়না খনখ্রবা থবক্তি ইরায় লায়না হেক্তা তৌখিনি।

ইন্দোমচা ঐখোয় অনী লুহোংবা য়াওবা লাকই। অদুবু লুহোংফম অদুদা অঙকপা মওং অমা উবে। চৎনবীগী লুহোংবা অদুদগী খরা থাপতোক্লবা অনৌবা লুহোংবা অমা ওইরম্মী। মালাগী মর্নেশিংনি হায়, অহল অমা অনীগা মরৈ তৌনদুনা লৈরম্মী। ঐ চঙলকপা অদুদা মালানা হরাওনা হায়খি, "ঙাঙঙ্, ঙাঙঙ্। ঐগী মীচঙ অমদি লাক্লে।"

ঐঙোন্দা অহল অমনা হায়রকই, "ইবেম্মা নঙনা খরা হায়য়ুনে। ঐখোয়বু মীগী মমাঙদা ইকায়বনা লোইবেনে।"

খল্লুই— মালাসিদি মথোঙগা চাদবদা করি করি তৌরবাজাৎনো? ঐনা খুমদবা অদুদা অহল অদুনা অমুকসু হায়, "অসুক থুনবু হোংবা হৌনব্রা? মাবু লৈশাবী মচা ইনখৎলকপীরা? হৈ-লৈগুম্না তবাই-তরাই পৎ হেক থৎহলখিবা চুম্বনে।"

মালানা নোক্না নোক্না খুম্মী, "হৈ-লৈদি হেক্লগা পাম্লগা চিল্লি। পামদ্রগা হুন্দোকখি। ঐদি মীনি অদুম্না তৌবদি কদায়দগী য়ানি।"

অহল অমনা হায়রকই, "অদুনবু হায়বনি। ঐখোয়গী ব্রাসু তাদনা নুপাদু থবক চিল্লি আদা চৎখিগদবনি হায়দুনবু নখোয় মশেল নুমিৎ হেক্তা লেপ্পবসিবু হৌনব্রা?"

মালানা খুম্মী, "ইনে'বেম্মা হোয়না তৌরবদি মসিদা কোথগদবা ময়ামদো ঐ খঙই। কান্নদবা, হেন্না থাজবীদা কোইথোকপসি লৌথোক্লিংই। নুপা ময়ূমদা করি করিনো পঙহায় হায়জিন্দুনা ব্রাই চিনহনবসু পামদে। ঐগীনি হায়দুনা উতেক ব্রাতেক ময়াম অমা হাপ্পদুসু তৌবিরুনু।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেগ্গুরি

অহল অদুনা শাউনিংলপ তৌনা হায়, "খঙদ্রেনে, মতমসিগী লাইরিক হৈবী মপান থোকপী ময়াম অমা থোক্লকপসিদি থায়নদগী লৈরক্লবা ইপা-ইপুগী চৎনবী ময়ামসে মাঙশিল্লক্লে।"

মালানা খুম্মী, "মৈতৈগী চৎনবী লুহোংবা অদুদি ঙাক্লা হোংগনি। কান্নদবা অহেনবা খরদুখক লৌথোকপনি। তুংগী মীরোলগীদমক অনৌবা অওনবা অমা পুরকপা পাম্মী।"

মনে অদুনা চৈবোই লাকপোই হায়রকই, "ও, মদুদনি মীনা মালাসিদি ঙাওরে হায়নহৌরে।"

মালানা করিসু থৌশাদনা খুল্লকই, "অদুতা হায়বীয়ু হায়রিবনি। হায়বিরিবা মখোয়না ভাব তারক্লগা মালাগী লুহোংবদু ফৈনে হায়রকপা মতাঙ অমা লাকখিনি।"

অহল অদুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা ব্রাকৎপোই হায়রকই, "অঙাং ওইরিঙৈদদি য়াম্না ঈং-তপ্পী, হায়বিমখৈ য়াবী মালা ওইরম্বনি। হৌজিক্তি ঙাঙনা শক্লবা য়াদ্রে।"

ঐনা অহানবা ওইনা খুম্মী, "তৌবগীবুদি মালানা হায়রিবসি চুম্লবনি। ইনে'বেম্মহোয়না পেঞ্জদবগী ব্রানি। মালা মতীক চাবর্বানি। থব্রায় পান্দবা পোৎ-চৈ ময়াম অমা হাপচিন্দুনা মালাগী মগুণ হুম্থখিনর্বনি। ময়ামদসু রাদবা শেলসু চঙহন্দবা মানা তৌরিবসে য়াম্না ফৈ হায়না খল্লি। অচুম্বা থৌরম অদুতা শমজিন্দ্রগা লোইরে।"

মালানা ঙমখ্রে। মানা পামজবা মওংদা লুহোংবগী চরাঙনবা য়াওদনা ঈংনা চীক্লা থৌরমদু লোইশিনখ্রে।

হল্লকপগা ফি থূপচিন থূপচিন্না ইন্দোমচানা হায়, "মতৌবু ইমান মান্দনা মালাসিদি মরৈকাসু য়াম্না হৈরিজাংনিদনা। মানা তেক ঙম্মীনে। মখোয়গুম্বী খবনা হৌদোক্লবদি কা হেঞ্জিনবা চৎনবীশিং অসিনা ঐখোয়সে অসুম কুপশিন্দুনা লৈরনি।"

ইন্দোমচাগী মতেং পাংবা ওইনা হায়, "ঐখোয় পুন্না ভাব তামিন্নবা মতম অমদি শোয়দনা লাকখিগনি। মালানা চিংনবা লৈতনা অহানবা ওইনা হৌদোক্লে। মসি মায় পাক্লবনি।"

ইন্দোমচাসু মখা তানা খুল্লক্তরে। থূপ্লবা ফিশিংদু পুবদুনা চঙখ্রে। ঐসু ঐগী কাদা কাখৎলে।

অয়ূক হৌগৎলকপদদি ব্রাখল অসে চরাঙ খোয়রাংনবা অমা ফাওরম্মী। মালা চৎখ্রে। অব্রা-নুংঙাই ব্রা তান্নফম মরূপ অদো লাপথোকখ্রে। মহাক্লা ঐগী থম্মোয়সে চাউনা কল্লম্বগুম ইহাঙ হাঙবগুম তৌরে। পূক্লিংসু নুংশিরক্লে। ঐগী ওইরম্বা মরূপ অমা কনাগুম্বা অমনা মুন্দুনা পুখিবগুম তৌই। ঐগী ব্রা তান্নফম হায়ববু মালা অদুগা ইন্দোমচানি।

নুংশিরবা মরূপ অমা কায়নবা হৌরে। অসুম্না মথঙ-মথঙ মাগী-মাগী পম্বুং য়ৌনা চৎনখিগনি। ঙসিদি তুংগী ওইবক্কদবা পুন্সি অদুবু খন্দবা ঙম্লক্তরে।

নোংমদি ঐগী ইমা শকপী, ঐগী মরূপ ওইবী ইন্দোমচাবুসু ঐনা থাদোক্লমগনি। ঐগী ইন্দোমচাবু ঐনা য়াম্না নুংশিজে। মহাক্কী ফজরবা ঈংনা থোৎ নৌরবা থম্মোয়, নুপী অমা ওইবগী তমজনিংঙাই গুণ অদুবু ঐনা ইকায় খুম্নদবা ঙম্লোই।

মালানা ঐবু মখোয়গী রুমেন এসোসিএসনগা মরী লৈনহনবদগী থবক চিনবসু হেঞ্জিল্লে। ঙসিদি মীটিংসু ঙাইহাক য়ৌরুদবা য়াদ্রি। কলেজদগী হল্লক্লগা চঙলগে খল্লি।

ঐনা থোরকপদা নোংদম্বনা লেপ্পুনা লৈরম্লা অদুদা ঙক্লুরে। ঐজ্জা'মা হল্লক্লে, ঐবু ঙাইহাক্তা লাক্তবা য়াদে হায়রম্লগা থুনা চৎখ্রে।

নোংমা ঐহাক তৌফম খঙদনা হল্লকখিবনি। ঙসিসু হায়দোকফম খঙদবা চন্নেনবা অমদি ঐগী ৱাখলদা লেঙদনা লৈরি।

মীটিংদি ঐনা য়ৌখিবা মতমদা হৌরম্লে। মালাদি লম অরাপ্পা চৎখি হায়দুনা য়াওরমদে।

অঙকপনি! ঐখোয়গী মৈতৈ নুপীশিং অসে? অসুক য়াম্না ঙাঙবা শকপা হৈবোইরে খনখি। ইমুংদা মচা মৱাগী সেবা অদুগা খাবৈ-চেগপুগী হেন্না মশক খঙলম্লোই খনবদু মখোয মশেল পূল্লগা নৈনরিবা খন্নরিবা ৱা ময়াম'সিদি ইচম চম্বা চাকথোং-ফৌসুগী ৱা নত্তে। লৈবাক্কীনি, সমাজগীনি। খল্লি— মখোয় অসিনা লৈবাক অসিগী ৱায়েল থৌদাদা শরুক য়াররুবা মতম অদুতদা খঙগদবনি। কনানা থোঞ্জিনবীরিবনো নুপীবু 'ইকায়থীবী।'

ঙাইহাক খন্নবদু য়াওরম্লগা ঐজ্জা'মাগী মনাক্তা লাক্লে। ঐবু ঙাইবগুম পাবুংগা ঐজ্জা'মাগা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐনা ফমথবগা ঐজ্জা'মানা হায়রকই, "হকচাংসু হৌজিক্তি য়াম্না নুংঙাইরে। নঙ তামোসু আদা থেংনরে। ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙলকঅম্মী। হন্দক্তি থুনা থোরক্কনিসু হায়রম্মী।"

ঐ তৃমিন্না ফম্বদু নত্তনা ৱাহৈ অমত্তসু হায়রুদ্রে। করিবু হায়রুনি।

পাবুংনা হায়রকই, "নঙগী ৱারীগী থিমদা য়েকপা লাইদুদা নঙ তামোসু মনা ফংই। অদুগা নুপা অমনা য়াম্না পাম্না লাইদু লৈখ্রে।"

ঐহাক নুংঙাইবা অদুতমক ফোঙদোক্লে। অনৌবা লাই খরা য়েংঙু হায়দুনা পাবুং, ঐজ্জা'মা ঐখোয় পূন্না মথক্কী কা'দুদা কাখৎলি। কাদু লাইরিক থন্না য়াওবা উপু অনী-অহুম

খিল্লি। লাইরিক পাফম টেবিল-চৌক্রি থারি। ফক্লাংদা ঙাদুনা অয়েকপা লাইশিং লৈরি। তেল্লবা মতম খরা অসিদা য়েক্লল্লিবা লাইশিংদু থাগৎনিংই। লাই খুদিংমক খন্দোক্লিংঙাই য়াওদে। ঐবু কল্লকহল্লি।

নোংমা মালাগা লোয়ননা কা অসিদা ফর্মাখি। মতম অদুদদি থোইনা খল্লুদে কা অসিগী মওং মতৌ। মীৎ অসিনা কোয়লৈ লৈদুনা য়েংনিংবা অমা ফাওরকই। লৈরিবা পোৎ খুদিংমক নীতি-নিয়ম চুম্না মওং চানা থম্লি। চীক্লবা কানুং অসে মহাক্কী খোল্থাংনা নিনবগুম তারকই। অয়েকপা লাইশিং অদুনা খোঞ্জেল থোক্লা ৱাহং কয়া হংলকপগুম তারি। অদুগা তোমথিনগী ৱাহৈ অদুসু ময়েক শেংনা তারকইঃ য়ূম অদুদা লৈরিবা পীক্লবা পোৎ মচাদগী হৌরগা চাউরবা শাগে-নাতৈ ফাওবদা অদোমগী খূৎনা লোইনা শোকপা ফংবগী থাজবা কদায় ফাওবা লৈবীববগে?

ঐঙ্গা'মা মপানগী চৌক্রি অমদা ফমথখ্রে। পাবুংসু হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি।

'আর্ট ওফ ড এনসেন্ট ইন্দিয়ান' হায়বা লাইবিক অদু য়েংনিংমন্দুনা লৌথোক্লুনা য়েংই। মতম অদুগী অঙকপা খূৎশা হৈবগী মমি থল্লা তারবা নূংগী মূর্তি কয়া য়াওরম্মী। অরীবা মতমগী নূংগী লাইরেম্বী কয়াগী মূর্তি য়াওরি। ঐগী ৱাখল লূপখ্রে, সংসার অমদা ঐ উংলদুনা ফম্লি।

লাইরিক অদুগী মরক্তগী অথূপ্পা চে অমা লৈমায়দা তারকপা অদুদা খূনগভুনা য়েংই। কুইরবা চিঠিনি। খূৎইদি কয়া ফজদে, ইংলিশনা ইরি। ঐসু পানিংনা পারুরে।

ডিয়ার পাপা,

ঐগী একজামসু লোইরে। ঐবু লৌবা লাক্কনি হায়বদু করম্না তারিখতা লাক্কনি'? হৌজিক ছুটি ওইরবনিনা ইমান্নবীশিংসু চৎনখ্রে। ঐদি মেদামগা লৈমিন্নরি। মবূক য়াম্না ফবা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবী মেদাম ন্যান্সি, খঙবদাইনে পাপাসু। পাপা, নঙনা প্রোমিজ অমা তৌখিবদু কাউরব্রা'? হায়যুরা, ঐবু রোম সিটিদা পুবীগনি অদুগা ইন্দিয়াদা ঐগী ইমাগী মনাক্তা পুবীগনি হায়খিবদু কাউরব্রা'? পাপা ঐগী ইমাদো নঙগী অয়েকপা লাই অসিগুম্না ফজব্রা'? ঐবু নুংশি হায়ব্রা? ঐ উবদা মহাক হন্না ওগদ্রা'? পাপা, থুনা লাকউকো। পাপাগী থবক চিনবদু থাদোকউকো। আই লভ য়ু, ডিয়ার পাপা।

য়োর লভলি ডোটর,

তম্ফা

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

চিঠিদু পানা পানা ঐ কমদৌখ্রবনো নীংশিংবা থোক্লে। জ্ঞান লাকপদা ঐজ্ঞা'মানা ইনাক্তা ফমদুনা লৈরম্মী অদুগা ঐনা কাদুগী হিদান মচা অমগী মথক্তা হীপ্লম্মী। ঐ ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা তূমিন্না ৱা ঙাঙদনা লৈরে। ঐজ্ঞা'মানা ঐগী ফিজি ফিনাদু শেমজিনবীরদুনা তপ্পা হংলকই, "করিসু তৌদ্রব্রা? শ্বর চনীং তানা অমুক্তা হোল্লু।"

ঐ কনাগীসু পাউখুম পীনিংলুদ্রে। মীৎকুপ অসিদা মীওই খুদিংমক মায়খুম অমমম উপ্পগুম উরকই। মায়খুম উপ্পগী ৱাখল লৈরুদবা ঐসে অপঙবীনি খঞ্জরকই। ঐ চৎনবা হৌগৎলক্লে।

ঐজ্ঞা'মানা হায়রকই, "নঙনা গাড়ি থৌরগা চৎপদু নুংঙাইররোই। ঐসু য়াওনা থিনগে।"

ওইরিবা থোক্লিবা থৌদোক অসি ককা ইন্দোমচাবু খঙহনবা পামদ্রে। অদুনা ইতোমতা চৎপনা ফৈ খল্লি অদুনা ঐনা হায়রুই, "য়ানি ঐজ্ঞা'মা। গাড়ি থৌবা ঙমগনি।"

অদুবু ঐজ্ঞা' মানা য়াদ্রে। নোংদম্বা কৌদুনা ঐবু নমদুনা থিলহল্লে। চৎলমদাইদা ঐজ্ঞা'মানা হায়হৌই, "ঙসিদি ৱারী শাররোই। কোন্না শারসি। অদুবু নঙনা অদু য়ৌনা নুংঙাইতনা খঞ্জিল্লিবা অদুমক্তি অশেঙবা নত্তে।"

ঐ করিসু খুল্লমদনা থোরক্লে। পাবুংগা ঐজ্ঞা'মাগা অনীগী মায়থোঙদু তৌফম খঙদবগী মমিনা থন্না তাহৌবদুদি উবকই।

হীপ্পা-হীপ্পা কোক অসে ঙাওবনা মোনগা তাইনবা ঙম্লক্তরে। ঙাইহাক্কী মনুং অসিদা সংসার অসে মথক মখা ওনখ্রবোই খল্লি। ইশা অসিবু ঐ ওইজরিব্রা? নীংশিংবা ৱারে। ঐগী খাঙবা ঙম্বগী পলদো ঙসিদি নীংখায়রক্লে। ঐ তশেঙনা খাঙবা ৱারে। অসুক য়াম্না লৌনম্বা, নমথাক তৌবা মীশক অমা ঐগী পুক্সিদা থেংনরক্কনি হায়বা নোংমতসু খল্লুদে। ঙাঙলম্বা ৱাহে, য়েংলম্বা মীৎযেং ঐগী শেংলবা থম্মোয়বু ইকায়বা পীরম্মনি হায়না খনবদগী হেন্না অতৈ অমা খনবা ঙমদ্রে। খাঙবা ঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয় মখোল থোকখ্রমাল্লে, ইংে দামচা চঙলক্কুনা ঐবু ঙক্লা য়েংদুনা লৈ। ঐগী মতৌ অদো অমুক্তা উদ্রিবা ইন্দোমচানা ঐবু চেৎনা কোনবীরদুনা হংই, "কবি তৌরে?"

ঐ পাউখুম পীখিদে। নীংখায়রবা আশা, থাজবা মাঙলবা ঐসে ককাগী মমাঙদা লেপ্পা ঙমগনি হায়বা থাজরক্লে।

ইন্দোমচাদি খঙই, মতম পুম্নমক্তা ইশাগী ৱাখল, থম্মোয় ফাথজবা হায়বসি ঐগী

হৌনশানি। ঙসি থাজদনা অদুগুম্বা ঐগী মতৌদু অমত্তা উবা ফংদ্রবা অদুদদি ইন্দোমচাসু নুংঙাইত্রমাল্লে, মোল্লবা ইন্দোমচাগী খূৎশানা ঐগী কোক্তা তপ্না-তপ্না নাম্বুবীরকপদু ঐগী পূক্লিং য়ৌনা থেমজিনবীরকপগুম ফাওরকই। ব্রাহংদি অমুক হন্না হংলকখিদ্রে। নুংহীক্লরম্বা ঐগী খোঞ্জেল, তপ্না-তপ্না নেমথরকই।

*****

# (২৬)

অহীং চূপ্পদুমা ঐগী ব্রাখল কদায় য়ৌনা কোয়রুবা, চৎলুবা নীংশিংবা থোক্লে। খোইনিংগী খোঞ্জেল তাবদা নোংঙাল্লে হায়বা খঙই।

সংসার অসে অসুক য়াম্না মীনম্বা হৈবোইরেকো! হিংলিবসিবু চুন্নিব্রা? মখাদা খোঞ্জেল অমা তারে। থাজদ্রবা খোঞ্জেলনি। অদুবু হৌগৎনিংবগী হৈনীংবদি ফাওদ্রে।

মালানা কাগী থোঙদু লাওনা হাংলদুনা চঙলকই। কাঞ্জল হাইদোক্তুনা ঐবু মুন্না য়েংই অদুগা মোমোন তৌনা হায়বকই, "হৌজিক ফাওবা হীপ্লীবা করিগীনো? হৌগৎলুসে।"

তুশংঙনা মালাদু ঐগী মরূপ মালাদগী খরা হোংবগুম উরে। নুপী ওইবীগী লৈতেংগী মপাল তাংলিবা হায়বদু ওইরম্লে, মশকসু হেন্না ফজনা উরে। নৎত্রগা অনৌবা পুন্সি অমা ফংবগী নুংঙাইবা মতৌদু ওইরম্লে। মহাক্না নমদুনা ঐবু চিংখত্তুনা হৌগৎহল্লে। কাঞ্জলদুসু মানা হৌগৎপীখ্রে। থোঙনাও হাংলদুনা হায়রকই, "অমম্বা কানুং'সিদা অসুম লৈরবদি অঙানবা উররোই। থোঙ- থোঙনাও হাংদুনা মঙালসি খরতা ওইরবসু চঙহল্লবদি অমম্ব'দুসু মাঙখিবনি... ।"

মহাক ঙাঙহৌবি। ঐ হৌগত্তুনা অয়ূক্কী তৌগদবা ইথৌ লোইশিল্লুরে। ঐনা চঙলকপদদি চা থকপা লোইরম্লে।

মহাক্না হায়রকই, "য়াহৌ খেঙমনখ্রে। ঐখোয়দি চাক লোইরম্লগা লাকইবনি।"

মাগীদু মহাক অনৌবী ওইববনিনা থবক য়াম্না তৌই হায়বা খঙহল্লিমাল্লে।

ঐনা হংখি, "নঙগীদুবু য়ানবা চৎলিবা হায়বদুরো ?"

"নত্তে, ঐগী ইথৌদি মতম চানা ঐগী থবক নংনবা তৌজবনি। মখোয় য়ানবা চৎনবা ঐগী মতম লৈতে।"

অসি হায়রগা মহাক নোকই অদুগা মখা তারকই, "ঐগী ব্রারী তোকখিসি। নঙগা ব্রারী শারুগে হায়দুনা লাকইবনি। ঐজ্ঞা'মাগা ঐগা ঙরাং থেংনৈ।"

"ব্রারী অদুগীরা? তোকসি মালা।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

"নতোমতা পঙখন্দা খল্লগা হেক্তা য়ারব্রা? করিনো হায়বা অদুমদি খঙঙুদনা। ব্রাফম অসে নঙোন্দা হায়গে খন্ন-খন্না মতাং চাদদুনা তৌদোকপা ঙমদনা লৈখিবনি হায়। অঙাংদু তামোগী মচা নত্তে হায়।"

"অদুনা করম্না মায়খূম্নো?"

"ঐগী ব্রারী অসি মপূং ফানা অমুক্তা তাখোদনা।"

"মালা ঐনা করম্না ককাগী অনীংবা অপাম্ববু নেমথহল্লগা মহাক তম্না চঙলকখিবনো? মসিবু তরাই-তরাইবা মওংলা? ককাবূসু নমথাক তৌরম্লবদি করম্না খাঙগনি। মহাক্কী ষ্টেণ্ডার্ড ওফ লিভিং, ঐগী নুংশিবগা মরী লৈনদে। মহাক্কী আর্টকী ফজবদা ঐনা ঙাওজখি। অদুবু মহাক মীনম্না ওইবম্মী...। ঐগী পুন্সিগী চাউরবা পাউখুম, ঐনা ব্রাম্থখিবা মীৎকূপ অদুনা পীরম্লবনি।"

মালানা মখা তানা ঙাঙলক্কে তৌবদা ঐনা হায়খি, "নঙনা মাবু কয়া য়াম্না থাজবা লৈরবগে?"

মোমোন নোক্লা চঙলকখিবী মালাদু তৌফম খঙদবগী শ্বর হোল্লকখি। অদুগা হায়রকই, "অদুবু অশেঙবা ব্রা তাবদি চুম্মী।"

"মালা ঐগী থশ্মোয়নুংদা ফাওরক্লিবসি করিনো ঐ নঙোন্দা ফাওবা তমফম খঙদে। অমুক্তা ওইখিদ্রিবা ঐগী শক্তম অমা মখূৎমক্তা শেম্মীরম্লে। মাগা ঐগা অহানবা থেংনখিবা নুমিৎ অদু নীংশিংলি। মহাক্কী অয়েকপা লাই খরনা ঐবু শুমহৎখি। পীক্লবা লংলা অমনা তিংলিবা মহাক্তা ঐগগী মরী অদু তৎখিদনবা কয়া ব্রানা থাংলিবা ঐগী খোঙথাংনো। হৌজিক্তি খল্লে— ঐনা অসুক ব্রানা মনাক তম্না চঙশিল্লুবগী অর্থবু করিনো? ককানা ঐগীদমক আশা কয়া কয়া তৌখিবনি। ঐগী অরেপ্পা ব্রাখল খজীক খঙখিবদুনা মশাগী অনীংবা অপাম্বা পূম্নমক ফাথজরগা ঐবু থিন্দোরকখিবনি। হৌজিক্তি করিনুংগী মীশক অসিগা থেংনজরুবনো হায়না খোয়দৌ শাউগৎলিবসে মসিনা চুম্লবনি।"

মালাদু ঐবু য়েংবা নত্তনা ব্রা ঙাঙলকখিদ্রে। অদুবু মহাক ব্রাখলদি খনখি। ঐসু শাউনিংবদু থৈদোক্লবা চে-কলম পুথোক্লুনা ব্রারী মখা ইথৈ।

*****

## (২৭)

য়াম্না থাজদনা নুমিদাংৱাইরমদুদা তোমথিনগী গাড়িদু ঐখোয়গী গেটতা খাম্লরে। ফিজোলদি ড্যুটি চৎলুবগীনি। অশোকপা খূৎ অদু ফৎত্রিমাল্লে বেঙেজ অঙৌবনা ঙকশমদগী য়ান্থদুনা থাঙ্গৎলি।

মানা ড্রাইভরদা হায়খি, "পূং ৯ চপ চানা লৌবা লাকউ।"

খল্লি– ঐখোযদা লাকপগী প্রোগ্রাম হান্না লৈনবজাৎলা ?

ইন্দোমচা থোরকপদা হায়রকই, "ঙসিদি ময়াম্বু উনিংবগী ৱাখল অমা খঙহৌদনা ফাওবকই। পূং ৯দা ঐগী থবক অমা লৈ। অদু ফাওবদি লৈবা তারে।"

ইন্দোমচানা নোক্কুনা খুম্মী, "পূং ৯দা নত্তেনে, ১০ ফাওবা লৈয়ু করিসু কায়দে। অদুবু চিনথ্রবা নথৌ থাদোক্লগা লাকপসিদা ঙকইবনি।"

মহাক্না খুম্মী, "নহানমখৈদি ঐগী ইথৌ অদুনা পুন্সিগী অমত্তা ঙায়রবা লম্বীনি খল্লম্মী। ওফিসকী কাদা ফম্না ফম্না ঐগী ইথৌ, ঐগী সমাজ অসিগী মনুংদা ঐগী ওইবা তাইবং অমসু উনিংবগী ৱাখল অমা খঙহৌদনা ফাওরকই। ইন্দোমচা, পুন্সি হায়বসে পূক্লিং ৱাখল তেকখৎনা থৱায়বু অনৌবা ময়োল চোংহন্দুনা হিংবদু নৎত্রা? ঙসি মীৎকূপ খরা অসিদা ফাওরক্লিবসে ঐগী অশেঙবা পুন্সি ওইনিংই।"

ঙসি মহাক মহৌশাগা মান্নদবা অমা উরে। মহাক্কী পূক্লিংদা অফা অপুন লৈবগুম উরিবসিনা করিনো? লীপুন অদুদগী নাম্বোক্লিংবসু মাল্লি। মহাক্কী হিংলিবা পুন্সি মহীং অসিদা অসুক লৈতাফম খঙদবা পুন্সি অমা লোৎলল্লিবসিবু থাজব্রা? অদুবু মহাক্কী থম্মোয়দা অনৌবা ঈচেল অমা ঈরাওখোলগা লোয়ননা ঈহৌরক্লিবদু করিনো? নহান মখৈ করিগুম্বা অমনা থিংজিন্দুনা নৎত্রগা লোৎশিন্দুনা থম্লম্বদু ঙসিদি ঈমায় পাথোরক্কুনা চেম্থরক্লে।

মশাগী ফম মশক তাকচবগী উপ্লিবা কোক্কী টুপীদু লৌথোক্লগা মাঙগী টেবল মথক অদুদা থম্মী। অদুগা খ্বাংগী পেটিদু খবা কোমথোকহল্লগা মশাদু ফ্রী ওইহল্লদুনা নে-না তানা ফম্লি। টুপী লৌথোকখিবদা পাক্লবা লাইবক অদুদা জ্বায়-স্বায় লাউনা তারক্লিবা অমুবা শমদু নুপাগী হাইগৎফম থোকপা মওংদা খূৎনা হাইগৎলি। শেৎলিবা ফিজোল অদুনা

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মশাগী ওইরিবা ফীভম মূর্তি অদুগী মপাল তাংজবদু য়েংলিবা ঐঙোন্দদি অঙকপা শক্তম অমা ওইনা চোংথোরক্লে। মশাগী চীং-লেম্বদু হেন্না ময়েক শেংলকই।

মহাক্লা হায়রকই, "শাংলবা চহী কয়া অসে ঐনা চৎলিবা লম্বী অসি নত্তনা অতৈ অমা উরুদে। ঐনা আশা তৌখি— পৃথিবীগী শক্তি লৈরবা লৈবাক কয়াগী মমাঙদা ঐগী পোক্লফম্বু উৎনিংখি। মচা ঐখোয়গী শক তাক্লিংখি। অদুবু ঐখোয় কয়াম শাংনা চৎখিগদগে? অরোয়বা পম্বুং য়ৌবা মতমদুদা তুং হন্না য়েংলুবদা মীওইবা হায়বা জাতিদু উবা ফংলরোইদ্রা? পৃথিবীবু ফজে হায়না শৈথানরিব'সিবু মীওইবা হায়বা কাঙলুপ অসিনা খুন্দাবগীদমক নত্তব্রা? পৃথিবী ইমানা পাম্লিবসি মহাক্কীদমক মচা ঐখোয়না বলিদান কৎপদু নত্তে। মচা ময়াম্না কোয়শিল্লগা সেবা তৌদুনা অশেঙবা লাইজনা ইমাগী খোঙয়া চামথোকপীবদুনি। ইমানা মীকপ থোক্লকপদা মচা অমত্তা উবা ফংদ্রবদি ইমাসু মতোমতা আত্মাঘাট তৌনিংলকপসু য়াই। অদু ওইরবদি ঐখোয়না তৌরিবা থাংলিবা খোঙথাং অসি তশেঙনা চুম্লব্রা হায়না হংনিংলকই। শাংলবা চহী কয়া অসি খূত্তা খূৎলায় পায়দুনা চৎলিবনি। অদুবু হাপ্লিবা নোংমৈ মরূশিং অসি কনাগীদমক্তনো? মদুসু মীওইবগী? ঙক্লা সংসার অসে?"

ঐ খঙই, মহাক্লা মীওইবা অদুগা পৃথিবীবু নুংশিজৈ। অদুবু আশা তৌরুবা য়াদবা মশক অমসু মহাক্লা উবগুম তৌরি। বাহৈ ময়াম অসিগী মরুমদা লোৎলিবা মহাক্কী মশক অদুনি ঐনা উগে খন্না য়েংলিবসু।

ঐনা পুথোরকপা শঙ্গেমগা কোফীগদু ইন্দোমচানা শেল্লদুনা হংই, "চিনি কয়াম্না হাপকনি"

"শুকহাপ হাপ্লীদ্রবসু য়াই।"

ইন্দোমচানা কপ্তু পীনা-পীনা হায়, "নখোয় মামোনসু হায়, নঙবু মীওইবগী লম্বী অসিদা অমুক্তা চৎহনসি হায়না। ভাব তারব্রা হায়বিবা ৱাসে।"

কবি হায়রিবনো খঙদে, মানা মখোল তৌনা অমুক্তং নোকখি। অদুগা ঈং-তপ্লা হায়রকই, "ঐনা চৎলিবা লম্বী অসিবু মীওইবগী লম্বী নত্তে হায়রিব্রা মামোনা?"

"নখোয় মামোনা খঙজবা নঙনদি খঙদবা নঙগী অশোয়বা খোঙথাং উরম্বসু য়াই। নৎত্রবদি অদুম্না করিসু হায়রোই।"

মহাক্লা ৱাখল খন্না মীৎকূপ অমা অনীদং মীৎয়েং লৈমায়দা থম্লদুনা হায়রকই, "হোয়, ইন্দোমচা। ঐগী হাঙলবা চাউরবা য়ুম অদুগী মনুংদা ফজরবা সংসার অমা শেমগৎপা পাম্মী। অদুবু মীনা নীংবনা অমা ঈশ্বরনা তম্বনা অমা হায়নবা অমসু লৈরি। পুক্সি অসে

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

করিগুম্বা কালদসু হায়ফম খঙলক্তে। পায়রিবা খূৎলায় অসিগী অরোয়বা মফম চাবা অমসু লৈহন্নিংই। ঐগী ব্রাখল ঐগী সংসার অসিসু অঙকপনি। করিগুম্বা কালদনা শংবান্নরবা মংলানগী অতিয়াদা ফজরবা অঙকপা নুংঙাইবতনা থল্লবা পুন্সিগী কুম্মৈ উরকই। অদুগা অমুকসু খৌগংলবা মালেমথক অসিদা কিরবা শক্তম কয়াসু উরকই। অতিয়াগা মালেমগা অমুক্তং ওন্থোক্লরবদি নুংঙাইখ্রনিদা।"

ঐ মঙোন্দা শংত্রিক য়েংলি। মায়থোঙ মকা লাম্না চীন্বাল মোমোন নোক্লা হায়রিবা ময়াম অসিনা মহাক্কী তোঙান-তোঙানবা শক্তম কয়া চোংথোকহল্লকখি। মহাক্কী মীওইবগী অশেঙবা শক্তম অদুনা নীংঙাইদনা ফমদেংলিবা লূরবা থম্মোয়গী লৈয়োন্দু তম্না ঐহাক কূমথখি।

ওহ্! মসিদি তম্বা ঙমদ্রবা, ওইথোক্রবা, থাজদ্রবা মশক অদুনি! ঈংনা মেঙলবা মঙাল মরক্তা ধ্যান তৌরিবা মুনি অদুনি। নত্তে, শুমহৎপী কনাগী শাথেক্তা ধ্যান কায়গদবা! নত্তে, মালেমগী অকিবনা শোকপা ঙমগদবা! লৈরমখিবসু য়ারি মসি নত্তবা মহাক্কী শক্তম অমসু। মফম অসিদগী উরিবা মালেমগী ফজবা অসিগুম্বা অমা ঐহাক অমুক্তা উবা ফংখিদ্রি। কয়া ফজখ্রবনো! মসিনা অচুম্বা মালেমগী শক্তম ওইরবদি ঐখোয় চহী কোটি কয়া-কয়া হিংখিগনি।

ঐনা উংদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্না হায়রকই, "ঐগী ইঙ্খোলদু উবীরবা নৎত্রা? হৌজিক্না হেন্না য়েংবসু নুংঙাইরে। মকা লাম্না লৈশাৎ তন্লিবা লৈরাংশিং অদো ঈংলবা শেংলবা লাইজনা খীক্লিংই ঈরীক। ঐ পামদে ঈগী নোং চুহনবা। ঐগী য়ুমগী অকোয়বদা লৈনম পুবা নুংশিৎনা মতম চুপ্পগী ওইনা শীৎহলন্নিংই। মসিনি ঐগী পামজবা।"

ঙসিদি মহাক করিনো অমা ইতৌ তৌরে। মরী মখোঙ শম্নদবা ব্রা ঙাক্তা। হীদাকসু থল্লকপা মান্দে। অদুবু ঙসিদি মহাক সংসারগী পুঙমদ্রবা পোৎলূম অমা থোঙ্গত্তুনা ফম্লিবগুম তৌরে। অদুবু মহাক করি তৌরবগে? অসুক লৈতাফম খঙদনা উরিবা?

মহাক্কী পাউখুম পীরুদ্রে। চাক-ঈশিং শেম-শানবা চাকখূমাঙদা চঙলে।

ঙসিদি ঐসু ব্রাখল অসে তয়াং-তয়াং খনবসু ঙমদ্রে। তোমথিনগী উবা ঙমদ্রবা পুন্সি অদু করিনো? ইতোমতা ব্রাহং কয়া হংলদুনা চাকখূমাঙদা লেপ্পরে।

*****

(২৮)

ওলাংথা, ইণ্ডেলথা, মথঙ-মথঙ চৎখি। মালেমসে নুংঙাইরবা ঋতুনা থৌগল তৌররে। লাংবন, মেরা থা ওইরক্লে। চারি খূদিং হাউবা, য়েংলি খূদিংসু ফজবা মতমনি। সনারৈগী লৈনম্মা যুমথোঙ খূদিং য়েল্লরে। মমুল ফারবা হৈরাং কয়ানা পাম্বীদগী কেনখিনি খল্লা ব্রানা খাঙজরি।

ঐগী খোইনিং অনীসে, অমদি মচা কোল্লমাল্লে অমতমক পাইথোক-পাইশিন তৌবা উই। ফম্না-ফম্না মহৌশাগী লীলা য়েংলি। হায়নৈ মেরাগী থাবল! শংবান্নরবা অতিয়াদা তরং-তরং থোরক্লিবা থাজ মহাক্তি ঐগী থম্মোয় য়ৌনা মঙাল পীবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? নোংমা ইঙাগী পূর্ণিমাদা নোংনা চামথোকশ্রবা অতিয়াদা থাজ মানা থোক্লকখিবদদি অসুক্কী মতীক ময়েক শেংখিবনি। ঐনা খনখি- কনানা হায়রিবনো মেরাগী থাবলনা ঙসি ইঙাগী থাবল অসিদগী হেন্না ফজৈ হায়না। অদুবু ঐ খাঙদ্রে, ইঙাগী নীংথিজরবা থাবল অমুক উবা ফংগনি হায়না।

ককানা হল্লকপদু খরা থেঙলে। ইমুংদা চঙলুদনা শুমাঙদা ইন্দোমচাবু ফম্নবা পুথোকহল্লগা থাবলদা ফল্লি। ঐ মথক্তা লেপ্লিবদু উরমদবসু য়াই। ককা ব্রা পাক ঙাঙদে। ইন্দোমচাদা মুন্না য়েংই অদুগা অমুকসু ব্রাখল অমা খনবগুম তূমিন লৈখি।

ইন্দোমচানা হংখি, "তোমথিন্দুবু চৎখ্রবা জাৎলা? পাউ লৌবীরকপ্রা?"

"ঙসি চৎখ্রে। মখোয় মামোগা ব্রারী শাদুনা ফমথরুরে, পাক হৌগৎপসু য়াদ্রে, অদুনা থেঙলকইবনি।"

ককানা তপ্লী-তপ্লী ব্রারী শাবদু তায়।

"তোমথিন হায়বা নুপামচাসি য়াম্না ফবা মীনি। ব্রাখলদা লৌশিংদা অতাঙবনি। অদুবু মহাক্কী পুক্সি অমখক খঙলকপসিদা মাবু ঙক্লিবনি। অদুগীনি মাগী মামোনা ব্রারী শারকইবসু। য়াম্না লুবা ব্রাফম অমবু হৌদোরকইনে।"

ইন্দোমচানা হংখি, "করম্বা ব্রাফমনো?"

"মহাক্কী চাউরবা যুম অদুদা কনা-কনা য়ারেকফম পীরিবগে হায়বসে হন্দক্তা খঙই।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

ব্রাদু তাবদা ঐ ঙকখি। মহাকপু খঙলমদবা শরূক খরদি ময়েক শেংলে। মহাক্কী ব্রাহৈগী পাউখোঙসু ফোঙলে।

ইতোমতা ব্রাহং অমদি হংজখি– মহাকপু?

ইন্দোমচাসু ঙক্লা হংখি, "থাজখিদ্রেদা। মাবু হয়েং ইচেন-চেন্নদনা তোক্করনি।"

"অদুবু মহাক্কী ব্রাখলসি কবিনো হায়বা অরেপ্পা হায়বসু ঙমদবনি। মসিনি লুরিবা।"

"ঐ মাগা ব্রারী শানদবা য়াদ্রে।"

ককানা হায়খি, "হোয়নে, মদুনা মাগী ওইবা সংসার অমা শেম্নবা মাবু লুহোংনবা শীনসি সিনি। মাগী মামোনা ঐখোয় থোইবীবু হায়নিংবগী ঈঙ্গিৎ ফোঙদোরকই।"

"ককাদি করি খুন্বীরম্মী।"

"ঐসু খুম্ফম খঙদ্রদুনা খন্নসি হায়রম্মী।"

ইন্দোমচানা শ্বব শাংনা হোনখিবদু নত্তনা মখোয় অনী ব্রারী মখা শানখিদ্রে।

অদুগা ঐদি থাবলগী মঙালসিনা মীৎ পাঙবা ঙমহন্দবগুম মীৎ উইশিন্দুনা উখোঙদা ঙাথরদুনা ফমখি। হে মহৌশা! নঙসু কবিগুম্বদা খোঙচৎ লেপ্পীংলকপা শোয়দনা ফাওবমগনি। অদুননি নঙনা ম্নীওইবগী পুক্সিবু অসুম্না ওইহল্লিবা।

কলেজ চৎপগী লম্বীদুদা গাড়ি থৌনা-থৌনা নীংশিংলকই, ঙরাং তোমখিনগী মরমদা শানখিবা ব্রারীদু। মহাক্কা উনদুনা ব্রারী শাননিংলকই অদুবু মহাক মতম খরা মণিপুরগী ব্রাংমদা চৎখিবনি। হল্লকপা ঙাইবা

ঐনা হল্লকপদা ইন্দোমচাদি মফি-শেৎপা লোইরম্লে। ঐসু অনৌবা ফি হোংনবা ঐগী কাদা থাখৎলে।

ইন্দোমচানা হায়রকই, "নঙবু লোইরব্রা?"

ঐহাক কুমথরে। ঙসাদ ইন্দোমচাসে য়াম্না ফজবগুম তৌই। চহী মতাঙদু মীয়াই চল্লবসু মচা য়াওজদবগী তনান-তনানবা, তগৎ-তগৎ তেকপা উনশাদু লংনা ফজরি। মৈতৈগী অকৃপ্পা লংনা শাবা মপান হৎপা ঈশিংমচু হাইরপ চঙবা ইন্নফিদু মপোপ কায়দনা ইল্লি। হকচাং অদু নোয়তক তৌনা উরবসু চুং ফিরাল চারবা শাবান মূর্ত্তি অদুগদি চান্নরি। মখোল থোক্তনা য়াতোনতমক উহল্লগা নোকপা ইন্দোমচাগী মীনোক অদুনি পুম্নমক্কী পুক্কিংবু ঈংহনবা ঙল্লিবা। ককাবু ইন্দোমচানা লাকশিনবা, থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইদে।

ককাসু চৎপা য়াওগনি হায়রম্বনি অদুবু থবক চিল্লমানে লাক্কে। গাড়ি ঐনা থৌবা তাবে।

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ইন্দোমচানা হায়, "য়েংলগা থৌকো...।"

ইম্ফালদগী খা-পাংনা গাড়ি থৌরক্লে। তোমথিনগী য়ূমদা লাংলেনগী মপোক নুমিৎকী থৌরম পাঙথোকপদু য়াওবা চৎলিবনি। হৌজিক্তি লম্বী-থোংসু ফরবনিনা মতম চানা মফমদু য়ৌবা ঙম্লে। ইন্দোমচা ঐখোয় অনীতবু ঙাইরম্বগুম ঐখোয়না হেক য়ৌবগা থৌরম হৌরে। ইচম চম্বা থৌরম ওইরবসু য়াম্না নুংঙাইনা থৌরমদু পাঙথোকই। ঐখোয়না পীবা খূদোলপোত্তু লাংলেনসু হরাওনা লৌশিনখ্রে। তৌবগীদি তোমথিন য়াওদবনিনা ইব্রাৎ-ব্রাৎপগুম্বা অমদি ফাওই।

চাবা থকপা লোইরগা ময়াম মানা মানা পামজবা মফমদা চত্তুনা ফম্নখ্রে। ইন্দোমচাসু তোমথিনগী মনেগা ব্ররী শাহৌবি। ঐসু পৃক্লিংনা কাখৎকেমক খনবদি নত্তে, অদুবু খোঙনা পুবা মায়কৈদা ষ্টেয়ারদু তপ্পা তপ্পা কাখৎলি।

মখা থংবগী মাঙ্গোল মচা অদুদা নুপা অমা পৃক্লিং চঙনা লাইরিক পারি। ময়াম্না লাঙলিবদু মঙোন্দা থোইনা চঙবা মান্দে। মতাঙ অসিদা পৃক্লিং চঙনা পাবিবা লাইরিক্কুনা করিনো?

ঐনা তপ্পা চঙশিনবদুদা মহাক য়েংখৎলকই। পাখঙ মচানি, চহী ২৪-২৫ গী মনুংদা লৈরমগদবা মাল্লি। তনাল-তনাল হেক য়েংবদা লাইরিক হৈদা-হৈরমগদবা মাল্লি। অদুগা য়াম্না নোল্লুকপা, মোঙ হাদবা মতৌ অমা লোয়নবি। ঐ উবদা নোকফেৎ তৌনা লাইরিক খঞ্জমজিন্দুনা য়েংদুনা লৈ।

ঐনা হংখি, "নঙদি ময়াম লাঙলিবসি যাওবা উদে?"

পাখঙমচাদুনা খুম্লকই, "হোয় ইচেম্মা। ঐদি লাঙবসি কয়া হৈনজদে অদুননি।"

"করি লাইরিক্লো? থব্রায় য়াওনা পারিবদুবো?"

"ইচেম্মা, ঐ আই এ এস থাসিরা হায়না খল্লি। আশাগী ব্রানি, ঙমগদ্রা খঙদে।"

ভাব তারিবা মতৌ অদুগা খল্লিবা আশা অদুগা চান্নে হায়না খল্লি। ঐনা মপৃক্লিং থৌগৎপীবা ওইনা হায়, "য়াম্না ফৈ। করিগী ঙম্লোইদগে। হোৎনসি মতম য়াম্না লৈরি।"

পাখঙমচাদুনা হায়রকই, "পূম্নমক অসে তামোগী থৌজালদগী ওইরিবনি।"

"তোমথিনগী মরী মতারা?"

"নত্তে, ইচেম্মা।"

মহাক্কী লকক তৌখিবা মতৌ অদুদা ঐসু মখা তারুদ্রে। ককানা হায়খিবা ব্রাফমদু খংনীং নীংশিংলক্লে।

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

নুপামচাদুনা ব্রারী শারকপদগী খঙলে— মহাক য়াওল্লুপ অমদা পুন্সি কখোক্তুনা চঙলকখিবনি। ট্রেনিং কয়া তৌরুরে। মহাক্কী মরৌশিং, লাইরিক্তা থব্রায় য়াওবদু উবদগী তোমথিন্না লাইরিক মখা তমথহন্দুনা লৈরিবনি হয়বসু খঙলে।

তোমথিনগী অশেঙবা শক্তম হেন্না-হেন্না ময়েক শেংলক্লিমখৈ মহাক্কী ফজবা চীং লেশ্বসু অসুম অসুম ব্রাংখৎলকখি। অদুগা নুপামচাদুগী ফজবা নোল্লুকপা ব্যবহার অদুনা ঐবু ব্রাখল খলহনখি, মীয়ামগী সেবা তৌগনি হায়নদি থোরক্লগা মথক থোংবদা করম্বা ব্রাঙাঙ ঙাঙগনি খঙদবা মখোয় খরসু ঐনা থেংনখি। পায়রিবা খূৎলায় অদুগী শক্তি অদু মশাগী ব্রাহৈ-ব্রাতাগা য়ানশিন্নবা থোবকপা তাবদনি মীয়াম্না মখোয়বু লান্না হেক-হেক উরিবসু।

পাখঙমচাদুনা নোককৈৎ তৌনা হায়রকই, "ঐহাক ইচেম্মবু খঙজে।"

"ঐগা নঙগদি অমুক্তা উনদ্রি। করম্না খঙইবা?"

"চুম্মী, ঙসি থেংনজরিবা অসিনা অহানবনি। অদুবু হেক উবা মীৎকৃপ্তা ইচেম্মা ওইরমগনি হায়না খল্লি। তামোনা ব্রারী শাবদা তত্তনা ইচেম্মবু পল্লি। অদুগা 'যূম অসিদা খোঙ থাংজিল্লকপা ময়ামগী মরক্তা খ্বাইদগী চীং- লেশ্বী নুপী অমগী শক্তম য়াওরক্লবদি নুপী অদো ইচেম্মা ওইগনি' হায়নসু তামোনা হায়খি।

ইতোমতা খনখি-- তোমথিন্না অসুম্না হেক হায়বজাৎলা?

পাখঙমচা অদুনা মখা তারকই, "অঙকপনি তামোসে! চুম্না লৈমিন্নবা অয়ূক নুংথিলদা ঙাঙবা ব্রাহৈগা ঐখোয় ময়াম পল্লগা ঙাঙলকপা ব্রাঙাঙগা অসুক্কী মতীক খৈন্নে। তামোগী লেকচর তাখ্রবা মহাক অদু পুন্সিদা খোঙথাং লায়্না থাংলগা চৎলরোই হায়বা ঙমগনি। তামোসে ঐখোয়দদি মতম অসিগী ঈশ্বরনি। অদুগা ঙক্লিবদি, ঐখোয়বু অসুক নুংশিনা তৌবিরগসু মশাগী ড্রাটিদি খোঙফম অমা ফাওবা শোয়দনা পাঙথোকই।"

ইকুই কুইদনা, মতম খবগী মমাঙদা বোম পোকখায়বদা শোকখিবদু নীংশিংলকই।

নুপামচাদুনা মখা তারকই, "তামোনা তত্তনা হায়, খূৎলায় য়াম্না পায়রগা নোংমৈ কাপ্পা হৈরগা পাল্লিবা লশ্বীদু হেক্তা য়ৌবা নত্তে। মরু ওইরিবদি লশ্বীদু মশক খঙবনি। অদুগা করম্না চৎকদগে হায়বদু খন্তবনি।" অদুগা অসিমসু হায়, "নখোয়না লৌখৎলকপা থবক্তা অরানবা য়াওরবদি মদুগী মায়োক্তা ঐ লৈ। ঐসু লৈবাক অসিগীদমক য়াইফনবা তৌগে হায়দুনা ব্রাশক্তুনা খূৎলায় পায়খিবনি। ঐগী যূমদা নখোয়না চঙজফম লৌবা করিসু কায়দে। নখোয়না তাল্লিবা লৌশিং জ্ঞান অদুসু ইরৈপাক্কীদমক্তনি। তৌবতবু ইথৌদদি

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

নখোয়গা ঐগা য়েক্লবনি। নখোয়সু পাম্মী অনৌবা পৃথিবীগী শক্লোন! পান্দম মান্নরমগনি। খেন্নবদি লৈ, নখোয়না লোন্না খৃৎলায় পায়বা ঐখোয়না ফোংনা পায়বা। নখোয় আইনগী মীৎয়েংদদি নরাল লৈরবনি। অদুবু ঐনা নখোয়বু কন্নিংই, তুংগী মীরোলগীদমক। মসিখক্তনি ঐগী মিনুংশি... ঐগী মত্তি, মীওইবা হায়বসিগী শক্তম অসে মাঙহনখিবা পামদে। ঐখোয় তুংগী খনসি। থাদোকসি খৃৎলায়, থম্বীরমসি তুংগী মীরোলগীদমক অনৌবা আশাগী মরু কয়া হুন্দুনা, ঐখোয় হিংলম্মী হায়বা তুংগী মীরোলনা খঙজহৌসনু। নখোয়-ঐখোয়গী থৌনা উৎথোক্লদুনা লোইশিল্লমগুমসি যুগ অসিদা মীওইবগী শক্তম। কননা খঙবা? ঙসি নঙনা ফংলিবা লৌশিং জ্ঞান অদুনা হয়েং তুংদা রাখল হোংলক্লনা শান্তি লৈবা পৃথিবী অমা শেম্মিংলকপসু য়ারি।"

নুপামচাদুনা য়াম্না থরায় য়াওনা ৱারীদু লীনিংবা অমা য়াওনা তন্নিবদু ঐসু তারি।

"ইচেম্মা, য়াম্না শাংখ্রে, তামোগী ৱারীসে...।"

হন্দক তামোনা শোকখিবা অদুসু হান্না রানিং পীবনি অদুবু তামোসু মথৌ পাঙথোকপা লাকখি। ঐখোয়না পাম্বা মীশক্তু তামোনা কনখ্রে। মসিনি তামোগা ঐখেয়গা লৈনরিবা মরী। ড্যুটিগী ফীল্ডদদি মহাক্না ঐখোযগা মরী অমত্তা লৈনদে। যুম অসিদা তামোগী মতেং লৌবা মতমদদি ঐখোয়সে অশেংবা মনাওনি। তামোনা তত্তনা হায়বা ৱাহৈদি. নাইতোম হিংবনা কৈদৌঙৈদা মপৃং ফাবা সমাজ অমা শেম্না ঙম্লোই। রাখল অসিমদি মতম পৃম্নমক্তা নীংশিংগদবনি। ঙসিসু ৱাহৈ অসিগী অর্থ মপৃং ফানা খঙবা ঙমদ্রি।"

ৱারী তানা-তানা ঐ মঙলাক্লবে। চোংথোরাক্লিবা মহাক্কী শক্তম অসিদি তরাইনা উবা ঙমদ্রে। মালেমথক অসিদা হিংলিবা মীওইবা জাতিগী য়াইফনবা মঙ্গল পীবীরিবা শেম্বীবা মপৃ ওইনা উরকই। লোয়ননা মহাক্কী তোঙানবা সংসারগী মশক অমসু উরক্লে।

নুপামচাদুনা হায়রকই, "তামোবু মীওই খরতগীনি হায়দুনা ইম্থোকপীরবদি মদু ঐখোয়গী লঙজবা ইরাল ওইগনি। তামোগী খোঙথাংদি অচুম্বগীদমক্তনি।"

ৱারী তানা-তানা ঐনা খল্লি— যুম অসিদা মতম অসিদা শানরিবা ৱারীসে অমুকসু থাজরক্তে। মসিবু তোমথিনগী কল্পনাগী অহীংবা যুম'দুবা? চাউরবা যুমসে অমুকসু মীথুংশঙগুম উরকই। অদুগা মহাক্কী ৱাহৈ খরদুসু নীংশিংদবা ঙল্লক্তেঃ ঐগী যুমগী অকোয়বদা লৈনম পুবা নুংশিৎনা মতম চুপ্পগী ওইনা শীৎহন্নিংই। ঈগী নোং চুহন্নিংদে। অশেংবা ঈশিং-ঈরিক্না লৈরাংশিং চাইনিংই।

অদুগা ওইরিবা মতৌ অসিদি নাম্থোকপা য়াদ্রবা মীওইবগী থৌদাং

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

লৌরুবনি হায়গদ্রা?

ঐনা হংখি, "মিংদি ঙসাইদগী হায়দ্রি। ইবুংঙোগী মিংনা করি?"

"ইচেম্মা, ঐখোয়গী মিংসিদি" হায়রগা নোকফেৎ তৌখি। অদুগা হায়রকই, "তামোনা কৌবদি 'মঙাল' হায়না অদুম কৌই?"

"পরীক্ষাদি কদায়দা থাগদবনো?"

"দিল্লীদনি।"

"করম্বা মতমদা চৎকনি?"

"তামো হল্লকপা ঙাইখিনি।"

"নঙগী থরায় য়াওবা অদুগীদমক থাগৎনিংই। আই এ এস টোপ্পর ওইয়ু।"

"থাগৎচরি ইচেম্মা।"

ঐনা হৌগৎলকপগা লাংলেন্না ঐবু কৌবা লাকপগা মপা চান্নরে। লাংলেন্না ঐবু তোর্মাথনগী কাদা পুশিল্লি, অদুগা হায, "ইচেম্মা, য়াম্না ফজবা পোৎশক অমা য়েংহনগে।"

করিবু ওইরিগদগে খঞ্জানরিঙেদা ফক্লাংগী ফিজং অদু তপ্পা হাইদোরকপদা ফজরবা অয়েকপা অচৌবা লাই অমা থেভুনা লৈরিবদু উরে। ঐ তশেঙনা ঙকখ্রে। লাই অসিনা মহাক্কী কা অসিদা লৈরম্বা অসিদা।

তামোনা ঐগী লাইরিক অদুগী থিম লৌরগা য়েকখিবা লাই অদুনি। কনাগুম্বা অমনা লৈখ্রে হায়বদি তাখি। অদুবু তোর্মাথন্না অসুক থরায় য়াওনা লৈরমগনি হায়বদি খল্লুদে।

লানগী মৈশা মরক্তা শান্তিগী ঈংলবা ঈবীক্লা খীকথরক্লিবা মবক অদুদগী মানা ঐবু য়েংলকপগুম উরকই। ঐগী পুন্সি, খোঙথাং অসুক কৃপ্পা মহাক্লা শেন্নবীরমগনি হায়না মীৎকৃপ অমতসু খল্লুদে। ইতোমতা মহাকপু অকি-তুজুংবা অমা পোল্লকই। অদুগা মহাক্কী শক্তম অচুম্বগী মূর্তি ওইনা উরকই।

*****

(২৯)

অয়ূক্কী অমম অঙান শিন্নবগী মতমদো থোইনিং অনীদুনা খোংলকপা অদুদা ঐ হৌগৎলে। হৌজিক্তি মচাশিং অদুসু য়াওনা খোংলকপগী খোঞ্জেলনা ইনিল নিল্লে।

মপান্দা থোরকপদা উবে, চীঙ্খৈ ফিদুপ হাইদোরকপগী নীংথিজবদু! নোংঙাল্লমদাইগী অঙৌবা নুংশিৎনা হকচাংদা য়ৈররে। ছাদ মথক অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎন-চৎনা খল্লি— মৈতৈ লৈবাক অসিদসু অসিগুম্বা গুণ চেনবা মীসু লৈরম্লি। অহানবা থেংনবা মতমদদি উখি, য়াম্না মোঙ্গবা, ঈং-তপ্পা, মীঙমজদবা মীওই ওইনা। অদুগদি চুম্নগী মীৎযেংনা উবা ঙমদ্রবা অঙকপা শক্তম লোত্তুনা লৈবর্মাখ। মীয়ামগীদমক মহাক্না থাংলিবা খোঙথাং, খল্লিবা রাখল্লোন অদুগীদমক্তদি নাংলবা ইকাযখুম্নবগী ফমফমথক অদুদা মতাকপু উনকই।

চৌলিফোন্দ্ৰ মখোল হৌনা খীংলকপা অদুদা পাংকই অদুবু খোঞ্জেল অদু তাবদা হকচাংগী মিহুল কয়া থংলকই। থাজকদে, অদুবু ঐগী চাম্নালদগী রাহে অমা ফাওবা কাংথোকউ হায়বা য়াখিদে। মতোমতা চান ওসি মেঙ্খিবগুম তৌই। অদুগা প্লাক্নিং অসে মতোমতা রারৌজবকই। রাহৌশিংদু ওনা-ওনা রিসিভরদু থম্লে। অদুবু লেপ্পা লৈতনা খীংলকখি। অমুক হন্না শায়খৎলুদ্রে। অবোযবদদি স্প্রিটচন্নু ওফ তৌরম্লগা মখাদা কুমথরে।

অয়ূক্কী তৌফম খোকপা শিল্পাদি লোইশিল্লে। ঙসিদি কোরৌতনবা মাসু মকা লাম্না নোক্লিংদ্রমাল্লে ফাইরেনগী লৈচীল মরক্তা চঙখ্রে। থাজদ্রবা, অতানবা কুমগী নোংখোঙগুম মহাক্কী খোঞ্জেল তারুরে... অদুবু ঐ খনফম খঙদ্রে।

তাঞ্জা অসিদা গেট রাংমদা গাড়ি অমা খাম্লরে। নোংদম্বা চঙলকই। ঐগা মায়োক্লরুরে।

মানা লেপ্লা লেপ্লা হায়রকই, "ইচেম্মা, ঐ তামোগী পাউখোল লাকচরিবনি।"

"ফম্মুলাও।"

"ফমদ্রবসু য়ারে। তামোনা ঙাইহাক্তা লাকপীদবা য়াদে হায়রকই।"

"ঙসি হয়েং অসি শংলোই হায়না তম্মু।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ঐগী খোম্থোক্তু খরা কনখ্রমাল্লে, নোদম্বদু মরু লূকথখি। নুপামচা অদুদা হায়রিবদু খরা ফজদ্রমাল্লে খন্দুনা অমুক হায়, "ফোন তৌরগা মতম হায়রক্কে।"

ঐগী মতৌদু মহাক ভাব তারমাল্লে ঙাইহাক ফম্লম্লগা, হৌগৎলগা হায়রকই, "অদুম্না তমজরগে।"

নোংদম্বা চৎখ্রে। ঐ তূমিন্না লেপ্তুনা লৈহৌরে।

ৱাখল মখা তানা খন্দুনা মতম লৌদ্রে। অদুবু ইশাগী ইথৌদগী ঙাইহাক হাঙলকপা মতমদা থিংবা ঙমদনা চেনশিল্লক্লিবা ৱাখলগী কল্লবা ঈচেল অদুবু উপায় অমা তৌদুনা থৈদোকখিনবা হোৎনৈ। ঐনা ফনা হোৎনজরবসু ঐগী থম্মোয়গা হকচাংগদি তোঙান-তোঙানবগুম খোঙ-খূৎনা তৌরিবা থবক্তু থম্মোয়না য়ানিংদ্রে। হেন্না-হেন্না চোকথবা পোক্লকখি। অরোয়বদদি ঐবু নমদুনা মচী লেঙদনা ফমহনখি।

উপায় লৈতনা ঐগী খোঙ-খূৎনা তৌরম্বা থবক থাদোকপা তাখি। অসুম্না চোকথনা ঐ কয়াম কুইনা ফমখিবনো খঙহৌদ্রে, নোংদম্বনা 'ইচেম্মা' হায়না কৌরকপা অদুদা ঐ ইঙক ঙকখ্রে। ঐগী ৱা ঙাইকদনা চে অমা পীরম্লগা থুনা থোকখ্রে।

মসিনা করিনো?

য়েংলুবদা গোবীন্দগী খূৎইনা ৱাহৈ খরা ইরম্মীঃ

ঐ খঙই— নঙনা ঐবু উনবা লাক্লোই হায়বা। ঐগী য়ুমদা থোকখিবা থৌদোক অদু ঐক্তানা তম্মী। ৱাফম অসি নঙোন্দা তশেঙনা মীনমগে খনখিবদি নত্তে। তাঞ্জা ফংখিদবনি। ঐ খঙই— কয়া ৱানা লংলা অমনা নঙগা ঐগগী মরী শমজিন্নবা হোৎনরকখিবা। নঙনা খঞ্জাননা চঙলকখিবা নঙগী খোঙথাং অদুসু ঐনা উখি। কিশিতমক কিহৌরগা লংলা অদু তৎখিগদ্রা হায়নসু ৱাখিবনি।

ঐনা চৎলমদাইগী মতমদসু নহাক তৌফম খঙদনা ঐবু শাউনিংখি হায়বা ঐ খঙই। ঐনা নঙবু ঐতগী ওইনা কনশিন্দুনা থম্নিংখি। ঐগী ৱাখলনা খারিবা পল্লোনসিগী মনুংদা নঙগী মূর্তিনা লেঙ-ওত্তুনা চৎপা পামখি। অদুবু ঐ মায়থীখি। তোমথিনগা নখোয়গী ইমুংগী মীওইশিংগা লৈনরিবা মরী অদুনা ঐবু খোয়রাংহনখি। মসিবু লাল্লি হায়নিংলিব্রা?

'তম্ফা' ঐগী অশেঙবা ইচা নত্তে। তৌবতবু তম্ফা ঐগী অশেঙবা ইচানুপী ওইহন্নিংই। অঙাং অসিগী তুংগী লাইবক অদুগী খল্লুরগা ঐনা মহাকপু ঐগী ইচা ওইনা লৌশিনখিবনি।

মহাক ঐগী মরূপ অমগী মচানি। মরূপ্তু বাংলাদেশতা লৈবা মৈতৈ মচানি। য়ু এস

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

এদা থবক তৌদুনা লৈবনি। ইটালিয়া নুপী অমা লৌই। অঙাং অদু পোকপা কুইদনা মমাদু লায়না অমা নারক্তুনা লৈখিদ্রে। অদুগদি চহী খরগী মমাঙদা 'ৱর্ল্ড ট্রেড সেন্টর' থুগায়খিবদুদা লাইবক থীদুনা মরূপ অদুসু লৈখিদ্রে। ঐনা অঙাং অদুগী মরী মখোঙ থিদুনা ঐনা য়োকচগে হায়দুনা পুরকখি। মরূপ অদুগী ইমুং মনুংদসু চিঠি ইদুনা অয়াবা লৌখি। মখোয়না পূকচেল চাউনা অয়াবা পীরকখি।

করিগুম্বা কালদনা ঐগী অয়েকপা লাইশিংগা অদুগা করিগুম্বা কালদনা ঐগী তম্ফাগা লোয়ননা ঐগী সংসার শেমগৎখি। ফজরবা, নুংঙাইরবা ঐগী সংসার অসিদা করিনো অৱাৎপা অমা লৈরিবসে? ঐ খঙবা ঙমখিদে। নহাক্কা থেংনখি, ঐগী সংসার নঙনা থরায় হাপ্পগুম তৌখি।

ঐনা অঙাং অসিদা মীনম্বা অমা ঙাঙখি, "মণিপুরদা নঙগী ইমা লৈহৌই। নঙবু মাগী মনাক্তা শোয়দনা পুগনি হায়না।"

ঐ, তম্ফাবু মফম অসি তান্না পুদুনা লাক্লে। তম্ফাবু লৌশিনগে লৌশিল্লোই নঙগী ৱাখলনি। নঙগী অনীংবনি।

গোবীন্দ

চিঠি অসিগী মরোলগী চৈথেং অসিনা ঐগী পূক্লিংগী থোৎলবা মফম অদুদা হঞ্জিন-হঞ্জিন থেংলকই। ঐগী করম্বা তাঞ্জাদা মখোয়গা শক খঙনরব্বনো? ঐগী পূক্লিংদা কল্লবা ঈহৌ অমা হৌরক্লে। অফ-ফত্ত বিচার তৌরুদনা য়ানিংনা চঙশিনখি। ইশাগী পূক্লিং, খোঙ-খূৎ পুনশিন্দুনা থম্বা ঙম্লক্তরে। ঐগী কাগী অকোযবদা শকউদ্রিবী নৌরিবী তম্ফাগী শক্তম্না মায়কৈ খূদিং ঐবু খূৎ পায়দুনা চিংলকই। ঐ খাঙবা ৱাখি।

ৱাফম অসি ককা ইন্দোমচাদি খঙদ্রি। খঙলক্লগনা করি হায়বক্কদগে হায়বগী লাঙতক্ক বা অমসু ফাওরকই।

নোংমা ইন্দোমচানা হংখি, "গোবীন্দনা চৎখিবদুবু কয়াম কুইনা লৈরগা থোরক্কনি হায়বগেনে?"

"অশেঙবা হায়রমদে।"

ইন্দোমচা মখা হংলকখিদে। তূমিন্না লৈখি। অদুগা ঙসি অঙাং অমা পুদুনা থোরক্লে। ৱাফম অসিবু করম্বা মওংদা থাজনবা শেংদোক-শেংজিন তৌবগী মতম কয়াম কুইনা লৌখিগনি। হান্নদগী খৌতক চারিবা ককানা ৱাফম অসি তারগা করি হায়রক্কনি? ঐ ৱাখল

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

খনফম থোক্তুরে। ব্রাখল অসি খন্না-খন্না থংনবা মীৎকৃপ্তা 'তম্ফাবু' উনিংবনা খোয়রাংলকই। ইতোমতা হংজরুই, "তম্ফা কনানো? ঐগা করি মরী লৈনবা? শকউদ্রিবী মানা ঐবু অসুক কন্না চিংলিবা করিগীনো?"

ব্রাখলগা পুক্লিংগা কন্না নিংঙাই তৌনদুনা নুমিৎ অসিমা হৌখ্রে।

নোংঙানবদা নোংদম্বনা ঐবু কৌবা লাক্লে। হন্দক্তি ঐ চৎলোই হায়বা ঙমদ্রে। ঐজ্ঞা'মানা থারকপনি।

ঙসিদি করিগীনো খঙদে, ঐগী খোঙথাং মনীং তম্না থাংজবা ঙমদবগুম তৌই। য়ূমদু কনাগীসু খোঞ্জেল তাদে। মহৌশা চীকখিবা অদুগুম্না ঙসিসু অচীকপনা কোয়শিল্লম্মী।

ঐজ্ঞা'মাগা ঐগা ফম্মীন্নবি। ঐজ্ঞা'মা, ঙসিদি মায়থোঙ মকা লামদে। অদুবু নোক্লবা হোৎনজবগী মমিদি তারি।

ঐজ্ঞা'মানা হায়রকই, "ঐদি লাক্লরোইদ্রা হায়না খল্লুরবনি।"

ঐবু কৌরিবগী মবম হায়দ্রবসু খঙই। অদুনা করিগীনো হায়বা ব্রাহং অমুক হংলুদ্রে। তৃমিন্না ফম্লি।

ঐজ্ঞা'মানা তপ্না মখা তারকই, "মরালসি গোবীন্দগী ভাকসু নত্তে। ব্রাফম অসি হায়নবা মতাঙ চাখিদবনি। লান্না লৌনরুবা হায়বসিসু মীওইবগী মরমচৎনি।" ব্রাখল তৌনা শ্বর অমা শাংনা হোল্লদুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী শাগৈদসু ব্রা অমা থোক্লরি। নঙ পাবুংসু মদুগী ব্রারেপ লৌনবা য়াওবা চৎখ্রি। ইকুতোনগী মচা অদুগী হাক্তক্তগী ব্রাথোক অসি থোকখিবনি। হৌজিক ফাওবা লোইশিন্দরি। নঙসু উরেদনা, মন্দিরসে কয়া কুইরবনো থোঙ হাংদ্রিবা? শাগৈ অপূনবগী সেবা চৎলিবনি। ব্রাথোক অসিসু লোইবা নাইরোইদৌরি। গোবীন্দগী মফম অমত্তংদি খঙনিংই। ঐখোয়গী ইব্রা চৎপীগদবসু নত্তে, অদুবু মমা অমা ওইরুবগী ব্রাফম থোকপা খনফম থোকপা ব্রাখল অসিসু ফাওরক্লনু য়াদেদো।"

ব্রারী তানা তানা ঐজ্ঞা'মাদা মুম্না য়েংই। নাতোন তৃমতক তৌবী, মায়থোঙ রাশী লৈবী, চন্দন্না ময়েক লানা মতম পুম্নমক্তা মায়থোঙদা মমি তানা থিনবী, অব্রা-মৈশা লাংবগী মমি তাদবী মায়থোঙদু ঙসিদি ইমক মকশিল্লব্রা খল্লি। অদুবু তোপ-তোপ্পা গুণ অমদি চোংথোরকই।

পাবুং হল্লক্লে। নোংদম্বগা চঙমিন্নরকই। অহানবা ঐবু উবদা মকশিল্লম্বা মায়থোঙদু খংঙান ঙাম্ভোরকই, মোমোন তৌনা কৌরকই, "ইচা লাকইদনা?"

"অহোয় পাবুং।"

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ফমথরদুনা চৎলুবগী ব্রাবগী শ্বর হোন্দোকই। অদুগা হায়রকই, "ঙসিদগী মন্দিরগী থোঙ হাংঙু। মখোয়গা ঐগা শাগৈ হায়দোক্লরে। কা হেনবা মরম চাদবা চৎনবী ঐ পামদে। ধর্ম্ম পুম্নমক্না য়াবা মীওইবা জাতি খৃদিংমক্কী থম্মোয়নুংদা ঙাল্লিবা 'অচুম্বা' মহাক অদুনি ঐগী ঈশ্বর। ব্রাহ্মণনা মাগী নুপীনা থোংবা চাবা য়াদে হায়বগী ব্রা শাস্ত্রদা য়াওদে। ইরল্লবসু মদু ঐখোয়না ইনফম থোক্তে। ঐগীদি, ঐগী ইচানা খোয়দাজবী নুপীদু ঐগী ইমৌনি। চীংমী, তন্মী, মুসলমান করিসু কায়দে। তৌবতবু থম্মোয় মাংবদি য়াদে। লুনা তোংনা শাবা মীবু করম্না মাংই শেংই হায়না খায়গনি? মাঙলিবদি পূক্লিং অদুবুনি।"

ব্রারী তারিবা ঐ ফম্না ফম্না করিনো অমনা ক্রক-ক্রক ফাজিল্লকই। ঐনা পামখি— মমিং থোন্দবা ধর্ম্ম অমা। মীওইশিং অসিগী থম্মোয়দা লৈরিবসি অচুম্বা হায়বদুরা?

তাঞ্জা অসিদা তামোনা নুপীমচা অমা খৃৎ শল্লদুনা, খৃৎ নাম্মনা প্লাষ্টিক বেগ অমা য়াল্লদুনা চঙলকই। শোপ্পিং তৌরুবা মাল্লি। মথক্তা কাখৎখিগে তৌবদা ঐ ফল্লম্বা উবদা খরা ঙকপগুম তৌই। মহাক থাজবমদবসু য়াই। খোঙথাংদু চপ লেপখি। অদুগা মুন্না য়েংলকই।

ঙাইহাক্তি কাদু চীকখি। ব্রারী করম্না হৌদোক্কনি খঙনদগুম তৃমিন- তৃমিন লৈনখি। ঐ লোন্না অহল অনীগী মওং য়েংই। অহল অনীদুসু তৃমিননা ফল্লি। অদুগা মাগা ঐগদি মীৎচান্নখি। ব্রা ঙাঙনদ্রবসু ব্রাহং-পাউখুম তৌনখি। অরোয়বদদি মহাক্কী মীৎয়েং লৈমায়দা থমখি। ঐনা মোমোন নোক্কুনা অঙাং অদুবু কৌশিল্লি। অঙাংদু মৈতৈলোন খঙদে অদুনা ইংলিশতা ব্রারী শাবা তাই, "তম্ফা, ঐবু খঙব্রা?"

অঙাং অদুনা রিবন্না পুল্লিবা শমজি মচাদু ফ্র-ফ্র হাইরদুনা খুন্মী, "নো।"

ঐনা অমুকসু হায়খি, "মুন্না য়েংঙু। কনা মানবগে?"

মরাল লৈজদবা চল্লবা মোমোন মিনোক্না লোয়নরদুনা হংলকই, "ঐগী ইমাদু নত্তবরা?"

থাজদ্রবা মহাক্কী ব্রাহং অদুদা মীওই পুম্নমক অমত্তা ওইনা ঐখোয় অনীদা য়েংলকই। অদুগা লোল্লম্বা ঐগী থম্মোয়গী খোঙজাওদু খাঙবা ঙমদনা মতোমতা হাংদোকখি অদুগা লোয়ননা মহাক্কী মৃত্তিনা নীংঙাইদনা চঙশিন্দুনা ফল্লখি।

ঐ করি খুমগনি?

ঐগী পাউখুম ঙাইনবগুম তৌখি। মহাক্কী চিঠিগী অরোয়বা ব্রাহৈ খরদু নীংশিংলকই। ঐবু কয়াদা তৌফম খঙহনখিদ্রবনো?

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

থম্মালগী লৈনাগুম খীত্তং কন্না পায়বদা খুনাং চাগদবী মানবী মহাক্কী খূদাং অদু পায়দুনা ঐগী ইতম্বাক্তা চিংশির্নখি। মোন-মোন লাউবী খূবাক মচা অনীদু ঐগী মায়দা থম্মীরদুনা ঐনা হায়খি, "নঙগী অশেঙবা ইমানে, নঙনা ঐগী ইচানুপী, তম্ফা।"

ঐগী পাউখুম অদুদা ঐজ্ঞা'মাগা পাবুংগা মোমোন নোকখি। অদুগা মহাক্তি লৃকথরম্বদগী ঐঙোন্দা খংযেং য়েংলকখি। ঙাইহাক লেপ্লম্লগা ব্রাহে অমা ফাওবা হায়রমদনা শীড়ি থাক অদু কাখৎখ্রে।

অঙাং অদুনা ঐগী মায়দু হন্না-হন্না নাল্লদুনা মুন্না য়েংই। অদুগা ঙকশমদা চেৎনা কোনশিল্লকই। কোল্লিবদু অসুক্কী মতীক চেৎখি। ঐবু অশেঙবা মমানি হায়না থাজরিব্রা? নৎত্রগা মমা ফংনিংবগী কল্লকপদুরা?

অঙাং অদুদি য়াম্না ইন্নোসেন্টনি। অদুগা চাওখৎপা লমগী ঈশিং নুংশিৎনা মাগী শিংলী নাউরিদা চেল্লকপগী হৌনবী স্মার্ট ওইনা উই। মহাক্না কোল্লিবদু খরা কোমথোল্লগা ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "ইমা নহাক্তি য়াম্না ফজে। মেদাম ন্যাক্সিদগীসু হেল্লি।"

পীক্লবা চিম্বাল অদুনা ময়েক শেংদনা 'ইমা' হায়না কৌরকপা অদুদা ঐগী হকচাং তু চুংলকখি। ব্রাহে অসিমদি তামোনা মতম চঙনা তম্বীরে হায়বা খঙই। শাংলবা চষী কয়াসি অঙাং অসিনা মাগী মেদাম অদুতমক মাবু নুংশিবীবনি, লুনা তৌবীবনি হায়না নীংলমগনি। ঙসি মাগী মমানি হায়দুনা ঐবু ফংজবদা নুংঙাইমনখিদুনা ঐবু য়াম্না ফজনা উরম্বসু ওইরমগনি।

ঐসু নোক্লুনা পাউখুম পী, "ওহ, রিয়েল্লি।"

মহাক্না ব্রারৌনা হংলকখি, "নহানমখে ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবা করিগীনো?"

"ঐসু অরাপ্পা লমদা লৈরুরে। নঙ লাক্কনি তাবদগী নঙগা উনবা নংনবা হায়দুনা লাকইবনি।"

ঐগী ব্রাহে অদুবু তম্ফানা থাজরমগদ্রা? অদুবু ঐসু অসুম্না খুম্বা তাখি। নোংদম্বনা তম্ফাবু লৌবা চঙলকই। ঐবু থাদোক্লমদাইদা মোমোন তৌনা হায়রম্মী, "আই লভ য়ু, মোম।"

মোমোন নোক্লুনা হায়রম্বা ব্রাহে অদুনা ঐবু কাইহৌরম্বগুম থোকখি।

ঐগী চোকথরবা খোঙথাংনা যুম য়ৌরকপদু ভাব মেন অমা তাদ্রে। ইন্দোমচানা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। হংলকই, "করি অরুবা মরম লৈবগীনো?"

ঐ ফমথরে। তমদবা যাদবনিনা ব্রারী পুম্নমক ইন্দোমচাদা তম্মী। ব্রারী তানা তানা ইন্দোমচা উংদুনা লৈখ্রে।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

ঙাইহাক তৃমিন্না লৈরব্রগা ইন্দোমচানা হায়রকই, "মখোয়গী ব্রারীসে য়াম্না চনৈনবা অমা য়াওরি। হৌজিক্তি নঙগী য়াকা য়েংনা ঙাঙবা তারবনি। তোমথিনগী মনেদুসু ঙরাং লাক্লম্মীবদুনি। মখোয়দসু ইশেং শেংবা ব্রাদু হায়খিবনা চুম্মী।

ব্রাহৈ খরতনা ফোঙদোরক্লিবা ইন্দোমচাগী ব্রাদু ভাব তাই। অদুবু ঙসিদি ঐগী থম্মোয়নুংদা অনৌবা ঈহৌ অমা হৌরক্লি। নুপী ওইবীগী লোম্ভুনা লৈরিবা তাঙলবা মিনুংশি অদু মকা ফোংলকখি। মসিদি তাইবং কনাগী থম্মোয়দা ফাওগদবা নত্তে। শূপ্পগী 'মমা' হায়বা ফজরবা নুপীগী থম্মোয়দা লৈবা মিনুংশি অদুনা ঐবু মশোং ফন্দোকহল্লকখি। অদুনা থৌনা ফনা খুম্মী, "ইন্দোমচা, ঐ অঙাং অদুবু নুংশি।"

ইন্দোমচানা ঐবু মুন্না য়েংবা নত্তনা ব্রা মখা তারকখিদ্রে। ঐগী চীন্নদি ব্রাফম অসি তশেং তশেঙনা হায়খ্রবসু ব্রাফম অসিদা ঐগী পূক্রিংনা গোবীন্দবুদি কোনশিনবা ঙমদ্রি।

লেপখিসনু মহাক ব্রাংমদা। ঐবু মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লেঙদ্রবা নুংশিবগী মূর্তিগুম লাৎনিংলিব্রা নৎত্রগা মহাক্কী আর্টকী মূর্তি ওইনা উরিব্রা? অশেঙবা অমা খঙনিংলি।

*****

## (৩০)

মহাক অমুক হন্না তাল্লবা য়ুরোপ্তা চৎখ্রে। হায়নিংবা ব্রা কয়া লৈরবসু মহাক ব্রাহে অমা ফাওবা হায়রমদে। ঐসু হংনিংবা ব্রাহং কয়া মখোল থোক্তনা লৈহৌখি। চৎলমদাইদা অঙাংদু পুরদুনা ঐজ্ঞা'মাগা পাবুংগা ককা-ইন্দোমচা উনবা লাক্লম্মী।

অঙাং অদুগী শেংফাত্তবা সুরগী খোঞ্জেলনা ঐগী নাকোংদা নিন্দুনা লৈহৌই। ঐখোয় অনীগী মরক্তা লৈরিবা লৈই অসিদা লেপ্পরিবা তম্ফানা মখূৎ মচা অদু তিংথোক্তুনা ঐখোয়বু ঙাইরি। মরাল লৈত্রবা সংসারগী মীনম্বা চঙদ্রিবা জীব অদু চুরাম্থাবগী খূত্তা শিন্নরবসু শোয়দনা কন্নিংগনি। অদুননি মহাক্লা মশাগী য়েংদনা অঙাং অদুবু চেৎনা কোল্লুরিবা। ঐ ওইরবসু শোয়দনা কোনশিনগনি। অঙাং অদুগী ঈংলবা খোঞ্জেলনা, 'ইমা' হায়না কৌরকপদা ঐগী হকচাংগী ইন্দ্রিয় পূম্বা লেঙদনা তূমিন্না লৈবা ঙমখিদে। হকচাংগী কয়াৎ খূদিংমক্তা চেনশিল্লকখি নুংশিবগী ঈচেল অমা খঙহৌদনা। ঈশ্বরনা পীবীরকপা মমা ওইবীগী ঈথিল অদু মীৎকূপ অদুদা ঐগী হকচাংদা ফাওহল্লকখি। লশিং মফোলগুম মোল্লবা হকচাং অদু ঐগী ইথাদা চেৎনা কোনশিনবা মতমদা ফাওখিবা ইহুল অদু তৌশিন্নবা ওইখিদে। থা তরা নাউপুদুনা শিয়োম্নুংদগী ফংজবিবা মচাদো মথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লগা অমৃত ইনবদা মমা ওইবীদা ফাওবা পেঞ্জবা নুংঙাইজবদো ঐগী তম্ফাবু ঐনা চেৎনা কোঞ্জবদা ফংলিবা নুংঙাইবা অসিগুম ওইরমগদ্রা ? ইনাক্তেগী হেন্দোকহন্নিংখিদে। লমদম তাম্না চৎখিবদু মতুং ইন্দুনা চৎনিংখি। অদুগা অমুকসু চাউথোকচরকই, ঐগী ওইনা লেঙদনা লৈরগনি। ঐগী ওইনা হল্লকখিগনি।

মহাক্লা ঐবু গোবীন্দ তম্না অসুম অসুম চিংশিনখি। ঐখোয় অনীগী মরীবু মহাক্লা কিশি ওইনা কিরকখি। ঐগী মিনুংশি, ঐগী পুন্সি তম্ফানা কনশিনখি।

মালাহোয়গী নুপী ময়াম অদুনা ওম্থোকপা ব্রাফম অমবু হৌদোরকই। নুপী মীরেপ ওইনা ঐবু চোংথোক্তবা য়াদে হায়দুনা অকনবা ব্রা হায়রি।

ঐনা ইঙক ঙক্লা খুমখি, "নাতৈ চাদবা, ঐনা হৈনবা নত্তে।"

অদুবু ঙাঙবা হৈবী নুপী ময়াম অদুনা অঙকপা লেকচরনি তৌরকখিবদু। ঐনা

তেনশিন্নবা খুমখি, "মদু ককানা য়ারোই। অদুগা ঐ লাইরিক ইবগী মথা য়াম্না শারি, মদুগা চঙদে।"

অদুবু মখোয়না ঙমখি। মখোয়গী অকনবা ফিরেপ অমা লৌথ্রবজাৎনি।

ঐনা হায়, "মখোয়গী রাজনীতি হায়বদু ঐ হৈনরোই, হৈসু হৈতে।"

মখোয়না হায়রকই, "মন্ত্রি ওইরিবশিং অসিবু ট্রেনিং তৌরগা ভোট লেপ্পকপরা? নঙসু অদুম হৈজরক্কনি। তৌবতবু অনৌবা রাজনীতিদি হৌদোক্কদবনি। অচুম্বা অদুগা মীয়ামগী।"

ঐনা ৱারী লোইশিন্নবা খুমখি, "ঐ খল্লকখিগে।"

হায়জরবসু ঐনা নাম্থোক্লবগী লম্বী লৈখিদে। ময়ামগী অকনবা, অচেৎপা, ফিরেপ অদুদা ঐগী ওইবা সজেশন অমা ময়াম খন্ননবা পুখৎলি। ময়ামসু হরাও-হরাওনা য়ানরে। মদুদি, এসোসিএসন অসিগী মরু ওইবা থৌদাংসু লৌরিবী মালাবু ঐনা মীরেপ ওইনবা সজেশন তৌই। মালানা মাগী য়ানিংদবগী ৱা কয়া হাযদুনা লৈথোক্লবা ঙাঙলবসু ময়ামগী ৱারেপ অমা তাখ্রে। ঐখোয় অনীগী মরক্তা অমদি মীরেপ ওইদবা য়ারোইদৌরি। লাইবক ফবনি হায়গদ্রা নৎত্রগা ঐবু হেন্না ৱাই চিলহল্লিব্রা? ঐ ওইনা চোংথোকপা তারে। ঐগী খঞ্জনবগী মতম লৈখিদে। নুপী ময়ামদুনা ঐবু অনৌবা পার্টি অমগী মীরেপ ওইনা পুখৎখি।

ময়াম ফম্মীন্নদুনা খন্ন-নৈনবগী মতম লৌখি। নুপীনা পোলিটিক্সতা য়াওদবা য়ারক্তবগী তঙাইফদবা হীরম কয়া পুশিল্লক্তুনা খন্ন-নৈনৈ। মৈবা পায়দুনা ইরমদম কনবা য়াওববুদি চৌক্রিদা ফম্লগা খোঙ্গেল হৌনা লাউরুবনা ইরৈবাক কনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবা ঙমগনি। মচী- মরুমদা ফম্লগা ইরৈবাক অসি য়েংববুদি অৱাংবা চৌক্রিদা ফম্লগা য়েংবনা অশেঙবা মশক উগনি।

ময়ামগী ৱাহৈদুনা ঐবুসু খস্থহনখি। অদুগা ঐগী ৱাখলসু হোংলকখি। য়েংনিংলকই লৈবাক অসিগী রাজনীতিগী ফিজং অদু হাইদোক্তুনা করি লৈরিবগে হায়না। অদুগা খঙনিংই, খূৎনা পায়বা লৈবাক শাসন।

ঐনা য়াম্না থাজদ্রিবনা ঐখোয় ককানা হরাও-হবাওনা পূক্নিং থৌগৎপীরকপা অসিনি। ককানা ঐবু ওইহন্নিংখিবা, শেম্নিংখিবা মশাগী মীৎয়েং অদুদগী ঐবু হেন্না পাক্লবা সংসারদা থাদোকপীরকখি। নীংতম্না ইশা খপ্পা ফংহনখি। হাঙলবা অতিয়াগী পঙ্খে থিবা নত্তে ঐদি। মীওইবনা খুন্দারিবা মালেমগী পঙ্খেনি ঐগী পম্বুং। পম্বুং অদু তম্মনি ঐগী মায়ওন, ঐগী লম্বী।

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

নুমিদাং ফনা থেঙলে। নোং চুবনিনা হেন্না থেঙলব্রসু খল্লি। ককাগা ইন্দোমচাগা মপান্দা ফমদুনা ৱারী শানরি। চাক চাদ্রি, লোইবদি কুইরে।

গেট অদু মখোল হৌনা থীল্লকপা অদুদা ঐসু থোঙনাওদগী য়েংই। ককা ছাটিন অমা তৃপ্লদুনা গেট হাংবা থোকখি। অদুগা গেটতু লাওনা হাংদোকখি। থংননা অঙৌবা জিপসিদু শুমাঙ তম্না থৌজিল্লকখি। মতম অসিদবু কনানো খল্লম্বদু গাড়িদু উবদা মীশক খঙলে। শুমাঙদা গাড়িদু থামখি, ৱাং চাউরবা মূর্ত্তি অদু গাড়িদগী কৃ মথরগা নোং মরক্তা ইমুংদা চঙলকখি।

লীৎলকপা রেন-কোট অদুতমক লৌথোক্লগা ফমফমদা ফমথখি। ঐ চঙলকপদা ঐঙোন্দা য়েংলকই। নোকফেৎ তৌখি অদুবু নোংগী ঈরিক পক্লিবা মহাক্কী মায়থোঙ অদু ঙসিদি নুংঙাইতবগী মমি তারিবদু লায়না উরে।

নোংমা অসিগুম্বা নুমিদাং অমদসু নোংনা মহাক চোৎলকখি। অদুবু থাউমৈগী মঙালদা থক্তোরকখি, সনা অহীংবা কুচুদু, মীৎ থকপা মখৈ!

অদুগা ঙসিদি থাউমৈগী মঙান্দা মহাক্কী কুচু অদু মঙাল থোক্লকখিদ্রে। অদুবু ঐগী মীত্তদি উখি নীংথিজরবা শিব মহাদেবগী মূর্তিদা নীংজবা ভক্তনা শঙ্গোম হৈথরকপগী মূর্ত্তি ওইনা। মসিদি মীবু শুমহৎপা নত্তে, মীওইবগী পূক্লিংবু শান্তি পীবনি, অচুম্বা লম্বী তাকপীবনি। লেঙদ্রবা, চীং- লেল্লবা মূর্ত্তিনি।

লেপ্লা লেপ্লা মঙলিবা ঐগী মঙ ককাগী ৱাহৈদুনা মীকপ থোকহল্লকখি।

"ঙসি থুংলব্রা?"

মহাক্লা তপ্লা খুম্মী, "মানি। নুংথিলদি থবক খরা চিল্লুরে। ময়াম উননিংদুনা চেল্লকইবনি।"

ইন্দোমচানা হংখি, "চাক্তি চারব্রা?"

"য়ূমদা চঙলুদ্রি। ইনেনসু মখোয়দা চারসি হায়হৌই।"

"ঐখোয়দা চারসি। ঙর্সিদি অদু-আদা হায়বকা য়াররোই।"

মহাক্লা তপ্লা খুল্লকই, "ঐ করিমত্তা হায়জররোই। ঙসিগী নুমিৎ অসিগুম্না মতুংদা অমুক লাকখিদবসু য়াই।"

ইন্দোমচানা, "মতুংদা চঙলক্লরোই হায়রিব্রা?"

মহাক্লা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "ইন্দোমচাগা ককাগদগী লাপথোক্লবদি করম্না হিংগনি। অদুবু ঙসিগী অসুম্না নোং চুদুনা ঐবু চোৎহন্দ্রবদি চঙলক্তবসু য়াই। য়ূম অসে, কা

অসে ঐগী নোং থূপফম্মি। অতিথি কনানা নোং হাংখ্রগা মহাক্কা থূপ্লস্না শঙ অদুদা চঙদুনা লেপ্লখিবগে?"

মহাক্কী 'অতিথি' হায়বা ৱাহৈ অদুনা মশা মতোমতা খঙলাপ লাপথোকচহনখিবগুম তৌখি। ঐবু নুংঙাইহনখিদে। করিগীনো? ঙসি মহাক্কা ৱাহৈ অসি হায়ররিবা? ঐগী পূক্লিংদদি ফাওরকখি, অতিথি ওইরবসু থোঙজিন্দা লেপ্তুনা নহাকপুদি পূজা তৌনিংই।

ময়ামসিগী মরক থত্তুনা ককানা হায়রকই, "পূজারীসিসু ঐ তারিনে।"

ককানা ঙসি নোং-নিনি অসি পূজারি ওইরী। ককা হৌগৎখ্রে, ইন্দোমচাসু হৌগত্তুনা ককাগী মতেং পাংবা চঙখ্রে।

কা অদু মী ফল্লবসু ইচীক চীকই। মপান্দা, মকুম-মথা ওইবগী হঙোইনা মখৌ পোংনা খোংবগী মখোলনা ইনিল-নিল্লি। অতিয়াগী অমঙবা নোং মপৈ-মপৈনা অকিবা ফংনা মমহল্লবা অতিয়াগা মালেমগা অনীগী মরীবু শৈথারিব্রা কুম পুবী হঙোই মাসু। খুৎশেমগী থাউমৈগী মঙাল নত্তনা অতিয়াদগী মঙাল মরীক অমা ফাওবা উবা ফংদ্রে। থরানমিচাকসু লোৎখ্রে। হঙোইনা খোংবগী মখোলদু হেন্না-হেন্না হৌগৎলকখি। অচীকপা অহীংগী মশকসু হেন্না ময়েক শেংলকখি। ঐ মঙোন্দা য়েংনিংনা য়েংলুই, অদুবু মহাক্কী মায়থোঙগী মমি অদুনা ঐঙোন্দসু নুংঙাইতবা অমা ফাওহল্লকখি। পূক্লিং মশেল পাউ ফাওনবগুম তৌই।

ইন্দোমচা, টাৱেল অকংবা অমা পুরদুনা চঙলকই। মঙোন্দা পীরদুনা হায়, "চোৎলিবদু অমুক্তা তৈথোকউ।"

মহাক্কা মচী লেঙদনা হায়রকই, "য়ানি ইন্দোমচা। মতোমতা কংজখিসনু।"

হায়রক্লিবা ৱাহৈদুগী অর্থদু মহাক্কী লূকথরপ তৌনা লৈবিবা মায়থোঙ অদুনা ফোঙদোরকই। ইন্দোমচাসু ঐসু তূমিন্না ফল্লি।

মহাক্কা মীৎয়েং লৈমায়দা থম্লদুনা হায়রকই, "ইন্দোমচা, ঐনা খল্লম্মী, ঐগী চাউরবা য়ূমগী অকোয়বদা নুংশিরবা লৈরাংগী লৈনম্মা মালংবগী মহুৎ শিলহনগে হায়না। অদুনা থাখিবনি, লৈরাং লৈশক খঙনা। অদুবু ঐ খল্লখিদে, লৈরাংগী লৈনমদি তাইবং থম্মোয় হূবনি। লৈখোক্তা শাৎলিবা লৈরাংবু ঐগীনি হায়বা যাৱ্রা।"

ইন্দোমচাদু মহাক্কী পাউখুম পীনিংব্রা করিনো, মঙোন্দা হাইরপ য়েংখি। অদুবু তূমিন হান্নগুম লৈখি।

মহাক্কা মখা তারকই, "ঐ খল্লে, ঐগী য়ূমগী অকোয়বদা লৈরাং পাম্বী অমুক হন্না

থাররোই। মনা পুংলবা তাইবং মীওইববু উরূম পীবা, ব্রাং-চাউরবা উ-পাম্বী ওইনা থারগে। ঐগী যুমগী লৈতেংসু মশা-মরেং ফল্লবা উজাওশিং অদুনা ওইরসনু। চোকথরবা তাইবং কয়াগী থম্মোয়বু ঈংহনবা ঙম্বা শেংলবা নুংশিৎ ওইনা হুল্লসনু, ঐগী যুমগী অকোয়বদা। অদু ওইরবদি উচেক-ব্রায়াশিংসু য়ারেকফম ফংজরনি।"

হায়রিবা ব্রাহৈশিং অদুগী অর্থ ইন্দোমচাসু খঙবা মাল্লি। করি হায়গদবনো হায়বগী খনফম খঙদবসু মাল্লি।

মহাক্কী মমাঙদা ফম্না ফম্না ঐদি ঙক থাঙ্গত্তুনা ব্রাংলবা মহাক্কী থম্মোয় অদুবু য়েংবা তাখি। ও, কয়া ব্রাংখ্রবা! কয়া ফজখ্রবনো? অতিয়াগী ফজবা হায়বদুবু মসিরা? ব্রাহৈশিং অদু হায়বদা মহাক্কী মায়থোঙদি নোকপগী মমি তাখিদে।

ঐনা হায়ফম খঙদনা হায়রুই, "অদোমগী কাদা থেৎলিবা লাইদু ঐহাক উজরে।"

লৈমায়দা য়েংলম্বা মীৎয়েংদু ঐঙোন্দা থল্লকই। য়াতোন উনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "নোংমা অদোম্বু সরপ্রাইজ পীগে খনখিবনি। উবিরবনিনা ফরে। হৌজিক্তি ঐগী অরোনবা অমা লৈত্রে। অদুবু মায়খুমদি অমুক হাইদোক্লরোই। ঐগী কা'নুং অদুদা ফিজং মরুমদা অসুম মমি কায়দনা লৈজরসনু। কাগী লৈতেং ওইনা থেৎলরোই। থৌদাংগা ঐগা কায়নরকপা মীৎকূপ অমদি লাকখিগনি। পুন্সিনা নীংতম্লবা মতম অদুদা অব্রা-পোত্থাবা ওইনা ফিজং হাইদোক্লগে।"

ঐ মহাকপু য়েংন-য়েংনা ইশা অসি ইতাও তাউরকই। ঙসাইমখৈ পক্লম্বা ঈরিকশিং অদুসু তপ্না তপ্না কংশিনখ্রে। লোৎশিল্লুবা ফজরবা শকফমগী মঙাল অমা তপ্না তপ্না ঙাম্থোরক্লে।

মহাক্না ঘড়ী য়েংলগা হায়রকই, "ককাদু অমুক্তা থোকপীরকউ হায়য়ু। ঐ য়ৌখ্রগে।"

ইন্দোমচাসু ঐসু ঙক্না হায়খি, "চাক চানি হায়রগা।"

"ঐসু চাগে খনবনি। অদুবু মতমসে য়াদ্রে।"

ইন্দোমচানা হায়, "নঙ ককানা শাউবনা লোইরনি।"

ককাসু থোরক্লে, ব্রাদু তাবদা হায়রকই, "য়াদে, য়াদে। চাক থোংবা তনখ্রবা ঐবু অনীরক থোংহল্লগা...।"

মহাক্না ঘড়ীদু উৎলদুনা ককাবু শাউদনবা হায়, "নোংমা লাকচগে, ঙসিদি ঐবু ব্রারৌবিবা য়াদ্রে।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মহাক ফমফমদগী হৌগৎলক্লে। অদুগা ককা ইন্দোমচাবু মখোঙ শোক্লুনা ব্যবহার উৎলি। মহাক্লা নোনখৎলকপদা মীৎ অনী অদুদা ঈরা চেনখিবদু ঐ উহৌই। ঐগী থম্মোয়সু মহী চেন্থোরকখি। ঙসি অসিবু করি নুমিৎ ওইরিগবা? মপান্দনা মহৌশা মানা কপ্লি। কানুং অসিদনা লোম্থোক্কবা থম্মোয় মাসু কপ্লিমাল্লে।

মহাক্লা মোমোন তৌনা হায়রকই, "ককাবু ঐনা ৱাহনখ্রে।"

ককানা মকোক্তা নানবীরদুনা হায়, "মদুগী ৱাবগী নত্তেনে।"

ইন্দোমচানসু হংখি, "অদুদি কৈদৌঙেনো লাক্তবা য়াদেকো। নুমিৎ হায়রম্মু।"

মহাক্লা মায়থোঙতমক নোকপগী মমি লৈহল্লদুনা খুম্মী, "অসুম্না, নোং চুবা নুমিৎ অমদা...।"

অর্থ লৈনা হায়রক্লিবা ৱাহৈদুগী পাউখুম ইন্দোমচানা খুমখি, "নোং চুদ্রবসু য়াই।"

মহাক্লা তপ্না খুম্মী, "হোয় ইন্দোমচা, থাবল থোকপা অহীংনবুদি হেন্না ফজে। ঐসু নোংদি চুহন্নিংদ্রে, নোংগী ঈরিক্লা হকচাঙদা চোৎপসে মৈশা ফাওই। ঙসিদগীদি অমংবা নোংগা ঐগা মরী অমুক হন্না থম্লবোই। ঐগী লক্ষ্মীদা মহাক্লা খুরৌ হেক হেক থাংহল্লি। নোং চুদবা নাকেন্থগী লক্ষ্মী অদুনা হেন্না ফরম্বসু কনানা খঙবা?"

মহাক চৎনবা কাদগী থোকখ্রে। ককানা মাঙ থারদুনা গেট হাংবা থোকখ্রে। মাঙ্গোলগী শীড়ি মথক অদুদা লেপ্লগা ঐঙোন্দা হায়রকই, "করিগুম্বা অচীকপদা পোত্থানিংলকপা মীৎকূপ য়াওরক্লবদি ঐগী য়ুম'দুদা শোয়দনা লাকপীয়ু। অপাম্বা অদুমক ফংগনি।"

ৱাসি হায়রগা ঐগী পাউখুম ঙাইদনা নুপা অমগী ফজরবা চীং-লেম্লবা মূর্ত্তি অদু লাপথোকখিদুনা গাড়ি কাখৎখ্রে। অদুগা খোঙজেল য়াঙনা গেট অদুদগী থৌদোকখ্রে।

নোংনা চামথোক্লবা অমুবা কয়লাসকী লক্ষ্মী অদু তাংজ লিলনা চেনবগুম ইরং-লংনা সড়কী মৈঙালদা উরি। অমম্বা অহীংগী ফিজং মখাদা তাম্না থৌখ্রিবা গাড়ি অদু য়েংলদুনা ঐ লেপ্লি।

মহাক্লা চৎখিবদু, করিনো তৌফম খঙদবা অমা ফাওহল্লম্মী। অদুগা কিরম্মী মশক উদ্রবা অরোনবা কিশি অমা। মীৎ উইশিন্দুনা ডাগফম থিনিংলকই। ইন্দোমচাসু লেপ্তুনা মাবু য়েংহৌরি। ফিজিনা মীৎ তৈথোকখিবদু ঐ উই। ককানা থিন্দোকপা ওইনা গেট লোনশিল্লি। গেট লোনশিনবগী মখোলদু হৌমনখ্রে হায়না খল্লি।

# পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

গেট হাংবগী মখোলনে অদুগা গাড়িগী হোর্ন খোংলকপগী মখোল অমগনা ঐগী ব্রাখল থুগায়খিদুনা মচোয় - মচোয় চাইখাইখ্রে।

ইচে থরোনা মঙক থাঙত্তুনা থোঙনাওদা য়েংই অদুগা হায়রকই, "মপা-মচা য়ৌরক্লে। মমৌ ইবেম্মা।"

ইচে থরোনা লাকপা নুমিত্তগী ঐঙোন্দা মমৌ ইবেম্মা হায়না কৌই। য়াম্না মকা ফোংনা কৌবসু নত্তে। ঐদি য়ানিংবা য়ানিংদবা মোৎ পীরুদে, ইচে থরোনা নুংশিনা কৌজবদু অদুম কৌহল্লি।

ইচে থরোগী পাউখুম পীরুদ্রে। হকচাং অসি হেন্না চোকথরক্তুনা তুমিন্না হীগুনা লৈরে। ইচে থরোনা কোইলাং লাংই। খবর মচেৎ অমা পুরদুনা থোকখ্রে, মৈ ওক্লবা ওইরমাল্লে।

ইকান কান্নদনা ইচে থরোগা তম্ফাগা চঙমিন্নরকই। মোমোন নোক্তুনা ইনাক্তা ফমথরদুনা হংই, "ইমা, নাবা ফরব্রা?"

"নহাক লাক্লবনিনা ফরে।"

তম্ফা হরাওনা নোকফেৎ তৌখি। শক্তমদু মহৌশাগী লশিং মফোন্দু নৎত্রে। লৈশাৎ তমগদবগী চেকশিন্না তাশিন্দুনা পোমখৎলক্লিবী লৈরাং গুলাপনি।

ককাসু চঙলক্লে। ককাগা তম্ফাগা টেলিফোন্দা তোয়না ব্রারী শানখিবদুনা হেক উনবগা থুনা মরূপ ওইশিন্নখ্রে। ককাগা লোয়ননা মাগী কাদা চঙমিন্নখ্রে। ইন্দোমচা চঙলক্তুনা হায়রকই, "ময়াম লাকপা উনরিঙৈদা তোমথিন চৎখিবা খঙহৌদ্রে। ঙসিদি মীসু ওহ্লোক্ল া য়াম্না লাকখ্রে। নঙনদি নাদুনা লৈরবনিনা ঐনা ওকপদা তপ হেক তারে। থংনবা কাদা গোবীন্দসু ফমলি। অঙাংগী চান-থক্লবা অমুক্তা য়েংবিরুখিগে।"

ইন্দোমচা চঙখ্রে। ইচে থরোনা তাঞ্জা য়েংদুনা হায়রকই, "ঐজ্ঞা'মচানা চঙলকপা য়াবগী য়াথং ঙাইহৌরি। করি হায়যুগে?"

ইচে থরোনা মখূৎ লেপ্তুনা করি করিনো পংলোইদা লোইশিনবী। অদুগা মচিনসু লেপতে ঙাঙই, "নখোয় অনীগী নতৌসে ঐখোয়দি অমুক্তা উজদ্রি। কনানা কনাগী ব্রা ঙাইনরিবনো?"

ইচে থরোনা নুমিৎ খূদিংগী ঙাঙলিবা ব্রাহৈনি।

ঐনা তুমিন্না লৈবা মতৌদুদা অমুকসু হায়রকই, "ঐজ্ঞা'মাসু শোঞ্জিল্লক্লে। নখোয়বু ব্রাখল য়াম্না লৈনদি উই। নচা অমনা কিশি ওইনা কিদুনা লৈখ্রবসিদা করম্না মরী তৎনগে

হায়রিবনো? য়াগদবসু নৎত্রে।”

ইচে থরোনা ঙাঙবা লেপখ্রবা কালদা তপ্না খুম্মী, “ইচে, ঐ কনাদসু চঙবা য়াই য়াদে হায়বগী অথিংবা থমখিদে। অদুগা মীঙোন্দা য়াথং তৌনবা ঐগী ইতীক লৈজদে।”

ইচে থরোদু শাউনিংবগী মতৌ মাল্লি। হায়রকই, “নখোয় অনী অদুম্না অদুম লৈয়ু লৈয়ু।”

ঙাঙলম্লগা ইচে থরোদু থোকখ্রে। থংনবা কাদা শানরিবা ব্রারীদু ময়েক শেংনা তারি। লোন্না থূপ্না শানবা ব্রারী নত্তে, হীপ্পিবী ঐবু তানবা ঙাঙলকপসু ওইরমগনি।

ইচে থরোনা হায়বদু তাই, “ঐজ্ঞামচা, লেঙশিল্লসি।”

“মানবু করি হায়রকপগে?”

“ঐবু নখোয় অনীগী পাউ-তমথোক তমশিন তৌখো হায়রিব্রা? হেক লেঙশিল্লসি কৈদৌবগে।”

ইচে থরোগী খোপ্পোক্তু খরা শাউনিংবগী মতৌ লোয়নৈ।

মহাক্না হায়বদুসু তায়, “ইচে, মানা তৌনিংবা অপাম্বা অদু তৌরসনু। ঐগীনি হায়বা কবি লৈহৌরিবগে? ঐগী তম্ফাসু মহাক্না মুনখ্রে। ঐগী খৃৎসিনা শোক্লুবা ফাওবা ঙমজদ্রে। ঐবু মানা অসুক ব্রারৌবিবা করিগীনো? থিংজিনখিবা থোঙদু মশানা হাংলক্তনা নমখায়দুনা চঙবদি ঐগী অপাম্বা নত্তে।”

থংনবা কাদা শানরিবা ব্রারীদুগী অরোয়বা ব্রাহে অদুনা ঐবু হেন্না অনা লোয়হনখি। ঐবু মহাক্না খঙবিদ্রিবা করিগীনো?

মহাক্না ঐগা লুহোংবগী ব্রা লোইনখ্রবসু কবিনো মশক খঙদবা পল অমনা মাগা ঐগা নকশিন্নবদি ঙমখিদে। মাসু পোৎশক অসি করিনো হায়বা খঙদবগুম তৌই। মসিবু ‘ব্রাখল’ ওইগদৌরিব্রা? মখোয়গী ইমুংনা ঐবু তরাম্না ওক্লবসু ঐনদি ইপেন পেনবা ঙমদবগুম ফাওরি। তোঙানবা সংসার ঐ পামদে। ঐখোয় অমত্তা ওইনা পূনশিনবা পাম্মী। পল অদুবু ঐনা নমখায়নিংখি অদুবু ঐগী ব্রাখল অরেম্বা তাখি। সমাজ অসিদা মশক লোত্তুনা লৈরিবা পল অদু ইতোমতা কাম্বোকখিবা নত্তে ঐনা পাম্নদি। ঐনা পামখি, অদুগুম্বা পল অদু লৈতবা সমাজ অমা।

মহাকসু ঐবু খরা ব্রারৌরম্বা য়াই। নৎত্রগা শাউনিংলম্বসু য়াই। ঐগী মতৌ অদুনা। অদুনা মহাক তূমিন্না চৎখি। ঐসু ভোটকী অচীনবা মতম ওইদুনা মাবু নীংশিংলুদ্রে। ময়াম্না ব্রানা হোৎনবীদুনা ঐবু মণিপুরগী এসেমব্লি ফাওবা থিনবীরকখি।

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

নহানমখৈ লম্বীদা গাড়ি থৌদুনা চৎলিঙৈদা উরম্বা ঐগী ইরমদমগী শক্তমগা এসেমব্লিগী চৌক্রিদা ফম্লগা উরিবা শক্তম অসিগা অসুক্কী মতীক খেন্নরমখি। কাচিন্দা, মচী-মচীদা লৈরিবা চনৈনবা, ময়েক শেংদবা, তাথীনবা ঈরাং কয়ানা ইরৈবাক অসে খুদুম চল্লম্মী। চাউরবা থৌদাং ময়ামসি করম্মা পাঙথোকসিগে খল্লিবনি। এসেমব্লি হোলদগী মৈতৈ নুপীগী খোঞ্জেল অসুক ময়েক শেংই হায়বসি খঙহনবসু ফৈ। ময়াম্মা পাল্লিবসু মন্ত্রিগী মিংদু ঐঙোন্দা থোঞ্জিনবীবা অদুখক নত্তে। থবক অদুনি। থবক অদু পাঙথোকপদা থৌনা লৈনা পাঙথোকপা ঙম্লবনি ফম অসিদি। অদুগা চেল্লম্মী, ঈচেল কয়া থোক্লা লৈঙাক্লোন মনুং অসিদসু। ঐগী ঈচেলগা থেঙ্নায়নবা মতমদসু থোক্লক্কনি ঈরাওখোল অমদি। হৌজিক্তি অচুম্বদু উবা ফংলে। চুম্মী, ঐখোয় চুম্মা মৈরা পায়বখক্তনা পেল্লক্তরে।

অদুগা ঐনা অহানবা থেংনবা ব্রাথোক্তা তোমথিনবু লালহৌবগা শম্নে হায়দুনা মহাক্কী মথক্তা থাঙ্গৎলক্লিবা অচৌবা কেস অসিবুদি ঐনা করম্মা তরাইনা লৌগনি? এস পী তোমথিনগী লীচৎতি ঐ মুন্না খঙই। করম্মা মরাল লৈ হায়দুনা চীন অসিনা পনগনি। ব্রাখল অসিনা ঐবু লৈতাফম খঙহনদবনি।

মীওইবগী থাক্তগী হেন্না ৱাংনা থমদুনা ঐনা ইকায়খুম্নজরিবা মীশক্লি। মীওইবগী য়াইফনবা তৌরিবা মীশক অমবু খঙনা-খঙনা মরাল পীবদা ঐসু য়ারবদি ঐ ওইজবা থিবনি। ফম মিহৌবনি। অতৈনা নৎত্রবসু মহাক্কী থম্মোয়না ঐবু শোয়দনা নোক্লগনি। ইশাগী বিচার লৈজদবী ওইনা উখিগনি।

অদুগা অমবোমদনা ইরৈবাক অসিগী নুপী খূন্নাইনা ঐবু অচৌবা থাজবা অমগা লোয়ননা ঐবু মীহুৎ ওইনা থাগৎলকখিবনি। মীয়ামগী অনীংবা পান্দমদু মপূং ফাহল্লমদনা ফম থাদোকপসু চুল্লিব্রা? অমরোমদনা অচুম্বা! অদুগা অমরোমদনা থৌদাং! অচুম্বা য়াওদনা থৌদাং পাঙথোকপদি ঐহাক পামদে। অচুম্বা মাঙশিল্লকপদগীনি ঙসি ইরৈবাক অসিনা অসুক ফীভম শোক্লিবা। অদুদি ঐ করি তৌবা তাই?

ইন্দোমচানা ঐগী চানবা শেম্বীরদুনা চঙলকই, অদুগা হায়রকই, "খরা চাশিনবা য়াব্রা য়েংঙু... তম্ফাদি নঙ ককাগা ব্রারী শানদুনা নোকপু নোকপনে, অমুক্তোইবা নুংঙাইবনা লোইহৌরে। পাবুংগা ঐজ্ঞা'মাগসু লেঙলক্কনি হায়না পাউ পীরকই।"

ইন্দোমচানা শেম্বীরকপা চানবদু চামচনা অনী অহুন্নক লৌদুনা হূকই। ইন্দোমচানা মখা তারকই, "গোবীন্দসু হনখ্রমাল্লে, ঐদি খঙহৌদ্রেদনা।"

ইন্দোমচাগী মওং-মতৌ য়েংল-য়েংলগা ঐ পূক্লিং হেন্না নুংশিরকই। মীৎকূপ

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

অসিদনা ইন্দোমচাবু হেন্না নুংশিবগুম ফাওরকই। খল্লি– ইন্দোমচা, নঙসে ঐগী অশেঙবা ইমা ওইনা ফংজদবসে ঐগী লাইবক থীখ্রেদা।"

ইন্দোমচানা হায়রকই, "খর-খরদগী নাশিনখিনি। তোমথিনগী কেস অদুনা করিদা তারে? ঐদি নুংঙাইখিদ্রে।"

"ঐগী পাউখুম পীফম লৈতবনি, ইন্দোমচা। মহাক্না ৱাহৈ অমত্তং ওইরবসু হায়রবদি ঐগী পাঙ্গল লৈগদবনি।"

"মখোয়নদি মাবু খঙবদি কদায়দগী ঙম্লনি। মহাক্না তূমিন্না লৈখিবা হায়বসে লৈবাক অসিগী মাঙজবনি। মখোয় কোন্না ভাব তারক্কনি।"

ঐনা নুংঙাইতনা শোনখি, "মহাক্না ঐখোয়গা শকখঙনরমদবনা হেন্না ফৈ।"

ইন্দোমচাসু নুংঙাইতনা হায়রকই, "হোয় করমদি তৌনি। মানা নীংখিবা অদুদি নঙ-ঐনা হোংহনবা ঙমগদবসু নত্তে। নঙ ককানসু হায়রবনি। অদুবু মহাক তূমিন্না লৈখ্রে। মঙোন্দা হৈনদবা, তনবা অমা ফাওরে। অদুবু কনাদনো মাগী লোম্থোক্তবা ৱাকৎ?"

ঐনা তপ্পা খুমখি, "ঐখোয়দনি, ইন্দোমচা। ঐখোয়দনি...।"

ৱারী ঙাইহাক শানরগা ইন্দোমচাসু চঙখ্রে।

ইচে থরোনা ময়োম অমা পায়দুনা চঙলকই। অদুগা ঐঙোন্দা পীরদুনা হায়রকই, "সে,সে, ঐজ্ঞামচানা পীরম্লনি। করিনোনে? নখোয় অনীগী মতৌসিবো। অমসু, নারিবা অসিতসু হংলম্মুদনা...।" অদুগা মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা থোকখি।

ঐ ময়োম অদুদা মুন্না যেংলগা মচী লেঙদনা ইপ্লি। থংনবা মীৎকূপ্তা টেলিফোন খীংলকপগী মখোল তারে। রিসিভীং রুমদগী নুপামচাদুনা পাউ পীরকই, "ইচেম্মা ফোন, চীফ মিনিষ্টরগীনি।"

ঐনা খুমখি, "হেল্লো... অহোয় সার... ডিসমিস তৌবগী চে যৌরক্লব্রা?"

ঐ ঙাইহাক্তি পাউখুম পীগনি কাউরুই।

"...তাজরি সার... অদুবু ঐদি য়াবা ঙম্লোই... ঐবু ৱারৌবীনু সার... ঐ সারগী মন্ত্রি মন্দলদগী পোত্থাবসু পাল্লে। ...ঐহাক লেপচরবনি... ঐ ৱারৌজদে... নত্তে, মহাকপু কল্লু হায়জবসু নত্তে... অমুক্তং খল্লুবনদি চুম্না হায়জবগী ৱানি। মতম খরা মহাকপু সম্পেঙও থম্লগা খন্নবা ওইববদি অচুম্বদু খরমখৈদি খঙবা ঙম্লমগদবনি।... অচুম্ববু ঐখোয়না অসুক য়াম্না কিরিবসি করিগীনো? মসিনি ঐগী ৱাহংসু সার। মখোয়না লেপ্লকপা ৱায়েন্না অচুম্বা ওইবদুনি ঐনা য়াবা ঙমজদ্রিবসিসু... হোয়... ঐগী বেজিগনেশনগী চে যৌহঞ্জরক্লগে...

অহোয়, নত্তে... ঐ পোত্থাজরগে। থমজরে সার।"

ফনা কুইনা ঐ তৃমিন্না ফমখিমাল্লে। ব্রাখল অমা লাকপদা শ্বর নে-তানা হোক্নে দাকই। মহাক্কীদমক ঐনা তৌবা ঙম্বা হায়ববু মসিনি। অদুবু মতীক চাবদি নত্তে।

ঐজ্জা'মানা মোমোন নোক্কুনা থোঙগী পর্দ হাইদোক্কুনা চঙলকই অদুগা হংই, "নঙবু খরা ফরব্রা?"

ঐ ঙমদ্রবসু হৌগত্তুনা ঐজ্জা'মাগী খোঙ শোকই। ইচে থরোনা পুরকপা ফিদা অদুদা ফমথরদুনা হায়রকই, "নঙ পাবুংসু মপান্দা ময়ামগা ব্রারী শানহৌরি।"

শ্বর লুম্না হোনখি। অদুগা হংলকই, "গোবীন্দগা করি ব্রারী শানম্রে।"

ঐজ্জা'মানা হেন্না খঙলবনি। হংলিবা হায়বদুনি। চীং লেপ্লবী মায়থোঙ অদো, ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "ঐ খঙই, অদুবু ঐনা তৌখিবা আশাদি মসি নত্তে। নখোয় অনীগী অমত্তা ওইবা সংসার অদু উনিংই। ঐগী য়ুমগী অকোয়বদা নোংজু-নুংশা খাঙদুনা লেপ্লিবা নূংগী মূর্ত্তিশিং অদুগা গোবীন্দগী অয়েকপা লাইশিং, নহাক নত্তনা কনানা থব্রায় হাপ্পিগনি। হন্দক চৎকদৌরিবা গোবীন্দগী খোঙচৎ অসি ঐ য়াম্না চিংনৈ। নঙগী ব্রাহে নত্তনা মাবু খাম্বা য়ারোই হায়বসু খঙই। অমবু ওইরে, নখোয় অনীনা অমত্তা ওইনা ঐগী মীৎমাঙদা লেপ্পদু ঐবু উহল্লবোইদ্রা? ঐ খঙই, গোবীন্দনা নঙবু খোয়দাজৈ। নখোয় অনী ব্রা ঙাওনদবদা মহাক লৈফম চাকম খঙদে অদুগা নঙনসু মহাকপু থম্মোয় শেংনা নুংশি। মহাক নত্তনা নঙনা কনাবুসু খোয়দারুদে, মসিসু অচুম্বনি। অদুগা ওইরিবা মতৌ অসি কনাদা মবাল শীগদৌরিবনো? নখোয় অনীগী মতৌসে অচুম্বা নত্তে, মুন্না খল্লু।"

ব্রাহে খরসি হায়রগা ঐজ্জা'মা ফমফমদগী হৌগৎখ্রে। লেপ্ল-লেপ্লা হায়রকই, "তম্ফা উনরমখিগে।"

অদুগা কাদগী থোকখ্রে। পাবুংগা নোংদম্বগা চঙলকপা অদুদা ঙক্কুরে। ঐ হৌগত্তুনা ব্যবহার উৎলি। পাবুংনা হায়রকই, "য়ারে, য়ারে। হৌগৎলনু। খরা ফরেদনা। করি করিনো পাউ তায়নে। ব্রাখল হেন্না খঞ্জিন্দুনা নাহনগনু। নহাক্না লৌরিবা ফিরেপ অদুনা অচুম্বা অমা লাকচরনি। ফরবনি। নাবা য়াদে, নাবা য়াদে।" ব্রাফম খরসি হায়রল্লগা পাবুং থোকখ্রে।

নোংদম্বা তৃমিন্না ফল্লি। ঐনা হায়, "ঐদি নহাক য়াওরকই হায়বদি খঙদে।"

"গাড়িদু ষ্টার্ট খরা নুংঙাইতবদুদা শেমদুনা লৈরুরে।"

"করি চানি?"

"চাদ্রবসু য়ারে।"

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

মহাক্কা ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "ইচেম্মা, তামোসি অমুক্তা খামসি।"

নোংদম্বগী ৱাহৈ অদুদা ঙসাইমখৈ ফাওরম্বা নুংঙাইতবদু মাঙপ্রবগুম নোকফেৎ তৌরুরে। ঐনা হায়খি, "থাংনিংনা থাংলিবা মখোঙ অদুবু পায়দুনা ফাবদি হৌনবা নত্তে।"

নোংদম্বনা থৱায় য়াওনা খুল্লকই, "ইচেম্মা, অদুম্মা হায়বীগনু। তামোগী খোঙথাং তৌফম খঙদনা থাংলিবনি। ঐঙোন্দা নোংমা হায়খি, পাবুংগা ঐজ্ঞাগা নঙনা য়েংশিল্লম্মু। তম্বা ঙমদে, ঐগী খোঙচৎ।"

ঐসু নুংঙাইতবদি ফাওই। অদুবু হায়খি, "মশাখক্তগী খল্লগা খোঙ থাংলিবা মীশক অদুনা ঐগী ৱা তাবীগদ্রনে?"

নোংদম্বনা মথ্বায় নুংঙাইতনা হায়রকই, "ইচেম্মনা ৱাহৈ অমত্তদি হায়রগা য়েংবীয়ু।"

ঐ তূমিন্না লৈরে, মখা তারুদ্রে। ঐজ্ঞা'মানা চৎসি হায়রকপদগী নোংদম্বসু হৌগৎখ্রে।

ইতোমতা ঙায়হৌবে কা অসিদা। থাবলসু নোংপোকথংবা অতিয়াদা তরু-তরুনা ঙাল্লক্লে। ককাগা লোয়ননা তম্ফাসু নুমিদাংৱাইরমগী নুংশিৎ য়ৈহনবা থোকমিন্নখ্রে। হায়রম্লিবা ৱাহৈশিংদু মথঙ মথঙ নীংশিংলকই। করিগীদমক্তা, কনাগীদমক্তা ঐনা ইশাগী থম্মোয়বু চৈনা পীজরিবা? ফমুং মথক্তা ফম্না ফম্না খল্লি।

ইচে থরোনা পীরম্বা ময়োমদু হাংদুনা য়েংই। অদুবু ঐ য়াম্না ঙকপা অমা ফাওরে। উদা খূৎ-চঙনা হকপা নীংথিজরবা 'ফৌওইবী লাইরেম্বীগী' মূর্তিনি। ঙকমনখ্রদুনা হন্না-হন্না মুন্না য়েংই। ঐগী পুস্তিদা অসুম্না থম্মোয় য়ৌনা শুমহৎপা পোৎশক অমত্তা লৈখিদ্রি। লাইরেম্বী অমগী ফজবা নীংথিজবা গুণ পুম্নমক মূর্তি অসিদা য়াওরি। মূর্তি অদুগা লোয়ননা হাপ্লক্লিবা থূপ্লবা চেদু হাংদুনা পাইঃ

খোইবী,

নহাকসু উরম্লগনি পুস্তিগী মচু কয়া-কয়া। ঐসু উরে, খঙলে, তারে, খেন্নবা কয়াগী হিংলিবা পুস্তি মহীংসু। অদুগা নঙ ঐগী পুস্তি অসিদি করি মচুনো? করম্বা মহীংনো? ঙসিসু ইশানা মশক খঙজবা ঙমদ্রি। নঙগী মরোল নাইনা খঞ্জিনখ্রবা থম্মোয়দু অমুক্তদি হাংদোক্কুনা ঐবু উহল্লু।

নঙবু অহানবা ঐগী গেলেরীদা উরুবা মীৎকূপ অদুদগী ঐগী পূক্লিংদা নঙগী শক্তম য়েকপা হৌখি। তৈশিনখি, পামজবা মচু কয়া কয়া... অদুবু খঙলে, নঙগী অশেঙবা

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তুরি

শক্তমদি ঐগী মচু তরেৎকী মনুংদা শেন্না য়াখিদে। তরু-তরুবা থম্মোয়দা অঙৌবা মচুনা য়েক্লগা চোংথোরক্লে নহাক্কী অশেঙবা শক্তম। অসুক পূক্লিং হূনা ফজবা মচুদি ঐনা কৈদৌঙৈদা শীজিন্নখিদ্রি।

নঙগী লোম্নোক্তবা থম্মোয়না হংলিবা ৱাহংগী পাউখুম নহাক্লা ঙাইরি। ঐ খঙই— ঐগী থম্মোয়নুংদা নঙগী মূর্তিবু করম্না শক্তম ওইনা লৌরিবগে হংলি? মসি নৎত্রা?

অচীকপদা, সমুদ্র মপান্দা ইতোমতা ফম্লবা মতমদা নঙগী অশেঙবা শক্তম উরকই। সমুদ্রগী শংবান্নরবা ঈশিংনা জ্বার কারকপদা নঙগী শক্তমসু য়াওরকখি। ঐগী ইখোঙ অনী অসিদা লূরবা ঈশিং অদুনা চাম্লকপদা ফাওরকই নঙগী মপাল নাইদ্রবা নুংশিবগী লূরবা লাইজনা খৃজোক থন্না চাইরকপ গুম। ঐগী আত্মানুংদগী চোংথোরকখি নঙগী মূর্তি। মীৎকৃপ অদুদা ঐনা উরকখি, ফৌওইবী লাইরেম্বীবু। শেম্লিংখি মূর্তি অমা। লীরকই, হৌখ্রবা ৱারী, লাইরেম্বী মহাক্লা অচীকপদা।

শাইওন অদুদা নুংশিবা মশক তাক্লবা লাকখিবনি, অকোংজাম্বগী মনাক্তা। অদুগা মতীক মগুণ অদুখক ফোঙদোক্লম্মনি। মহাক্তি লাইরেম্বীনি, পুম্নমক খাঙবা ঙম্লগা চৎখি। মৈচাক্তি অকোংজাম্বর্তনি পুহৌবা।

থোইবী, মতীক চাদবা মীদি মৈচাক পুবগী চৈনা খাঙবা ঙমদে। অদুনা অতোপ্পদা চৈথেংফম হেক হেক ওইগল্লি। মসিনা ওইবা তাই, ঐনা নঙগী মৈচাক পুবা ঙমদ্রিবা। নোংমা ঐনা চাউথোক্লা হায়খি, 'ঐগী পুন্সি মপৃং ফারে।' অদুবু ঐ কয়া লাল্লম্লবনো। অসুক চাউনা হাঙলম্মী হায়বা ঙসির্দি খঙলে। তম্ফাগী ৱারী অদু নঙোন্দা লীনিংখি মরম অসিনা নঙগী অরেপ্পা পূকচেল শঙনিংলুবদগী 'ৱাহৈ' অদু হায়খিবনি। অদুবু ঐগী ৱাখল অরেম্বা ওইখি নহাক্লা চৎখ্রবা মতুংদা কা অদুদা ঐনা করম্না লৈহৌবা হন্না অমুক্তং য়েংলম্লবদি উরমগনি, উপায় লৈদ্রবা, মায়থীরবা শকফম। অদুবু হন্না য়েংলমদনা খোঙ থাংখি, নঙনা।

ঐসু হংনিংলিবনি ৱাহং অমদি, হৌখ্রবা ৱারী অদুগী, 'সতি সীতানা লৈনুংদা চঙখিবা মতম অদুদা শ্রীরামদদি কবিসু ফাওরম্লোইদ্রা? পীরম্লিবদু চৈনারা? দন্দীরা? ইকায়বরা? মহাকখক্তনা অচুম্বা ওইখিবরা?' অদুবু ঐহাক পাউখুম থিররোই। লৈজরসনু মসিনা ৱারী অদুগী তাঙ্কক অমা ওইনা।

পাউ অমা তম্লমগে খল্লি, ঐহাক পেসিফিক্কী লমশীংদা চৎনবগী থৌরাংসু লোইহরে। মতম খরদি ঈ-পাউ ফংনাখিদবসু হাই।

ঐনা হায়নিংবদি, নঙনা তম্ফাবু নুংশিজরিবা, নীংজরিবা অদুদগী শরুক লিশিং

## পৃথিবীগী খোঙচৎসু লেপ্তরি

হেন্না তম্ফানা মমাবু নীংজবসু ওইসনু।

গোবীন্দ

চিঠিদু পাবা লোইরগা ঐ ফনা কুইনা লেঙ-ওৎপা ঙমদবগুম তূমিন ফমখি। তরং-তরং থোক্লিবা থাজদু হেন্না ময়েক শেংলম্লে। ঐগী মীৎতা ঈহৌরক্লিবা পিরাংদু থাজ মানা উখ্রমাল্লে, মোমোন নোক্লদুনা থোঙনাওদা ঐবু য়েংলকই।

ঐসু পাউদমফম অমা ফংলবগুম, ৱারৌরিবা থম্মোয়দু মখোল থোকখি, "থোঙজিন্দা লেপ্লবা মাদি থোঙদু মখূৎনা পায়দুনা অমুক্তসু হাংলগে খন্দ্রিবা করিগীনো? হো থাজ! নহাক্তি লেঙদবনি, কোরৌগী মঙালনা মায়থোঙদা মমি তারি'মখৈদি মোমোন নোক্লুনা ঙানখিগনি। লেপ্তুনা চৎলিবা পৃথিবীগী খোঙচত্তা মহাক্কী খোঙথাংনা ইল্লুরবসু অরোয়বা পম্তুংফমদি লেঙদনা ইনাক্তা পুবীরকউকো।"

ঐগী ৱাহৈ অদু হরাওনা তারদুনা খোঙজেল য়াঙনা অমংবা নোংগী মরক্তা হাথু-হাথু থাংলিবা থাজ মাগী খোঙথাং অদু য়েংলদুনা খল্লি— পৃথিবী! নঙগী লেপ্তুবা খোঙচৎনা পুরকপা অনৌবা আশাগী অনৌবা ময়োলতনা থল্লবা, ঈংলবা মালেম অমা ঙাইনা-ঙাইনা ঐ হিংলিবনি। পুবীরকউকো নঙগী অনৌবা মোমোন্নরবী মায়থোঙগী অনৌবা শক্তম।

**লোইরবা**



